অফোংবা— শিঙ্গাম মংলেম, ৱাংখৈ

থৃংনম — অহানবা, আগষ্ট ১৩ ( থবান ১৩নি পানবা ) ১৯৮১

কোপী মশীং — ১০০০

নম্বম — সারা ব্রিন্দেস প্রিন্টিং ৱার্কস, নাগা মাপাল ইম্ফাল



লাইরিক ফংনবা — ৱাইও বুক হাউস, শামু মখোং, ইম্ফাল
রাইটস বুক ষ্টোর, পাউনা বাজার, ইম্ফাল
রাজ ষ্টোর, পাউনা বাজার, ইমফাল।



মমল — লুপা ১০·০০



---

ষ্টেট কালা একাডেমিনা মতেং পীবীদুনা ফোংজবা !

পংেম, পংছৌ, ঈচে অমসুং ঈয়াম্বা অনৌদা

# অফোঙবগী কলমদগী

সনসম জে: ছী: না ইবা "অকনবা শাফ্গী ইবৈ" হায়না খোনবা স্ক্ৰ্ প্ত্ অসী শক ১৯৭৯গী দিসেম্বর থাদা থেংনজরুই। মবীক চুম্না লীরবা রারী অসী পাক্রবদা ঐগী থম্মোয়দা হায়ফম খণ্ডদবা নুংঙাইবগী ইথক কয়া লাকখি অমসুং লাইরিক ওইনা ফোঙদোকচনিংবগী চাউরবা ইথিল অমা য়েশাল্লকখি। লাইরিক ওইনা ফোঙবগী খুদোংচাবা লৌজগে হায়জরুবদা য়াবিরকখিবা অমসুং নীঙজরুবা অসী মহৈ য়াল্লকপা উজবা অসীনসু য়াম্না থম্মোয় পেনবা নীঙবা থুংবা অমনি।

অইবা অসী হেক্সংলক্লিবা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী লৈচন অমনি হায়বদা থম্মোয়দা চাউথোকচৈ।।

লাইরিক অসী ফোঙনবা হোৎনবদা মণিপুর স্টেত কালা একাদেমীনা শেলগী মতেঙ থরা পীবীরকপা অসীদা শিংবা ঙম্নলোইদবা লমন অমা তোম্বিঞ্জরে হায়না লৌজে। অবোইবদা হায়জনিংবনা লাইরিক অসী অথুবা মতমগী মনুংদা পুথোক্লবা হোৎনবদা প্রভুভনচিংবা কৃপা য়েংশিনবা ঙমজহৌদে। অরান-অহুই কয়া য়াওনবসু ঙাকপীগনি থঞ্জে। খুরৌ চেনবা কয়া লৈহনসু তেল্লবা মতম অসিগী মনুংদা পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা সারাহ রিমেজ প্রিন্টিং প্রেসকী ঈচল-ঈচে ঈচীল-ঈনাওশিংবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

ইম্ফাল
থরান নোংমা পানবা
১৯৮১

শিজ্ঞাম মংলেম
রাংথৈ

# ব্রামাণ্ড য়াঞ্জবা

অইবা অসী রাজনিতিগী হীরম্মদদি "উদগী তাবমুক পণ্ডই," হায়বহৌমক হেক থোকই হায়বা য়াই। অদুবু সাধারনগী মী অমনসু অহৌম মথণ্ডই — করিগুম্বা মতমদা তাইবং মালেমদা শীংলকই অকনবা নোং নুংশিং, মীওইবগী আশাগী পামেল কয়া ফুক্তোকপা ওম্বা অমসুং ফুজীন্নকই অকনবা শাফুগী ইরৈ, পঙ্গাও কয়া নীঙথায়হনবা ওম্বা। নোং-নুংশিং তোরৈ-ইরৈ কয়া অসীনা পোম্নহল্লি মীওঈবা কয়াগী নিংদোল কয়াবু অমমুং চাকথেকহল্লি নীঙবা কায়রবা, পল্লেপফম থঙত্রবা থম্মোয় কয়াবু।

য়েংল্, তাক্লবদগী থঙলকঈ, অনৌবা অকনবা লালহৌ অমগী ঈরীক মচা মচা কয়ানা, ইঙেল থাদা মবূক চোল্লবা অমুবা লৈচিল মপৈ মপৈ অতিয়াদা পৈশিল্লকপগুম, মণিপুরগী মালঙদসু কুণ্ডশীলক্লি।

রিভোল্যুশন হায়ব৷ অসীবু করিনো? ইতিহাসতা থোকখিবা রিভোল্যুশনশিং অসীনা কয়া য়াম্না কাম্নবা তৌখিবা, মাঙ-তাক্রবনা কয়া য়াম্না তৌখিবা হায়বা অদুদি ঐখোয়না মচা থায়না হায়রুবা ওম্বা নত্তে। রাজনিতিগী মীওঈশিংনা হেম্না মুম্না থঙনরবা ওাক্লি। ঐনা নুমিৎ কয়া চয়োল কয়া চুপ্না লাইব্রেরীদা ফমদুনা নৈনজরু-রবসু ঐখোয়গুম্বগী কোক্তা অনৌবা ৱাথল, অনৌবা মীৎয়েং অম-মুক থোকহল্লকপা ওম্বা হৌনদ্রে।

অদুবু ইনিংবগী ৱাথল অমা ফাওরকখি — রাজনিতিগী য়াওন্দা ইতিহাসকা হাইফেৎ মরী লৈনবা মওঙদা — ৱারী লাইরিক অমা, অশাওবা নহারোলশিংগী চরিত্রনা মাঙদা থম।

অমরোমদা অমুক অমুক কিরকই নহারোলশিংনা নত্রগা সর-কারনা করি হায়রক্লদগে হায়না।

অচুম্বমকনি, রারী অসী শক ১৯৭৮ ইংদা বম্না হৌরকখিবা মণিপুরগী অশাউবা নহারোলশিংগী লালহৌ অহৃদা খরা মথৈদি তাংজরগা ইখিবনি। অদুগা শক ১৯৭৯ ইংগী দিছেম্বর থাদা ইবা লোইশিনখি।

অদুবু রারী অসীগী থৌদোক থৌরাংনচিংবদি থাঙ্গেশেংনা থোকখিবা লালহৌ অদুগী মবী-মথোঙনচিংবা কম্না থিজিন্দুনা মান্নবা নত্রগা চাননবা ইখিবা নত্তে। চপ চানরমগনি হায়বসু থাজদে। চুম্নগী শাজিনবা রাখলগী ঈপাক্তা লম্প্রগা ইজখিবনি। কনাগুম্বা অমত্তগী পুন্সি রাবীবু অপান্নবা নত্রগা চাউরাক্লা কলমনা মচু শঙগে হোংনবসু নংচদে।

অহৃগা শেংদোকচনিংবা অমনা রারী অসীনা সরকাববু নত্রগা নহারোলশিংবু লাল্লি চুমই থিন্দুনা তাকনবা হোংনবসু নংচদে।

অরোঙ্গৈবদা লাইরিক অসী ফোঙদোকপিরিবা ঐগী মরূপ শ্রীসিঙ্গাম মংলেম, স্তেট কলা একাদেমী, সাবাহ রীমেজ প্রেস অমসুং রাবিখিবা পন্নমকপু থাগৎচরি।

ইম্ফাল

আগস্ত ১০, ১৯৮১ — নন্দসম ঞ্ছে: ছী:

## অমা

মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টরগী বঙ্গলোনি। অয়ুক্কি, মী তিন্দ্রে। ফনা-ফজনা চৌক্লি। হুংদাংদদি ফন থেঙলবফাওবা ঈরাঙ লাঙই। পুল্লম্বা মীয়াম চংনথ্রবফাওবদা ময়াম্না চাহৈখাইরম্বগী পোং-চৈ চৌকি-হুংগি লোইশিন-থমজীনবদা।

অয়ুক ঙস্তা অসীদদি মী লাক্লিব্রিবনিনা ঙন রাইমুক চৌক্লি। অঙাঙহলনা মহৌশাগুম শগোল তোংহনা অয়ুক্কী হকচাঙ শাজেল ভোৌবা থোক্কদবগী শেম-শারি। খোঙগ্রাও অঙৌবহু উপশীল্লমই। অঙৌবা ফি খোঙউপ তোংশিল্লমই। মরক মরক্তা হুমিদাংল্লাই-রমদা বেদমিস্তন শান্নবদা লৈংপা থূদাঙ ককপী অঙৌবা কী-বোঙগী মোজা ফুরীৎতুস্থু লৈংশীল্লমই।

নৈবাক্কী থাইদগী চাউবা ফম পায়হনস্থু অঙাঙহলনা অয়ুক য়াহৌদ্রিঙৈদা বেড-তি অমুক্তা ঙাইবা তৌরক্লি। মীনায়-মীশেন হৌগল্লিঙৈদা য়াহৌবা নংতিগী মানা ঈহান হাল্লি।

মহাক্কী তালোগ্ন নৈমতোম্বীদি হৌজিকফাওবা উইরোল উইরোল তৌরি। তুম্বোই তুমদবোই, মপুরোইবনা ফি-রোল শেৎচীন খোৎচীনবহু অমুক তাবগুম তৌ, অমুক তুমথবগুম তৌ, তুমশীৎ মপুঙ ফানবা কম্না হোৎনবগুম তৌরি।

অঙাঙহলনা মফি শেৎনা শেৎনা লৈমতোম্বীরোমদা হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েংলুরি। চহী নীফু কেঙ্গৎলক্লবস্থ য়েংবা হুংঙাইরি। কুচু পানবনিনা অমুবা মশম্না চাইখাইবগী মরক্তা উরিবা ঙকশম মপাগী অঙোবা উনশা অমস্থং কোমগোম্না শেৎলিবা ফনেক-ফীবানগী মখাদা থিম্দোরক্লিবা মওঙ ফজবা খুবোমগী কুচুদ্ য়েংবদা ফজরি।

মথন্তা খঞ্জরমই, "ঐগী লৈমতোম্বীসী ঐগীদমক্তা ফনা রাজরক্লবীনিকো। মামক লৈরমদ্রবদি ঐনা লৈবাক্পী মপূ ওইবসী ওইথোক্লমলোইদবনিকো……।

"মমাঙৈগী নিংথৌ-লৈমগী মতম ওইরবদি মহারাণিগী ফিজেৎ-লৈতেং কয়া শেৎচরবদি লৈবাক্পী মহারাণিসী মশক্লে মতৌনে ফজৈ হায়না থাগৎনবদা লোইখম নাইরোইদবনিকো……।"

তৌবদি হৌজিক্তি নকশীন্না য়েংলুরবদি মীৎপান, খজাই নাকচাকাদি উনশাদূ অথুইবা খরা খরা লাকপা মহৌরক্লে। অদূবু নোংঙাল্লকপগী কা হেন্না ময়েক শেংদনা উরিবা শক্তম অদূদি য়াম্না ফজরি নহা মাল্লি।

অমুক খল্লক্লি, "বঙ্গলো অসীদা লৈঙৈগী ঈবানীস্থ ঈশা-ঈশাগী রারী-রাতায় শানবা মীৎকুপ অমত্তস্থ ফংখিদ্রে। তুয়মদাইদা ঙাইহাক মানা হৌদোকচরকপা রারীস্থ মপুঙ ফাদ্রীঙৈদা ঐনা তুমথবনা মহাল্লি—।

"অঙাঙ অছমগী রাফম থৌরাংসীস্থ ঐ য়াওরুবা শুকঙম ঙমদ্রবনিদো। হোয়, লৈমতোম্বীস্থ বী, এ, লোইত্নুনা এল: এল: বি: তস্থা থরা হৌক্লরবনি, মানা শীল্লিবসদা অহুম ফরমগনি খন্দোকপা

তাবনি। করম্বু তৌরমগদৌনো অঙাঙশিংহৃবো? লৈমতোম্বীনা নোংমা, 'অঙাঙশিংগী চিঠিশিংসিস্থু থরা-থরা মপাবিয়ু' হায়না পুথোরকপদূস্থু রাখল অরুবা অমা খল্লিঙৈ তাঙ্গা ওইরুদনা শাউনিংহ্নুনা চৈরুবদগী নোংমতস্থু মচাশিংগী রা ঐগী নাকোংসিদা তম্লকখিদ্রে……।

"থায়নগী নিংথৌশিংদূবু ঐনা হৌজিক চিল্লিবা অস্থুম্না চিল্লিগদ্রা? লৈবাক্কী মপূনে'না হৌজিক ঐনা ওইরি'সীগী মহূত্তা থায়নগী নিংথৌ ওইনা পাঞ্জরম্লবদি হৌজিক নুংঙাইরি'সীগী শরুক চামা চামা হেন্না নুংঙাইরমগদবনিকো। মতম মতমগী হায়বহ্নুনি। ফন ফত্তবস্থু লৈবাক্কী মপূ হায়ব। অদুদি ওইরিদনা। লৈমতোম্বী লৌরমত্রবদি, ঐনা রাজনিতিদা ফন থরায় য়াওদূনস্থু খোঙবান চেনবা নত্রগা মরা লৌবিদ্রবা এম: এল: এ: অমা ওইবদগী হেল্লম্লোইদবনি।"

খন্না খন্না মাগী তালোয়না অরা-অনা ঙাইহাক কাউথোক্তুনা তূমথুন হুল্লিবহ্ন য়েংলমই। মথন্তা মোমোন তৌজরমই। তূম্ফম কাদগী থোক্লক্তুনা য়ূমগী মমাঙগী থোঙজাও তম্না ফক্লাঙ অনিগী মরক্তূদা তপ্না তপ্না থোক্লক্লম্লই।

কার্পেত মথক্তুদা ফি খোঙউপ উপ্পগী খোঙথাঙ মখোলদু করিমত্তা হৌদে। সিজ্জিং হোলগী খজিক্তুং হাংদোক্লিবা খোঙ-জাওহৃদা ২ঙক লৌৎশীন্দুনা য়েংলমই। ঙরাঙ হুংদাং মীয়াম ফম্লম্বগী চাইথাই-খোৎকাযবদু ঈরোঈ লোইশিল্লমদ্রি। ছিদ্ৰি

চ'ন্দেলিয়র, ট্যুব লাইটশিং অমসুং ফক্লাওগী দিম লাইটশিংসু অমত্তা মুৎথৎলমদ্রি।

মাগী অশোঙবা পীশূমদু শূক্তোক্তুনা খল্লমই, "অঙাঙশিংসী হন্দক-মরক মথৌ অমত্তা নীঙথীনা পাঙথোক্লে। য়াম্না কোম-থোরক্লে। অহানবগী চহীদুমদি অচৌৎ-অকোম অমত্তা লৈরমদবনি। চহী অনীমুকসীদি মক্কম-মরাঙ জ্ঞান তাদ্রে। হুরেল বাহাদুরদা হায়গে খনবসী থবক চিনখিবদগী অদুম কাউথ্রগদবনি........

"মাগী চন্দ্রকান্ত হায়বা অঙাঙদু লৈরিবৈদদি হাঈনবা শূকনায় নাইরমদবনি। মশক্লে, মতৌনে, লমচৎ ব্যাবাহারনে—মচীন মখান সুংশিরিবা—নোকমি নোকমিদ হেক তৌরদনা—ঙাঙ-থোক শক্তোরকপদা হেক রাশি লৈরদনা........। লাইরিকসু বীঃ এসঃ ছীঃ ফাওবদি মতমজথ্রবনি। অদুক পীক্লিবৈদগী লৈমিন্নরকপদুনা করি পেন্দবা লৈরদুনা—হোয়-মাই শূকহায় হান্নরমদনা কদাঈদবু চৎথ্রবা। মানা দিল্লিদা এমঃ এসঃ ছীঃ তমজগে, আইঃ এঃ এসঃ ত্রাই তৌজগে হায়জরম্বদু ঐখোয়না চহী অমা-অনিদং ঙাইখো হায়বদুদা মথাই সুংঙাইখিদবা ওইরম্বা তাই।

"শোগৎপিরবদি মী ওইগদবা অঙাঙনিসে। পীক্লিবৈদগী ইবোহলবুদি মানা হেন্দুনতা লাকপনি। ইবোহলবু প্রাইভেত ট্যুতর ও করি ও লাওদুনা হোৎনবদু চন্দ্রকান্তদগী হেনবা সুকঙম ওমখিথ্রবনি।

"ইবোহল হায়বা অঙাঙসীমসু পীক্লিবৈদদি ফনা করম্বনি। এমঃ বিঃ এসঃ তম্লিবনি হায়দুনা চহী তরুক ফাজীনদ্রে, হৌজিকপু

মখোয়গী থর্ড ড্রাইমেস্তর হায়ব্রা সিমেস্তর হায়ব্রা অদুত মচায়রি হায়। মানা চন্দ্রকান্তগুম্বা করম্বদি মপা ঐ কনা য়াম্বা মচাগী চাউথোকচবা হায়'দু ওইরমগদবনি। অদুবু চন্দ্রকান্ত হায়'হুবু মখোয়গী করি' অয়ে 'কংলৈপাক্কী রিভোল্যুশনরি ওর্গেনাইজেশন' হায়ব্রা করিনো........অদুদা য়াওব্রে হায়সীবু চুম্জাংলনে?"

কাজাউ অদুদা চঙহনা চান্দেলিয়র, ট্যুব লাইত, দিম লাইত পুম্নমক মশানা অমমম ওইনা মুৎথৎলমই।

থোক্লকুনা মপানগী রেইটীং লোঞ্জ অদু অমুক য়েংলকই। লীগী চৌকিশিংদু ঈচায় চাইবা উরমই। ক্যুশন থরস্থু লৈবাক্তা ঈচায়-চাইথাইরি। মশানা অতুম লোইশিল্লমসিরা থল্লকই। অদুবু কাম্নদ্রে থল্লক্লে।

"হুরেন্দ্র বাহাদুরদা অকনবা ৱা থরা শীজীন্নদবা য়াক্রে, কাউবা য়াদে" মথন্তা অমুক নীওশীওজরমই।

অমুক থল্লকই, "ঐস্সু হন্দক মরক্তি অসীগুম্বসী য়েংশিনবা শূকওম হেক ওমখিক্রে। ছাত্রশিংগী স্ট্রাইক হায়বনে, ওঝাশিংগী স্ট্রাইক হায়বনে—ডাক্টরগী, ইঞ্জিনিয়রগী, ড্রাইভরগী....থানা, পুলিস ওফিসরফাওবা য়াওনা স্ট্রাইক তৌশিল্লক্লবা......।

"তৌববুদি ঐথোয়স্পু ছাত্র ওইরিঙৈদা ওঝা ওইরবফাওবদা রাজনিতি য়াওদুনা স্ট্রাইক কয়া য়াওরক্লবনি।......মাগী মাহাত্মা গান্ধি হায়বা খুদৈ শেৎপা। ওবোং ইনবা খুরাহুনা অহিংসা অন্দলনকা হায়জীন্দনা হৌদোক্লম্বদগী হৌজিক্তি গান্ধি মচা ওঝোক্লা য়াম্না থোক্লক্লে। কৎখিদ্রবা ভাইরস অমা পুথোক্লমহুনা শন্দোক্ল

লাঈনা অমনা শন্দোক্লক্লে। পোলিতিকেল ইপিদেমিক হায়বদু থোক্লবনিসে! তোপিক অসিদা ব্রোদকাস্ত অমত্তংবু তৌসিরা?

"তাইবং মীগী চান থক্লবা চেং হল্লাই, থুম-থাউ হায়বসীসু অওকপা পোৎচও অমনি। ওাইখোনে পোৎ চৈ তাওবা হায়বসীবু করম্বা সোলভ তৌগদৌরিবা? 'চেম্বর ওফ কমর্স' হায়বসীনা মখোয়না তৌনিংবত তৌগ্রবনি। পৈশাদি পেক-পেক্কুনা খোমজীনগ্রে— অদুগা ঐখোয়গী শক্লকসু অমুক মথুংলক্লিবা। রাখলদি ফনা চুম্না থঞ্জরবসুচীন-খুৎ খোও মখোয়না লোইনা পুনাশনগ্রে।

"হৈগ্রেদা মখোয়' ময়াং হায়বা জাৎশিংসে! মখোয়না থেম্বদা মৈতৈ, হাও, পাঙল অমত্তা ভেদবা য়াওদে। অদুগা ঐখোয়' মৈতৈশিংনা মরোল অমা পওলিবা। ঐখোয়সু ময়াওগুম্না মী থেম্বা হৈরম্লবদবু মণিপুরগী ললোল-ঈতিক ঐখোয় মৈতৈ-শিংগী মথুত্তা লোইনা লৈরমগদবনি।

"ঐসু নহা ওইরিঙৈ খুর্জি পায়ম্রিঙৈদদি ফনা ঈ কাগলম্বনি। 'য়ং তর্ক' হায়বা মিংথোল অমা লৈজরম্বনি। অত্থবু থৌনা পুম্বা মাওগ্রে। এম: এল: এ:, মন্ত্রি ফানবা হোৎনবদা। ওন্থোকপা জুব্বারনি রাজনিতি হায়রিবা নও অসিসু। হিংলগা লোইরে। মবা চৎপা ইঞ্জিনিয়র, পুলিস ওফিসর, এম: ছী: এস: ওফিসর-শিংগী ত্রান্সফর প্রোমোশন্দা মওক কনবা সেক্রেতরি, মন্ত্রি মকোক মমৈ ওন্নবমখৈ ওম্নাক ওনশীল।

"অত্থবু অসী তৌত্রবসু ঐ চিফ মিনিষ্টর ওইবা য়ারোইদৌরি। রাজনিতিগী সুইছাইড হায়বত্থু ওইগদৌরি। হে ঈশ্বার! অন্নাবনি কলিগী নিংথৌ ওইবা!"

মমাংগী খোঙজাও হাংদোকই। রাখল ঈরাক্লরকই "এ! করিনো ঙসৌদি কুইনা নীঙশীঙলুত্রবা ঈশ্বর নীঙশীঙলকইবসীনা? ঈশ্বরগী থুমা ভানথিবনবু অঙ্গঙবা ফঙবা হায়বদু ওই'দৌরিমাগ্নে...।

"করিনো ঐনা তৌ'দৌবা? ঐনা তৌগে থল্লম্বা অমত্তসু পাঙথোকপা ঙমদ্রি। ঐনা লৈবাক্কী মপূনি হায়বতুনা করিবু তৌব্রবগেনে—মফৈদা ফুজীল্লকপা কান্নদবা থবক্তা থল্লায় লূপ্লি। মুংঙাইকম লৈপোৎনত্তে মীওঈ' পুন্সিদা। হৌজিক হৌজিক্কী ফীভমসীদা পেম্বোকপা নত্তনা।

"লৈমতোম্বীনা মুমতাজ, ঐনা সাহজহ ন্নি হায়র'ম্মু, সাহিত্য সঙ্গিত হায়বদু'দ ঐগা ওথোক্লা পল্লথিত্রপোৎনিদো। আমেরিকাগী প্রেসিদেন্টনি হায়রবস্ম কোক চীক্কদবা লৈরে, রুসিয়াগী প্রেমিয়রনি হায়রম্মু শিঙ্কম নাফম থঙদনা মরোঈশিল্লি, গ্রীছকী ওনাসিসনি হায়রম্মু দাইবেতিস, ব্লদ প্রেসরনা চাফম-থকফম থঙদনা হাংকদবা লৈরে। কীমালয়গী মুনিনি হায়রম্মু অঙ্গঙবা উন মরক্তুদা ফৈজোম থোক্লগা গঙ্গা চিংতুনা লৈবা—ইস! ঐনা হৈনবা নত্তে। করিনো পৃথিবিদা ঐগী অপাম্বা ঈফম্মু লৈশিল্লক্কেন্রা! শিবতনা আত্মা শান্তি হায়বতু অচুম্বজাৎ ওইরে। অদুবু শিবমক্তি শিনিংদ্রি।"

চুরি মথঙ মথঙ কুমথরকই। কম্প উগুগী কাচিন্দা হৌরিবা শিঙ্গারৈ উরকই। অমুক অঙনবতুদা লীক্লানা লংথংলবা নাপীগী লম্পাকথক্তুদা শিঙ্গারৈনা পাক্লা ঈচাঈ চাইরি। লৈনাগী অঙৌবনা মপুঙ ওইবা মরক্তুদা লৈ:থাক্কী ঙাংতক ঙাংতক তৌবা মচুনা হৎপা অদু ওন্থোক্লা ফজে। অয়ুক্কী অঙ্গঙবা অথে

মালওনা তুখোঙ ঙৈনা তপ্না তপ্না লিরি-লিরি শিৎলকই। মবুক্কীঙ ঙুংশিরকই।

মীৎয়েঙদু ইংখোলগী অকোয়বদা মথঙ মথঙ থমকই। লফুরিৎকী কৈদোম হান্না উরকই।

অঙাঙবগী কৈদোম, নাপুগী কৈদোম, মরাং-মরাংবগী কৈদোম মখল শুই। অপাকপা অশংবা মনাশিংগী মরক্তা রাংনা রা'না খিনগৎলক্লিবা লৈনাশিংদু য়েংবদা পুক্নীঙ হুরমই।

নাকল অমদা হাওরৈনা পীকথন্না শাংলি, নাকল অমদনা পেত্রুক লৈগী কৈদোম। অতোপ্পা নাকল অমদা অমুক জাতিকুপ্পী, কবোকলৈ, মালিকান চিংবা মনম ঙুংশিবা লৈশিংগী কৈদোম।

নাকল খরদনা মপান্দগী পুশিল্লকপা বর্ড ওফ পেরেদাইজগী পাম্বীশিংনা লৈশাং তম্লি। দাহলিয়া, ক্রিসান্থেমম হায়ড্রেনদিয়া কেমেলিয়া, জিরানিয়ম, স্নেপ ড্রেগোন, কেলেন্দ্যুলানাচংবগী কৈদোম কৈদোম লৈপ্রি।

অয়ুক্কী মলয়া নামীবা অদু হৈনম-লৈনম্না থম্লমই। হৈনম-লৈনম মরক্তুদা সনারৈগী মনম খঙহৌদনা ফাওরক্লমই। ঈনক-নক্না থেংনরকই কৈদোম অমদা ফুগায়না শাৎলবা অথোনবা শনারৈনা ঙুংশিৎকী ঈপোমদা হাইন-হুম্না জগোয় শাজবা।

খঙলৌদনা পাইথোকখি নীঙশীঙবগী রাখলনা। পুক্নীঙদগী— অদুদৈগী অঙাঙ ওইরিদৈগী দুর্গা পুজা, দিপানিতা, মেরা থাগী সনারৈ।

মথঙদা সনারৈ কৈদোমগী মনাক্তা হৌরিবা বোতল ব্রশকী মথক্তা চীঙ লেম্না চরোং চরোং শাৎলিবা কাক্লৈ উরকই।

খোঞ্জেল অমা ভারকই। খঙহৌদনা ঈনক নক্স', "তামো, ঐদি লৈশিংগী মনূংদা কাক্লৈনা খাইদগী হেন্না পামজৈ। ঐঙোন্দদি য়াম্না ফজে, ঐনা য়াম্না খোয়দাজবা লৈনি।"

নীঙশীঙলকই মপোল সুংশিবী, নোকমি নোকমি তৌগনবি থম্বাল অঙাঙবী মানবী পুর্ণিমাসী। অঙাঙহলগীদি ঈহান হানবা সুংশি মীতমক্কম ওইখিবী।

লৈকায় অমতগী মচানি। মখোয়দগী য়ুম্লোন মঙা তরাক চখরগা লৈরম্বনি। মখোয়নীগী সুংশি মমুন ফাররুব কান্দুদনি। ঈমূঙ মনূং লৈকায়গী মী মকৈস্থু খঙনররুবা মতমমুদনি। সুমিৎ নীনীগী পংথৈদা অকনবা, খঙহৌদবা লাইহৌ অমা পুর্ণিমাসীবু ফমূংদা কূপহনখি। চোইরোল পারোলতমক লোনখি অমস্থং ঈনখংলক-পগী ফজবদা ফময়ৌবী পুর্ণিমাসী মী পুন্নমকপু ঈঙক ঙকহল্লয়গা সংসার থাদোকখি।

অঙাঙহলগী মমীত্তা ঈরা চেল্লকই। শোরাংকী সুমিত্তু নীঙশীঙলকই। লৈ কংনবা মতমদা মানা মশানা পুক্তরকপা কাক্লে চারাং অমা কংলুবদো। অরাঙফম ফম্বা অহল অমনা, "ঈহে! ঈহে! লাইদা কল্লিবা লৈত্নুদি কংপা হৌনদেনে ঈবুঙঙো। কাক্লৈদি লাইদস্থু কংনদে," কল্লপ্না হায়রক্লমই।

মপী চেংনা চোংনা ঈকাঈবা নংখি। তাঞ্জাতুমক্তদা পুর্ণিমাসীগী নহা ওইরিবী মমানা মমায়-মমীৎ ঈপে.ম.পোম্না কপ্না কপ্না থৌগং-পীরকখি, "ঈচানা কংপবু কংচসনু, পূকচেল শেংলগা লোইরে।"

অসি হায়রম্লগা থিংবা ওমদনা মমানা পুনিমাসীবু কৌ-কৌহনা ও খোংনা কপথরকথি।

ব্রাহ্মন অমনপু "য়াই, য়াই, কৎলু ঈবুঙো, করিমু কায়দে" হায়বীরকথি।

নীঙশীঙবগী মশেল-মরাঙ মরক্তা অমুক উরকই, চৌনবান ঙাঙবী, তনৌ-তনৌবী পুনিমাসীনা মথক্তাই ময়াদা কাংক্লে চংরাং অমা থুবাম্লা কোম্লপা কোম্লহনা কাক্লে চরোংবু খোয়দাক্তা হায়থিবদো।

নীঙশীঙবগী ঈপাক্তা তাউরিঙৈদা তারকই খওহৌদনা মাগী এলসিসিয়ান হূঈজাওনা মপূ উবদা হরাওনা খোংজরকপদো।

তম্না অমুক হল্লকই মাগী ব্রাখল হৌজিক হৌজিকী তাইবদা। ব্রাখলদি লেপ্লা লৈতে। অমুক খল্লকই, "কম্পাউন্দ, লৈকোলকাওবদি ফনা ফজরে। ঐখোয়গী বাজিদু হৌজিকফাওবা হিংজরম্লবদি য়াম্লা নুংঙাইরমগদবনি।"

লাইরিক খজিক্তং হৈহৌবা মপানা নহা ওইরিঙৈদা মতম অতুগী বরসাহেবকী লৈকোল শূবা ময়াম পাম্লদুনা কম্পাউন্দ অতু শেমখিবনি। অদুগুম্বা মপা অদুনা ওইহম্লাংখি অঙাঙহলবু স্কোতলেন্দদগী লাকপা বরসাহেব মেকদোনাল্ডগুম লৈবাক ঙাকপদা হৈশিংবা, ফিজেৎ লাকচেত্তা লু-হেনবা।

অঙাঙহলনা মথুক্লীঙদা ঙসী চাউখোকচরি, "য়েংঙু বাজি, বাজিনা মতম অমদা আশা তৌরম্বা মঙদো মঙফাওনহনবা ঙমজরে নচানা।"

খুদাঙদা শিরিবা ওয়েগাগী ইলেক্ট্রোনিক ঘড়ী য়েংলমই। পুঙ মঙা মি'নট অহুম চোংথোক্লকই। পম্বা তোদনা সেক্যুরিটি কাটরলোমদা চঙশীল্লমই।

*“বিরেন, বিরেন” কৌরমই।*

বিরেন মমীৎ-মনা শুক্কোক্তুনা, তুমশীং ঈকা কাদবগুম থেক্লকই। ভরাঙাদ সেকমাইগী অশেংবা কালে খরা মমাংবা খরনা পুরকপদগী থরায় তানা থকচিল্লুবতুনা মকোক চীক চীক লাউরমই, মমায় ঈরুম-লুম্লমই, মমীৎ ঈঙাঙ-ঙাঙলমই।

“লাকচরে সার” হায়রগা খুম্লকপা পাউখুমদু ঈফুন-ফুনবা লোক থুংবগী খোঙ্গেলনি। মাগী মহৌশাগী জিনগী জেকেত্তু মথুং য়েংনা কুদাম পাল্ল-পাল্লহনা মথুং ওয়নানা পোইস্ত কোর কাইভকী রিভোলভর অদু তুং ওইরপ্পা জেকেতকী মথা, জিন খোঙগ্রাউগী মনুংদা য়েপশীন-য়েপশীন থোক্লক্লমই।

খুং ওয়নাদা হৈনবা মথুং চুম্বা বিরেনি। মশা-মউ কবা, খীঙ খীঙ লাউবা, শরী শরা কবা পাইরক্কী অথু-অরাক্তা হৈ-শিংবা খল্লগা বিরেনবু ছী: এম: গী গনমেন খনখিবনি।

মাগী রেকোর্দ য়াম্না ফজৈ। ছী: এম: গা লোয়নঙৈদগীসু জুগোৎ-চাদবা তাঞ্জা কয়াদগী বিরেন্না ঈরায়-লায়না ছী: এম: বু ঙাক শেনখিবা য়াওগ্রবনি।

নোংমা সুংদাং অমসু থুরথুল লম্বীদা গুন্দা শাবা নহারোল থরনা, ছী: এম:গী কারনি হায়বা খঙদনা লম্বী ময়ায়দা হাইরং হাইরং লেপতুনা গাড়ী থাম্লমই। হোন খোংলবসু চথোক্লমদে।

ময়াম মরক্তগী অমনা, "মীনা গাড়ী খায়খা হায়র'মক্তদা "সুম হোরোম খোংব শারি। মিংশেলসী থুগাইগে য়েংক্কো" হায়না লাউরম্লগা থুবাম থনবা নুং অমা লৌথক্লা রিক্স শিলদা লংশিল্লকে তৌরমই। ফনা খুৎলৈ থুই। রেস্তর্ন মুন্নাগী মোংমৈ ভ্রো তৌবা হানবা তাম্লবদা পুথোকপা য়াবা বিরেরি। ড্রাইভরগী ওয়দা ফম্লিবা মানা মথুং ওয়নানা রিক্সোলভর শস্তোকখিবা নাকন্দা মথুং খিদ্দোক্লা কাপখিবদু মীংকুপ অমগী মনুংদা পুম্লক পাঙথোকখি।

অমম্বদুদা নোংমৈ কাপ্লগী লংকাপ্লনা মীং লংখংপা মৈহাপ অদুদা ড্রাইভরগা ছীঃ এমঃ গদি করিমক্তা জ্ঞান তাংখৈ। মাঙদা লেপ্লিবা নুঙ পায়রম্বা নূপাদুগী মথুক্তু ঈতনা পুওহাও তাঙলমই।

"অস! অয়ো," হায়রগা লংগে তৌরম্বা নুং অদু লংখা নংখিদে, লৈবাক্তা তাখি।

লোংমৈ কাপ্লগী মখোল তাবদগীদি গুন্দা শারম্বা নূপাশিংদু নাকন নাকনগী ঢুকান মরকশিংদুদা অমম্বনা য়েংশীনখিবগুম থুনা থুনা মাঙখিরমই।

অশোকপা নূপাদুদি চৈনাখোম্লে, করিনে ওকচানহুনা অশোকপা য়েংকী মথুক্তু অতোপ্পা ওয়নাগী মথুক্লা কম্না পায়শাক্লদুনা মক্ত্রাংদা লোনশীল্লমই। মকোক কোম্বহুনা ভুয়োই—ভায়োই লেপ্লমই।

বিরেম্না কারদগী কুমথরমই। অশোকপা নূপাদুগী মথুক্ত ভাপ পায়দুনা রুমালনা কম্না পুনশিল্লমই। য়েং থংবা শেগাদা মথুং য়েংনা নূপাহু য়েপ্লগা মথুং ওয়নাগী থুদোম্বানা রিক্সোলভরগী

ত্রিগরগ থাদোক্নবমথৈ একশনগী রেদীদা ওয়-য়েৎ-মাঙ তুং য়েংনা য়েংনা কারগী ফ্রন্ট-শিট্টা লাকখি।

ত্রাইভরদা হ'য়রমই, "বঙলোদা থুনা থোরো"

অঙাঙহলনা "বিরেন, অশোকপন্থু হান্না হোস্পিতালদা পুবনা হেন্না ফরোইদ্রনে ?" হংলমই।

"য়াদি সার, বঙলোদা সার কান্না পোংথাবিহৌরো, অশোক-পসীনা কোন্না অমুক কেন্নুবেলটাদা থিজরগে,"।

বিরেনগী অসিগুম্বা মীকী লাইকি য়াওনবা, অরুবা ভানকম কয়া ঈরাই লাহথোকহনবসীনা বিরেন য়াওপ্রবদা অঙাঙহলনা নাচুংবা কয়া পোক্তে।

বিরেনগী মমাং ইশু-থুঈ, য়াম্না পঙবা মাল্লী। অদুবু য়াম্না শিংই। মশম ঈত্তেন-তেন্ন। মমায়দা পুক্নীঙগী রাখলগী মমিট ঈত্তা তাদে। অদুবু মগী ফাভম-মূর্ত্তি, চুঙ-কীবাল য়েংবদা পোন্নি। মানা শাগোল লৈবা চংখিবদু হেংহৌবা অঙাঙহলগী পুক্নীঙ পেঙ্গে, মথন্তা মোমেন তোজরমই।

অঙাঙহলনা ঘড়ী অমুক য়েংলমই। পূঙ মঙাগা মিনি তরেৎ চপচানা তাবে, বিরেন্না মহৌশাগুম মঙ্গেবী শাগোলদু তোংলমই, অত্তৌবীদুগী চুপ্পীদুনা মথুৎ ওয়নানা চিংলকই। ছীঃ এনঃ গী মনাক নকশাল্লরুবদা বিরেন অমুক কুমথরমই। ছীঃ এনঃ না শগোল অত্তৌবীদুদা তোংথংলমই, বিরেনসু অমুক তোংথং-লমই। অরাংগী গেৎলোমদা থেকখিবা পীক্তক তৌবা অনানবা লম্বীদুদা বিরেন্না তুং ওইরপা মপু-মনাই শগোল তপ্না-তপ্না থোদোকমিন্নখিরমই।

ললথুম পাম্বা, নূপী, নিশাগী অমস্তুং মশা-মশাগী অচাউরম কানবগী বাখলদা লুপ্পা ওাক্তনি। মখোয়দুগা থবায়-হকচাঙ-মপুন্সি কং-থোক্লগে হায়না চোংথোরক্লবা মণিপুরগী নহারোলশিং অসীগদি য়াম্না খেৈন হায়বসী মানা স্তুকথনমক-থম্বিদে। ফাজীনখিবা নহারোল থরদা মা মশামক য়াওনা অকনবা অত্যচার তৌখি হায়বসী মানদি ভূমীয়া ভোরিবনি হায়না থজরম্বম্ন য়াই। মণিপুরগী মী পুম্নমক্নদি মাগী কা-হেনবা থৌনা অসী লোইনা ভানরকখি অমস্তুং য়ায়ীনখি।

মানা ফাদোক নহা অমদা শীজীনখিবা য়াহৈ, "নখোয়গুম্বা হৌদোঙ মচা অনী—অহুম ফ,বদি ঐগী থুদোম্বীনা কাবিগে। নখোয়দগী শরূক চাযা হেনবা, শাথিরবা চম্বলগী কৈজাও কয়া ফারক্লবনি থঙচু" হায়বনচিংবা কয়া অসি ভানরক্লবদা মৈতৈ ভইবগী ঈনা শিংলিদা চেল্লিবা মনিপুরগী প্রজাশিংদা থম্মোয় শোক্লখি।

অহানবদদি মণিপুর রাইফলস গ্রাউন্দদা অয়ুক ঙস্তা-ঙস্তাদা মথস্ত শশোল কয়া কয়া থৌহনা শাগ্নরমই।

চিফ মিনিষ্টর অঙাঙহলস্থ বঙলোগী কম্পাউণ্ড মনু্দা অয়ুক ঙজাদা হৌগতুনা য়কিং হেক হেক চৎলি হায়বসী কেদম সিংম্ন ভারকখি। মসীদা মানা তাজা লোহুনা অয়ুক থুদাংগী শোরোক লমজাওদা শগোল থৌহুনা হকচাঙ শাজেল ভৌসি হায়না ছাঃ এমংদা হোদোকখিবনি।

কেদরসিংগী মশাপূম্বা অশাংবা মতুনা পীক থম্না হৌই। নাত্তোন মমাঙদসু চহী কয়া চঙনা শেম শারক্লবা কার্তিক্কী মানবা কোইনা লৈত্তেংই। মাগী কোই অসী ফজ্জৈ হায়বা অতাক্লবা ওইনা মত্তাই মত্তাই অদু থূবীগা খূদোম্বীগনা লৈথং-লৈথক্তুনা শায়বনা মাগী হৈনজবানি। খূদাঙ ককপী স্পোর্ত্‌স শর্ত অদূদগী লৌংথোরকপা মাগী খূবাঙ অনী অদূদা হৌরিবা তুয়াম অদূ ফনা নীঙথীনা শোক্তই। মদূ য়েংলূরগা বিরেন্না মমাঙ্গৈদা মানা কোলেজগী একস্কর্শ্‌ন চৎলূবদা গোঙ্গাটীদা জূদা উথিবা চিম্পাঙ্গি অচৌবদূ নীঙশীলকই। অদূমকপু কেদরসিংগী মনাত্তোন্দি চিম্পাঙ্গিগী পাকশীনবা কুদাম মানবা মনাত্তোনগুম্না তৌদে। ত্তেনরাগী মচীনগুম তুমথোকই।

ফন-ফক্রবণ্ম আই জিঃ পিঃনিকো থল্লুবদা বিরেন্না ঙসীণু সেলুত অহুম তৌরমই। কেদরসিংদি মীৎকূপ অদূদা মকোঈ উন্না-উন্না লৈশীন্দূনা শান্নবা তাঞ্জাদূ থোক্লমই। সেলুত ওক্লবা মথূৎ থংহাই-হাইগৎলকপদা মকোঈদূ থজিক্তং থংচি চিংখিবগুম তৌখি। চীঙ-লেম্বা কায়খিগনি থল্লুবদা কেদরসিংনা চৈনাখোলদূ ফুমজিনখি। অদুবু মানা নোক্তি নোক্লীঙদনা, মচীনবাস্তুমক চিংথোকখিবা, মমীৎ য়াওদনা নোকখিবা অদু বিরেন্দি ময়েক শেংনা উহৌরে। নোক্লীঙবনা থাঙবা ঙমত্রহুনা বিরেন্না মমায় নাকন্দা লৈথোক্তুনা নোকখি। নোক্লীঙবা থাঙবদা বিরেনগী থূপ্রবা মমীৎ অনীনা লাওথোকপদু য়ান্নবদা সেপ্টিমিতর তথ্বাই অমদগী হেন্নিংঙাই লৈখিদমান্নে।

আই: জি: পি: না পুরকপা মাগী গনমেন নেপালি নূপা অদুনা শোরোক্কা শগোল মথক্তা ঙাইরম্মি। চিক মিসিট্টরগা আই: জি: পি: গা ৱারী শানা শানা মমাঙ ওইরম্মা খৌগৎখিরমই। খিরেমগা নেপালি অহূগনা ভুং ওইরম্মা কুৎ কুনলোম মনীঙ হল্লগা ভমপনা ইম্নখিরমই। কংলা পার্কলোম্দা থোখি।

---

# অনৌ

ছাঃ এমঃ গী বঙ্গলো অশীঙ চূপ্পা তূমথুন হন্নবদগী মখোল খোকপা হৌরক্রে। চাকশঙগী চিম্নি মথক্তা মৈথু কাবা হৌরক্রে। বাহাতুরনা অয়ুক্তী চা লোনখৎলক্রে। ছাঃ এমঃ না মোর্নিং হোর্স রাইদ হন্নক্লগা মহৌশানা ঈশীঙ অশাবনা ঈরক্লৈ। অদুগা কোফি অশাবা অমগা, পোচ্ দ্ এগ্ অনীগা, হৈ থরগা ব্রেক ফাষ্ট তৌই। বাহাতুরনা পেন্ধ-শাবা হোগৎলক্রে।

৩ বাহাতুরনা রাই শীংপা, থানিলমচানা চখোক-চৎশীন তৌবগী খোঙনচিংবা গম থিংজিনবগী, সিক্ক-তোই লেতনচিংবা শেংদোকপগী ঈশীঙগী মখোল অমম্বুং বাতিন্নচিংবা কোন্নোকী খেঙ থাঙ লাউবগী মখোলশিংদু উইরোল উইরোল তৌরিবী লৈমতেংবগী নাকোং য়ৌরক্লে।

তপ্পা তপ্পা মমীং পাঙথোক্লকই। কা অতু মম্নি মম্নি তৌরম্নি।

নোংমা মানা অঙাঙহনদা অমুক অঙনবগী রাকিং খোক্লম-দাইদা ইলেক্ট্রিক্কী মৈঙাম্মু অচুম থান্দুনা থম্বিরমগনু, অমুক মুথৎপিরম্মু হায়জখিবনি নুংগৈতুনু মৈ মুথৎলম্নি। অদুবু খোঙনাউগী ব্রাইন্দ নাকন্দা থজিন্তং কান্নবা অতুদা মশেক ইওনা হাইগৎলকপদা

অশীংবীনিনা নোংমা ফাদোকস্থ অঙাঙহলবু "পুর্ণিমাসিগী সাহজহান" কৌবিত্থনা লরুবিরবস্থ থাঙ্গেশেংনা কল্লক-মিহৌবগী বারি অমুক্ত ফোংদোকখিদে। অহুম ওইনমক কাক্লেনা শাংপা উরগা, অঙাঙহলনা মহুদা থরায় য়াওবা উরগা মথন্তগী থম্মোয়দা হুংঙাইজদে।

করিগুম্বা পুর্ণিমাসি হায়বী লৈশাবীত্থনা মতম চাদনা শিখিবা থোক্লমদ্রবদি অঙাঙহলগা পুর্ণিমাসিগা লুহোংলম্বা য়াই। অঙাঙ-হলগী পুন্সিস্থ রাজনিতি নত্তবা অতোপ্পা ওজা ওইবগুম্বগী শিম্বাদা অহুম লৈরম্বা য়াই। অদুগা লৈমতোম্বী মশামকস্থ ডাঃ সলাম তোমচৌগী নুপী ওইরম্বা য়াই। অহু ওইরগনা চিফ মিনিষ্টরগী নুপী ওইবগী মহুত্ত' অকাওবা পৈশা পায়বা সর্জন স্পেছিয়ে-লিস্তকী নুপী ওইরমগদবনি।

অঙাঙহলনা চিফ মিনিষ্টর ওইরবা থা অমা অনীগী মতুংদা ডাঃ সলাম তোমচৌবু সিনিয়র স্পেছিয়েলিস্ট ওইকনখিবনি। মানা লৈশারিঙৈদা সলাম তোমচৌগা মুংশিনরমই হায়বসাদি অঙাঙহলনা থঙলমগদবদি মাল্লি। অহবু ঙসীকাওবদা থঙই হায়বগী য়াঙাঙ অঙাঙহলনা অমুক্ত ফাওবঃ হায়রক্কে।

হৌজিকস্থ ডাঃ তোমচৌ হেক উবগা লৈমতোম্বী ঈকাঈ হুংশি য়াম্নরি। মশক-মতৌদি অঙাঙহলগা তোমচৌগা অনীনা হেল্লা, অদুনা য়াংলি থোইদোক্না হায়নাঙ্গাই লৈতে। অদুবু য়েংবা হুংঙাইবা অমসুং লৈমতোম্বীগী থম্মোয়দা থুক লাউবা হেক ফাওহনবদি ডাঃ তোমচৌনা হেল্লি। অমবু ওইয়ে অমবু

ওইরে হৌজিক হৌজিকীদি মপুন্নোইবনা লৈবাক্কী মপু হায়বদুদি ওইরিদনা।

অদুবু কনানা খণ্ডবা মীওইবগী নোংদম? মফম মরাও খণ্ডদবা সরকাররনি। হয়েং হংচিং কায়ররনি হায়বদা থাজরুদবা য়াবা নত্তে। হয়েং ওংচিং কায়রবস্তু শাংথনা লৈরবদা চহী অহুম অমগা মণ্ডায়। অতুগী মতুংদগীদি অমুক ভোত। ইলেক্সন নৌঙশীঙলুবদা মাগী পাশুম খজিক্কং শুক্রমই। চুংশাখর অশাংবা অমা হোন্দ্ররমই। ভোংকী মতাংদা মপামলোমগী মনাওনুপী অনী, শাগৈগী মী, মরূপ-মপাও, ওফিসর, ঠিকাদার, পৈশা পায়বা কারবারগী মী অমস্তুং মীচম কয়া থেমহুনা-নৌহুনা হায়জখিবা, কয়াদ রাখিবা।

রাজনিতি য়াওবা মী অমগী নুপী অমা ওইবগী অরা মৈশা ময়াম অসী থল্লুরগদি মশানা পামজবা ডাঃ সলাম তোমচৌগা লুহোংজরম্লবদি ওয়োক্লা ফরমগনিদা হায়নবু খল্লক্রে।

মানা লৈশারিঙেগী র নীঙশীঙলকই। মহাক শিলোংগী সেন্ত মেরীজ কলেজদগী বিঃ এঃ পাস তৌজরবনি। মথা তমথগে হায়ববু মপানা খিংবিখি। এলঃ এলঃ বিঃ মতেক অমা তম্বা হৌগংলুবদুদি লুহোংলবা মতুঙদনি।

বীঃ এঃ পাস তৌরবা মতুঙদা মপানা লুহোংনবা কমা তক্লখি। রাজনিতিদা থল্লায় য়াওবা মপানি। মরম অতুনা তুংদা মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর ওইরকপা তমগদবা নহা অমা শেমগৎনীঙখি, নহা অতুগী শকুম মপানা অঙাওহলদা উবা ফংখি।

মতম অতদা অঙাঙইল চহী কুহ্‌া হৈল্লবনি। জোনষ্টোন স্কুলদা এসিস্তেন্ত হেদ মাস্তর ওইরে। মণিপুর স্তিচরস য়ুনি-য়নগী জেনরেল সেক্রেটরি ওইরম্বনি। মণিপুরগী নহারোলগী লাইরিক তম্বগী চাওখৎ খোঙথাং হীরমদা মথায় লুপচরম্বনি। মতমতুগী রাজনিতিগী রাখলস্তু মমুন কামা লৈরবা অঙাঙইলদি। মর্শেল কয়াগী চেকোঙদা মামা ইখোরকপা রাজনিতিগী কীচরস, সোছিও-ইকনমিক রিভিয়ুনচিংবা পাবদা অপাবা মী পৃম্নমক্তী থম্মোয় চিংশিল্লি। তুমহনা লৈরম্বা মৈতৈ নহারোল কয়া মীৎকপ থোকহনখি।

কলকতাগী আশুতোশ কোলেজদা তমথৈদদু কলকত্তা মণিপুরি ষ্টুদেন্তস য়ুনিয়নগী সেক্রেতরি ওইরকপা অঙাঙইলনি। প্রাক্টিকেলদগী আইন কায়দবা মওঙদা লুচিংবা ওইবা পামজরকপা মীনি।

বীঃ এঃগী পরিক্ষা হায়দোকপগী ফল তাত্রিদৈদনি। নোংমা লৈমতোম্বীগী মপানা মঙোন্দা হায়রকই, "ঈবেম্মা লৈমতোম্বী ঈপা রা হায়গে। হৌজিক মণিপুরদা নিংথৌ পাক্রে। ময়ামা পাম্নবা মী থম্লগা চিফ মিনিষ্টর ওইগদৌরিবনি। অমরোমদা মাবু নিংথৌ ওইনা হাপকদৌরিবনি। ঈপাদি অঁহল ওইশল্লক্রে, ঈপানা হৌজিকপু ভোৎ লেপ্পদমা কৈদৌরুখিনি? অহুনা ঐগী লাইবক্তদি চিফ মিনিষ্টর ওইবগী য়াকম তম্লমত্রে। অহবু লৈবাক্তী মপু ওইবিনবা ঈপানা খোয়দাজবা মী অমবু শেমনীঙ্ঙি।"

লৈমাতোম্বীদি মপানা হায়রিবশিংহু খোয়জঙনা তারুত্রি। করি মথা তাথকদৌরিবনো হায়বগী খঙনীঙবা অমদি পোক্লি।

অদুগু লোল্লিবা যেদ কোভর অদুগা মবুক্লীড লুপশিনবগুম ভোরি।

মাগী মমীড লৈমতোম্বী কৌখিকসীগী মাবা মচানুপী অতোম্বী-নি হায়দুনা কৌখিবা নত্তে। মানা অহল্লি। মনাও নুপী অমীগা, অতোম্বা মৌপুরা অমগা লৈরিবনি। মৌপুরাদি দিল্লিগী পল্লিক স্কুলদা তম্লি। মা পোল্লকপা মতমদা ইংখোলচুং অহদা লৌড়োল-শিংগী মনুংদা লৈমতোম্বীনা খাইদগী অঙাওনি। মপন মখো-খোয়না থোনখিবা লৈমতোম্বী হায়বা অহনা মাগী মিং অহুম ছইপ্রবনি।

মপানা ম্রারী মখা তারকই, "নৌপ, অতোম্বা জিবনসিংগু অঙাঙ ওইমল্লি। মাগীস্থ মতম লাকখিনি। ঈপাগীদি কোকহন লাইহন হায়বদু নহাক থোক্লি। নুপী নহাক্না চিক মিনিষ্টর ওইবা হায়বদুদি নখোয়গী হৌজিক্কালগী নুপা-নুপী চপ মানরেদি হায়নরে হায়ববু ঈপাদি য়ানিংত্রি। অদুনা ঈপানা হায়নীঙবা য়াদি ঐনা নঙবু লৈবাক্কী চিক মিনিষ্টর ওইরকদবা, ওন চেনগদবা মী অমদা থাজনিংলি।"

মপানা থাজ-খোৎচবগী য়া হেক পল্লকপদগীদি বেদ কোভর লোল্লম্বা। য়েত্তুম অদু লেপ্লদুনা মপাগী য়াদু মুল্লা থল্লাম য়াওশীনবা হেল্লক্লে। কালেনগী মুংশাদুদা নাত্তোন নাকচীদু হমাংনা মল্লীক মল্লীকস্থ কারক্লি। হাকজরহনা য়েত্তুম মনীঙনা হোৎলমই অমস্তুং মপাগী য়াভা অদুদা মপাদা মমীৎ কোইরাউননা য়েংলমই।

লৈমতোম্বীনা খল্লকই, "ঐসীবু লুহোংবা কা'মহুগী মতাঙ য়ৌরক্লবজাৎলনে?" মাদি নহাল মখে লৈশাবী মচাগী কীতমদদা লৈজরম্বনি। খল্লুবদা নোক্লীঙলকই।

অমরোমদা মপানস্থু থম্লকই, "ঐগী ঈচানুপীদী কম মকন্দা ঙাংনিকো ! মাগী মশক মকক অসীগা পাখঙশিংনা মাবু খেন্নদবা তৌরম্লরোই।"

মীংকুপ অমদা লৈবতোম্বীনা অঙাঙ ওইরিঙৈগী মতৌদু অমুক নীঙশীঙলকই। মশম ঙাঙশঙ ঙাঙবহুদা লৈকাঈগী অহল খরা ওইরবা কাঙবুনা চুপ্পাক-মশম হায়না মাবু কয়া লক্লবীশি। নোংমদি লৈমতোম্বীনা শাউরহুনা মনাক্তা লাকখি অমস্তুং পাউ তম্লখি। নীঙশীঙলুবদা হৌজিক্তি লৈশাবী মপুঙ ওইরক্লবী মচানুপীদু উরগা নোকনীঙলকই। থজিক্তং মে:মোন তৌরে। কয়া থুনা হোৎনবা মতম্লো, ঙরাঙত ওইরবোই নীঙলি।

মপানা মখা তারকই, "ওইনাম থিঙেলদা লৈবা নোংখোম্বম ঈবোতোম্বীগী মচানুপা অহল অঙাঙহল হায়বা নুপামচাসী মঙল চেল্লি। শেম্বা য়াবা মীনি। মশাগী বুদ্ধি লৌশিং মপুঙ কায়বা মানি। শাগৈ-নাইত্তস্থু কৈ, চরাদি হেল্লোইদবা ঈমুঙমি। থায়নগী নিংথৌ পাল্লিঙৈদগী মখোয়গী ঈমুঙগা, ঐখোয়গী ঈমুঙগা অমত্তা ওইহনস্থু লাক্লিবনি।

মচানুপীগী মায়থোঙদা লাকপা য়াখলগী মমি অমুক য়েংলমই। থোইদোকপা অহোং অরাক উদে।

অমুক চথরকই, "ঐনা দেরান ওইরিঙৈদা ইবোতোম্বীদি কোন্নুংগী সেলুংবা ওইজরম্লিবনি। মাগী হৈশিংবা উবদা মতমহুগী বরসাহেবনা মহারাজদা হায়জহুনা মাগী বত্লর ওইনা হাপখিবনি। অহুনা মখোয়গী ঈমুঙসীস্থু নিংথৌগী মতমদগী

মীরক তিঞ্জরক্লবনি। অহ ঈপাদা হায়রোদনা, ঈচাগী অপাম্বনা করি লৈরিবা ? অতাওহলগা নুহোংলসি হায়ববু করি থল্লিংগে ?"

মমা লৈখিদৈদ্রেগী মপানা মমাম্ভু লক্তুনা লাক্লবনি। মপানি হায়বগী লৈমতোম্বানা খোইদোকপা কোইনবা লৈরুবনি। অদুবু খম্মোরহুংগী অরোনবা রা হেক হায়জোকদবহু ইকাঈরা অমা পোক্লক্লি। কলকত্তা মেদিকেল কোলেজদা তম্নুবা লোইরকপদা তায়রিবা সলাম তোমচৌগা হুংশিনৈ হায়বা অসী হায়দোকপা ওমজ্রে।

অদুগী মতুত্তা নোকমি নোকমি তৌরদুনা থুম্মকই, "পাবুঙনা হায়রিসৌবু ঐবু লাইরিক তম্বা তোকখোক্লগা নুহোংজে হায়রিব্রো ?"

"হোয়নে, অহনিনে। ঈপ.সু মতবু লাইরিক য়াম্না রাংনা তমহল্লীওলম্বনি। অহদা হন্দকী মতাঙ'সা ঈপা-ঈচাগী শাগৈনাতৈগী অকবা তানকম্নি হায়বগী রানি।"

"ফরে, পাবুঙ, অদুদি ঐ খরা লৈরগা হায়গে।"

অসুম্না লোইশিন্নখি নোংমদুগী রাকমদি।

থাংজৈশেংবদি লৈমতোম্বীনা তোমচৌগী রা অমা তানীওখি। তোমচৌস্থু মতম অদুদা ফাইনেলগী পরিক্ষা পীরম্নগা ইম্ফালদা লৈরি।

পাউ থাদুনা তোমচৌগা উন্নখি। মপাবুংগী রাদু খম্মোয় শেংনা তমজখি। অদুবু তোমচৌদি মাগী চাউনা শাগৎচরকপা

আশা অমা কায়রবগুম মায়থোঙ লাংশিনখি। মানা খরবদি লগুন্দা একঃ আরঃ ছীঃ এসঃ হায়রা লোইশিল্লুরগা লৈমতোম্বী লুহোংবনি। য়াকম্ অসী চপ য়ুংনা খনব্রবনি। হৌজিক হৌজিক লুহোংবদি পামত্রি। মথা তমথবা কায়গনি। অহনকপু লৈম-তোম্বীনা মাবু থাদোক্তুনা মী অমদা লুহোংখিবা কৈ'থু ওয়োই। মরমদি মানম্ লৈমতোম্বীবু থাদোক্লগা অতৈ অমদা লুহোংবা ওয়গনি নীঙব্রি।

হাইফেং খল্লুরগা খুম্লকই, "চহী মঙামুক্তুংদি ডাইখোদনা। ফোরেইন দীগ্রী অসী ফংলক্লবদি মণিপুরদা খাইদগী হৈবা অকাওবা ডাক্তর ওইগদৌরিবনি। অদুগা ঈখানীস্থ মহুনা হেক্না মুংঙাইরোইব্রনে?"

লৈমতোম্বী খুম্লমদে। তুমিম্না লৈরমই। কায়নরমদাইদা তোমচৌনা হায়রকই, "ঐগী চাউরবা আশাসী কায়হনগনুকো, লৈমা। নঙ য়াওব্রবদি ঐগী পুন্সি'সী 'নীঙবা থুংব্রবা অমা ওই-গদৌরিবনি।"

লৈমতোম্বীগী মমীত্তা ঈরা চেল্লমই। শোর ফুনগৎপগী মতৌ-গুম চাউনা চাউনা শোর হোনখি। মথম্মোয় অদু মতূম তাপ্পীল্ল-কখি। খোঁনাউ কংখিবনা খোঙ্গেল থোক্লকউ য়াখিদে। উপাই লৈব্রহুনা তেবলদা থম্লিবা তোমচৌগী মখুবাক্তা মথজাইনা মোন থাঙদুনা হীক হীক কপখি। কপ্পগী মখোল থোক্তনবা তোমচৌগী মখুবাক্লা মচীন মেনশিনখি। কোঙ কোঙ শাবা পিয়াংনা তোম-চৌগী খুৎ-শা মরক্তা চোৎলকখি।

তোমচৌনা মশম নানবিরমই অদুগা হায়রকই, "কপকনু লৈমা। থৌনা লৈগদবনি। ঐগী আশা কায়হনগনু।"

অদুগী মতুংদা থা তরাক তরেৎলোম লৈরগা তোমচৌদা লৈমতোম্বী অমসুং অঙাঙহল অনীগী নুংহোংবগী বার্তন লাকখি। তোমচৌদু মতমতুদা হাউসমেনশিপ তৌরি। থা অময়োমদি কলকত্তাগী 'মোকাম্বো' রেষ্টুরাঁদা নুংতিগী মতোম মতোম চত্তুনা 'স্কোটচ্ ওন দি রোক্স' থক্তুনা অমা-মৈচাক থাওবা লাক্লখি।

লৈমতোম্বীসু মপুরোইবনা দুনা তোমিবগা মাগী লেবাদা ডাঃ তোমচৌগী থাইন মৈচাক তপ্না তপ্না কাউবা ওক্লকখি।

× × × × × ×

নোঙশাওঃ বাখলগী লম্বী লীশাঙদা ঙাইহাক চৎলুরবা তুংদা লৈমতোম্বীদু হৌজিকী তাইবংদা মীৎকপ থোক্লক্লে।

কক্লাঙদা থেৎলিবা মপুরোইবগী পোত্রেইত অদু মাগী মীৎ-য়েঙফমদা তারকই।

লৈমতোম্বীনা অঙাঙহলগী আদর্শ অমবু য়াম্না থরায় তানা পামজখি। "পুক্লীঙগী অচুম-অরানগী ইথিল মতুং ইন্না থবক পাঙথোকপা।" অঙাঙহলনা মঙোন্দা হায়খি, "পুক্লীঙনা অরানবনি খঙন-খঙন থবক পাঙথোক্লবা মীদো, মানা ফন কবা ধর্ম্ম চত্তুনসু ধর্ম্ম য়াওদ্রবনি। মশা মথক্তগী আত্মাদা পাপ লঙজরবনি।"

অঙাঙহলগী অসীগুম্বা চাংজো নাইত্রবা বাখল ঈপাক অসীদা মহাক নোংমদি বাখলগী ফিরেপ অমসুং শক্তি লৈবা লুচিংবা অমা ওইরক্লনি হায়বসী লৈমতোম্বীসু থাজখি।

অহনবু অঙাঙহলনা ইলেক্সন লেপ্তুনা এমঃ এলঃ এঃ ওইখিবৈ-দগীদি মাগী অৱাংবা ফিদম, পূকচেল মাঙখিবা তৌরক্নে। চিফ মিনিষ্টর ওইবৈদগী হেন্না অমুক মাগী পূক্নীংগী অমসুং থম্মোয়গী অকবা গুণশিংগী দলাল গোপ্রোঙ গোপ্রোঙ নীংথায়রকখি। মাগী রাজনিতিগী হূঈরোঙীশিং অমসুং মায়োক দলগী লমহূঈশিংনা শীঙ্গপ শানা মচেৎ মচেৎ তানা শরাক শান্নখি।

লৈমতোম্বীদি অঙাঙহলগী অনৌবা পূকচেল অসী রাজনীতি-থিদে। অমুক্তা হেন্না মাগী থম্মোয শোকপদি মাগী মনাও নূপী অনীগী মপুরোইবশিং অময় চেত্থি অমসুং তোংখোৎ কিপথোক্না অঙাঙহলবু খুদোম্বীনা লৈদুনা শান্নরকপা অসীনি। মথোয় অনীনা নোংঙানবদগী নূমিৎ ভাবকাওবা অঙাঙহলগী মনাক্তা শগুনা লৈ। ওইথোককম খোক্তবা থবক কয়া ওইথোকহল্লি। কাইল কয়া ওন্ন তৈনবা মায়কৈদা ঈরায় লায়না অঙাঙহলবু শোই তৌহল্লি।

শেরান্মনা এপ্রুভ তৌব্রবা ফাইলশিং অমসুং মথোঙ মরম থগদনা সঙ্কশন তৌব্রবা শেনকম কয়া মণিপুরগী অমসুং মৈতৈ মচাশিংগী স্বার্থদা অমত্তা থোক্লক্নে। মন্না ওইনা মৈতৈ মচাশিংদি পীদৎ-পানৎপা অমসুং চরাম-চদৎনবা ফীভমদা থম্বিরে। অনৌবা কম হাপ্পা, অৱাংবা প্রোমোশন পীবা ময়াঙ, চীঙমী অমসুং পাঙল-শিংগী মথূবাক্তা পোপ পোপ থাদবগুম তৌরক্নে।

লৈবাক্তা নহারোলশিং শাউবা হোৎশক্নে। মায়কৈ শুনা থম্মোয়দা রাবৈ ওন্না হৌনরক্নে। মৈরীথোক্তা চাকথারগদবগী মুংশিংকী ক্ষোরোই ভাইবগুম লৈনরক্নে।

অঙাওজনা মতীক চানবা, নূপাগী থৌদাও থোক্ফম হেক্‌সং-লক্লি। কম্ত্রুবদি, মাবু শনবোংকী শনগুম অমতিতিদা শাংবে থাল্লিবা অমী মতুংগী থুংগীল থৌরাংনি হায়না লৈবাক্কা লৈমতোপ্পী-বুমু কোংশীনবিরক্লে। থাজৈশেংবদি মসী পুম্নমক মাগী মনাও নুপী অনীগী মপুরোইবশিং অমনা ময়াঙ, অমনা চাওমী, মথোয় অনীনা থোকহনবানি।

মফম মফম কয়াদা লৈবাক ঈরাও থোক্লরবনি। হৌরম খুদিংমকী মীওই পুম্না শ্রাইক্না থরায় য়াওনরক্লবনি। অতুবু অঙাওজনা উনা উনা উথিনরে, তানা তানা তাবিনরে।

নুরবা তান্নক অসীদা মৈতৈলোনগী বিল অমা কোও কোও শানা থাজংনরক্লে। পায়ক্লরগা মথুং পোকত্রা থনুনা অঙাওজন মিপাইরে। অচৌবা ইগু অসীদা নুচিংবশিং অমসুং মীরাম প্রজাশিংগা তানগেদি হায়রক্ত্রুনা মনাও নুপা হুইরোই অনী অদুগা তারখি। মণিপুর পুম্বগী য়েংদবা, মশা মশাগী জাতি কাওলুপ মচাওগী ওইনা উবা মনাও অনী অদুগী রাখলদি মৈতৈলোন্না ষ্টেট লেজ্‌রেজ ওইপ্রবদি অমসুং নীপাল গুবা সংবিধান্দা চলপ্রবদি ময়াঙশিং অমসুং চাওমাশিংদি য়াম্না শোখহৌবা তারে হায়বা অসীনি। মরম অদুনা মথোন্নন চাওবী, পাঙল, ময়াঙশিংগী ঈরাও থোক্লপা য়াই, মকোক য়াম্না শাগনি হায়না পাউতাক পীখি। মতুম্না তৌরুরগা মণিরপুগী ওইনা অমুক্না হেন্না ঈরাও থোক্লনি হায়রবদি মথোয়না থব্বা পামমদে। অঙাওজনসু মতাও অসীনদি মবুদ্ধি লৌশিং পুম্না মাওখি।

লৈমতোম্বীনা অঙাঙহলদা মুম্না য়াথল তৌনবা কন যাম্না হায়জখি। মহুদগী হেন্দোক্লুম্না মনাও নূপী অনীদা মাপী মাপী মপুরোইববু কাজীন্দুনা থম্নবা কম্নাস্থ হায়জখ্রবনি। নোংমদি শাউনিংমনখিছনা লৈমতোম্বীনা অঙাঙহলদা কল্পা লাউরকখি, "মহোয়' পাবুঙগী হুঙ্গরোইশিং অসীনা হুঙ্গ মপু ওইরে, মহোয়' পাবুঙনা হুঙ্গ ওইহৌরে। ঙকী থৌয়ী অদু অমনা অমুক চিং, অমনা অমুক চিং মহোয়' পাবুঙ'সী হুঙ্গ অঙাওবা ওনখিবা তারে।"

অছুবু অঙাঙহলনা নাচুংবা পোকখিত্রে। গভর্ণরগা উনবা মতমদা মানা খুমখি, "জাং থিতাং য়াম্বা, লোল মচা য়াম্বা মণিপুরদা লেঙ্গুরেজ বিল অসি অকবা ওইগনি থাজদে। তাব তাদবা কম্যুনেল ফানাতিক থয়তগী থোল্লাউনি। মসীদা ঐগী শৌগৎপগী মোং লৈজদে।"

অঙাঙহলনা অসীগুম্বা পাউথুম পীখি হায়বসী থুনমক অকংবা জঙ্গলদা লম্মৈনা শন্দোরকপগুম মণিপুরগী মীপুম থূদোঙমকী নাকোং য়োরকখি। মণিপুরবু-মৈতৈলোনবু হুংখজবা মীপুম থূদোঙমক্না অঙাঙহলবু নিন্দা তৌনখি।

লৈমতোম্বীনা মথম্নায় সুংঙাইতনা মবুক্লীঙদা মথন্ত শোঙখি, "মাগী নুপীমক্লন্থ অচুম্বা য়া, লৈবাকী ফননবা য়াকম পুথোয়ক্লবকাওবদা মাগী মনাকোংনা তাবা লৈখিত্রে।"

অম্নমা লৈমতোম্বীনা উইরোল উইরোল থম্লিতৈদা বাহাংহয়না চা পুশিল্লক্লে। মফি থম্না শেমজীন খোৎচীন তৌরহনা লৈমতোম্বীনা চা অশাবা অদু তপ্না তপ্না চিংবা হৌরকই। মথন্ত অমুক থম্লকই

"অত্তাওহনগীর মণিপুরগীদু কীতম কণ্ঠৌরক্লিবা অসিগী থন-মত্তুদা অমুক হেক য়াহৌবদগী চুংতক-চুংজানবা অহুম হৌরবনি।"

চা অপাবা অদুনা কোং কোং শানা কংলবা চয়ম কাওনা তমা তমা চঙথিবা অদুদা মমোং-মমায় থয়া শিজংলকপওম তৌরি।

অমুক মথন্ত খোমজিনরকই, "সো মতম। চা থয়া থক, তা-চাক অহাউবা থয়া চা, মীয়ামগী মমাঙদা চীঃ এমংগী নুপীনে'মা থয়া চং থয়া নৈরগা শিপ্র'দোবা পুজিনি।"

তাগা অসীদা কমুত মনাক্তা থম্নিবা ভেলেকোন্দু মখোল য়াঙ্গা থীঙলক্লমই। নৈমত্তোম্বা থংপ্রেক থংই।

থম্নকই, "মথৌ নৈতবা অনীদু মওঙইরিনি। অমুক অমুক ওন্নিতৈসিদকাওবা চুমিন্না নৈবা নৈনজত্রবনি। হেক য়াহৌবগা চায়োল-পায়োল কাপ্পা হৌরকঅদবনি।"

ভেলেকোন্দু অহানবদা পাক পায়থংলমদে। হন্না হন্না থীঙ-লবদা "চা অপাবা অসীদমু থকপা হেক নংদেদা," হায়না মুক্লম মুক্লম শোক্লদুনা মখুং ওয়না লামচৎনা তন্দে মান্দে ভেলেকোন পায়থংলমই।



মেরাগী মতম ওইবনা অয়ুক অঙনবদু থকিক থকিক অঙৈথবা কাওরক্লে। তুংথিলদদি লাংবলগী নুংশাদু হনবা ঈরৈ-লৈতনা অহুম শাই। অয়ুকী ৱাকিং চংপা মী কনা য়াম্না থোক্লরে। অহল-অঙাঙ, পাখঙ-নৈশাবী; কুম্মৈ অমনি।

অতৈ লমদদি সেপ্তেম্বর-ওক্তোবর অসী উনা-ৱানা থন্না থন্না ওঙশীল্লকপা মতম্নি। মণিপুরদদি মতম অসীদা উনা-ৱানা পুম্বা লৈশন্না শংনরকপা মতম্নি। কংলা পাক্কি নাকলদা হৌরিবা উ পাম্বীশিং অমসুং রাজভবনগী ইংথোলমতুংদা হৌরিবা উপাল্শিংগী মশা-মরেঙ পুম্বা পুক্শং শংলি। য়েংবদা পুক্নীঙ ঈনৌ নোংথোক্লি।

নিত্যাই মপ.দগী অৱা পাংনা কংলা পাক্কি পরীঙদা উরিবা দৃশ্য অহু থাদৈশেংনা য়াম্না ফজৈ। ঈশীঙগী ঈমায়না লাপ্না শাংদোকখিহুনা জৱাহরলাল নেহরু দান্স একাদেমিগী মমাঙকাওবা শন্দোকখি। মদুগী তুংদা চৈরাও চাঙ পরেংনা মরেক খোংনা উখ্রি। মীৎয়েংগী পহুংদনা কৌব্রু চীঙগী চীঙশাঙ-পরেংনা শংথানবা মতুদা ময়েক শেংকাত্তনা অভিয়া থেংনা কৈগাক কৈনা লৈরিবা অদুনা ফজবা অমুকা হেনহল্লি।

হৃমিং অহু নোং মংথমকনু নত্তে, অয়ুকী নৈচৌল থাবমকনু নত্তে। লিংখরবা চঙলমদাইগী শম্না হায়রবদা থেন্না থাগী হৌপথলকপা অমুবাঈদা তৌগনবা নোংথি নোংমংবা হায়রবনি।

চিক মিনিটৈর অমত্তুং কেঁদরসিং থাব্রাংবা শগোল খৌরাংলম্মী। মখোয়'মীনা শানবা বাগ্নাদু মণিপুরগী মহৌশাগী করমগী মরমনি। কেদরসিংনা হিমাচল প্রদেশকা য়াম্না মাটৈ হায়না পাউননি। গনমেন অনীগা থানা মখোয় মরীনা থারকলোমগী মতু শিং নাম্না লাককপা অমাংবা শগোলদু থাকনা তোক্লা লাকপা অদু মখুৎ বাকিং থোক্লকপা মীপুম খুরৈনবী হুইরে শুইরম্মই।

অদুক থংনবগুম্বা অতা নকুংগী ম্যাপতাক্পী অমা অনী নক্না মোৎতোগু কার ত্রিপুরগী আফিক্তি ইরৈ লৈরি। অদুনা শরুকী এক্লেরক্নি মপা মোরকপা অদুরমখক্তদি বাকিং চৎপা মীদু হিচং-চংনরে। মখোয় নুংতিগী অরাং বি: এ: চিঃ পোইন্ত থাওনা হেক হেক চংলি।

ম্যুনিচিপালিতি ওফিসকী মমাঙ অদুদাগী মোশিন্নকপদনি শাংলৈনবা, রাইত হেণ্ড রাইত ত্রিপ থমনা থিরেন অমত্তুং থাই: থিং পীঃ গী গনমেন থনীদগী তপ্পা হেজংথিবদো। ত্রিপ অদুনা হেক হেজংথিবগী মীৎকুপ অমদা কুত্তর অমত্তু ছুংনা লাকপা তারমই।

থোক্লেন অদু য়াম্না তপই অদুগু থনুঙদা মৈশীনবা ইথিল অমদি রাঙই। য়াম্না নক্না তাই; কুত্তর গোরক্লিবা কী থইনা হায়রকপা ওইগবা তাই,

"থিরেন, কঙ ফোংমৈ শক্তৌরু, অথবা থাইনীনবগী চৈনখো।"

থিরেনদু 'নেপালি' গনমেন অদুদু পুৎখৈ মুগা থোক্লেনগী মায়কৈরোমদা ছুং থেং ওইনা 'হৈরংখোক্লবই'।

ভাল্লক অসীদা মাঙ থানা থৌরিবা জিপতুগী মনীঙলোমদা হাইথরিবা হদকী শল্লক অদু থংহাই হাইগৎখি। থঙহৌদনা ত্তেন-গনগী মতোল অমা লীংথোরকখি। সেকেণ্ড অমগী মচেৎ অমদা অঙাঙবা মৈরী ফেক্রেৎ-ফেক্রেৎ কাপথোরকখি। গুলী ভরামুক পাইথোরকখি। আই: জি: পি:গী গনমেন্দা লোইল্লা কাপশীনখি। চপমান্নবা মীৎকুপ্তা জিপকী ত্রাইভরগী ওইদা কল্লিবা নুপা অমনা অতোপ্পা ত্তেনগন অমা নাকন্দা থিন্দোরক্লে। গুলী পাইথোরক্লে। চিক মিনিট্টর অঙাওহলগী মকোক্তা, খুশমল্লা, মনঙ্গলদা য়েৎ থংবা কৈরুদা নোংমৈ গুলী কুল্লোম কাপশীনখি। শগোল মথক্তগী লেকথহনা তাখিবা অহু গনমেন অমুদগী অঙাওহলনা হানখি।

আই: জি: পি: কেদরসিংদা নোংমৈ য়াওরমগনি হায়বসী তৌপকী কাঙবু অদুনা খল্লমদমাল্লে। নোংমৈ গুলী মরক অহুদা কেদরসিং জ্ঞান মাঙদে। চেল্লবস্থু হিংলরোই হায়বা খঙখি। ঙমজবী অমতংদি তৌরমগে হায়বগী মতাঙম মাগী পোইণ্ট গ্রী: এইত: ওতোমেতিক শৎখিবা অহু খঙহৌদে। মমাঙগী ত্তেনগন অহু তল্লা ত্রিগগর অমুতংদি থংপহৌই। অদুবু ত্তেন গনগী মল্লনা থুবা হাপ্পিল্লকখি। থুনমক মাগী নঙ্গলগী য়েৎ থংবা মাকচেপ্তো য়েৎ থংবা কৈরুদা শেৎলিবা ফি অদু ফুট-ফুট কাওদৎখি, ঈ ভইনা তারকখি। মাগী গুলী অদুনা জিপকী মমাঙগী ওইথংবা মদগার্ড অহুদা য়েৎখিবগুমদ্রি তৌখি। থুনমক মাগী নোংমৈদু লৈথাক্তা তাখি। মশাস্থু লেরুথহনা লৈথাক্তা তাখি।

মানা লৈবাক্তা তাত্রিডৈদা হাইকেৎ উখিবগুম তৌখি, কেপ উপ্পা, গোল্ডন রিমগী আনোক উপ্পা, মশক-মতৌ কঙবা পাখঙ অমথক। জিপকী ড্রাইভরগী ওয়রোমদা ষ্টেন-গন অমা পায়রছনা মঙোন্দা ওতোমেটিক থপ্লকখিবদো। করিমন্তা ম্যোং হাদবমখৈ মমীৎ অনী অছু তরং তরং পাঙই। মায়থোঙদা পুক্নীঙগী ব্রাখলগী মমি অমত্তা তাদবগুমই। শাউবস্নু মান্দে, হুরাওবস্নু মান্দে, চুম্নগী মাগী নোংমগী থবক অমা পাঙখোকপগুমই।

লৈমায়দা কাইথখ্রবা মী অছুম অছুনা তোংলম্বা শগোল অছুম অছু ঈকীঙ ফিংনা খোঞ্জেল ব্রাংনা খেক্লা খোংলমই। থুমাঙ ব্রাংনা থাংগৎলকই। অছুগা মায়কৈ শলাই খঙদনা চেনখ্রে। অনী অমনা অব্রাং পাংনা পিঃ দবলয়ূঃ দিঃ ওফিসলোমদা, অমনা গাস্কি এভঞ্যুরোমদা!

স্কুতর তোংবা অনীছুস্নু গাস্কি এভঞ্যুরোমদা তহা-তহাবা য়াওদনা ময়াম ওইবা স্পিডতা থৌখিরমই।

মনাক্তা লৈরম্বা স্কুতর অছু থোপ্রবদা বিরেন্না মাগী শগোল অছু লৈঙবী পাঙলদা চেল্লো হায়বগী মতাগুম মথুৎ অনীন। শগোল-গী মবুক নাকল অনীদা গুরম্মই। থুরূপ থাছুনা থৌগে তৌরমই। অদুবু ইঞ্জিন মুথত্রিবা জিপ্তুগী মনীঙদা থিল্লোক্তুনা লৈস্লিবা ষ্টেন গন্ মতোন অছু থাদরমদ্রি; খিন্দোক্তুনা অছুম লৈরম্লি।

জিপ্তুদগী খোঞ্জেল অমনা অমুক, "বিরেন, চেনখিহু, নোংমৈ থনমউ," হায়না লাউরকই। খোঞ্জেল অছু অখাবা য়েংখিবগী ঈনোৎ য়াওদে। অছুবু মছু তাবদা অঙ্গৈঙবা ম্নোৎকী খুৎকুম্বা অমনা

থুনমক মাগী য়াঙলেন শরূ পরেংদা মা-মাহুনা হায়গৎখিবগুম ভৌই। মাগী তেনখ্রবা মশমগী লরাইদা কত্রক লাকখীনবগুম ফাওই।

অসীগুম্বগী অথূ-অরাক্তা শরৈ-শরা চৈংজংকপা থিরেম্ম। মবুক্লীঙগী রাথলনা মথস্ত লাউংক্লমই, "বিরেন, বুত্র, করিনো অমা থূনা তৌরো। ফীভম অসীদা পম্বা য়াদে। নথায় মাঙবা ভারে।"

মশাগী নোংমৈ শংলুরবদি মাগী থরায় মাঙবা ভাবনি। জিন্তুগী হায়রকপা য়াথং অহু তাশম্নদনা শগোল অহু থৌবা হৌরক্লমই।

থঙহৌদনা চৈন-গন মত্তোল অহুদগী মখোলগা লোয়ননা চৈম্বী ফীত্রী ফীত্রী কাপথোকক্লমই। শিংবদনা হায়বগী রথলদা বিরেনগী য়াঙলেন শরূ পরেংদা অমুক হন্না মং লাউবা ফাওরমই। শগোলগী মঙক্তা পান্ননা পাকথরমই। অহুবু নোংমৈ গুলীশিং অহুদি মংঙাক্তা তম্নকপা ওইরমদ্রে। শগোলগী থুমাউ চৈকশিংদা তম্নকপনি। শগোল অহু চৈনাখোলগা লোয়ননা থেক্লহনা মকোক তাক্লনুনা শোরোক্তা তুশিল্লমই। বিরেনসু উপথূনা তুশিল্লমই। থঙহৌদনা মাগী খুবোমগী নাকন্দা নোংমৈ গুলা অমনা থেংখি। চৈনাখোলদি করিমত্তা ফাওদে।

তুরুবদগী হৌগৎলকপদা মমাঙদা নোংমৈ পাম্বা মী অনী লেপ্লম্মে। অনীমক জিনগী খোঙগ্রাও শেৎলি অমসুং জিনগী কেক্কেত লৌৎলি। অমনা শংবানবা মচুগী, অমনা থানু ঈরোঙবা মচুগী। অমদি কেপ উপই, গোল্ডেন রিমগী অমংবা আনোক উপই। অমনা ভৌরবা মায়থোঙ অহু মকোয় অমুবনা পুঙথোম গোমই। অনীমক মশা পারপ ভৌনা রাংই। শামান লেংমাম্মৈ, য়েংবা হুংঙাই।

মখোয় চোম্বা নুপা অহুবু উবদা বিরেন্না কনানো হায়না উপ্রবগুম ভৌইদা থন্নমই। এস: পি: খেলেনখোয়গী ইমুঙগী মীয়া ? নত্রগা হোস্তেল প্রাঙ্গাগী কাউন্তরদা হেক হেক ফম্বা পাখণ্ডহুয়া ? ভাইহাক্কুং মশক লাকপীনবা ওয়বা হোৎনখি। অহুবু চপচানা লেপ্পা ওমখিত্রে।

মখোয় চোম্বা নুপা অদুনা, "বিরেন নোংমৈ অহু পীরমগুঁ;" হায়রকই।

বিরেন্না মনীঙলোমদগী নোংমৈ শস্তোক্লমই অহুগা পীরমই। আনোক উপ্পা অতনা "চৎখিবা য়ার'নি" হায়রকই।

বিরেন্না য়ান্না থুনা হাওনা ম্যুনিসিপাল ওফিস কাওনা চেন-শীনখিরমই। চেন্না চেন্না বাখল অসীস্থু থনখি, "কনানোনে মকোয় চোম্বা নুপাহুরবা ? মখোলস্থু য়ান্না লোন্দীম্নবা ভাপ্রবগুম ভৌইদা !"

ত্রিপুগী কুমথরকপা মীশিং অতনা আইঃ জিঃ পিঃ অমস্থুং মাগী গনমেনগী নোংমৈশিংহুস্থু থূনগৎরে। চাউ লেন্না গাড়ীদা অমুক কাখৎরে অহুগা মোং হাবা য়াওদনা গাড়ীহু অয়াংলোমদা থোগৎখিরমই।

হায়রিবা থোংদাকশিং অসী মীৎকুপ থরতগী মনুঙদা মথঙ-মথঙ থোক থবনি। হায়দি পোয়োক্লু মী ঈভাক-ভাক্লমনি। অহানবদা লম্বী মনাক্তা লৈবা গাড়ী শেকম বার্ক পোপ্তুদগী চৌকিদার খেব চেহ্নোক্লকই। মাদি থোকখিবশিং অহু হৌবদগী হাইবেং হাইবেং উহৌবনি। নোংমৈ পায়বা, গাড়ীদগী কুমথরকপা মী অনীহুগী চাউ-রাকপা মরেপ-মণ্ডাল, শওঙ শদাস্থু উহৌবনি। ভসাইমখৈ নোংমৈ

কাপ্পবতুদা কিমনখিবনা মখোয়গী খোঙজাও অমস্তুং খোঙনাওশিং অতু গম গম য়ৈশিন্দুনা থিংজিনখি। অতুবু অমুক য়েংনিংমন্দুনা খোঙ কাবপ তৌহল্লগা অহোবা ফাওনা অমুক অমুক য়েংহৌবনি।

ম্যুনিছিপালিতি বিল্ডিংগী চৌকিদার চাউথোইস্মু অয়ূক্কী উইরোল উইরোল তৌরিবৈদা নোংমৈ মখোল অমস্তুং শগোলগী খেকপা মখোল তারকই। পাইতুনা চেপ্পোরকখি। থোঙ্গালদা বিরেন্না চেনশীল্লকপতুগা থেঙ্গাইনগে তৌরমই। অতুবু শোরোক্তা মী খরা তূরিবতু উরক্কুনা মফম অতু তান্না চেনথোকখি।

খরা চেল্লগা বিরেনগী মখোঙ অতু য়াম্না নারক্লমই। ঈ চেপ্পরকই। রুমাল লৌথোক্লগা খুবোমদা শোক্লিবা মপাতুনা কি-শিল্লমই। তোম্বিস্না স্কুলগী কম্পাউণ্ড লানশীন্দুনা মী উদবা তুকান কারক গলি ফাওতুনা চেনখি।

মণিপুর বিধান সভাগী স্পিকরগী রেসিদেনসিয়েল বঙ্গলো শঙলিবা সন্নি খরতুস্মু নোংমৈগী মখোল তাবতুদা শোরোক্লোমদা চেপ্পোক্লমই। খরা থাপ্পদা মী ওমশীন্নখিবা অতু উরমই। মীরক অতুদা মী অমা-অনী তুতুনা লৈরিবা অতুস্মু উরক্লমই। অমুক চণ্ড-শীন্দুনা সিক্যুরিতি কার্টরদা লৈবা মখোয়গী মশূং-মমান্নবশিংদা তম্লমই, “শোরোক্তা নোংমৈ কাপ্পরে, মী শিব্রা করিনো’মা তৌহৌরে। ছাঃ এমঃ গা আইঃ জিঃ পিঃ গা শগোল তোংতুনা চৎখিবতু মাল্লি।”

স্পিকর ললিতকুমার ঙশাইমথৈ তুমতুনা লৈরম্বনি। পাউ তারক্লতুনা মাগী মী অমা অনী পুরমই। মকম অদু তন্না য়েংবা চৎলমই।

নোংমৈ কাপ্পরিঙৈদদি থাপ্পগা উহৌবা লম্বী চৎপা মীশিং অহু অমত্তা চঙলক্তে। মমি শামি অথাপ্পদগী য়েংহনা লৈনরমই। অমসুং অহুনা হেক থৌখিবদগীদি ময়াম চেনশীনরক্লমই। খরা খরা পুন-শীনখিবদগী ঙাইহাক্তদা মীয়াম, ছাইকল, স্কুতর, অমসুং কারনচিংবা মশীঙ কনা য়ায়া তিনখ্রে। নোংমৈ কাপ্পরবা অদুদা কিহনা চেন্ন-খিবসু কোঙ্গায়নি।

য়োমশীল্লিবশিংহুগী মরক্তা "চিফ মিনিষ্টর অঙাঙহলনিনহে।" "আই: জি: পি: সু য়াওরিনহে" "এ: করিনো তৌ'রিসি'দি মুংশি হৈতনা হাৎলম্মেদা!" অসীনচিংবা শোম্নবা য়াওরি। খরা অমনা "শিরো পেল্লি", "কৈদা লমহেনবা লৈবাক্কী থক্রবা মশাগীঙ য়েংবা মন্ত্রি, ওফিসরশিং খরসী ভুম্না হাত্তোক্লগা লৈবাক'সী খরা ঈঙবা য়াই", হায়না শোম্নরকপসু য়াওরি।

মীয়ামগী মীহুংশি য়াহে অমসুং মীচৈ-মীরাক অদু অঙাঙহলদি ঙাখিত্রে। মিনিট মঙারোমগী মমাঙ, মহাক্কী জ্ঞান খরা খরা লৈরিঙৈদদি মশামক্কী হকচাঙ অমসুং মনাক্ত· লৈরিবা শগোল আই: জি: পি: নচিংবা পুম্নমক আকাশ খেৎনা য়াংবা লোংউপ অমগী মনুদা উরা উরা লৈখত্তুনা থুনা য়াঙনা য়াঙখৎখিবগুম উখি। মীৎকুপ অমা অনীহুগী মনুংদা "ও, ঐ লোইরেকো! লৈবাক্কী মকোকসু নোংমৈনা কাপহুনা হাৎলবা!" হায়বা য়াখল অমা কাওখি। মমীত্তা উখি লৈমত্তোম্বা, মচাশিং অমসুং মরী মতাশিংনা মপী চেহুহুনা কপ্পা। ইশ্বরবু ঙাইহাক্তং নঙশীঙজখি। অহুদগীদি মমীত্তা করিমত্তা উশিল্লকখিত্রে। পুম্মম মমখ্রে। সংসার মমখ্রে।

স্পিকর ললিতকুমার অমসুং মাগী থোওকোয়শিংনা মীরক থাম্বহনা চঙশীনকপা মতমদুদদি থরাম য়াওরবা অত্তাওহলগী মথক্তাইদা হয়ৗও খোংয়াম্বা অমা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা পুলিসবা মীয়াম অতুবু থৌওঈ-উশিত্তবগুম শামবা উরমই।

তাপ্পা অহৃদা আই: জি: পি: কেদরসিং মমীৎ তপ্পা তপ্পা পাওথোরক্লমই। চৈনাখোলগা লোয়ননা "ফোর গোদ্স শেক, প্লীজ ভেক মী তু দি হোস্পিতাল' হায়না লাউরক্লমই। মাগী গনমেন অহুদি ময়াদগী থোক্লকপা ঈগী পুথিমচা অমদা তুমীমা তাহনা লৈরমই।

ললিতকুমারনা থর্রা অহল ওইবা অমদা, "তাদ, চাইহাক্ত য়েংবিরমউ। ঐ ছী: এম: গী ঈমুংদা কোন অমুক্তা তৌক্লখিগে অতুগা গাড়ি পুরক্লগা আই: জি: পি: বুনা হোস্পিতালদা থিল্লুবা তারি। অ:-হোয় পুলিছতসু পাউ অমা পীরম্বা তারি," হায়রম্লগা থুনা য়াওনা চৎখিরমই।

ময়ুমদা চেনশীন্দুনা ঈহান হাম্না ছী: এমগী বঙ্গলোদা রিং তৌখি।

\+ × +

মথওগী অমুক্তুনি। আই: জি: পি: কেদরসিং রিজ্যেখেল মেদিকেল কোলেজ হোসপিতালগী স্পেছিয়েল কেবিনে এ কাইভন্তা তুমিন্না তুমহনা লৈরি। মতমন্থু ফাওবা আই: ভী: ড্রিপ বোত্তল অমা চত্তুনা লৈরি। ঐ বোত্তল অনী অমসু ওরাংগী অহৗও-ফাওবদা কাপথবনি।

হোস্পিতাল য়োৎবগী মিনিত থরতগী মনুংদা সরজরি, রেদিও-লোজি, এনেস্থেসিওলোজি, ব্লদ বেঙ্কনচিংবা দিপার্তমেন্ট কয়াগী ডাক্তর অমসুং প্রোফেসরময়াম তিল্লমই। খুদক্তা ইমর্জেন্সিদা থাজন্তুনা য়েংথংবা থবাকী প্রিউরেল কেত্তিতিদগী গুণী অনী, পুক্কগী অমা লৌথোক্লমই। য়েং থংবা লেংজুম অমসুং কৈরুদসু গুণী অমমম লৈরি। অনী অসীনা থরা কোম্না লৌথোকপা হায়না লেপ্লখি। অহুম অতু লৌথোকপদসু পুঙ মরী মঙামুক চঙখি।

হোস্পিতাল য়ৌদ্রিবৈঙদগী শোক তেন্তা লৈব্রবনি, রা ভাঙনবা য়াথিদ্রবনি।

অয়ুক অঙনবা অতুদদি তাইরস্বা মাগী হকচাঙগী কুচু অতু থরা শেংদোকপগুম তৌরক্লে। নোংঙাল্লমদাইদা সরজরি দিপার্তমেন্তকী তিম অমুক লাক্লমত্থনা য়াম্না কূপ্না চেক তৌরম্লে।

"হৌজিক হৌজিক্কীদি খুদক্তা খুদোং থীনীঙঙায়গী অকিবা লৈত্রে" হায়রম্লগা পোথাবা চংনব্রি। থরা নহা ওইবা স্পেছিয়েলিস্ট রেজিষ্ট্রার অনী দি ডাক্তরগী নাইত দ্যুতিগী কাদা লেক্তুনা শঙ-হৌরি। মথে.য় অনীনা পুঙ তরেৎ তাবদা অমুক্কা য়েংখি। কীতম ফরি হায়রমই।

অয়ুক্কী পুঙ তরেৎলোম তারকপ: অতুবাঈদদি নুংদাং তারস্বা নর্সশিং হমখে। অয়ুক্কী দ্যুতিগীদমক লাকপা কাঙবুদা শিন্নরম্লে। পুঙ নীপাল তারমদাই অতুরাইদদি নহা ওইবা ডাক্তরশিংসু কাবা কৌনরক্লে।

হোস্পিতালগী অকোয়বদা মরা ওইনা স্পেছিয়েল রাদকী ময়াদা পুলিছ অমসুং আর্ম কোর্সেসকী মীওঈশিংনা ঙরাঙিদগী

খুৎলাই মতীক চাবা কয়া পারহনা য়াই চাইরে !—ওফিসর কয়া য়াওহনা শীন্দোক শীঙীন তৌনরম্লি। চিক মিনিটর হাৎখিবগী-পাউনা মকম খুদোংগী য়ারী ওইনরি। লৈবাক পুম্বা কিবা-তুদুংবা পোক্নরবসু হোস্পিতালগী নোংমগী থবক কায়বা য়াদবনিনা ওগী নোংমগী থবক তপ্পা তপ্পা চিনবা হোৌগৎনরম্লে। ওয়াঙদি ওফিসশিংগী ছুতিসু ওইখিবনে, হোস্পিতাল কাওবা মী ঈতাক তারখি। ওসোদি ঈভন-ওম্না মপুঙ ফানা মী তিনবা হোরে।

অমুক্কী পুঙ নীপাল তাবমক্তদা উরিপোক্তগী মেদিকেল কোলেজ হোস্পিতাল তাবা লম্বী অদোমদা পাখঙ অমগা লৈশাবী অমগা শংবানবা হুতর অমদা তোংমিনহনা থৌজীল্লক্লি।

পাখঙ অদুদি মশা য়াম্না কেজবা নাঙবা মাল্লি। শেৎলকপা উৎ মচুগী তেরিরুল খোঙ্‌গাও অহু ইস্ত্রি নাম্না তল্লকপা মাল্লি। ফুরীৎসু জিয়াজিগী শংবানবদা য়ুরেনবা চেক্কী নোমুনা য়াওবা ফজবা অমা লৌৎলি। গোল্ডন রিমগী অপাবা মচুগী পোগলস্‌ অমা উপই। খোঙঙুপ অমুবা অদুসু কাপ লংনা থাই, শিৎ নাল্লি।

মনীঙদা ফম্লিবী লৈশাবী অহুদি মশমদু পয়ীঙ অনী খোক্লা বেনি লোম্লগা পয়ীঙ অনীমক অহু মকোক্কী নাকল নাকলদা অমুক পুখত্তুনা শক্তাবীনা চেকশীম্লা কাগৎলি। কোট ওঙলৈনবা কৈবোম য়োনা চোনবা অমা লৌৎলি। কোটকী ওকশমদগী হাইদোয়কপা অঙোবা ফুরীৎকী ওকশম কীবান অহু নুপাগী ফুরীৎকী নোমুনা মাল্লি। অঙোবা ফুট শেৎলি। কি-খোঙঙুপ অঙোবা তোংই, থুকউ য়োবা অঙোবা মোজা উপই। অমুক্তা রেদমিণ্টনগুবা থাক্তে বোলগুম্বা শামরুবদগী হল্লকপা মাল্লি।

পাখঙ অদুস্থু লৈশাবী অহুস্থু চুঙ-কীয়াল চায়, য়েংবা হুংঙাই। অনীমক মশক-মতৌ ফজে। মমীৎ, মনাতোন, মচীনবান মকম চানা, মওঙ চানা পাম্লি। অনীমক শাম্ন-খোৎনবদা, স্পোর্টসকী হীরমদা হৈথোই-শিংখোইরমগদবা মী মাম্লি।

চাউরাক্লা য়েংবদদি অনী অহু অপাম-হুংশিগী ঈথৌ লাংলবা শাবী-শানৌস্থু অমুক মালহল্লি। মখোয় অনীবু উহৌবা অহল ফাওবা ঙাইহাক্তি য়েংবা হুংঙাইহুনা য়েংনহৌই। অঙাং খরনদি "ফজেকো, পোক্ত তাইকো" হায়না লাউরকপা য়াওখি। ঈনথৎ-লক্লিবা পাখঙ মচা খরস্থু মচীন্দা মখুং লোনশীন্দুনা কিৎ কিৎ লাউনা হ্রীশল খোংহৌবস্থু য়াওই। অদুবু মখোয় অনীদ্ বারীস্থু কয়া শানদে। নোক-খেবস্থু তৌদে। মাগী মাগী রাখলদা লুপ্নবগুম তৌই। মমীৎ-মনা তথক তথকপস্থু য়াওদে। মুমা য়েংশিল্লুবা মী য়াওরম্নগদি মখোয় অনী'সা অরুবা থবক অমগী লাকপা নত্রগা অহুগুম্বা অমদগী হল্লকপনি হায়বা খঙবা ঙমগনি।

খোয়ম্রীঙ-খোয়ম্রাঙবা, পকা থাদবা কক্লতকী লম্বী অদোমদা অস্নুম থৌজীনক্কুনা নৌনা শাবা ওবস্ট্রেত্তিক্স এণ্ড গাইনিকোলোজি দিপার্টমেন্টকী বিলদিং মনাক্তা লাক্লমই। ফুতর থাম্নমই। লৈশাবী অহু কুমথহোরে। লৈশাবীহুনা, "য়াননি," হায়রমই।

"ফরে, হুরেন উমসি," হায়রম্লগা পাখঙ অহুনা ফুতরহু অমুক থৌগ্রে।

তৌথোরকনি খল্লুদে, লৈশাবী অহুনা কোর্ট মনুংদগী ত্রেইনিং নর্স হাক্লিশিংনা উপ্পা অহুগুম্বা কেপ অমা পুথোরক্লে। মকোক্তা

উপগীনপ্রে। মহু হেক উপাগিবদগীদি ত্রেইনিং লৌরিবী নর্স ছাত্রি মাশ্রে। ক্লোট অচুনা নাকন্দা য়াল্লিবা থাঙ্‌জাউ অহুদা নমগীন-থিরমই।

চৌকিদার নিংথৌজাউগা এতেন্দেম্ভ ঙাঙবীগা আউত্‌ পেশিয়েন্টকী.থোঙ হাংদোক্লি। ডাক্তরগী অমসুং অনাবগী চৌকি, বেঞ্চ, তেবলনচিংবা শেমজিন্নরিনি। স্কুতর অমা থৌজীন্নকপগী মথোন তাবদুদা "ডাক্টর কনানো, অম্বুক ওমা য়ৌরক্লিব'সীবো ?" খন্নরহুনা মনীঙলোমগী ম্যোৎকী কোল্লাপসিবল্‌ গেট্‌ অদু হাংবা চেপ্লোরকপনি।

অদুবু মশক-মতৌ ফজবা রাং-চাউবা পাগঙ অমনা মশক ফজবী নর্স ছুদেম্ভ অমা স্কুতরদগী থাদরম্বা অদুদা মথোয় অনী কুপ্পৈ য়েংহুনা লৈথোক্লমই।

নিংথৌজাউনা হায়রকই, "মহোয় নর্স ছাত্রিসিং'সীবু অয়ূক অঙনবদা গাড়িনা মহোয়' হোস্টেলদগী হেক হেক পুরকপদ্রাইনে ? ঙাইহাকসিদা কদাঈদা চীকমাঙ অমুক মাঙল্লুরিবা ? অসীনিদো ঙাঙবী, হুংশিনবা হায়বদো। ঙাইহাক তাঙ্গা ফংবদা মাগী মাগীদু উনহোৌগদবগী। হুংশিনপ্ররদা মা-মাগী মীদু নতনা তৌফম থোকপা মথৌ, মমা-মপা, মথকী ওফিসরকা কন্নিসু ওইনা উবি'পোৎ-নত্তেদো।"

ঙাঙবীনা থুমমই, "ঙাইহাক চীকমাঙ-মাঙল্লুবগী মতৌবু মান্দেনে। অহীঙ লেক্রমীন্নকরগা লাকপা ওইন্নিনি। হৈৎপ্রেন্নকো,

কানগী লৈশাবী ! মমা-মপানদি ডাক্টরগী লাইওা হৈনবা থারক্লিব-নিদকো।"

লৈশাবী অহুনা কোল্লাপসিবল্ গেত অদু হাংলমদবহুদা বিল্ডিংগী নাকন্দা থৈহুনা হোস্পিতালগী কোরিদোর তাম্না লাক্লমই।

নিংথৌজাউনা মাগী মবুক্তা লাকপা রাখল অদু ভেংনা হায়-দোকই, "অস ! লৈশাবী অসী য়েংববু য়াম্না হুংঙাইরিনে। কীভমনে; শকনে-চুনে। কুইনা 'স্নুম হিংজিল্লক্লবদি মশক ফজ-ফজরবা নহারোল য়াম্না উরকখিগগৌরি ? পওহায়-মহায়বগী রানি— থায়লগী মোইরাং খোইবী শাইককপীদুবু লৈশাবী অসি য়েৌনা ফজরম্বা হৌনদে। হৌজিক্তদা ফজবা য়াম্না থোক্লকপদগী মীমা কন্না শীওথানবিক্লবগী রানি। মথোয় অনীসী মতৈ-মনাও ওইজরবদি ঈশ্বরনা শীনবা মতৈ মনাও হায়বহু হেক থোক্কনি'।"

চুঙ-কীরাল চাবী, রাংলপ তৌবী নর্স ষ্টুদেন্ট অদুনা কোরি-দোরদা য়াম্না চীওলেম্না চৎথিবহু মথোয় অনীনা ওল্তোকপা রাগ অমদা মমীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংহুনা লৈহোই।

থেক্লা থেক্লা অস্নুম লাক্লুনা জেনরেল ও: পিঃ দিঃ সেকশন-লোমদা য়োরক্লে। মাবু উবদা হোস্পিতালদা অনাবগী শেবা লাকপা ময়াম মরা ওইনা ঈনথংলক্লিবা পাথওশিংনা মওক লৈথোক-লৈথোক্তনা য়েংনহোই।

মাবু খেংনহৌবা নর্স ছাত্রি থরস্ন, "ইস মশক য়াম্না ফজবী ষ্টুদেন্ত অনৌবা অমা লাকই'সীদি কদাইদগীনো; নহানমখৈ উদেবা," হায়নরহুনা অমগা অমগা শূরা শূরা নৈশিম্নবমখৈ য়েংনহৌই।

মাবু ময়াম্না য়েংনহৌই হায়বসী মা খঙই; অদুবু নাচুংবা অমত্তা য়াওরমদে। ভেয়রস মথক্তা লৈবা মেদিকেল আউত পেশিয়েন্তা কাখৎখিদুনা ভীজীতিং কিজিছিয়নগী কা মমাঙদা থারিবা বেঞ্চশিং অদুগী মরক্তা অমদা ফমথ্রে।

লৈরম্লিবা এতেন্দেণ্ট জলান অমস্থং মৌ নহা তোম্বীনৌনা "মেম্মা, 'সীদা তাব্রা" হায়না হংলমই।

"তাদে, ঈচে ঐখোয়গী ঈচেশিং অমা প্রোফেসারদা য়েংহনগে'না ভাইরিবা।"

ভাইহাক লৈতনা ঘড়ী য়েংলমই। য়াম্না লাওতরুবা মতৌ অদুদা তোম্বীনৌনা হায়রমঈ, "মেম্মখোয়গী ঈচেদুবু লাক্লিরবো? মেম্মগী থাদোকপা য়াদবা দিয়ুতি লৈহৌরবদি ঐখোয়দা শিন্নরম্মো। ঐখোয় অদুম তৌহৌগে।"

"লাক্লিরে ঈচে। লম্বী চঙলককম খঙদ্রবরা করিনো খঙদে। ঙস্তা লাকউ হায়রগা হৌজিক ফাওবা লাক্তে। ঈচে, ঐ গেত অসীরাঈফাওবদা অমুক্তা য়েংলুখিগে," হায়রম্লগা অমুক থোকখ্রে।

অনিদুনা শোন্নহৌই; "নহানমখৈ অমুক্তা উদেদা। মশক-মতৌ কজদ্রা? নহানমখৈ য়ুনিফোর্ম শেত্তবা হন্দক শেৎপা ওইরমগনি। অদুনা মশক চপ চানা খঙদবা জাৎনি।"

নর্স ছুদেন্ত অদুনা ঘড়ী য়েংলমই। পুঙ নীপালগা মিনিত কুনমঙা চৎলে। অমুক কুমথখিদুনা হোস্পিতালগী মনীঙগী কোরিদোরদুদা অমুক তপ্পপনা চৎলমই।

থাপ্লগা উবক, মশা মানবা, রাংলপ তৌবা, এপ্রোন লীংপা, ডাক্তর নহা মানবা পাখণ্ড অনীখক। এত্তেচি অমমম পাম্বরুমা লাক্লি। খরা নকলীমক্রবদা মশকশিং অমু ময়েক লেকনাক্লে। অনীরুগী মরক্তা খরা রাংবা অমমুদি শাইগী কুডর যৌরবফিবা পাখণ্ড অমুনি। অজেয়া অমুদি মখুদাও কাওবা শুরা শুরা ঙৌশিনবা মকোয়না য়োমশীল্লি। মশাদি য়াম্না নাক্লি।

থৈনরকপগী মপা য়োথদা নস ছুদেন্ত অহনা "গুদ মৌরনিং সার" হায়না ওক্লমই।

খরা হাংবা অহনা খুম্লকই, "গুদ মোরনিং সিস্তর। নঙদি কদায়দা অমুক চৎলিবা ?"

"সারবোয়স্ রাউণ্ড লাক্কবা অহুদা অমুক 'গুম থোক্লকইবা।"

"লাকও, লাকও রাউণ্ড চৎমুরসি।" ডাক্তর নহা অনী অহনা মাঙ থারদুনা, নস কৈশাবী অহনা মতুঙ ওইরপ ইল্লহনা স্পোহিহেল রাদলোমদা হাইজিনখে।

স্টেয়রস মখক্লোমদা কাখৎখ্রে। নোংমৈ, শজিন পায়বা সিফাইনা পিক থন্না লৈরমই। খরা অমনা মপাল্লোমদা কোরিদোরগী নাকন-নাকন্দা খাঙমুক রাংনা খাগৎলিবা ফক্লাঙ অহুদা ভারোই করিবোই তৌরদুনা লৈরি।

কেবিন এ কাইবকী থোঙগী নাকল অনীদা শজিন পানবা নোংমৈ পায়বা অমনে, ষ্টেন-গন পায়বা অমনে অনীনা ভাক্লি। মপান্দগী কোরিদোর অদুদা চুম্না খোজ্ৎও ফুরীং লেংপা হুপা অহুম অমম লেপ্লমই। প্লেইন ক্লোথস্ মেন ইন্তেল্লিজেন্স ওফিসার

ভাকুনি। দিঃ এস: পিঃ গুনচন্দ্রগা, এসঃ আইঃ কুলবিধুগা, এঃ এসঃ আইঃ বিষ্ণুরগনি।

মখোয় চোম্বা ডাক্তর নহা অদুনা লৈরম্লিবা ময়াম অদু হাইফেৎ য়েংলুরগা এসঃ আইঃ কুলবিধু হেক উবদা মথীৎ খজিক্তং তুকথরমই। অদুগা নর্স ছাত্রি অদুদা হংলকই, "এ ফাইভকী 'সৌদি ওসৌদি খরা কগৎলত্রা ?"

"খওজদে সার, ঐদি চওজক্রদ্রি। ঈচেনা হায়বদি খজিক্তং ঙ্খংঙাইনা তুম্বগুম তৌই হায়।"

"করে, ওরাঙগা ওসীপা কমদোবগে য়েংসি।"

এ ফাইভকী থোঙলোমদা চঙশীনখিবদা সিকাই অনীহু নাকন নাকন্দা খরা থৈদোকখি। থোঙদা নোক ভৌরমই। ভাইহাক লৈরগা মনুঙদগী থোঙ হাংদোক্লকই। এসঃ আইঃ কুলবিধুনা মাগী ঘড়ী হাইফেৎ য়েংখিবগুম তৌই।

কা মনুঙদা চঙলমই। থোঙ হাংদোরকপা নুপা অহু সিফাই মশম তাখৎপা অমনি। অতোপ্পা সিফাই অমনা আইঃ জিঃ পিঃ কেদরসিংগী নাতোন নাকচৌদা, লাইবক্তা কারক্লিবা হমাং মরীক মরীক অহু তৈথোক্লমই। ডাক্তরশিং চংলকপা অদুদা খরা লাগুক হন্দোকখিরমই। মখোয় অনীমক থাকি মচুগী হাক পেন্ত অমসুং শংলৈনবা মিলিতরিগী মোজাফুরিৎ নিমাই লৌংলি।

খরা হেন্না রাংবা ডাক্তর নহা অদুনা এপ্রোনগী ফুরীৎ-থাউদগী ষ্টেথোস্কোপ অদু লৌথোক্লুনা থবাক্তা থান থান্দুনা চেস্ত ওব্জরভেশন তৌরমই।

ভাইহাক য়েংলগা, "সিত্তর মখি অমুক্তা হাইদোকউ," হায়রমই।

নর্স ছাত্রি অদুনা মখাওফাওবা হাইদোক্লমই। কেদরসিংগী মথবাক, য়েংকী মরেওজুম, মবুক ড্রেসিংনা য়োম্লি। মকম থরদদি ড্রেসিং কাওদোক্কুনা ঈ তৈবা মচুম থোকপা অমুক হৌরক্লে।

থরা রাংবা ডাক্তর নহা অহুনা সিফাই অনী অহু য়েংলগা হায়রকই।

"আপ লোগ এক মিনিট বাহার জাইয়েগা। হমকো আইঃ জিঃ পিঃ সাহবকী রুন্দস থোড়া দেখনা হৈ।"

সিফাই অনী অহুনা মপান্দা হেক থোকখিবগা নর্স ছাত্রি অহুনা থোঙ অহু লোনশীল্লে। মখোয় অহুম অমগা অমগা অর্থ লৈনা য়েংনৈ। মকোয় চোম্বা ডাক্তর নহা অহুনা ফুরীৎ-খাউদা মখুং য়েং হুমজীল্লি, থোঙজীন ময়াদা লেপথে। লৈশাবী অহুনা থোঙলোমদা অমুক চঙশীল্লকই। থোঙদা হাপ্লিবা মিংশেল মচাহু ফাওনা তেরেন্দাদা য়েংলমই। চেনা মেনশিনখ্রবস্থ শেগায়বা মপা খজিকংহদা মমিং থম্লবদি উই।

অতপ্পা থোঙেলনা "য়ারনি" হায়রমই। থরা রাংবা ডাক্টর নহা অহুনা মাগী এক্তেচি অহু খংহাং-হাংদোরক্লে। চে অঙোবনা চেকশীন্না য়োমশীল্লবা ময়োম অমা য়াওরমই। হাংদোক্লগা ছীঃ ছীঃ তরাগী সিরিঞ্জ অমা পুথোরক্লে। সিরিঞ্জ অহু হীদাক মহী অমনা পীক থল্লি। য়েত্তমম্বু হাম্না পান্দুনা য়াওরক্লে।

অনাবা অহুদা হায়রমই, "হল্লো, গুদ মোর্নিং সর।"

কেদর সিং য়াম্না নুংঙাইনা তুমথুন হল্লি। থুম্লক্তে।

কেন্দ্রসিংগী ওইরা মপান্নেমেদ স্মিরিশরা যেত্তুন অহু উনশ্না কাওনা শদোক্ত্দা থিংজিনখ্রে। ইঞ্জেকশন কাপ্লিবা ডাক্টর নহাগী মথুং অদু থজিক থজিক্কি নীকই। অমুক ওম্বা অহুনা লাইবক্কী চিরাই অনীদা চুমাং মঙীক মঙীক কায়। কেন্দ্রসিংদি পীশূম থজিক্কুং শূকপদগী হেম্মা চৈনাখোল ফাওবগী শকফুম উংলক্তে।

থুনা য়াওনা ইঞ্জেকশন অহু কাপশীল্লমই। শত্তোক্লগা অমুক এঞ্জেচিদা হাপচৌনখ্রে। মফি অমুক কুপশীনবিরে।

কা অহুগী অকোয়বদা চাউরাক্লা য়েংলম্লগা, লৈশাবী অহুনা খোঙ হাংদোক্লে। মখোয় অহুম শকফম শেমজীন্দুনা থোক্লক্লে।

প্লেইন ক্লোথসমেন অহুম অহু পরপ পরপ চঙশীল্লকই। মকোয় চোম্বা ডাক্টর অদুনা হায়রকই। "সিষ্টর য়ারে, ঐখোয় য়ুনিতকী অন্যাবা অতৈ লৈত্রে।"

নাচুংবা লৈতনা ষ্টেয়রসলোমদা কুমথনবা চঙশীল্লকই।

"এসঃ আইঃ কুলবিধুসু চঙশীল্লকই। হংলকই, "ডাক্তর সহেব, অনাবসীবু ক'মদৌরিবগে?"

খরা রাংবা ডাক্টর অহুনা খুম্লমই, "অকায়বা থোইদোকপদি লৈতে। অহুবু হৌজিকমক চপ চানা হায়বা ঙমদ্রি। খরা কুইনা তৃম্মোই-লাকপোই পোথাহনা লৈরবা য়াই। ফীভম অসিদগী হেক্লিক্রবদি হুরেল মুংদাংবাইরমকাদি খরা হায়ব্বা ওম্বা য়াই।"

"অহু......রারীকা শাবিদিং য়াথিরোইনে?"

"অশ! অহুকাদি য়ায়া রাংলি! খরা পোথাথিসন্নু। য়ারি'মথৈ দিষ্টব' ভৌথিকথিনু"

মখোয় অহুম থোকখ্রে।

কুলবিধুনা ইন্তেল্লিজেন্স ওফিসর অনীহুদা হংহৌই, "মকোয় চোম্বা ডাক্তর মহা অসী মশক খঙব্রা?"

"খঙদে।"

"ঐদি হায়রা খঙঙ্গবগুম তৌই। চপচানা নীঙশীঙবদি ঙমদ্রে।"

মখোয়না শোন্নহৌবা অসী ডাক্তর অরাংবা অহু থরা তাহৌই। মকোয় চোম্বা ডাক্তরহুদি মাঙ থাখিবনা তাহৌদ্রে। মখোয়-মখোয়না চঙলকপা লম্বীদা থোক্লখি। ডাক্টর মহা অনীহুদি এপ্রোন লোথোকখে। মখুদাঙদা য়ানশিনখে। এস্তেচি অদু উপ্রবদি থাপ্পা য়েংবদা মেদিকেল ছাত্র অমুক মাল্লে।

নর্স ছাত্রি অহুনা গাইনি ওবস স্লাফ লেভেতরিদা চঙখি! মনা কুইরবা মতুঙদা থোক্লক্লে। মৈতৈগী ফনেক অমা শেৎ-লম্লে, মোইরাংফি অঙৌবা অমা ইল্লম্লে। বেগ অদু কি-রোলনা থল্লে। ঙসাইগী উরীপোক্লোমগী লম্বীদা অমুক থোকখরে।

\+ \+ \+ \+

পূঙ মাপল মথায়রোম তারকপা অহুরাঙ্গীদা সরজরিগী প্রোফে-সরনা সিষ্টর অমসুং মাগী এসিস্টেন্ত ময়ামগা আইঃ জিঃ পিঃ গী কেবিন্দা রাউন্দ অমুক লাক্লে। কা মনুঙগী সেবা তৌবা সিকাই অনী অহু অমনা হৌন্দী মেগাজিন অমা পাহুনা লৈরম্মি, অমনা চা শেল্লম্মি।

প্রোফেসরনা খুদাঙগী মিহুন য়েংলমই। হেক পায়বদা কেদর-সিংগী মখুৎ অদু তইং-তইংই। থর হোনবসু মাদ্রে। মিহুন য়াওরমদ্রে। ঙকচানবা মীৎয়েঙনা লোয়নরকপা ময়াম অহুদা

হাইফেৎ য়েংলম্লগা, ওকশমগী কেন্দ্রোত্তিদ পলস্ অমুক য়েংই। মদুদসু মিহুন ফাওদ্রে। প্রোফেসর হুমাং হাইফেৎ কায়। এসিষ্টেন্ত অমদগী স্তেথোস্কোপ তাপ লৌদুনা থরাক্তা হার্ট-বিত তাবা লাক্লে। করিমত্তা তাবা ফংদ্রে। পেত্তিকাওবী সিস্টরহুদগী তোর্চ-লাইত্ তাপ লৌই। কেদরসিংগী মমীৎ ফাকুনা তোর্চ-লাইত কাপশীল্লি। নাকন্দগী হাইহুনা পুশিল্লরুগা অমুক কাপশীল্লি। প্যুপিল অহু ফনা য়াম্না লাওথোক্লে। মঙালদা লেঙথোক-লেঙশীল তৌদ্রে।

প্রোফেসরনা "গুদ গোদ! ওক্সিজেন! হরি অপ," হায়না লাউরকই। অমুকসু নোৎশীল্লকই, "ব্রিং দেকাদ্রোন, কোরামিন, এড্রিনেলিন।" মাগী রেজিষ্ট্রার অদুদা অমুক লাউশিল্লক্লে, "ফোর গোদ্'স শেক, দোন্ত গেইপ্ লাইক্ এ মঙ্কী। কম্মোন হরি অপ।"

রেজিষ্ট্রার অহু তৌকম থঙদ্রে। মপান্দা চেম্বোকখ্রে। হান্নন হাউস্ সর্জন অমনে, ইন্তর্ন অনীনে, নর্স অমনে ওক্সিজেন্নচিংবা লৌবা চেম্নখ্রবনি।

ময়াম্না তফিং তফিং চেম্বোক্লরকপা অহুদা এসঃ আইঃ কুল-বিধুনা রেজিষ্ট্রারহুদা হংলকই, "ডাক্তর সাহেব কৈদোবা য়াওরবনো?"

"অং'ত ভাইবিখো," হায়রম্লগা স্তেয়রন্তা থুনা চেম্থ্রে।

প্রোফেসরনা কেদরসিংগী মথবাক ময়ায়দা মথুবাক অনী লোনশিন্নহুনা থম্লে; অদুগা অমুক অমুক চাং নাইনা কৌৎ কৌৎ নম্বা হৌরক্লে। কারদিয়াক মেসেজ হায়বহু ওইরমাল্লে। লৈহৌরিবা এসিস্তেন্ত ডাঃ দিনমনিনা ফুরীৎ থাউদগী রুমাল পুথোরকই। শন্দোক্ল-গা অনাবগী ময়াদা খুমজিল্লি। মমায় লুকথহুনা অনাবগী ময়াদা মাগী

ময়ানা উমশিনখ্রে। অতুগা চাং নাইনা শ্বর কামশিন্দুনা মাউথ তু মাউথ আর্তিফিছিয়েল রেস্পিরেশন পীরে।

ওাইহাক লৈরগা মথও মথও থুংলহুনা ওক্সিজেন পীরে, দেকা-ড্রোন কাপ্লে। ওয় থংবা থবাক্তা য়েত্তুম অশাংবা অয়া খিংজিনখ্রে। থম্মোয় য়েৌনবা ইস্ত্রা-কার্দিয়াক এগ্রিনেলিন কাপশীল্লে।

ফনা 'কুইনা লাক্লহুনা য়েংলে। অঙবু মিহুন লাক্লে, শ্বর হোল্লক্লে। প্যুপিল অহু চপ-লেপ্তুনা লাওথোক্তুনা লৈখ্রে।

লাক্লবা লেপ্লে। শ্বর মপী শাংনা অমুক্তং হোল্লগা প্রোফে-সরনা হায়রকই "গোদ গুদনেশ। হী হেজ এক্সপায়ার্ড। ....আ ...কর্মপ্লিত দি কোরমেলিতিজ।"

শূকথনা থোকখ্রে। ময়ামস্থু মরী মরী ইল্লখ্রে। রেজিস্ত্রর অমস্থুং সিস্তরশিংনা ফোমে´লিতিজ লোইশিন্নবা চৎখ্রে।

কুলবিধুনা প্রোফেসরগী মনাক্তা চেনশীল্লকই। অনাবগী মরমদা হংলকই। পোফেসরনা মরেওজুম পায়রকই অদুগা হায়রকই, "আই এম সোর্রি। হী হেজ এক্সপায়র্ড। ব্রী ব্রাইদ আরর বেস্ত। বত গোদ হেজ নোত হেলপদ অজ।"

কুলবিধুনা তকসী শোলহৌই। মথুৎ ওয়গী খুবাক ময়ায়দা য়েৎকী খুত্তুম্না মথক্তা শূজহৌই। প্রোফেসরনা নাইত ছ্যুতি তৌরম্বা ডাক্তর অনী অদু মাগী ওফিস্তা লাক্লবা হায়রম্বগুম তৌখি।

মানা থোকখিবদা চিফ সেক্রেতরি, মন্ত্রি, এমঃ এলঃ এঃ থরা, কমিশনরশিং, সেক্রেতরিশিং,, দিপুতি কমিসনরনচিংবা মথও মথও উনরে। ময়াম অদুদা আইঃ জিঃ পিঃ গী প্যাউ ভয়দা মাগী থম্মোয়দস্থু অনাবা কাওথি।

দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধচন্দ্রগী শঙ্গায়নি। মপা-মপুগী হাক্তক্তদি ইংখোল ফনা য়াম্না চাওরম্বনি। হৌজিক্তি মাগী যুমদগী শন্দোরকপা কা মচা, সঙ্গোয় মচা, জীপ-স্কুতরশিংগী কমন গেরেজনচিংব কয়ানা পুঙথন থনগ্রে। মনাওনুপা ইবোতোনদি সেক্রেতরিয়েৎ ওফিস্তা স্থপরিন্তেন্দেন্ত ওফ ক্লর্ক'স্ ওইখ্রে। খোইদোক্না মঙোন্দা অয়েৎপা য়াওদনা লেম পানা অতুম পাঙ্খ্রে।

মাগী মচানুপা অঙাওবা অতুমতুগা লৈশাবী অতুগা মখোয় মরী লাক্লবদা মা ফনা রায়। ময়ুমদা ঙাইহাক্ত পোথাবা ফংজদে। মখোয় মরীগী রাফম্না মাবু হেক হেক মাথা শাহল্লি। মচানুপী লৈশাবী অতু মশম বোব ককই। সাধারন্দগী হেন্না মেক-অপ অমস্থং লিপস্তিক লৈ। লিপস্তিকী তুরিদ লৈবদা পৈশা ফনা য়াম্না চঙই। পার্তি, ক্লব পিক্নিক, সিনেমা, ড্রামা চৎপদা ময়ুমদস্থু পাক লৈতে। মানা য়াওরুবা পার্তি, পিক্নিকা ফুন চৈনহনা রা কয়াস্থু খোক্লখ্রবনি।

মখোয় থৃদীঙমক্কী তোঙান-তোঙানবা কা অমমম তপথোক্লবা হোৎনবদা ইংখোল অদু পীকশীনখ্রবনি। মখোয় থৃদীঙমক্কী স্তিরিও রেকোর্দ প্লেয়র, মেমোরী ক্যা নেসনেল পনাসোনিক তেপ রেকোর্দর, ইলেক্ত্রিক ফেনচিংবা লৈবদা দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধগী তৃঃশীঙবা পৈশা ফনা য়াম্না লোইশিনখ্রবনি।

মচা নূপা অহল অহূদি ডাক্তর তমহন্নবা মশামক্না লম লমদা পূন্থনা ফনা য়াম্না হোৎনজক্করবনি। চহি অনী অহুম হোৎনরবা ফাওবদা সিত ফংবা ঙমখিদে। বীঃ এস ছীঃ ফাওবদি উচিন নাচিন্না লোয়শিনখে। মথা লাইরিক তমথন্রে। থীকা তৌরি। পৈশা ফনা নীঙথীনা থোক্লি। মতুনত্থম ফরে খল্লনা বুদ্ধদি মাগী থোইদোক্না খনখিন্রে। অদূবূ অমুক অমুক য়ু কা হেন্না থকচীল্লগা হল্লিল্লকপা জুবার অচৌবদা ফমলুহনা হেক হেক পৈশা য়াম্না মাঙহনবা খরা অসীনা বুদ্ধগী মকোক চীকহনদবদি নত্তে। মচানা পৈশা কোম্না শীজীন্নরিবা অসি আগর ম্যূমিং য়াওবদগী হেক হেক কোৎলকপনি হায়বসীসু মহাক খঙদবা নত্তে। ফনা হায়রবসু মচানা তোকপা লৈতে। তৌববুদি লাইসেন্স পায়বা মীগা শঙ্গ তৌরিবনিনা পুলিছনা কা হেন্না থিজিনবা য়াদনবা খূৎলাই অমদী মপায়রি হায়না তায়। হৌজিক্কালগী মী ওইবা তারবদি পৈশা খরা পায়বা, য়ু খরা থকপা, জুবার শান্নবা খরা য়াওবা তাবনি হায়বসি মাসু ওফিছিয়েল ছার্কলদা স্তিনবনিনা খঙলবনি। তঙায় ফত্রবনিনা করি তৌরুনি খন্দোক্লে। মচা অহলদা য়ারিবমখৈ য়েৎলরোই হায়না খনপ্রবনি।

মচা য়ায়মা অহুনা মাদ্রাজদা ওতোমোবাইলস ইঞ্জিনিয়ারিংগী দিপ্লোমা তম্লি। মখুৎ-মশাগী য়েংল্নুরবদি ফনা হৈ-শিংজবনি। অদূবূ পরিক্ষাগী মার্কস শোনমনবনা মানা তমহন্নিংবা ডাক্তর-ইঞ্জিনিয়ার ডিগ্রীগীদমক্তদি মাগী আশা কায়রে। মচা অসিমদি মোতোর বাইক্ কল্লা [illegible] থৌবদা ইস্কালদা মিং অমা ফজনা লৈখি। মাগী য়েজদি অ[illegible]া মিং অসী খন্নদা মতেং য়াম্না পাংখি। মানা মাদ্রাজদা চৎপদা

মাগী মুংশিজ্জপ্রবা "মো' বাইক্" অসোবুন্নু বাই এয়রদা বুক ভোত্থনা লোয়নখি। বুক্কনা ফনা কন্না থামজবনি, মচানা শিরে হায়বা মথৈ য়াখিদে।

নুমিৎ নীনীগী মমাঙদা পাউ নুংঙাইত্রবা অমা তাখি। মাদ্রাজদা মচাগী য়েজদি অপাঈবী অত্থনা তামিল মচা অমা শম্মদ-ত্তুনা শিগ্রে। মচানা মমান্নবা অমা মনীঙদা পুরগা থৌবদা শোকখিবনি। মচানুপানা গ্রেলদা লৈখে্ হায়রি। তেলেগ্রামদা নুপা লৌশীঙ মঙানা জামীন্দা লোথোক্লবা য়াগনি হায়রকখি। নুমিত্তুগী মাথা শান্নিহনা অহৌঙকা ভুম্বা য়াখিগ্রে। কামপোজ গুলী-অনী চারবকান্দা-নোংঙাল্লমদাইদা ভুমশীং মচেং অমদি শেংহৌই।

নুংঙাইনা ঙাইহাক্কং পোথাজ'রঙৈদা চিফ মিনিষ্টর অমসুং আইঃ জিঃ পিঃ নোংমৈনা কাপথায়রম্বগী পাউ তেলেফোন্দা লাক্‌খি। মচাগী থোদোক্কী নুমিত্তুগী পুঙ কুম্ব্রা হেল্লক্লে মানা ঙাইহাক্ক পোথাবা কংলকত্রিবা। অত্থবু হেম্না চিনবা অমা থুংলরে।

মচানুপা য়ায়মবু জামীন্দা লোথোকলুনবগী রাকমসু নুপীগী মৌপুন্না মশেল নুপাদা শিন্নপ্রে। ঈমুংগী রাকা অমত্তা চঙখিগ্রে।

আইঃ জিঃ পিঃ কেদরসিংনা হোস্পিতালদা লৈগ্গবনিনা মানা আইঃ জিঃ পিঃ গী চার্জসু পুংহৌরে। লৈবাক্কী লো এণ্ড ওর্দর পুহৌবগী অচৌবা ভার অমসু মকোক্তা নম্বরক্লবনি।

আইঃ জিঃ পিঃ গী লায়য়েঙ-লাইকল্লবদা মতেঙ পাংলুবগী ঙশাই নোংঙাল্লমদাইদা হল্লকপনি। ঙাইহাক্তা মীৎকপ অমত্তা শেৎকে হায়না ফনা কন্না হোৎনরুরে। অদুবু তুমথবা য়াদ্রে।

নুমিৎ থেঙজিল্লকপনা হাল্লে । তৌগদবা চেনগদবসু য়াম্না লৈরি। উপাই লৈত্রহুনা মমীৎ শিংনবা কোফী থকচীল্লে। কোফী কপ অহুম শুজিল্লক্লে; ওফিস্তা চৎলগে থৌরাংলক্লে।

থুনমক মনিপুরগী পুলিস অমস্তুং আর্মদ ফোর্সেসকী মকোক ওইবা মী খরা কৌরগা কনফিদেনশিয়েল কনফরেন্স অমা তৌগে থৌরাংলি। য়ুমগী নুপীনা চাক খজিক্কদি চাখো হায়না শীথাঙ থাঙলে। উপাই লৈতে, ঈরাজরুরে।

ঙশাই অয়ুক ওস্তাদগী হৌনা মাগী তেলেফোন ঙাইহাক লৈতনা শীঙলক্লি। মিনিষ্টর, এম: এল: এ:, রাজনিতিগী লুচিংবা, কমিশনরশিং, সেক্রতরিশিং শুরে।

রাহংদি চাউরাক্না অমত্তনি। চিফ মিনিষ্টর অমস্তুং আই: জি: পি: কাপ্পল্লিবা অসী কনানো, মী অমত্তনরা, করম তৌবজাৎনো, বোদী গার্ডশিংদি করি তৌহনা লৈহৌই, করি নোংমৈননো, অন্দর-গ্রাউন্দগী মীরা, চুম্নগী গুন্দারা, পুলিছকী মায়কৈদগী করি খঙবা লৈ, করি একশন লৌখৎলে, হৌজিক কাওবা একশন অমত্তা লৌখল্লিবা থুনা লৌখৎপা কৈ। .... কনানা খঙগনি, ঙসী নত্রগা হয়েং ঐ শোক্লকপা য়াই, মণিপুবগী এম: এল: এ: মন্ত্রি পুম্বা হাৎকে শীঙলম্বা য়াই, ওফিসারসিংসু শোক্লক্লোই হায়নীঙভায় লৈতে, .... কনানা খঙবা হুরেল হুংথিলদি দি: আই: জি: নশামকসু হাৎকে তেমশিংলম্বা য়াই ...।

অহানবদদি দি: আই: জি: বুদ্ধত্র নীঙথীনা জ্ঞান তানা তপ্না পাউথুম পীরমই। মাবু থবক তপই, হৈথোই-শিংথোইদে হায়না

মরাল শীরকপদগীদি মাগী খোয়দো শীকপা তৌরক্লে। ময়ামগী তফিং-তফিংবা, মিপাইবা, শিংলি শোকপগী রাঙাঙ অহু তারু-তারুরগা থজীন্দা অশাবা কারক্লে। কোকি থকচীনখিবা ময়ামনে, করিনে মবুক পৈশখৎলক্লে। মমৈদদি, "ঐ পুলিছ ওফিসরনি, ঐগী ঈথৌ চপ চানা' মশক থঙই, হৌজিক ঐনা তৌফম থোকপা লোইনা শীল্লি। ঐস্থ মীনি, মীহাৎপা খুদক্তা ফাবদি কম্পুতরাইজর ইলেক্ট্রোনিক দিতেক্তর ফাওবা ঙমদেনা। অস্থুক থুনা মীহাৎপ'বু পুথোরকউ হায়'দি কদায়দগী ঙমগদগে? আমেরিকাগী এফ: বি: আই:, ব্রিতেইনগী স্কোতলেন্দ য়ার্দ ফাওবা ঙম্বগী রা লৈতে।" অসীনচিংবা কয়া থুম্লে।

থাঙ্গৈশেংবদি বুদ্ধস্থ তুমিন্না লৈথোকপদি নত্তে। চিক মিনিষ্টর অঙাঙহল নোংমৈনা কাপতুনা শিরে হাযবা মীৎকুপ অহুদগী মহাক ঙাইহাক্ত ফাওবা পোথাবা ফংলক্লিবনি।

মানা থুনমক হোমীছাইদ স্করাদকী এস: পি: জুগোলসিং অমস্থং ইন্তেল্লিজেন্স ব্রিংগী রাধেশ্যামবু কৌখত্তুনা, থৌদোক থোক-খ্রিবা মফম অহুদা স্পোত ইনকৱারি তৌরুনবা, ফোটোগ্রাফিনচিংবা লৌরুনবা শীনখ্রবনি। ইম্ফালগী অকোয়বদা লৈবা লম্বী পুম্নমক থত্তুনা স্কুতর অমস্থং জিপমথৈ নোংমৈ পুত্রা হায়না চেক তৌহনখ্রবনি।

থৌদোক অদুগী শরুক থরদি উহৌই তম্নকপ'দি চৌকিদার থেব অমস্থং ম্যুনিছিপাল ওফিসকী চৌকিদার চাউথোইগা মখোয় অনীতনি। হেদ কার্টরদা মখোয় অনীবু পুখৎলুরে। অমমমতা ওইনা রা হংখ্রবনি।

থেবনা হায়বদি অসীনি। মাগী অহীঙগী দ্যুতি মতম লোইশিন্নরুবনি। মযুমদা চৎনবা ফিশেৎপা হৌগৎলকপদা নোংমৈ মখোল তাবদা মা চেম্থোরকখি। নোংমৈ অতু য়াম্না থুনা খপ্পগুম তৌখি। মানা থোক্লকপদা চিফ মিনিষ্টর, আইঃ জিঃ পিঃ অমস্তুং অতোপ্পা নূপা মখোয় অহুমদি তুহনা লৈরম্লে। মানা ঊহৌবা হায়ববু জিপ অমা অরাং পাংনা থৌগৎখি অদুগা স্কুতর অমনা পান্থি এভনীয়ুরোমদা থৌখি। নম্বরদি অমত্তা খঙহৌদে। মচুদি স্কুতর অদুনা শংবানবনি, জিপ অহুনা মিলিটরি মচুনি। স্কুতর অহুদা মী অনী তোংখি।

চাউথোইদগীসু চপ মান্নবা পাউথুম ফংখি।

ছিঃ এমঃ গী গনমেন্না মাঙপ্রিবা অসী মী অমত্তা জান তাদ্রে। মাগী অশিবা মশা ফংদবা অসীনদি মাস্তু থুজোল-থৌরাং তৌবা য়াওরমগদ্রা হায়না চিংনবস্তু পোক্লরক্লি।

চাউথোই অমস্তুং থেব অনীমক্তা রাহং অসীমস্তু হংখি। ছীঃ এমঃ খোয়গী লাকমিন্নবা শগোল তোংলকপা নূপা অমা জিপ নত্রগা স্কুতর তোংখত্তুনা চেনখিবা য়াওত্রা? অহুগুম্বা ঊহৌদে খুন্নকখি। জিপ অমস্তুং স্কুতরদা তোংখিবা মীশিং অদু অমুক ঊরবদি মশক খঙবা ঙমগদ্রা হংখি। মশক অমত্তা ঊহৌদবনিনা খঙবা ঙম্লোই খুমখি।

ইস্তমিমেক্স রিংগী এসঃ আইঃ কুলবিধুগী রিপোত মতুং ইর্মা ছীঃ এমঃসী হুংজিনী অযুক হোর্স রাইদিং তৌবদা গুনমেন বিরেনগা হেক হেক চৎমীমৈ। বিরেনগী মহৌশাগী রাখল,

লমচৎ শাজৎ পুক্লীওগী ফিরেপ্পচিংবসু ইনকারি তৌক্লরে। মিসিজ ছীঃ এমঃ, ড্রাইভর অমসুং স্তাফকী মী খুদীঙমক্লা বিরেন্দি ছীঃ এমঃ কাপ্পগী থবক্তা শূকয়াও য়াওরমগনি থাজদে হায়রকই। মাদি ঈতত্তুনা ছীঃ এমঃবু শিবা য়াবা খুদোংথীবদগী কন্দুনত্তা লাক্লিবনি। অনীরক অহুম্মক শুখে হায়রকখি। হৌজিক মানা মশক উৎখিদ্রিবা লোৎখিব্রা অসী করিগুম্বা মরম অমদগী ওইরমগনিসু তম্লকখি।

লৈমতোম্বীদি তেলেফোন্দা স্পিকর ললিতকুমারনা ছীঃ এমঃ শিবগী পাউ হেক তমঙ্গেদগী মাগী তুক্ষম কাগী ফমুঙদা তুমিন্না তাহুনা লৈখ্রবনি। কপ্পসু য়াওদে, মীনা ব্রা লান হংবসু খুমখিদে। পোষ্ট-মোর্টেম ওতোপসী তৌরগী অয়াবা লৌবগী মতাঙদা "ত্তৌবিগনু" হায়বা ব্রাইহেস্ট্রামদি হায়খি। অহুবু মযাম্নসু উকিল-শিংনসু ওতোপসী তৌহোবনা কৈ হায়বদগী শোইদি তৌখি। সংস্কারগী মতমদসু কপখিদে। করিগুম্বা রাখল অমদা মমীৎ চপ য়ুংহুনা লৈখি। মতম পুম্নমক্তা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈখি। অব্রাবা কোংদোকপগী খীঙলকপা তেলেফোন পায়খিদে। মী লাকপা সূকখোক্ খোকখিদে। মপা লাক্লবকান্দা ওখোংনা অমুক্তং কপখি। অহুসু মখা তাখিদে। মানা খনখি মনাও নুপী অনীগী নুপা রোইগা কিপগেনগা লাক্তে! সুংঙাইরিঙৈদা মচেঙ থাইদগী চাখিবদি মখোয় অনীনি। অদুগা হৌজিক্তি মশককাওবা উৎলদরে।

ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরিঙৈদা বাহাদুর চঙলক্তুনা পাউ তম্লখি। এমঃ আইঃ কুলবিধুগা এঃ এসঃ আইঃ অনী অমগা লৈমতোম্বীবু উনবা লাক্লি হায়না। লৈমতোম্বীগী মমীত্তগী অপাবা পি মরীক

মরীক চেম্বা হৌরকখি। মথন্তা ফাথবা ঙমদনা হীক হীক কপ-থরকখি। মমৈদা মমায মম ৎ ততোক্লুনা থানাশিংহু উনবা থোক্লকখি। থিরেনগী মথক্তা চিংননীঙভার শূক্লে লৈতে হায়বসি মানা অয়াম্বা হাযখিবনি।

এস: আই: কুলবিধুন! ইনকাবিশিং অসীদগী কান্নবা অমত্তা ফংদে হায়না দি: আই: জি: বুদ্ধদা তম্লখি। লংলা অসী থিরুবগী কান্নদে হায়নসু তম্লখি। অদুবু লংলা অমুক্তং চিংথোক্লগা থমহৌবা অসীগী কান্নবা নত্তে হায়না বুদ্ধনা মবুক্লীঙ থৌগৎখি।

মমৈদা অচুম্বা লংলা অসী আই: জি: পি: কেদর নত্তনা অতৈ কনানসু পীবা ঙম্মরোই হায়না লেপ্পব্রবনি। অদুননি মখোযনা অনাবা আই: জি: পি: গী ফমুঙ মনাক্তা অমুক থল্লায় য়াওনা শঙলূ-রিবসী। অমুক্তং মানা জ্ঞান তাবক্লুনা নীঙথীনা ভাব তানা মাগা ব্লারী শাননীঙলি। বুদ্ধনা মাগী ব্লাথল পরীঙশিং অসী কনামত্তসু হায়দোক্লমদে। তেলেফোন্দা ব্লাগী শানবদসু মানা থল্লায় ঈয়াও-য়াওদবা মতৌ অসীদা লৈখিদ্রবা অহাঙহলগী লাইরেন মত্তুং ঙাইনবা ওইরম্বা ঙা মচা এম: এল: এ: থরনদি বুদ্ধবু ছী: এম: হাৎপগী প্লোত্তা য়াওরব্রা হায়নহাওবা চিংনখি।

দি: আই: জি: বুদ্ধত ম্লোৎপা য়াবোই য়াদবোই চাক থরদি চারে। ওফিস কাগদবগী থোক্লক্লে। ম.না তারক্লিবা পাউশিং অমমমতা ওইনা মচা খায়না মবুক্লীঙদা থম্নবা লাক্লরি। ত্তোগদবা ময়াম অমসু শাগৎপা লাক্লরি। জিপ হেক তোংখৎকে তৌবদা মযুমগী ওর্দরলি অদুনা থুনা চেম্ঘোরক্লে "সার, তেলেফোন অমা লাকইয়ে," হায়ররে।

"কনানি হায়'গে ?"

"হংজরকল্লে, সার।"

"তো, ঐনা পাউ মরীক চুম্না চৎলু হায়রি'মত্তদা ! তোক্ও, কায়দে। ঐ চৎখ্রে হায়যু।"

অসী হায়বগা ড্রাইভরনা গ্যার পানবগা চপ মায়ে। ওর্ডরলি অদু তিনওক-মায়ওক লেপতুনা লৈহৌরে। জিপ অদু সেকেণ্ড গ্যার ওনগে হেক তৌরকপদা ড্রাইভরদা অমুক খাম্মু হায়রক্লে। মুংঙাইরক্লমাল্লে, গাড়িদগী কুমখল্লে, ময়ুমদা অমুক চঙখ্রে। তেলে-ফোন পায়খৎলমই,

"হল্লো, য়েস ? ওঃ কুলবিধুবা ? করি তৌরবা ?"

হোস্পিতালদগী কুলবিধুনা আইঃ জিঃ পি শিরে হায়না পাউ পীরক্লগা ওইরম্লে।

বুদ্ধগী মায়থোঙ চময়ে। হায়রকই, "অস ! লোইরেদনা অদুদি। মঙোন্দগী মরু ওইবা পাউ খরা লৌহৌগত্রা হায়রগা শিবনা হানগ্রবা ? ফরে, কুলবিধু নঙ অতুম হোস্পিতালদা লৈরমখো। ঐ হৌজিকমক লাকে।"

তেলেফোন দগী থমজিল্লমগা থুনা খোক্লকথি। জিপ তোং-খংলি। মাগী ড্রাইভরদা, "হোস্পিতালোমদা থুনা থৌরো," হায়রকই।

পুলিছকী মীওঈ অমসুং মর্থোয়গী গাড়ি ময়াম্না হোস্পিতাল মমাঙ অদু পুঙথল থল্লয়ে। পুলিছকী এম্বুলেন্স অমদা আইঃ জিঃ পিঃ গী অশিবা হকচাঙ হাপকৎলয়ে।

ডিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধ ডিঃ এসঃ পিঃ গুনচন্দ্র অমসুং এসঃ আই কুলবিধু চেলশিল্লকই। বুদ্ধনা হংলমই,

" করি করি অনৌবা দেভেলপমেন্ত তাবা উবা লৈ ?"

"করিস্সু লৈতে, সার "

" আই: জি: পি: গী দেদ বোদীদি কদাইদা থম্লুগদৌরি ?"

"মখোয় ডাক্তরশিংনা ওতোপ্সী অমা তৌথিগে হায়রিমাল্লে। অতুগা মখোয়গী মরী মতা যৌবক্তি ফাওবদি বঙ্গলোগী নাকল অমদা সিফাই ময়াম শংহল্লগা থম্বা তারিমাল্লে।"

" মখোয়গী মীশিংদদি তেলেগ্রাম থাখ্রবা নত্রা ?"

" ওরাঙ হোস্পিতালদা লৈরে হায়মা থাখ্রে, সার।"

"অমগা অমুক, থুনা লাক্কবা য়াদে হায়না থাখো। শিরে হায়বদি হায়রুখিস্সু।"

আই: জি: পি: গী অশিবা হকচাঙ মোপ'লোমদা পুথরে। বুদ্ধনা কুলবিধূ কৌশিল্লমই।

" কুলবিধূ নহাক ঙাইহাক ঙাইখো। ৱারী অমত্তা শাথিসি।"

" মখোয় অনী জিপ্সুদগী খজিক্কং লাপথোক্লা হন্দোক্লমই। লেপ্পা লেপ্পা ৱারী শানরমই।

বুদ্ধনা হৌরকই, " এঙ্গল অমদি লৈরে। মসী ঐ ঈশামক্লা খিগৎসিরা খল্লম্বনি, অদুবু নঙোন্দা শিল্লবগে। নোংমৈ কাপ্লম্বা মীশিংতুগী মরক্তা অমদি মকোয় চোম্বা পাখঙ অমা য়াওই কল্লা হায়নরি। ঐখোয়গী য়ুমগী অঙাঙ মুবীশিংনা তয়কপগী ৱানি। কুচু-কুমেন শকওঙ শাবান্দি অমত্তা খঙনত্রি। চৌকিদারশিং'তুনা হায়-বনে'য়ে। অদুবু মখোয়গী স্তেতমেন্ত লৌবকান্দা মখোয়না ৱাফমসি

পল্লমত্রিবা করিগীনো ? মহুনা তাকপদি ঐখোয়গী ইনকারি মুন্দে হায়বা তাকপনি ।"

কুলবিধূনা খজিক্কং নোক্লকই। হিপোপোতোমস্না খিগৎপগুমই। থাঙ্গেশেংবদি কুলবিধূগী শকওং-শাদাহু য়েংবা মুংঙাইবা, চগয়বা অশেংবা থানাগী শকওঙ্গনি । করিগুম্বা থৌদোক-থৌরমদা কূপই, চৗৎথদে । বুদ্ধি লোশিং নীঙথীনা শীজিন্নবা মীতানি । মীয়ায় ওইনা চাউই। মশা য়াম্না কৈ। মবুক খজিক্কুংদি খোল্লে। লীচৈ মরূগী শমকক্কুদগী তারকপা অখোনবা মঙক্কী অথাবা উনশা অহু থূপচীল্লে। মথূপ অহুম্লোম শুরে। খরা নোয়খোক্লবস্থু মাগী মহৌশাগী দরম মানবা মমায় অদূদি কয়া হোংবা লৈত্রি। হিপোপোতামস্ অহুম মাল্লি ।

বুদ্ধনা খরা ঈঙই, লেমই। রাখল মুন্না খঙবা হেল্লি। মাঙ-তুং ওয় য়েৎ পূমশূ শুনা য়েংবা মীনি । শেঙ্গোই শক্তা চঙই। ঙনা অহল ওইরক্লে। অনোয়বগী শরুক খরা কাপ্পা হৌরক্লবস্থু রাংবনিনা মশাদি য়েংবদা অহুম তোঙ্গানরি ।

বুদ্ধনা রাখল পুখোকপনি, কুলবিধূনা খবক ওইনা চৎথবনি । অহুনা মখোয় অনী পাপ্রবদি থানাগী থৌরাং নীঙথী হায়নৈ। কুল-বিধূ'সী বুদ্ধগা ক্লাস অমত্তদা তম্মিনরকপা মমান্নবগী মনাওনি। অদুবু মখোয় অনীসী চহী অমতদা থানাদা চঙমীন্নবনি। বুদ্ধনা এমঃ এঃ পাস তৌরগা শোর্ত সর্ভিস কম্মিসন লোইরগা চঙলকপনি। ঙম য়াম্না থূনা শৎ-শৎ কাখৎখিবনি ।

বুদ্ধনা হংলকই, "নঙনা নোক্লিবদি করিগীনো"

" করিস্থ তৌদে, তামো। " মখোয় অনীম ওয়রবদি কুল-বিধূনা বুদ্ধদা 'তামো' কৌই, ময়ামগী মমাঙদনা 'সার' হায়বা মিঙৌ শীজনৈ।

বুদ্ধনা অমুক মখা তারকই, "চৌকিদারশিংহু অমুক কৌখৎলগা স্তেতমেস্ত অমুক লৌবা তাই।"

" থোইদোকপা দরকার লৈরৱোই তামো।"

" করি থাইদিয়ানো হায়য়ুনে। নঙশু মহৌশাদি এক্সন ফনা থুবনি; হন্দাক্তে 'ধিরে ধিরে চল চান্দ গগনমে' হায়বগী ভাবতা লৈখ্রেনে হা?"

"তামো, এঃ আইঃ আরঃ গী 'হৌজিক হৌজিকৌদি মহুগী থৌরাং লৈজত্রি' হায়বহুদা লৈরিয়ে। অহুবু য়েংবিয়ু অস্থুম। লংলা অমত্তং কংগ্রবদি, ... তেলঙ্গা পাইবা ঐ য়ায়া হৈরকই, তামো..., লিরি শীৎপা মালঙগী ফোরোইদা থক থক চিংহনা ময়ামগী মমাঙদা লেম লেম ঐস্থ মীবু তেলঙ্গা ওইনা পাইজরকখিগনি।"

" কা হেন্না পঙহায় হায়রুস্থ হে। নঙগী তৌগদৌবদু অহুম মতৌ। হৌজিক'সীদি কনানা কনানো তস্বা ঙস্বা নত্তে। অভাবা য়াওরগা অতয়বা য়াওরকনি। স্তুংঙাইবা মঙ মঙদুনা হিংলিবহু ঙসী হয়েং লোইশিনগ্রবদি 'ঈহে:' হায়দুনা তোকহৌগনি।"

করি করিগুস্বা মতমদা কুলবিধূগী কা হেনবা, মীহুংশি খঙদবা রাঙাঙ, মীবু ওৎপী-নৈবিরগা স্নুংঙাইজবগী ( হৈংলিসতা হায়রগা সেদিস্তিক ওইবগী ) শাজৎ অসী বুদ্ধনা কি ছুকৎচৈ।

বুদ্ধনা মথক্তা থল্লি,… পুলিস হায়বসী মহৌশানা অকনবা য়াঙাও শীজীন্নগল্লি। মতুগীসু অকবা দৈ। অতুবু কুলবিধূ'সী থজি-ক্তংদি হেনমল্লি। হোয়, থাঙ হৈবা মীনা থাঙদা শিবা, নোংমৈ হৈবা মীনা নোংমৈদা শিবা........ হৈ.... হৈ ভৌহৈদেনহে.... কদায়দগী য়াথল লম্ফেনোনে……? মথন্তগী য়াথলনি।

অমরোমদা কুলবিধূদি হন্দক্কী মতাঙ অসীদা মাগী প্রমোশন অমা কাহৌদবা য়াদে হায়না কন্না শেম শারি। বুদ্ধবু ময়াম্বগুম্না লুনা তৌরবসু মবুক্কীওদদি বুদ্ধখোয়না মঙোন্দগী করিসু হেনফম থোক্কে হায়বা অসী মাগী য়াথলনি। কৌথিবা পুলিছ ইনভেস্তি-গেশনঁ কয়ামুক্তা অয়াবগী শরুক অয়াম্বদি মানা য়াজরক্লবসু বুদ্ধনা থূদ হেক হেক লৌবা অসী মথয়ায় সুংঙাইতে। মরম অদুনা হন্দক্কী ওপরেশন অসী মথন্তগী মথৌদাঙ ওইনা পাঙথোক্কে হায়বসী মাগী য়াথলনি।

মকোয় চোম্বা অমা য়াওই হায়বা অসিদা মহাক মথক্তা মবুক্কীওদা মোমোন তৌনা থৈজে……ঐনা চিংনববু করিদা শোয়গনি? ঐনা ঙশাইনা নুপা থোক্লম্নবদি ফাহৌবা য়ারবনি। কেদরসিংবু ময়ায় কনবা হু কাপশীন্দুনা হাৎলম্না ওইবা তাই।

থানাগী থবক্তা চিংনবা অমা হেক য়াওরকপদা মতু থুনা শেংদোকহোগদবনি, নত্রবদি মমৈদা তক্সী শোন্দুনা তোক্কনি হায়বসী মাগী য়াথলনি। হায়বগা তৌবগা মশামক ঙশাইনা তকসী শোনগ্র-বনি। মকোয় চোম্বা অতু ফাহৌদবগী।

থাঙ্গেশেংবদি কুলবিধূনা ঙশাইনা সর্জরিগী প্রোফেসরগা উয়তুনা য়ারী শানগ্রবনি। মাগী চিংনবা অতু কোরুবা। ঙশাই

কেদরসিংগী কেবিন্দগী থোকখিবা ডাক্তর নহা অনী অতুগী মনূংদা মকোয় চোম্বা অমা য়াওবদু মানস্রু ফাম্না উথ্রবনি। হোস্পিতালগী ডাক্তর ওইনদি নীঙশীঙবা শূকঙম ঙমখিদে। মাবু উবদা মমীৎ লৈখিবা মতা অতু খল্লু-খল্লুবগা চিংনবা অস্থম কেগৎলক্লে। থুনমক প্রোফেসরগী কাদা চঙই। প্রোফেসরতু চুরূপ অমা চিংতুনা পীস্থম শূকপমথৈ চিস্তা তৌহনা ফম্নম্লি।

"মে আই কম ইন, সার?"

"য়েস প্লিজ। প্লিজ বি সীতেদ।"

"সারখোযগী দিপার্তমেন্ততা খদাঙ চুবাদা মকোয় চোম্বা মশম শাংনা খরা থোযবা, কুচু পানবা, মশা খবা তবোপ্পা, ফুট মঙা ইঞ্চি তবেৎ-নীপাল্মুক হৃংবা, পাউণ্ড চাম নীফুরোম লূম্বা ডাক্তর নহা অমকা য়াওব্রা?"

"মকোয় চোম্বা ডাক্তরদি অহলস্থ নহাস্তু অমত্তা য়াওদেনা।"

"সারনা ঙশাই রাউণ্ড লাক্লিকৈদা চঙলম্বা ডাক্তর নহা অনী অদু কনা কনা ওইরবনো?"

'করিগীনো, এসঃ আইঃ সাহেব? ঐখোয়গী ত্রিতমেন্ত পেন্দবগী ৱারো? ঐখোযনা ঙম্বমথৈ হোৎনবনি। অতুবু অনাবা হায়বসিদি করিগুম্বা মতমদা তম্বা ঙমদে। শিগনি খল্লম্বা অতুনা ফখিবা কয়ানি, ফগনি খল্লুবা অতুনা .... ....।"

"নত্তে সার। ৱাখলতু শেরাম্রে। ঐখোয়গী পুলিসকী ·হৌনবা ৱাহং খজিকুং হংজগে তৌবনি।"

"ওঃ কেঃ আই এম রেদী নাও। কম্মোন ব্লাস্ত য়োর কুয়েস্তশনস।"

"সারনা ঙসাই পুঙ মাপলদা লাক্তিংবৈদা ডাক্তর নহা অনী চঙলমই! মখোয় অতু কনা কনানো খঙঙবা য়াগদ্রা?"

"ঐনা রেজিস্ত্রার এমঃ এসঃ ডীগ্রী পায়বা স্পেসিয়েলিস্ত ওই-রবা অমগা, হাউস সর্জন অমগা মখোয় অনী অহীঙ লেকহল্লম্বনি। মখোয় অনী ওইরমগনি।"

"মখোয় অনীগী মরক্তা মকোয় চোম্বা য়াওব্রা?"

"জস্ত এ মোমেন্ত; লেত মী সি। হুম........এজ আই তোলদ য়ু, ঐখোয়গী দিপার্তমেন্ততা মকোয় চোম্বা অমত্তা য়াওদে। অদুবু লেত মী কনফার্ম। এসঃ আইঃ সাহেবনা ডাক্তর নহা অনী চঙলমই হায়বগী পুঙ কয়াদনো খঙবিব্রা?"

"একজেক্তলি পুঙ নীপাল মখায় হেক তাবা মতমদনি সার।"

"এঃ অদুদি হোস্পিতালগী জেনরেল ব্কিং আররস হেক হৌগৎলকপা মতম্নিদনা। অদুক ঙন্নদি 'সীগী হোস্পিতালদদি ডাক্তর অয়াম্বা লাক্নিংঙৈগী রানি। ওঃ কেঃ লেত'স সি" হায়রদুনা তেলে-ফোন থাঙ্গৎলে। স্পেছীয়েল রার্দতা ইণ্টর্নেল দায়েলগী রিং তৌরে।

"হল্লো, সিস্তর আই 'ম ডাক্তর ধরন স্পিকিং। প্লিজ কম দাউন তু মাই ওফিস বিথ দি কেস শিত ওফ আইঃ জিঃ পিঃ কেদর সিং।"

মিনিট তরামুক্কী মনুংদা সিস্তর ইন চার্জ মখাঙদা পেতি অঙাঙবা ফাবী অমা চঙলকই। য়াম্না কিথি কিরুম তৌনা কেস

শিত্তু পায়রত্নুনা চঙলকই। স্ক্রিন মরুমদগী হেক চঙশীল্লকপদা কুলবিধুবু হেক উই। কুইনা থবক তৌরক্লবী মী জাৎ স্নুনবা থেংনরক্লবা সিস্তরনি। মশম তেন্না ককপা মঙক থোনবা কুলবিধু উবদা থানাগী মীশিং ওইরমগনি হায়বসী লায়না থঙই। অশূকপা পীশূমগা লোয়ননা মঙোন্দা হাযফেৎ চিংননা ফল্লপ য়েংলকই।

"করিগীনো, দরোগা শক্তাসীনা প্রোফেসরগী কাদা অমুক কম্ল্মবসীনা? নর্সিং কেয়র রাৎলিকা 'ইনা রাকৎলিবঙ্গাৎলা," হায়না চিংনবগী মীৎয়েঙনি।

প্রোফেসরদা হংলকই "করিগী ওইরবনো, সার?"

"ঐগী রাউণ্ড মমাঙদা, কেবিন এ ফাইভতা ঙসী রাউণ্ড চঙলম্বা ডাক্তর য়াওব্রা?"

"য়াওদে সর। ডঃ কুলেস্বরগা রতনগদি নাইত রিপোর্তকী মতুং ইন্না অয়ুক্কী পূঙ তরেৎ অদূরাঈদা য়েংলমই। ইঞ্জেকশন পেথিদিন ওর্ডর তৌরমই। ঐখোয়না ড্যুতি লাকপদদি থেংনহৌদ্রে।

"সিস্তরস্থু হান্নানা রাউণ্ড কেবিন্দুদা চৎলুদে?"

"চঙজক্কদে সর। নাইত রিপোর্ততা অনাবগী ফীভম য়াম্না কৈ, নীঙথীনা রেস্ত তৌরি ইরম্বত্নুদা মখোয়গী কাত্নুদা মী য়াম্না লৈবগা ঐগী পর্সনেল রাউণ্ডস্থু চঙলুদ্রে।"

প্রোফেসরনা এসঃ আইঃ কুলবিধুদা হাইফেৎ অমুক য়েংলকই। শকফম ঈকায়-কায়দনা তুমীন্না অহুম ফল্লি। প্রোফেসর ধরম্না রাহঙ মখা চথৈ,

"ঈকোন-কোনবা কুযেস্তশন অমগা হংগে, ডাক্তর কুলেশ্বরগা রত্তনগী মরক্তা মকোয় চোম্বা যাওব্রা ?"

সিস্তর মিলিনা কুলবিধুদা অমুক য়েংলকই। "চোমদে সর। মখোয় অনীমক মকোয় খাকপা ঐ নীঙশীঙজদে।"

প্রোফেসরনা কেস শীত অত্থু অমুক ফাক্তুনা য়েংই। খ্বাইদগী কোন্না বেকোর্ড তৌরম্বা অসী পূঙ মাপল মিনিত কুন্দা মশামক রাউণ্ড চঙলম্বগী দেথ রেকোর্ড অত্থনি অত্থুগী মমাঙদা ডাঃ লোকে-শ্বরনা পূঙ তরেন্থা নোট অমা ইরমই। অনাবত্থু নাহেবগা লোয়ননা বেষ্টলেস ওই হাথনা পেখিদিন কাপ্লম্বগীনি। পূঙ তবেৎ মিনিট নীফু মঙাদা অমুক চেক তৌরমই। ইবমই, "পেইশেন্ত তুইঙ্গ রেল। হেভিঙ্গ সাউণ্ড স্লিপ। পলস ৮০/মিনিত, বি: পিঃ ১১০/৭০। নো সোকেজ (বেন্দেজনা ঈ চূপশীন্দবা)।" পূঙ নীপাল মখায়দা ডাক্টর চঙত্থনা য়েংলম্বগীদি কেশ শিতকী মফম অমত্তদসু থেংনদে।

সিস্তরত্থদা "চৎপা য়ারগনি, কেস শিত'সী ঐঙোন্দা লৈখিসত্থু" হায়ত্থনা চৎকনখ্রে।

কুলবিধুদা অমুক য়েংলুরগা হায়রকই, "সোর্রী, এসঃ আইঃ সাহেব। ঐখোয়গী রেকোর্ডতা পূঙ নীপাল মখায়দা অনাবা য়েংলম্বগী প্রমান অমত্তা লৈতে। অদুগা মকোয় চোম্বা ডাক্তরসু অমত্তা য়াওদে।"

অদুগা কেস শিত্ত কুলবিধুদা অমুক যেংহল্লমই। প্রোফসর ধরনগী চীনবানগী নাকচী অনীদুদা মোমোন নোকপগী মমি তারকই।

মানা নোক্লীওলিবসীগী মরমদি এসঃ আইঃ কুলবিধুনা চিংনরিবা ব্লাফমসী ভাবনা লাম্বা খরা খরা ওয়ুকপা অহুননি। মহাক হান্না মথায় য়াম্না হুংঙাইরমগ্রবনি। কেদরসিংনা শিখিবা অহু চপচাবা মরম অমা থিকম খঙদনা লৈরম্বনি। অহুগীসু মথক্তা অহীও চুপ্পা মীৎশেল খাঙবমথৈ কেদরসিংবু কম্লনবা ওপরেশন থীয়েতরদা মশামক্তা লাক্লজখিবনি। হৌজিক্তি কেদরসিংনা শিখিবা অসী মখোয়গী মরাল লৈতে খঙলকপগুম তৌরে।

প্রোফেসরনা হংলকই, "ডাক্তর শাবশিং অদুনা করি করি তৌরমই, এসঃ আইঃ সাহেব খঙহৌব্রা ?"

কলবিধুগী শককমদু সেকেণ্ড অনীয়োমদং শেমজীন শাজিনবা নংহৌদবমথৈ ফগ্রাক তাবগুম তৌই। অদুবু থানাগী পুলিসদা পাইরক্কী মীৎকুপ কয়া থেংনরক্লবা কুলবিধুনি। মাগী মহৌশাগী থানাগী শককমহু চপচানা থুনা অমুক হন্তিনবা ওমই।

"ডাক্তর সাহেব ঐ পুলিছ ওফিসর অমনি। চিংনবা মচা অমগী ইনভেষ্টিগেশন মচা অমা তৌজবনি। তৌদবা য়াদবা ঈথৌনি। এনিরে, করিসু চিংনবিরুগনু। হুরেন ডাক্তর নহাশিংহু লাক্লবকান্দা মখোগনা আইঃ জিঃ পিঃ বু য়েংলম্বা মতমশিংদু অমুক্তা খঙজীনবিরমউ।"

ঙাঙনা ঙাঙনা প্রোফেসরগী ষ্টেতমেন্ত মচা অমা থুনা শেমদোকই। পাহল্লমই। য়ারে হায়রবহুদা প্রোফেসরগী শোই লৌরে।

চৎলমদাইদা "থেঙ্ক য়ু" হায়রমই

প্রোফেসর উনরুবদগী মবুক্লীডদা চিংনবগী লীখূল অমা লৈরে খল্লুরবনি। অতূবূ দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধদা হায়দোক্কে। পুলিছকী মী অতৈনা খঙনদ্রিবা, মা মথন্তনদি অমগা অমগা চানবা লীখূল অমা ফংবসীদা পূক্লীঙ মকা লাম্বা মচা অমা ফাওরম্লবনি। হন্দক্কী মতাঙ'সীমদি খূদৈ লৌহৌদবা য়াদ্রে খল্লুরবনি।

ঙশাই প্রোফেসরনা চিংনহৌবগী ওঙদা অমা লৈহৌবদূদা খজিক্কংদি নীঙহন্নপ্লবনি। দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধসু ব্রাফম অসী খঙ-লম্ব'সীদা অমুক্কা হেন্না হৈনিংবা পোক্লে। অতূগীসু মথক্তা ইন্তেল্লি-জেন্স ওফিসর অমা ওইবগী চেকশীনবা ব্রাংপগী ব্রাফম অমসু লাক্কদৌরি। মশামক য়াওনা ইন্তেল্লিজেন্স ওফিসর মরী অমসুং খুৎলায় পায়বা সিফায় কুন-কুম্ব্রানা ঙাক্লিবা মফমদা ডাক্টর শাশিন্নবা মী অহূমথক্লা আইঃ জিঃ পিঃ কেদরসিং শিখিনবা শীল্লম্ববু হৌদোঙনা শজোম চাবা য়েংবগুম য়েংতূনা লৈহৌথি।

দেবলানা হোস্পিতালদগী উরীপোক তাথিবা লম্বীরোমদা অস্নুম থোক্লকই। নাউবেম ফাইবোক থোং লাম্বোরক্তুনা ত্তেরা তারক্লে। সাপম লৈরক্তা লৈবী মাগী মমাল্লবী সন্ধ্যারানিখোয়দা মাগী ছাইকল থন্নম্বনি। ছাইকল লৌবা অমুক চঙলুবা তাবনি। ঙশাই সন্ধ্যারানীদা হায়রম্বনি, "খম্বগা ল্লারী অমা শাল্লগদবা লৈ, স্কুলরনা অসিল্লাই ফাওবদা কোইথোকমিন্নরুগে।" মশামক য়াম্না অঙাঙ ওইরিবীদি নত্রবনিনা এম: এ: পাস তৌরবী, থবক, থিরিল্লী ওইবনিনা মানা মমাল্লবীগীদা ছাইকল থনম্লগা থবক অমগীনি হায়না থোকখিবদা মমাল্লবীখোয়গী ঈমুঙদুদস্তু থোইদোকপা থিজিনবা চিংনবা লৈতে।

ময়ুমদা পুঙ তরামাথোইগী অতুল্লাইদা হল্লকে হায়রম্বনি। অদুনা মানা সন্ধ্যারানী'খোয়দা ঙাইহাক অমুক কমথরুবদা থোইদোকপা অকায়বা লৈতে। ময়ুমদা শাউনরমগদবা লৈতে। দেবলাগী মায়থোঙতু সুংশুক-সুংজানবা, পুক্লীঙ লৈতাকম লৈতবগুম্লি। অতুমকপু মতুনা মাযথুম ওইরগা থম্মোয়মুংদদি তথাং-তশোইবা পুক্লীঙ হকচাঙ ঈতাও তাউবা মালঙদা খোঙ থাংতুনা চৎপগা পাংথক ওইরি।

সন্ধ্যারানীনা মা লাকপা উবদা হল্লাওনা অমুক কৌশিন্দুনা কমহল্লমই ; চা থকমীল্লনবা শেম শারমই।

হরাও-হরাও হংলমই, "কমদৌরকপা ? খরা জ্ঞান তারৈনি'নে হৌজিক্তি। ঐনা হায়ব্রো, মী য়াম্না শিংবনে মী; জ্ঞান য়াম্না ভাবনে মী। মবুকস্থু য়াম্না তপ্পনি, মীগী পুক্নিংবু শেরান ভুরান তৌগদৌবা মী নত্তে হায়বেদনা ? ঈবেম্মনা হেক্তা বৃন্দাবনগী রাধিকা ওইবা পামজবা ওইনা তৌরদনা !...."

দেবলাগী পাউখুম তাইবা তৌদনা মথন্তা বন্ত্রঙ্ বন্ত্রঙ্ চথরমই। হায়া রিহর্সেল তৌরবা দাইলোগ-দিলিভরিদু মঙাখ। থাজেশেংবদি দেবলানা মঙোন্দা থম্বগা মাপা কাঈনগদৌরে নন্ত্রগা খংনরে, নন্ত্রগা খম্বনা মাবু হন্দোক্পিরম্লে হায়রুবা লৈত্তে, রাকৎপস্থু তৌরুদবনি।

তৌববুদি সন্ধ্যারানীনা দেবলাগী হুংশুক-মুংজানহুনতা লৈবা মায়থোঙ অহু উবদা মাম্ন মবুক্লীঙ্ হুংশিরমই। অদুম হায়না তৌরম্বা দেবলা নত্তে। চহী অহুম মরীমুক্কী মমাঙদদি মহৌশানা হয়াও তয়ামহ্নুনা, মকা লামহুমন্তা লৈরুবী দেবলানি। থম্বগা মুংশি-লমজাউথোন্দা অহানবা থোকমিম্নখিবা অহুদগীদি মাম্নী মীৎ-য়েঙ-য়াখল অহু অমুক অমুক অথাপ্পা মীনম য়োৎত্রম্বা ফংঙমত্রবা ঈপাক য়াংমদা হেক হেক পাইথোকখিবগুম তৌবা হৌত্রে। হায়া ঈচম-চম্না মখেলাংনা খিনঙাউ-লাইঙাউ ও ওজরম্বী শক্তম অদু মাঙত্রে; অমুগী মহুত্তা তনৌ তনৌবী, মী গুমহংবী মীথয়েঙ লাকয়েঙ, খোয়থুম্লবী রাঙাঙ-শাঙাঙ লোনচৎ শাজংকী ফীজোম্লা রোংহন্ত্রে। মমুমদা যাম্না ফাযবা ঈমজী জ্ঞান তাকী ওনম্রে, মরম ওক্না ময়ুমদা মমাগী মতেঙ পাংবা ঙম্রে। অমত্রেমদদা কে-লৌয়রুবী

থবকস্তু থরায় য়াওবা হেক্সংলক্লে। হান্নদি কৌভম চুম্বা মুপীমচা ওইরবসু, মায়থোঙ, নাতোন, মীৎপান, চৌনবান্নচিংবতু শেমজিন-শাজিনবা ঈয়াও য়াওরমদবনি, ঈতাও তাউজবী কোলেজ তম্বী মাল্লমই। হৌজিক্তি ফজবা, নীঙথীজবা শরুক চাম-চাম হেনগৎখ্রে।

ঙাইশাক সন্ধ্যারানিগা কম্মীমহুনা ব্রারী শারবা মতুংদা দেবলানা ময়ূমদা হল্লপে খল্লকপা তাঞ্জাহুদনি নূপা মচা অমনা চিঠি মচা অমা পুবকপদো।

"দিয়র দেবলা, য়ুম্লোমদা থুনমক হনগ্রো অদুগা নখোয়গী য়ুম নত্তবা অতোপ্পা য়ুম অমদা মুমিৎ নীনী হুম্নিদি লৈয়ু। ঐনা হায়রিবসী লায়থোক্লা খনগনু—প্লীজ নহাক্কী, খম্বা।"

সন্ধ্যারানিনা চিঠিতুগী মবোল য়াম্না খঙনীঙখি, অতুবু দেবলানা শেল্লান তুরাম ঙাঙশীন্দুনা উৎখিদ্রে, চপচানসু হায়খিদ্রে। পম্বা তৌদনা ময়ূমদা হনগ্রে। সন্ধ্যারানিনা "ঙসী চেনগদৌরিবজাৎলো ?" হায়না লকুহৌই।

ময়ুম্লোমদা ছাইকল থৌনা থৌনা ব্রাখল মণ্ডল মণ্ডল থল্লমই। মীপাইবা অমসু কন্না য়াওখৎলক্লি। মক্না ওইনা খম্বগী ঙশাইগী চিঠী মচাতু পাক্লবদগী মশাদু অমুক অমুক পাখৎপদা চেঙ খৈবগুম নীক্লমই। খল্লু-খল্লুরগা মানা ঙসী য়াওক্লরিবা পুঙ অময়োমগী থবক্ত য়াম্না চাউবা ক্রাইমনি হায়না কিরমই। নোংমৈনা শোক্তনা শিবা হিংবা খঙদ্রিবা আই: জি: পি: কেদরসিংবু হাৎপা মহাক নীঙথীজনা য়াওক্লববনি। খজিক্তং কল্লপ্পা থৌরকপা গাড়ী অমত্তং লাকপদা মাবু ফাবা লাকপা পুলিছ লাক্লবনি

হায়বগী ৱাখলদা য়াম্ভলেন শন্নাদগী লুশম ফাওবা অমুক অমুক চীঙ-চীঙ ফাওরমই । অতুমকপু অমুকস্তু খন্দোক্লমই "ফাগে হায়-ৱবস্তু ফাজরসনু । থা কয়া কয়া মাবু উবস্তু ফংদ, পাউ মচেৎ অমত্তস্তু তাদ, চাক্ষম তুক্ষম খঙদনা লৈগদবগী শরুক মাবু মরক মরক্তা উগনি হায়ৱবদি জেলদা লৈরবস্তু লৈজরগে । অদুবু ঐ অমা চেন্নরুবদগী মাবু মখোয়গী কাঙবুগী মী ময়াম্বু পুলিছনা ফাগৎখ্রে হায়বদুদি থোকহল্লৌংদে । ঐস্তু মৈতৈ-মুপী থোনা কৈ হায়নবা অত্তু উৎপা তারে । ফন ফত্রবস্তু খম্বা হায়বা মখোয়গী লিডর অত্তু মাগা মুংশিনবা লৈশাবাদু চেন্নরুবদগী ফাখ্রে, মখোয়গী প্লান ফজনা হৌগৎলক্লগা · পুঙকায় কায়খ্রে হায়বা অদুদি ওইহল্লৌং-দে । মুংশি মশুঙলাংগী অৱাবা খন্না থাওবা তাই ।"

খন্না খন্না মাগী ৱাখল লৌশাঙশিং অদু অস্তুম অস্তুম শাংদোক-খ্রে । অতুডৈগী মানা খম্ববু ঈহান-হান্না শকখঙখিবা মতাঙ অত্তু নৌঙশীঙলক্লে ।

\+ \+ \+ \+ \+ \+

চহী নীপালমুকী মমাঙদনি । শক ১৯৭২ ইংগী জানুৱারী তারিখ ২৬ কী অয়ুক্তি । মুমিৎ অদু অয়ুক অঙনবদা উন য়াম্না তাখি । তাইবংবু মুংঙাইহল্লগে মতাগুম নিংথমথাগী ইঙলবা উনশা হকচাঙ, লু তাংবু নিনফুং-নিনফুং শাহল্লগে মতাগুম কোরৌহনবগী অমেঙবা অথোংপা মঙালনা ৱাপল মরক মরক্তা ফাওজীনবা হৌরক্লে । য়াইবগী পেনবা নাইত্রবা অয়ুকী মুংশা অদু খজিক্তং

ওইরবসু ফংননবা অহল-নহা খায়দনা লমজাও, লৈরক-কোনশাং-নচিংবদা খোঙ্গাল-খোঙ্গালদা খোক্কুরক্লুনা ফিজাও অমমম ইন্নরহুনা অনৌ-অহুম অনৌ-অহুম পুনশীন্নহুনা কম্লরি। য়ারিসু মানা মানা খোকপা পুখোক্লহুনা শানরি, নৈনরি, খন্নরি—লৈবাক্কী রাজনিতিগী সমস্যা,নহারোলগী খান্নগী মতমগা চানত্রবা ঋৌন-লোনচৎ, ঙাক্রা হঙ্গাম খোংবগী অহাউবা, মুংদাংদনা উনমুক ঈঙলবনিনিনা হাউফম খঙত্রবা ঈনশাংগী য়া, শরেঙ ঙারেলগী অহাউবা, ওইবা য়াবা কুমদুগী ঈকঙগী য়াফম— লোইবা নাইদে খন্নরিবা হীরম। অসৌগী মনুংদা খাইদগী খরায় য়াওনা খন্নবা য়াফমদি মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংবগী মুংঙাইবা, প্রাইম মিনিষ্টর ইন্দিরা গান্ধিনা তারিখ ২১ দা লাক্লগা ষ্টেটহুদ ইনোগুরেত তৌরবা অসৌনা অয়াম্বনি। ষ্টেতহুদ ফংলবনিনা মণিপুরনা মশানা মশাবু লৈবাক ঙাকচবগী খুদোংচাবা ফংলগনি, চাওখৎ খোঙথাঙ শেমগৎপগী খোরাং কয়া পায়খৎপা য়ারগনি অসৌনচিংবা।

মুমিং অহু ভারতকী রিপব্লিক দে ওইবনিনা অহুগীসু মথক্তা ষ্টেতহুদ ফংবদা ঙায়রিবনিনা মণিপুর ষ্টেতকীদি, য়াম্না চাউনা শীল-লাঙলহুনা ধুম ধামদা কুম্মৈ তৌগদৌরি। ঙল্লবা অমুক অহুদা অঈঙবা অহু কাউথোক্লহুনা অঙাঙ অহল নুপা নুপী খা কনা। ৪শুবা আসাম রাইফলসকী লোংচুপ থংবা গেত তম্না মার্চ পাস সেলুত ওকপা য়েংবা চৎনরক্লে অসুম অসুম মী তিনবা হেঙ্গৎলক্লুনা লম্বী লমজাও, লৈরক শীনবা থুংনা অরুম-অরুম্বা শামতু কি, শালনচিংবা ইম্নরহুনা মকম খুদীঙমক্তা মচু মরাংনা

থল্লবা ক্নিজেং লাকচেংকী পরেং মথক্তা অমুবা শম্না কুপ্পা কোকশিংনা মরোল মরোল পীক থনগ্রে ।

দেবলা অয়ুক অঙনবা অসীদা লেপ্পা লৈতনা মোইদা তক্লি । অরোইবা তক্লবা মপাকশিং অহু মনিল রা রা কাদুনা শারিবা, খাওনা পীক থল্লবা খাংজাউ অদুদা মথঙ মথঙ থাদরি ।

তাম্না তাল্লক য়েংহুনা চা গিলাস মরী মঙাস্থু ঙাইশাক ঙাইহাক্তদা শেম্নহুনা পুখোরক্লি । অস্থুক থুনা তৌরিবৈ অসীদস্থু ময়ামগী তানশিনবনা হেক্তিল্লক্লি ।

লাওনরক্লি, "করিনোনে, দেবু. ঙসাইদগী ঙাইরক্লিবা ঐখোয়দা পীগেদি হায়রহুনা ঈনৌ নৌনা লাকপা মীদদা পঙপীদা পীরমাল্লে । নঙগী তনসী খরা হাউই'অনা যাম্না পোঙলেকো ।"

খরা মখোঙ চাদবা পুংকক চাউরক্লবা নহারোল খরনদি অস্থুমনস্থু কবেম্নরক্লি "নশক নশক ফজবনে, নঙগী অহাওবা তনসী পেম্না চাননবা নঙহুম লৌশিল্লসিরা করিনো ? নঙ খজিকক্তং পীকমল্লি'না তৌনি'কো ।" মখোয়গী কাংবুহু রা রা নোকথরক্লি ।

দেবলা চহী তরাসরীরোম শুক্লবা, লৈশাবী ওইবগী অহাল্লয়া মমি তম্নকপদা ঙায়রিবীনি । অসীগুম্বা মুপা পাখঙশিংনা নুপীলৈশাবীশিংবু উশিং থঙইদনা হেক হেক লক্লবা করেম্নবা অসী মানা মহৌশানা কয়া পামজদে । নোক-খেরিবা কাঙবু অহুদা মমীংনা কল্লপ য়েংলুরগা পীওম শুকচান্দুনা খাওজবা নত্তনা উপাই লৈতে ।

তাঞ্জা অসীদা মখোয়গী লৈকায়গী উদোইনা থাপ্লপ্লদগী হায়রকই, "দেবু, তন অনীগা চা অনীগা থুনা অমুক্তা পীয়ুসে। ইচন শক ফজবীদি মরম ওকথ্রপোৎনিসে। হৈমা, নখোয়' ইমাদি? মপালগী তুকান্দা খোকথ্রবরা? পৈশা তানবা কনখ্রেদা মখোয়' মমা মচাসে! হৈমা নঙবু রিপব্লিক ডে য়েংবা চৎলরোইদ্রো?"

দেবলানা উদোইগী নখোল তাবদা পুক্নিঙ খরা লুমথৎলক্লবগুম নোকমি-নোকমি তৌরমই। হায়রকই, "চৎলরোই।"

অদুগা উদোইরোমদা য়েংথোরক্লমই। কমকম লৈত্রতুনা উদোইতু মুংশা য়াইরতুনা খরা লাপ্লপ্লা লেপ্লম্লি। মনাক্তসু হেক য়েংবদা ওস্থোক্লা হুংঙাইরবা মমান্নবা অমসু লেপ্লম্লি। মশা না'ঙ্গৈ, রাংই হায়নরিবা উদোইদগী ফাওবা খরা হেস্তক রাংই; মশম শোংতক তৌনা মুশিন মুই; শম্পু লুবদা ঙাইরিবগুম ফরা ফংলাউনা মুগা লংবা অমসু কাপ্লগুম তৌই পাখঙতুগী মশমদো। চুম্নী মগৌশাগুম উদোইগা লৈকায়গী মমান্নবা খরগা লাক্লমগদৌবোই নীঙলুই; অদুবু ঙসীদি ঈতোপ তোপ্পা, নহান মথৈ উদবা শক-ফজবা অমা লেপমীন্নদুনা লৈরম্লে।

দেবলানা খল্লকই, "অস! অসীদি রাজেশ খান্নাদগীসু হেল্লি। ঐনা নহানমথৈ ছিনেমাগী রাজেস্তা অসুক যাম্না ঙাওরম্লিবা অসীদি মঙোন্দগী হেন্না য়েংবা হুংঙাইবা ঈনক-নক্লা লৈরম্লেদনা।"

তন তক্লা তক্লা অমুকসু য়েংথোক্লুই। পাখঙ অতুসু উদোইসু মঙোল্লোমদা য়েংলি। মখোয়না য়ারী শানবা অতু খরা খরা তাবগুম তৌরি। মখোয়না মাবুদি চপ চানা উরমগনি নীঙদে, গিলাসকা

সোছরগা লৈবা কাংথক্নুা খুমজিনবনিনা। পাখঙ্দুনা হায়রমই, "নঙনা ঙসাই দেবু'মা দেবু'মা হায়'হ্নদা ঐদি নুপামচা ওইরবোই নীঙই, লৈশাবী মচা ওইরে।"

"উম।"

"হুংশিনে, ময়ামগী কৃষ্মে য়েংবা য়াওদবমখৈ, অয়ুক ঙন্তা অসীদা ময়ামগী তন হৌহ্নুনা লৈরি'সীদি। ষ্টেতহুদ ফংলে হায়দনা কৈদৌনি, কৃষ্মে ফিয়োং, ঈরাং পাম্বা মৈতৈনা জ্ঞান তাত্রবদি অমহাগী অমহানি। ছিটিজেন খুদি মক্না দেবুদৌনা থবক কল্লবদি মনিপুর চাওখত্তনিংঙাই লৈতে। ঐসু তল্লে, দেবুগী তন চারগা য়ুমদা হজ্ঞগে, নহালরাইদি মার্চ পাক্কা থরায় য়াম্না য়াওরম্বনি। হৌজিক্তি য়াম্না তল্লে।"

"ঐখোয়' সীরায়দদি দেবু'মাগী তন'অনা হাউবদা হায়নরি-বনি। মমীঙদি মমাগী মিংদা চৎখ্রে, থাঙ্গেশেংবদি দেবলানা হৌবা তন্না হেন্না হাউবনি।"

"দেবু হায়'সী দেবলা হায়রি'সীদগী লাকইরা ?"

"উম, মশক হুংশিরদনা মরম ওকখ্রপোৎনি। হৌজিক্তি হোতেল মচা'সী মা মথন্তনা অয়াম্বা চলাইজরবনি; মখোয়' ঈমাম্না ঐখোয় ক্বা-কৈথেলদা চেং-হন্নাই থাউগী হ্নকান অমা তৌখ্রে। য়াম্না রানা হৌজরকপনি, হৌজিক্তি খরা খরা হুংঙাইরক্লে।"

মনাক্তা ফাম্লবা মী ময়াম অহুনা শাবা রারীহু দেবলা তারুদে, খরা খাপুক্লা হুংশা য়াইনা-য়াইনা উদোহ অমস্তুং জয়-কুমারনা শানন্নিবা রারী অহু মবুক্লাঙ চঙনা তারি। মনাকী রারী অদুনা পাখঙ অনৌদুগী রারীদু ময়েক শেংহত্রবস্তু মাগী

মমাগী অমস্তুং মখোয়গী হোতেল মচাগী ব্রারৌনি হায়বদি মাস্তু ভাব তাই। মাবু মরম ওকই, মশক মুংশি হায়না থাগৎনা হাথু ডাওনরিবা অতু তারগা মথায় হরাওক্লে মবুক্লীত লুমজে। থেও-জীল্লক্লবনিনা রিপব্লিকদেগী কুম্মৈ য়েংবা নংলরোই হায়হ্না হাথু চাবা থকপা লোইরদুনা অয়াম্বা চৎনপ্রে। চাদনা চৎখিবা খংস্তু য়াওপ্রে।

মতাও অতুদদি উদোইগা, জযকুমারগস্তু চওশীল্লক্লুনা মী অহুম অহুম্মুক ফম্বা চমবা থারিবা বেঞ্চ দেস্ক অনীতুগী মরক্তা অমদা ফমথপ্লে।

দেবলানা থোক্লক্লুনা দেস্ক অদু ফদী অচোৎপনা তৈথোক্লমই। মমীত্তি হঙ্গৎনা জয়কুমারখোয়রোমদা য়েংলকপা ওমদে। মমায় লুব্রক্লনা শৎ-শৎ তৈথোক্লগা লোইশিনখি।

জয়কুমারনা ঈচম-চম্বা ব্রাখলদা নুপীমচাতুগী ফীভম ফীরেপ অতু নৈনরমই। দেবলা য়াম্না চম্না লৈজবী নুপী-মচানি। ব্রাখলগী আশাগী পান্দম নাইদনা হুংশিৎনা শীৎপা মায়কৈদা কেল্লগা হুমদোক্লুনা উফুল্লক্তা চোইনা তারগদবী ব্রাকচীওগী গুলাপকুম উরুরি ম্যানা দেবলাবু।

অদুমকপু মানা তৌরিবা থবক মতাদুগা য়েংনরবদি মশা মউ ফন্না য়াম্না অতুম নাঞ্জরি। কুচুহু য়াম্না ভৌবদি হায়বা য়াদ্রে, পুলৈ কুচু হায়বহুনি। মশম মুশিন মুই, জ্বাই জ্বাই তাই। মথুং ওইনানা মমায় নাকন্দা মশম হেক হেক হুগৎপহু পকচবা অমা য়াওরি। ফি ইস্ত্রি, অতুবু হুপীমচা ওইবিগী মরৌ লৈনা ঈকায় থীবী য়েংবদা মুংঙাহবা লৈখোন অতুদি য়াওরে।

মখজাই ওইরোমদা শমক্র অমা য়েৎলোমদা শমক্র অনী থুংলিবা অদুনা য়াম্না মফম চানা রাশি কাপ্লি। মখুৎ, মখোঙ, খুৎশা, খোঙশাশিংহু লু নাপ্লি, তনৌ-তনৌই। অদুবু নিংথমথাগী অয়ুক্লগা ওইবনে উনশাতুদি নানবা কূপ্পা খরা রাংলি, পৌতক্লা থাতক্লা উই।

দেবলানা অয়ুক খোকপ্রিডৈহুদা উদোইনা জয়কুমারদা হংলমই, "কৈগীনো নঙনা অঙাঙ মচাসিদা অতুক কুপথনা থরায় য়াওনা মুন্না য়েংলিবদি? মী অঙাঙ মচা'সী মমায়-মমীৎ হাইগৎচবা ঙমজদ্রে। মহৌশাদি ঐ হেক উবদা করাউ মথোর কাঙ্গবনি। ঙসীদি রা লান অমত্তা ঙাঙখিদ্রে।"

দেবলানা তনগা চাগা পুথোক্লিডৈদা মাগী ফুরৈৎকী মথক্কা ফি অমতগা ইনশিল্লুখিগে খল্লতুনা হুকানগী নাকন্দা। য়াল্লিবা খুদৈ অরাংবতু লৌবা থোকখিবনি। উদোইনা হংলিবা রাহংতু মাপু তাই, জয়কুমারগী পাওখুমস্থু তানৌঙলতুনা ফি অদু ইনবা ওইনা ঙাইহাক্তং লেপ্লমই, কোক হেক চঙলক্কে।

জয়কুমারনা খুম্লমই, "অস্থুক ফজগদবা নুপীমচা'সী পীক্লিডৈদগী হুংঙাইবা কংঞ্জদনা স্থুম অরেস্বদা মাঙখ্রগনি খল্লুবদা থরায় হুংঙাই-তবগী রানিদা। অত্তৈলমদা ওইরবদি বিয়ুটি কন্তেষ্টতা য়াওহন্নবা ফিলম ষ্টার ওইননবা নস্রগা মোদেল ওইননবা খন্নবা য়াবা। ঙহো-ক্লা মরম ওক্লা থবক কঞ্জরিবা অসীদা পুন্সিগী অরামন মনা অমত্তা কংদনা খুরো চেনবা পুন্সিদা অতুম চেন্নবা হৌঞ্জগদবনিকো খল্লুবগী রানি।"

"ও : ফিলম প্রড্যুছরনা নোংমা ফাদোক অস্থুম কোইথোক্লুবদা ঈচম চম্বী শক ফজবী অমা লম্বীদা তারম্বদা খূল্লগা হীরোইন কুমহন্নীঙবগী য়ানিনে ?"

"মদুমকস্থু নত্তেদা । মী-মীগী পুন্সি, লাইবক, থৌদাং অস্থুম খল্লুবগী য়ানি । 'দি রিন্দ কেন্নোত রিদ'কী লৈ হেক্তোকস্থু থাবা ময়েক্তু পাবা থোক্তবা মুংশিংনা হুমদোক্তুনা ফজবা লৈ কয়া লৈমায়দা তাবা নীংঙশীঙল্লুবগী য়ানি ।"

দেবলা পীক্লবস্থু ক্লাস সেভেনগী পরিক্ষা থাগ্রবনি, এইত্ত কাগদৌরিবনি । জয়কুমারনা মাগী মরমদা খনবীরিবা অদুগী চপচাবা অর্থ খঙদ্রবস্থু, মাবু মীনুংশি অমদা মাগীদমক য়াবীরিবনি হায়বদি মাস্থু ভাব তাই । নুংঙাইজদে, মবুক্লীঙ মুংশি ।

তন অনীগী সোছয়দু দেস্কতা থল্লমই, অত্থগা চা অমুক পুথোক্লকই । মবুক্লীঙ লেপ্লমই, "ঐস্থু অত্থ ওইরবদি চুন্নগী খুল্লক্কী লৈশাবী অমা ওইনদি লৈথোক্লরোই । শকখঙ, মায়খঙবা মী অমদি ওইনবা হোৎনবা তাই ।

তন য়োন্দুনা লৈজবী পোমখৎচরক্লিবী মাবু মতমগী মুংশিৎনা কেলহনগ্রগনি, অরেম্বদা মালঙনা হুমদোকগ্রগনি হায়না শোল্লম্বা মীগী য়াবীবা হৈবা শকহেনবা অদু জয়কুমার কৌই হায়বসী মতম খরা লৈরগা খঙলকখি । ময়ুম চীঙঙা মখাদগীনি, স্কুল হেড মাস্তর অমগী মচানি, দার্জিলিংদা সেন্ত জোসেফ কোলেজদা বী:এ: তম্বা হৌগৎলকপা ছাত্রনি, ময়ুমদদি খম্বা কৌই হায়বনচিংবা লোইনা খঙলকখি ।

তন চাখিবা হুমিত্তুগী পুক্নীঙগী ফিরেপতুগী ইথিলননি ঙসী মানা এমঃএঃ সোছিওলোজী পাস তৌবা ঙম্লিবসে। পান্দম অসী ঙম্নবা অখাঙ কয়া কনখি। পুক্নীঙবু ফাজীনবগী লাম্নেং কয়া থেংনবা তাখি। পাখঙ কয়ানা অপাম-মুংশিগী লাং কয়া হুল্লক্কবা নত্তে। মমাম্নবী কয়ানা হরাও-কুম্মৈ, ঈরাঙ-ফলাংদা ঙাওচৎলুসি লৈক্ষেনরুসি হৌরক্কবা নত্তে। মিহৌবা-কারাম্বা কয়া ফাজীন্নবা হোৎনরক্কবা নত্তে।

মমানা দেবলাগীদমক খঙবা পান্দমদি মেত্রিক ফাওবদং তমহ-ল্লগা অফবা বর অমা থিরগা লুহোংবিবা অসীনি। য়াম্না কন্না তকশীনবদি ঙমদ্রবস্থু মরক-মরক্তা মচাবু থেমদবা নত্তে। মচাগী লাইরিক তম্নিংবগী নীঙহন্নদবা পুক্নীঙগী ফিরেপ অত্থুবুস্থু মবুক্নীঙদা থাগত্তবা নত্তে। মাগী চেঙ-থাউ-থুমগী দুকান মচাত্থু তেক-তাক, তেক-তাক পীক্না তৌরম্বদগী ফনা য়াম্না ফগৎলক্লে। নোম্বা কনবা অমস্থুং মরায়বক ফবদগী মথোংগী ঈমুঙত্থু খরা মনুংঙাইজক্লে। মমৈথঙদা মশাগী মিংমক্তা লেন্না চাউবা মঙঙদা খ্বাইরম্বন্দদা তুকান অমা লৌজরে। মহৌশাগুম চেঙ থুম থাউগী কারবারত্থু অত্থুম হোংদ্রি। ঙা য়োনক্ষম মনাক্কী পরেংশিংত্থুগী মনুঙদা অমনি। ময়ুমগী হোটেল মচাত্থু তোকহনগ্রে। হৌগৎলকপদা, ৱারিঙৈদা মচানুপী দেবলানা মতেঙ কয়া পাংবিখিবা থল্লুবদা মচাবু মবুক্নীংদা চেৎনা থাগোক্নৈ, মবুক্নীং মুংশ; নৈথিপ্রবা মংূরোইববু নীঙশীঙলগা মপী চত্থুম চত্থুম শিন্থৈ।

মপাল ফরক্লবদাদি দেবলানা তম্নিংবা মহৈ তমজরশত্থু থল্লক্লে। মৌপুরা, মনাওত্থুপী অনীবুস্থু মমান্নবশিংগী মরক্তা শোখগোদনবা

অফবা স্কুল য়েংতুনা লাইরিক তমহনবা ঙমজরে।

মপুরোইবদু পৈশা য়াম্না পায়বা, শা‌গৈ অচৌবগী মীওঈদি নৎখিদে। দিঃ ছোঃ ওফিস্তা থবক মচা অমা তৌজহনা ব্রারবস্থ ব্রানা অতুম ঈমূং অপীকপা অদূ পুবা ঙমজখিবনি। অদুবু নোংমা থুমিদাং অমা লুহোংবা অমা য়াওরুবদগী হল্লকখি। য়ু খরা য়াম্না থক্লকই হায়নখি। মকোক য়াম্না চীক্লতুনা গুল্নী অহূম মরী হূকচিনখি হায়নখি। অতুদগীদি ও:থোবকপদা ঈ মতুম ঙাক্তা ওথোবকখি; মাংবদস্থু লৈবাঙমুক মুবা ঈ মতুমগী অমাংবা ঙাক্তা য়াওখি। ফমূং অদু ঈ মতূম ঙাক্তনা পুমচাই চাইখি। ডাক্টর লাবপস্থু কনবা নংহৌখিদে; মপান্দা থাংদোকপদি নংহৌই। অরোইবা য়াহৌপ তান্দ্রিহৈদা কংনা নোক্লগা দেবুমাদা য়েংলগা শিঙ্গরমই, "নঙ ঐবু শাউগ‌ন্নুকো। নঙবু ঐনা নেংমতা হূংঙাইহনবা ঙমখিদে। ব্রারবস্থ ব্রানা অঙাঙশিংবু য়োকহৌরোকো। ঐ য়ারোইদৌরে। ঐ চৎলেকো অঙৌবী।" ঈখেং তৈরবা মচীন-বান্দগী নোকমি নোকমি হায়রম্বনি।

অতু তারুবদগী অঙৌবী খাঙবা ঙমদনা ও-খোংনা কপখি। ময়াম্না নাবন্দা পুথোক্লনা লাক্লখি। অঙাঙ অহুমস্থু মমা-মপাগী মতৌ উবদা ব্রা ব্রা কপথরকখি।

দেবলানা লাইবিক তস্বা লোইরগা মমাগী সেবা তৌজগে মতেঙ পাংগে খঞ্জবনি। অদুবু মানা হেক তৌবা য়াবা থবক অমফাওবা ফংদ্রি। এমঃ এঃ পোছিওলোজী তমলুববনি। প্রপর চেনেল হায়বা ওফিসশিংগী তৌফম থোকপা কয়াদি হোৎনতুনা

য়েংলুরে। অতুবু ইশ্বরভিয়ু ময়াদা বোর্ডকী মেম্বর উনক্লবা, মিনিষ্টর অমদা ব্রা অমা হায়জক্লবা, পৈশা লৈরবস্নু মশানা নত্রগা মব্রা চৎপা মী থাজীন্দুনা পৈশা য়োংহল্লুবা ঙমদ্রি। চহী অনীরোম শুজিল্লক্লে মানা পাস তৌরক্তনা ময়ুমদা লৈরক্লিবা। মমৈদা সেক্রেতরিয়েত্তা লৈবা, মখোয় ঈমাগী মবুঙ মাম লুখোইনা হোৎনবিতুনা সেক্রেত-রিয়েটকী লাইব্রেরি সেক্সন্দা ক্লর্ক ওইনা হাপ্লকপা য়াবগী মমি অমা উবক্লে। লুখোইনা তমখি, কোম্বংদা মাবু লাইব্রেরিয়ান ওইহল্লকপা য়াই, মতু ওইনববা ত্রেইনিং কোর্শ অমা ওফিসকী মায়কৈদগী চৎননবা হোৎনবা তাই।

থাঙ্গৈশেংবদি মমা অঙৌবীদি, মাগী খ্বাইরম্বন্দগী তুকান্দুনা ফজনা চলাইরিবনিনা পৈশাগী অরাৎপা থোইনা লৈতে। মচানা থবক তৌবা-তৌদবা কয়াবু খল্লুদে। লাইরিক তম্বা লোইবক্লহুনা মচানা মনাক্তা, ময়ুমদা লৈরবা অদুনা মাদি অতুম পেঞ্জরবনি। মানা খরা খরা চিন্তা তৌবা হৌরকপা হায়ববু মচাবু মতম চানা থাক্ত-খিবা ঙম্লোইদ্রা হায়বা অসীনি। দেবলানস্নু মমাগী অসীগুম্লবা চিন্তা অমা লৈ হায়বসী খঙলবনি।

লুহোংবগী ব্রা নীঙশীঙলুরগা দেবলানা অমুক খল্লকই, "ঐবু, খম্বা নত্তবা অতোপ্পা মী অমদা লুহোংবা ঙমগদ্রা? হৌজিক্তি ঐ খম্ববু থাদোকপগী শক্তি লৈজদে। লুহোংবগী ব্রাখলস্ন লৈত্রি।... .... মতম অমদা অঙকপা, অনৌবা, অখোৎপা মঙগী ব্রাখলনা থল্লম্বনি ঈবানীগী হুংশিবগী জগত্তো। অদুবু চহী অহুম্লোম ফাজীল্লক্লে খম্বনা তুমীম্না লৈরুবা ....।"

মমাঙচৈগী মখোয় অনীনা সুংশিনবা হৌথিবগী মতাঙ অহু অমুক নীঙশীঙলক্লি।

\+ \+ \+ \+ \+ \+

কালেন ছুটীগী মতম্লি। আগ্রা য়ুনিভর্ছিটীগীসু ময়ামগীগা থোং মাম্লনা ছুটী থারক্লে। দেবলাদি হন্দক্তি শিল্লোংদা লৈবী মমান্নবী আলফিনা সিয়েমগী গেষ্ট ওইনা জাইআওদা মখোয়গী য়ুমদা থুংলমই। ঈনক-নক্লা ময়াম্না ফজে হায়নবা শিল্লোং অমুক্তা উত্রি। ইস্কালদা থোক্লক্লবসু মমানা অয়াম্বা মতমদা হুকান্দা লৈথিবনা মথক্তা য়ুমদা তৌকম খঙদনা লেনবা অহু হৈনরমদে। অদুনা হন্দক্তি শিল্লোংদা মমান্নবীগীদা হুমিৎ তরানিরোম লৈরকথিগে অহুগা থোক্লক্কে হায়না মমাদা চিঠি থাঞ্জবনি। মমানসু য়ারকপ্রবনি।

দেবলাগা আলফিনাগা রুম মেটনি। বীঃ এঃ ডীগ্রীগী অহানবা চহীদা তম্লি। আগ্রা য়ুনিভর্ছিতিগী এথলেতিক ইভেন্তস্তা রুম মেত মখোয় অনীনা রান হল্রেদ মিটর্স'তগী এইত হন্ড্রেদ মিটর্স ফাওবগী আইতেমদদি মকোক মথঙ কংথি। মিতর চামা চনীগীদদি আলফিনানা হেল্লি, থরা শাংদোক্লগনা মিতর চামরী অমস্নুং চানীপালগীদনা দেবলানা হেল্লি।

হান্না রুম-মেত ওইবগী তিম্লজবহুদা, মশা-মশাগী অপাম-পামদা মাম্লরম্বা, অদুগা লমজেলদসু ফর্স্ট-সেকেণ্ড তাখিন্নবা অহুদা মখোয় অনী তিন্নবা অমুক্তা হেজংথি।

আগ্রাদগী শিল্লোংদা থুংলবা হুমিৎ নীনী শুবহুদনি। মখোয় অনী রাদ'স লেক্তা অসুম কোয়রম্বদগী অয়াং থংবা মায়কৈদা রাজ-

ভবনলোমদা লৈখা লৈ সু অন্নস্থং উজাও য়াম্না হৌবা, অরাঙ অনেম নাইবা লমপাক্তুদা ভাইহাক্তং পোথারি।

ওরাঙ নোং মরক্তুদা থুংলবনিনা মফি মরোল পুমচোং-চোংখি। দেবলাগীদি ফি য়াম্না পুরক্তবনিনা স্পোর্টসকী কেম্পতা মানা হেক হেক শৈংপা ঈচম চম্বা বেল-বোক্তুগা, ক্মিরি ফুরীত অমগা লাকই। আলফিনাসু দেবলাগা মান্নবা শেং-চারকই। শাবান মুংবান, শক-চু, রাং চাউনা কজবনিনা মখোয় অনীমক অউবা খুদীওমকী মীংয়েঙগী পেন্নফম ওই।

মনাক্তা কৈদোম নাইনা শাংলিবা দাহলিয়া, জিনিয়া, কেলেণ্ড্যুলা, জুবা কুশুম অথোনবা, তাওনা ফংবি কেমেলিয়ানটিংবা হৌরি। য়েংবদা থম্মোয় মথুম মরাঙ হৌরি।

মখোয়না থুংলবা কুমিত্তুগী মমাঙদগী হৌনা শিল্লোংদা নোংনা ফুঙ্গিং ফুনা চুহুনতা লৈরক্লি। অমুক অহুদা ভাইহাক হাংবদগী মখোয় অনী কোরবা থোক্লকপনি। ভাইহাকী মমাঙদা চোংলবা উনা রানাশিংগী বরক্তা-ফুমিংকী মঙালনা কাওক্লোল্লক্তুনা ভাইহাক্তং লংখৎহল্লহুনা য়াম্না কজল্লরনি। অহুবু ভাইহাক্তদা শিল্লোংগী মথক্তা কুপ্লিবা আকাশতু নোংনা অমুক পুম্মম মমশীল্লকই। নোং মুংশিংকা লোয়ননা নোংজিক্লা মায়ৈক হোংনা হোংনা কুঙনা চুথবা হৌরল্লমই।

দেবলাগা আলফিনাগা মনা কুওবা উচান পাম্বী অগ্রী মখাদা নোং ভাইহাক্তং খুপখিসি হায়নরহুনা চেনশ্লিল্লমই। দেবলানা ছাতিনসু য়াওবক্তে ফজনা চোংপা তারে হায়রমই। আলফিনানা

শিল্লোংদি "'সী ভাকুনি, ভাইহাক্তুদা নোং জম জম হেক তাবা, ভাইহাক্তদা সুংশা অমুক হেক থোকপা অসী শিল্লোংগুম্বা চৌগী ষ্টেশনশিংগী হৌনবিনি" হায়না তাক্লি।

দেবলানা নোক্লবোই করিবোই হায়রমই, "আন্ড য়ু আর সো ফল্লি। দেন, হ্বায় ডিণ্ট য়ু থিঙ্ক ওফ এন অমব্রেল্লা ?"

"উফ! আই নেভর কেরি এন এমব্রেল্লা ? ওল মায় ফ্রেণ্ডস ওলরেডি ত্রেক রান ইচ; বত আই হেভ গ্রোন বিথআউত এন অমব্রেল্লা ইন ক্লেইনি শিল্লোং।"

মাগী শামচিৎচৈ'মীদা পাম্লগুও অনৌথকুম নোং থুপ্লা ওইনা থংনবা উচান পাম্বৌহু তম্না চেনশীল্লকমই। অমুথক্লা আলুক্লিনাবু কৌক্লকমই, মাগী মক্লোল্লদা কৈদৌউ লাক্লুই, কৈদৌউ চঙগনি.... অসীনচিংবা হংনরমই। অতোপ্পা পাথংদুদি মমীত্তি য়েংলকুই, বাদি থাঙলক্তে।

দেবলানা উরকই মানা-অঙাঙ ওইরিবৈক্তা মরুক্তীগুদা লাৎচল্লিবা শক্তমদো। মম্মুদা থুগুক্লোদনা থেপ্পরে। লুৎপা নৈতুনা চুথরিবা লোংগী নোংমিকফিশিং অদুনা মীথুংদি মরা শাম্মই। "জয়কুমার মানবা থাদী মচা অমুবু ওইরমম্ব মাই.... শোয়য়োয়না জয়কুমার শোয়দনা ওইগনি। অহুবু মানা শিল্লোংদা কুমা....? ঐবু থুঙলম-খিগ্রব্রা ? কদায়দগী থুঙলমগুবনোদা! মানা নোংমথক্তং উখিবা অদুদি ঐদি অঙাঙ মামা ওইরি— থাগী ঈ ফাওবা লাকল্লি— অহুবু য়েংলক্লিবা মীতা অসীদি থঙবদোনা য়েংলক্লি। অস!

নোংনগা চোৎপনে শম-নাসিগা য়েংবদা নোক্লীগুলয়মনিদা ....।"
দেবলাগী রাখল পরাংনি।

আলফিনানা নোং খরা হাংলে চৎলসি হায়রকপা অতু অহানবদদি রাখলগী লাই চুরিঙৈদা তারমদে। অনীরক শুনা হায়রক্লবতুদা মঙফাওনরক্লবগুম উখাদগী থোরক্লমই। নোংদি পুবা হাংত্রবস্তু, চৎপদি অতুম ময়ারে।

পাখঙ অনীদুস্তু মখোয়গী মতুং ইন্নতুনা অতুম থোকমীন্নরক্লে। আলফিনাগা খাসী পাখঙতুগা অমুক কাগি জোগাই ভৌনতুনা রারী হৌরক্লমই। ঙাইহাক লৈরগা খঙনীঙ নীঙশীঙলকপা ওইনা খাসী পাখঙতুনা হায়রকই—

"ও কম্মোন আল, মিত মায় ফ্রেন্দ জয়কুমার। হী ইজ ফ্রোম মণিপুর।"

"ও রিয়েল্লি! আই হেভ এ সরপ্রাইজ দেন। শী ইজ মিস দেবলা এন্দ শী ইজ ওলসো ফ্রোম মণিপুর।"

জয়কুমারনা ঙকলপ্লা খুম্নমই, "এ রিয়েল সরপ্রাইজ দেন।" মখা চথরমই, মাস্তু ঙসাইমখৈ মৈতৈ লৈশাবীগী শক্তা খরা চঙই, অতুদা শক ফজবা হায়বসীদি য়ুনিভর্সেল ওইবনিনা খাসী লৈশাবীনি হায়রবস্তু অতুম মপকই খন্দুনা লৈরম্লিবনি হায়না।

অতুদগীদি মাগী মাগী মরোলদা রারী শানরকখি, দেবলাগা জয়কুমারগস্তু মৈতৈরোলদা। দেবলানা হৌদোরকখিবনি,

"ঐদি ভামোবু খঙই।"

"ঐস্মু হান্না উগ্রবগুম তৌইদা 'অনা খল্লম্লিখনিনে। ইবানি কদাইয়দা উনখ্রে ? শকফজবনিনা ঐনা অহানবা উবদা শোয়দনা ফজৈ হায়রমগনি, হায়দোকপগী চাঞ্চ ফংব্র'স্সু পুক্নীংদদি শোয়দনা ফাওরমগনি।"

"হায়'বুদি হায়খি। অদুবু কাউখোকথ্রি'সিনদি শক ফজবী ডাক্তা য়াম্না তোয়না তোয়না উরম্লগনি।"

"কেরা ঐবু খাঙ্গেশেংনা হায়খিব্রনে, ঐদি সুপীদকাদি য়ারী কয়া শাগন্দবনিদা।"

"হৌজিক নুপীগা অমুক য়াম্না ফজনা য়ারী শানরি'সৌদি।"

"অসীগুম্বা ভাগ্যবু পাক হেক ফংব্রো ?"

"অদুদি তামোদি তাঙ্গা ফংবগী মতুঙ ইন্না লুহোংদৌরিজাং-নিনে ?"

"হেরা, মহূগা খোইনা মরী ঈরৈ লৈনদে। মশাক ফজবী লৈশাবী দেবলাখোয়গুম্বগদি য়ারী শাননিংলবস্সু ওসীগী অমুম্না তাঙ্গা ঈফঙ হেক ফংদে হায়বনিদা। অদো, ঈবানি করম হায়না উনখিবনো. অমুক্তা হায়য়ুদনা, য়াম্না খঙনীঙঙে'দা।"

"কোম্না হায়রগে, তামো।"

"হৌজিক অদুম মহায়য়ু, ঈছীদা চা থকলুখিসিদনা ?"

"ঐখোয়দি অঙলিদা মুভি য়েংলুসি 'অনা মেটিনিগী টিকেত লৌশীল্লুরে।"

"করি মুভি"

"'দ রেদ সন' হায়বদো"

"অদুদি ঐখোয়স্ তিকেত লৈব্রা য়েংলুবা তারে"

"অস, লৈস্ লৈরম্লরোই"

"খোঙনা চত্তোই' নত্রো ? ঐখোয় 'ন্থম থিল্লগা য়াদ্রো ?"

"তামোগী ইমান্নবা অসিনবু য়াবিবকত্রনে ?"

জয়কুমারনা মমান্নবা কিনশাই মরবানীয়াংদা তিকেট লৈরবদি মখোয়স্ অঞ্জলিগী মেতিনি শো য়েংল্লু'সি, নত্রবস্ অন্থম থিনবিরুসি হায়বহ্ মাস্ য়ারমই।

পুলিস বাজারদগী হাইথরগা অঞ্জলি তাবা খোঙলম্বী'গুদা চৎনা চৎনা রারী অমুক মখা চথরমই।

"তামোদি শিল্লোংদা করম্না লৈরম্লিবা ?"

"দিল্লিদা আইঃ এঃ এসঃ ত্রাই তৌরিব'নেনা অমুক হোৎনরুরিবা। অনীরক শুরে ঐনা থারক্লিবা। হন্দকস্ কয়া থাজদে। পৈশা য়াম্না তিংদো শরূক মথঙদদি শিল্লোংদা থাগে 'অনা ? শিল্লোংগী লম তু খঙহৌরুগে 'অনা চঙঙকপনি। কিনশাইস্ আইঃ এঃ এসঃ থারুবনি। নহালরাই দার্জিলিংদা তম্মিন্নরকপনি, মানস্ কোয়রুসি হৌরকপদুদা লাকপনি। হোটেল অমদা লৈক্তরুগে'স্ য়াত্রে ; মখোয়' মযুমদা গেষ্ট ওইনা ভীঃ আইঃ পিঃ ত্রিতমেন্ততা হোলিদে তৌরি।"

"ঐস্থনি আলখোয়গী ইমুংদো ওস্থোক্রা লুনা-নাম্না থমগ্রে ; ঐদি হন্দোইবা অমা য়াওই"

"মখোয়গীদি য়ুম্নৈ-কৈরৈ য়াম্না নাম্না লৈবনি। অদুবু মখোয়গী ষ্টেন্দর্দ ওফ লিভিং মেইন্তেইন তৌনবা হোৎনবদা থরা

ইমকম হন্নবা ইমুংদদি য়াম্না রাবজাৎনি। মদুম্তু য়াম্না কবমক্তি নত্তমাম্লে হায়নীঙই ঐদি'। দেবলাখোয়বা লৈরিবু কদায়রাইদনো ?"

"জাইঅাওদা— রোবর্টস হোস্পিতাল মরাদা।"

"এঃ অদুদি ফিনশাই খোয়গা পঙলাপ লাপ্নদ্রেনা। মখোয়গীনা মিশন কম্পাউণ্ডদা। রোবর্তস হোস্পিতালগী থেক্লমদাইগী স্কুলকা লৈবা, :প্লে গ্রাউণ্ডকা লৈবা অদুরাঈদনি। দেবলাখি কয়া য়াম্না কুইনা লৈথিনি ?"

"থুমিং মরীনি-মঙানিরোমদনি।"

"ঐন্থু কুইরোইদা, থোকমীন্নথিবা য়ারেদনা অদুদি। খোঙ-লোয় ওইগদবা অতৈ বোয় ক্রেণ্ডকা লৈবজাৎলো ?"

"অস ভামোসী ঈমান-মান্দনা জাং জাংকী রাকা য়াম্না হায়জল্লকএকো। ঐখোয়দি চম্না কনাস্থ য়াওদনা হিংজরি।

"শক অহুক কজরগা, চহী মতাঙসীদা লৈরমদৌবদি মানগ্রেদা !"

"হৌজিক কাওবদি মন্দা-চুদা তিন্নবা ইশানা পাবজরুবা অমত্তা থেংনদ্রিয়ে।"

"অহুদি ঐগা মন্দা-চুদা তিন্নসি য়াব্রো ? মতাঙ লাক্লবকান্দা হিংমিন্নসি 'অনা হৌরকপা য়াবজাৎলো ?"

"অস ! ঈকায়জে'য়মী ভামো, পঙডাওদা ডাওশীল্লকই।"

অঞ্জলি য়োরক্লে। অহুবু হাউসফুল ওইরম্লে। লৈশাবী অনীগী মমাঙদা ব্লেকী তিকেত লৈবা ঈকায়রহুনা অহুম হনব্রে। চংলমদাইদা জয়কুমারনা আলফিনাদা মুমিদাং পুঙ তরেংকী অহুরাঈদা মযুমদা কোইরকে য়াগদ্রা হংথি।

আলফিনানা "ও স্যর, মোই রেলকম" হায়রোই।

হুমিদাংবদা আলফিনাখোয়দা কোয়রুবদা অদুম তম্মকখি—দেবলানা মমাঙৈদা তন য়োনফময়া মানা জয়কুমারবু ঈহান-হায়া উখিবদো। মদু হায়দোকপুরগা জয়কুমারনা মাবু হন্না খনখিগদ্রা চিন্নরম্বনি; অদুবু মাগী য়ায়থোঙ অদু, মদু তাবদগী মকা-লাম্বা হেক্তংখি মাবু য়াম্না খাগৎপিখি, মাবু পুক্নীঙ শেংনা থম্মোয় য়াওনা হুংশিবগী মমি তাবা শক্তম উখি।

মদুগী মতুংদা মখোয়। ঈহী রেষ্টোরাদা অমুক, লেদি হায়দল পার্কতা অমুক উনখি। অতুগা ইম্ফালদা হ্লাইট অমত্তদা থোক-মীয়রকখি। মখোয় অনীগী থম্মোয় থম্মোয় মশক খঙনখি, অমনা অমবু থম্মোয় শেংনা হুংশিবা হৌখি অমসুং হুংশিহনীঙখি।

অদুগী মতুং, চহী অমরোমতুদি চিঠি তোয়না তোয়না ইনখি, থাপ্পা নৈনবগী অরা-পোথানবা ওইনা, তুংগী হুংঙাইমিয়গদোবা আশা কয়া পুখোক্লুহনা।

দুর্গা পূজা মনুংদা দেবলা অমুকন্থু ঈম্ফালদা থোক্লকুনা মতম খরা অমুক উনহনা থাইন-অরা-পোৎলুম কোকখোক্লখি। দিছেম্বর-জানুয়ারি তাইনবদন্থু জয়কুমারনা মতম খরা সবস্তিতিয়ুত লেকচরর ওইনা পুরিবা কোলেজতুগী এক্সকর্সনদা ছাত্র-ছাত্রি পুরক্না আগ্রাদা দেবলাগা উনরৈ।

অদুবু চহীতুগী জুলাই থাদা জয়কুমারনা য়াম্না নীঙবা কায়বগী চিঠি অমা ইয়কুখিবা অতুদগী মশক উনবদি লায়রহনা মরা-মখোল, চিঠি-নুংথি অমত্তা তাখিদে। চহী কয়া তারুরবনি। শিল্লোংদা

অমুক্তা হন্না থাবা আইঃ এঃ এসঃ অতুপস্তু য়াখিদ্রে, মতুংদগীদি মাগী চহী হেন্দোকখ্রে, অমুক হন্না আইঃ এঃ এসঃ থাবা য়াররোই হায়রকখি। মদুনা মাগী নীঙব কায়বগুম তৌখি। অঙাঙ ওইরিঙৈদগী শাগৎচরকপা আশাগী যাত্রা য়ুম্বী তেক্লবগুম তৌখি।

দেবলানদি জয়কুমারদা মুংশিননা, ঈঙনা-চীক্লা হিংমিন্নবগী পুন্সিদা আইঃ এঃ এসঃ ওইবা-ওইদবগী রাখল চোইনিংঙাই লৈতে হায়না চিঠি কয়া ইতুনা ফনা থেমজিঞ্জখিবনি। অতুবু মাগী চিঠিশিং অতু অমুক্ত ফাওবা হন্নকখিদে।

হান্নবস্তু দেবলানা জয়কুমারগী পেন্দ-রাকৎ কয়া তাপ্রবনি। সরকারনা, য়ুঃ পিঃ এসঃ ছীঃ না মণিপুরগুম্বা চিদাই লমবু কয়া থৌওই উশিত্তবগী, তাথী-তাওইবগী মতাঙদা। দিল্লি য়ুনিভর্ছিতিদা সবজেক্ত অমত্তদা ( ইংলিস্তা ) এমঃ এঃ থামিন্নরকপদা লৌশিংগী মতাঙদা মানা করিস্তু উশিংলুদবা ময়াঙ মচা খরনা আইঃ এঃ এসঃ ঈরায়-লায়না ফংখিবা, মাবুনা হুন্দোকপিরম্বা। অতুগা অমরোমদা মিজোরাম, মেঘালয়া, নাগালেণ্ড, অরুনাচলনচিংবগী মচাশিংদি কোতা নাইতুনা চহী খুদীঙগী অমা-অনী অমা-অনী য়াওরক্লিবা। মৈতৈ মচা ওইরুবা মানা কয়া তোনপ্রবা। মণিপুরগী লৈঙাক শাশন্দি ময়াঙদগী হেন্দোক্তুনা মিজোরামগী, নাগালেণ্ডগী, অরুনাচলগী মীনফাওবা পায়শীল্লক্লে। মণিপুরগী এমঃ এলঃ এঃ মন্ত্রিশিংদি মসীগী রাখলসী করিমত্তা লৈতবা ওইনা তৌরি। ফুরিৎখাউ থন্নবতা হোৎনরি। মৈতৈ মচাদি, মীরমদি হায়রুতু, লৈকায়গী ফাওবা করিমত্তা তৌবা ঙমদ্রে। অসীনচিংবা কয়া.... ।

মানা মাওগ্রবা মতূংদগীদি মমাম্নবশিংদা হংক্লক্লবস্নু দেবলাদা নীঙথী-মুংঙাইনা, মচা খায়না তাকপিরকপা অমত্তা য়াওরক্রে। থরা লৈরগদি 'কংলৈপাক্কী রিভোল্যুশনরি ওর্গেনাইজেশন' হায়বা অন্দরগ্রাউণ্ড মুভমেণ্ট অমদা থম্বা হয়বা মিংগী কৌতুনা য়াওগ্রে হায়না তারকখি। চহী মরী-মঙা অসী দেবলানা মথমতা অন্না-পোৎ-লুম পুতুনা অয়াম্বা মতমদা মপী শিন্থু শিন্থ লেম্নকপনি। থম্বনা ঙরাও থঙকাও ফাওরকপা অদুদা মাদি য়াম্না হরাওরুরবনি। অতুবু হৌজিক্তি মাস্থ মুংশি মশুঙলাংগী পল্লেপকম থঙদবা অরুবা-অথূপ্পা লাঙ্গও অমদা য়াওবা হৌরে।

হৌখিবা পুন্সিগী লামায় কয়া হাংদোক-হাংদোক্তুনা, মাগী হৌজিক্কী ওইরিবা ফীভম অমস্থুং থম্বগী ব্রাথল কয়া নৈন-নৈননা লাকপত্নুনা ময়ুমদি য়োশীল্লক্লে। লম্বীদা পাড়ী অমত্তং থজিক্তং কন্না খোৗরকপদা, পুলিসকী মীওঙ্গ অমা থেংনবদা, মী থরা য়াম্না হেক পুল্লম্বদা, মী অমনা মঙোল্দা থজিক্তং য়েংলকপদা শ্বায় শ্বায় লাউদবদি নত্তে। মাগী ব্রাখল হেক হেক পরীও থুগায়দবা নত্তে।

ময়ুম হেক য়োবগা মফি অমমুক হোংদোক্তুনা মনাউ মুপী অমস্থং মৌপুব্রাদা প্লাদি মুমিত্তু হাওবম মরক্তা মবোকখোয়গীদা লেকলুবা তারে হায়রম্লগা চৎখরে। মখোয়গী মামনা মাগী থবক্কী মতাঙদা ব্রা ঙাঙনগদৌবা লৈ, মবোক্লস্থ চাক চারগা লেক্লরাউ হায়না পাউ থারকই হায়না ব্রাথৈত্নুনা অমুক খোল্লকখি।

---

ফাইনান্স মিনিষ্টর গজেন্দ্রগী বঙ্গলোগী খরা মনুং থংবা মরায় ওইনা চাউবা কাহ্নি। খরা লুবা রা ভানবা তারবদি হেক হেক কা অসীদা থবৈ। কা অতুগী ফক্লাঙ নপ্পা থারিবা রেকশিং অদু ফাইলনা পিক থল্লি। সন মাইকাগী পাক চাউরবা তেবল অমা থাই। মনাক্তা অহাঙবা অপহোলষ্টরদ স্বিভল চৌকি অমসু থাই। চৌকি অদু হাঙলি, মন্ত্রি গজেন্দ্র লাক্লগা ফম্লনবনি।

দিঃ আইঃ জিঃ ইবোহল তোপ সিক্রেত থাবা ফাইল কোভর অমা মমাঙদা থম্লহুনা রাখল তৌনা ফম্লি। মনাক্তা ইন্তিলিজেন্সকী এসঃ পিঃ পোলেন্দ্র, চিফ সেক্রেতরি সিংহবি, মণিপুর রাইফলসকী কমান্দেন্ত অহুম, ছীঃ আরঃ পীঃ গী দিঃ আইঃ জিঃ ভোরা, বিঃ এসঃ এফঃকী ট্রঃ আইঃ ছীঃ রানা, তেবলগী অকোয়বদা চৌকি অমমমদা ঈকোয়-কোয়না ফম্লি। মানা মানা থোকপা রারি শানরি। অয়াম্বনা চিফ মিনিষ্টর অমসুং আইঃ জিঃ পিঃ শিখিবগী রারীনি। করম্বা মীত্তানবো, করি নোংমৈনবো, করি মরমগীনো, মামা মানা থোকপা হংনরি, মাগী মাগী জ্ঞান পুথোক্লহনা থম্লরি।

ফাইনান্স মিনিষ্টর গোজেন্দ্র হোমগীসু পুরি। মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টরগী এসাসিনেশন অসি তোপ লেভেলদা লাক্লি, ভারত সরকারগী মীৎয়েং অমসু চঙশীল্লক্লি।

চৈরক অসীদা হান্নগী সরকার অসীগী লুচিংবা অমস্তু লৈতবা য়ারোইদৌরি। হৌজিক ফাওবা মেজোরিতি ওইরিবা পার্টি অসিগী বিধান সভাগী মীওইশিংগী অথুবা মিতিং অমস্তু মাগী বঙ্গলোসীদা হৌখিবা হুমিদাংদা তৌগ্রবনি। মাবু লুচিংবা ওইনা লেপ্পগ্রবনি। পাউ অসী শিল্লোংদা ব্রঙ্ক কোল তৌদুনা গভর্ণরদা ফোঙদোকপ্রবনি। সরকার অনৌবগী লুচিংবা খল্লনবা গভর্ণরবু বার্তা তৌথ্রবনি, কোমের্শল তেলেগ্রাম অমস্তু থাখ্রবনি।

অদুবু গভর্ণরনা অয়ুক অদুদা লোং দিষ্টেন্স কোল অমমুক পীরক্তুনা লৈবাক ঈরাঙ খজিক্তং নেমথরগা পাঙথোকসি হায়বকখি। মাবু মতম খরা কেয়ার তেকর ওইনা লৈনবা হায়জরকখি। মদুগী ফোমের্শল তেলেগ্রামস্তু থাগ্রবনি হায়রকখি।

চিল্লবা তাল্লক অসীদা ওপোজিশন পার্তিগী মীওই খরনা অতোপ্পা অনৌবা সরকার অমা শেম্মনবা কেম্প অমা শাখরে হায়না তারক্লি। মাগী এমঃ এলঃ এঃ কয়া, মন্ত্রি অমা অনীস্তু য়াওনা চঙখরে হায়নস্তু তারি। খরবুস্তু নম-নমদুনা ফাজীনখরে হায়নরক্লি।

তুংঙাইগ্রবা, খোঙ্গদৌ-শীকপা অসীগুম্বা পাউ খৌদোক ময়াম্না খল্লবা কোক অমা পুরতুনা গোজেন্দ্র ময়ুমদা হল্লক্লি। দাইভর গনমেনগী মথক্তা অতোপ্পা গনমেন অমস্তু য়াওরক্লি।

মাগী বঙ্গলো মমাঙদা পুলিস অমস্তুং সিফাইগী মীওই ময়াম গাড়ী-গাড়ীগা লোয়ননা লৈরম্বা অহুদা করি খৌদোক থোক্লবনো হায়না ঙাইহাক্তং পাখৎলুই। মাবুস্তু হাৎকে হোৎনরম্লবজাৎলা খঙানরুই। খঙনীঙ নীশীঙলকই ঙসী সেক্যুরিতি কাঙবুগা মাগগী

ওইবা স্পেছিয়েল মিতিং অমা লৈকো।

মানা কারদগী কুমথরকপদা লৈরম্লিবা পুম্নমক অনৌবা ব্যাবাহার অমসুং মীৎয়েঙগা লোঙ্গননা মাবু ওকই। পরপ-পরপ কনফরেন্স কা মনুংদা চঙশীল্লি।

লৈরম্লিবা পুম্নমক ফুক ফুক হৌগৎলি, ময়ামগী অনৌবা ব্যাবাহার অদুদ মানা ইকুই কুইদনা ওইগদৌরিবা সরকারগী মকোক ওইবগী ফমদুগীদমক্তনি হায়বসী মাস্থ খঙবগুম তৌই। মী নেমই, মবুক থোল্লে। চিরাই অনীমক ফনা তাঙশীল্লে। গুকশম ককপী কোৎ অমা লীৎপদু মাউ সে তুংগী শকফম খরা চঙই। চীঙ-লেম্বসু থোইদোক্লা রাৎপা নত্তে।

নমস্তে তৌই।

"ময়াম পুম্নমক ফমথবিয়ু" হায়রগা মাস্থ কমথরমই। ময়ামসু ফমথৈ।

ময়াম পুম্নমক চা-কপ অমমম থক্লবা মতুঙদা রা থম্নবা হৌরমই।

গোজেন্দ্রনা হৌরমই, "দিঃ আইঃ জীঃ সাহেবনা হন্দকী চিফ মিনিষ্টরগী এসাসিনেশন অসী পোলিতিকেল ফানাতিক অমনা পাঙথোকপনি খনবীব্রা নত্রগা করিগুম্বা অন্দর গ্রাউণ্ড ওর্গেনাইজেশন অমনরা নত্রগা মাথা পেং চোইরবা গুন্দা খরগী থৌঙ্গনশিল্লি খনবীব্রা ?" অপনবা য়াওদনা, মাগী মহৌশাগী থোঙাউদা অশন্বী রাঙাঙদা ফুজীল্লকপা রাহঙনি।

দিঃ আইঃ জিঃ ইবোহলদু অহানবমক্তদা অসুক থুজিনবা রাহঙ হংলকনি খল্লুদে। অহানবদা লকক তৌরমই।

ভাইহাক অমুক খল্লগা খুম্লকই, "হৌজিকমক্তি চপ-চাবা করিগুম্বা লংলা অমত্তা ফংজদ্রি, সর। চায়বা য়াম্না লুই!"

"লংলা ফংদ্রবস্থ ঈশাগী চিংনবা হায়বা অমদি লৈকম থোকইনা, সাহেব।"

"চুমই সর। ঐনা 'স্তুম খঞ্জবদা মসী খরা চাউবা পান্নার অমগী বেঙ্কিং লৈবা ওর্গেনাইজেশন অমগী থবক্কি হায়না চিংনজে।"

"পান্নার হায়বদি ঐখোয়গী পোলিটীকেল পার্তিশিংগী মরক্তগীরনে? অদু তৌরম্বা কম্যুনিস্তস্থ হৌজিক্তি জ্ঞান তাগ্রেনা, তুমীন্না লৈগ্রেনা।"

"ময়াম্না খঙনরবা পোলিতিকেল পার্তি মরক্তগীদি মান্দে। মখোয়না শীন্টীন্নরম্বা ওতোমেতিক ব্রিপনকাদুদি চুম্নগী পেং চোইবা অঙাওবা অনী অহুমগী থবকস্থ মান্দে অদুগা গুন্দাশিংস্থ মান্দে; ওর্গেনাইজেশন অকনবা........."

কেয়র তেকরনা মরক অমুক থংলমই,

"ঐখোয়গী 'সীবায়গী খুংনেকস্থ মান্দেকো।"

ওইরোই সর। মখোয়গী খুংলাঈশিংতু আর্মিগী মীতনা পাঈনবা খুংলাঈনি। ঐনা অস্থম তাজবদা মৈতৈ নহারোলশিং থরা অন্দরগ্রাউণ্ড মুভমেন্ত হৌগংলক্লি হায়বা তাজে; মখোয়না তৌবা থবক মাল্লি।"

. "মখোয়মা পায়রিবা খুংলাঈশিং 'সীদি কদায়দগী পুরকপনো হায়বগী আইদিয়াদি লৈব্রা?"

"ময়াম্না হায়নবদদি সর, মখোয়'সী চাইনাগা মরী লৈনৈ হায়-া তাজে, চাইনাদগী পীরকপা নম্ত্রগা 'সীরাইদগী ... ... "

অমুকস্থ মরক থৎলমই, " ঙাইবিখো, ঙাইবিখো মদূগী য়াকমত্ ইণ্টরনেশনেল পোলিতিক্স লাক্কদোরে। চুমই, ঐখু নহানমখৈদি তারবনি। লোইনা চুম্নৈ। অদুবু নহানমখৈ ঐখোয়গী ইন্তেল্লি-জেন্সকী থবক অমত্তা তৌহৌদ্রবরা ? ঐখোয়গী জরানশিং খরদগীস্থ খুৎলাই মুনখিবা, বেঙ্ককী পৈশা মুনখিবা সিফাই খরা হাত্তোক্লম্বগী থৌদোকস্থ অনীরক অহূমক থোকপ্রবা নত্রা ?"

"মানি সর। লোইনমক খঙনরবা ঙাক্লি, অদুদা নহানমখৈ ঈহৌ-হৌদোক্লদবগী য়ানি। ঐখোয়গী ইন্তেল্লিজেন্স ব্রিংগী এস: পিঃ সাহেবস্থ য়াওরক্লি। সাহেবকী রিপোর্টতা চাউরাক্লা মৈতৈ শুমত্রা মবিক্ষুমুক হৌখিবা চহী অহূম-মরী অসিদা চাইনাদা চখোক-চৎশীন তৌরি হায়।"

"অদুবুদি নাগালেণ্ড, মিজোরামগী মতুং ইন্দুনা মৈতৈ নহারোল কয়াস্থ য়াওক্লরবনিদনা। চহী তরা কুনগী য়ানি। বাঙ্গলাদেশ য়ারদগী মসীগুম্বা লোইনমক অয়াম্বনা তোক্লপ্রবদাইনে।"

"চুমই সর। অয়াম্বা তূমীন্না লৈখ্রে, অদুবু জেনরেল এম্বেস্তিদা য়াওহৌদবা কয়ামুক লৈহৌরি। মখোয়গী নীঙহন্নবা লৈত্রি; হন্দক চহী অনী অহূমসীদা মশীঙ য়াম্না য়ামথোক্লমাল্লে সেণ্ট্রেল গভর্নমেন্তস্থ মখোয় অসীগুম্বসী লোইনখ্রমাল্লে খন্দুনা তূমীন্না লৈখ্রমাল্লে।"

"হন্দক অমুক কনখৎলক্লিবা অসীনা করিগীনো, খঙব্রা ?"

"সর, মসী পাউ অস্থম খোমজীনবদা হায়নবদি মনিপুরি লেঙ্গুয়েজ বিলবু ভারত সরকারনা তাথী-তাওঈননা তৌবিবা;

অদুগা থবক হাপ্পগী মতাঙদস্থ মৈতৈ মচাশিংবুদি খরা নাথৈহনা থম্বিরম্বা; মখোয়গীদি কোটাস্থ লৈজদবমিনা মমাম্নবশিংগী মমাঙদা মমায় খুনরকপা অসীনা অয়াম্বনি হায়নৈ। লাইরিক-লাইস্থ হৈবা, এমঃ এঃ, বিঃ এঃ য়াম্মা য়াওরি হায়নৈ।"

"মখোয়গী লুচিংবশিংগী মমীঙদি খঙলব্রা ?"

"মখোয় খরগীদি রেকোর্ডতা অতুম লৈ সর। অতুবু লুচিং-বনা কনা-কনানো হায়বদি খঙবা ঙমদ্রি। রেকোর্দতা লৈরবা মীশকশিং অসীস্থ মখোয় হৌজিক মনিপুরদা লৈব্রা, জঙ্গলদা লৈব্রা হায়বা ঙমদে।"

"মখোয়গীদি করি করি খুৎলাঈ লৈরে ? চাইনা আরমীগী মীওঈমক মখোয়গী মরক্তা য়াও লাকপা তৌরব্রা ? চাইনানা কয়া য়াম্মা মতেঙ পীগদৌরি ? হকথেঙননা লান থেংনবা তারবদি মখোয়গী আর্মিস্থ য়াওগদৌরিবজাৎলা ?"

"অদুগুম্বগী মতাঙদদি পাউ অমত্তা ফংজদ্রি ? ঐখোয়না খরা খঙজবা হায়ববু নাগালেণ্ডগী হাকক্তা চাইনাস্থ খরা নীঙহমখ্রে হায়নৈ। মখোয়না সপ্লাই তৌখিবা খুৎশু-খুৎলাঈ অমত্তা নাগা অন্দরগ্রাউন্দশিংনা নীঙথীনা শীজিন্নখিদবা অদুগা অমত্তস্থ মায় পাকখিদবা অদুননি হায়নৈ; মৈতৈ মচাশিংগী ওর্গেনাইজেশন 'সীবুদি খুৎশূ খুৎলাই কয়া পীবীরক্কমাল্লে খঙে। মখোয়না খুৎলাই মুনবগী থবক কয়া চথরিবা অসীনা হায়জরিবা।"

য়াম্মা কুপথনা পুঙ অহুম্লোম রা থন্নখি। ঙসী ঙরাঙ থোক-খিব্রা থৌদোক্তী মরমদা অথঙবা রা পুথোক্লখি।

দি: আই: জি: না CIMASIN (code word of C. M. Assassination) থাবা তোপ সিক্রেকী ফাইল অহু ফাক্তোক্লুনা মানা পাযখৎপ্রবা অমস্থং পাঙথোক্কদবা থৌরাংশিং পাথোরক্লি। ইম্ফাল অমস্থং মণিপুবগী তম্পাক্তা হুংদাংব্লাইরম পুঙ মঙাদগী অয়ুক্কী পুঙ নীপালফাওবা কর্ফিউ থম্বা, সরকার লৈরগা পুঙ নীফূনীপাল, হুমত্রানীথোইফাওবা শাংদাকপা। মফম খুদীঙমক্তা পু'লছ পেত্রোল চৎহনবা, রুতিন চেক-অপ তৌবা, চিংনবা মীবু চেক তৌবা, ছিংমা য়েংবা লোইরকপদা মী খুদীঙমকপু খুৎলাইগী চেক তৌবা, দিষ্ট্রিব এরিয়া লাস্তথোকপা, আসাম স্পেছীয়েল আর্মস্ এক্ট চৎনহনবা, কুম্বিং ওপরেশন তৌবা অসীনচিংবা।

মন্ত্রি কেয়র তেকরনা ব্লাহঙ থরা অমুক থরায় তানা হংই, "সাহেবশিংগী থুমাওদি কয়া য়াম্লা চাওশীল্লে?"

"চিংনবা মীদি ফনা য়াম্না ফারে, সর। অদুবু চপচাবা মীদি অমত্তা ফংদ্রিমাল্লে। মকোয় চোম্বা, মচীনবান থদাও লোইনা চোম্বা, মশম শাংতক্লা থাকপা, ফুৎ মঙা ইঞ্চি নীপাল মাপল-মুক য়াংবা, পাউন্দ চাম য়াখৈ-হুমফু লুম্লমগদবা, মশক মতৌ চঙখোনবা, ফীভম-মুর্ত্তি য়েংবা লুংঙাইবা চহী কুনমঙা-তরাক শুবা পাখঙ অমবু কয়া থিজরি, সর।"

"ফরে, ফরে, সাহেবখোয়গী হৌনবী ফনবতা তৌবিয়ু। ইন্তেলিজেন্সকী পরীঙহুদি ঐ মথা অমা হংজররোই। অদুবু সাহেব-খোয়না কা হেজিনবা মীচম প্রজাদা পঙওৎ ওৎপাদি তৌবিগনু। প্রজাদি মখোয়গী মীচঙ চঙগনি......।"

লকক তৌরগা অমুক মথা তারমই,

"অহুগা ফাইলগী রারোলশিং অসীদি মী কয়া খঙনবে ?"

"কনা মত্তা খঙনত্রি, সর। ফাইল অসী ঈশামক্কা প্রিপেয়র তৌজবনি, সর।"

"তুপা অসীবু হিংনা ফারকপা পুলিছনি খঙদে, চুম্নগী মী অমনি খঙদে সরকারগী কর্ম্মচারিনি খঙদে, মনা তুপা লীশীঙ কুম্ন্বা পীগনি হায়না খরা লাউথোকউ।"

মিতিং অদু লোইশিল্লকপদা গোজেন্দ্রনা লাক্লিবা সেক্যুরিতিগী মী খুদীঙমকপু মিতিং য়াওরবগীদমক থাগৎ রাহৈ ফোংদোকখি, অহুগা অরোইবা ওইনা, হন্দক্কী মতাঙ অসীদা ওফিসর খুদীঙ-মক্কা থরায় হকচাং য়াওনা তৌফম থোকপা থবক খুদীঙমক পায়থৎকদবনি, দিঃ আইঃ জিঃ ইবোহল সিংহদা অমসুং অমনা অমদা অঙন্বা মতেঙ পীনগদবনি হায়না চেকশীন-রাহৈ কেনজিনখি।

ময়াম্না চৎনগ্রবা মতুঙদা গোজেনদ্র মথন্তা কুইনা ভংহনা লৈহৌখি। থন্মোয়দা অচৌবা পোৎলুম অমা পুখঙম তৌই। শাগৎচরম্বা আশাগী ফুরাহ্ মচেৎ খরা খরা কায়বা হৌরক্লবগুম।

খল্লকই, "মথৌয়গী য়ু হায়বদু থকপা লৈরম্লগদি, হৌজিক হৌজিক অসী কনা য়াম্না থকচীজরমগনি, তুংডাইতবা রাখলশিং অসি কাউননবা।"

তাঙ্গা অসীদা মচন নুপীনা খোইহিগা চম্প্রাগা পুশিল্লকই, মাগী তুমিদাংরাইরম খুদীঙগী থক্তবা য়াত্রবা পোৎচঙনি। মচন নুপীবু তাঙ্গা চানা পুশিল্লকপগী মবুক্লীঙদা থাগৎচৈ।

হংলকই, "নোংমৈ পায়বা গনমেনশিং অদু লৈরিব্রা ? চথোকমু হায়য়ু। তেলেফোন য়াত্রবদি ঐঙোন্দা থুনা পাউ পীয়ু। চোম্বীদা পৃঙ খুদীঙগী তেলেফোন চেক তৌ হায়য়ু, গার্ডশিং অদুস্ন মীৎশীঙ নাশিংনা লৈয়ু হায়য়ু।"

ঙরাঙ মানা ফংখিবা মশক খঙদবা মীনা ইরকপা চিঠিতুগী মরোলদু নীঙশীঙলকই ; অনাবা অমা ফাওবগুম থা থা লাউবা মচীনবান্দু শুগৎলমই। খোইহি চম্প্রাগী মহী অদু অচৌবা য়াউম অমা ঈপা পাখৎনা থুনা থকচৌল্লমই।

মচন তোম্বিনা খল্লমই, "ঐ:খাম্নগী তাচৌসী রাখল য়াম্মা সুংঙাইতনা উইদা ! মাগী নুপী অঙাঙ লৈজরবদি ময়াম ঙাইহাক তিমবদা ঙাইহাক হরাও তম্মা লৈজগদবনি। য়ুম পান্দনা অতুম কনুপ্লে, শিখিবনা কানগদৌরে। মানা ঐ নত্রগা মখোয় পাবুঙ নত্রবদি কনামত্তবু খাজবা কৌবা লৈখিদ্রবনি। খজিকুং তৌর'দি তোম্বি চোম্বীদগী হেনদ্রবনি। মানা তৌরিবা ঐশোয়ফাওবা থাজবিরম্লোই।"

গোজেন্দ্রনা মথায় সুংঙাইতনা খল্লমই, "হোস্পীতালগী ডাক্তর, নর্স স্তাফফাওবা অন্দরগ্রাউণ্ডগী মীচঙ চঙলমাল্লে। আই: জি: পি: কেদরসিং হাংলম্বা মীশিং অদু হৌজিক ফাওবা হোস্পীতাল মনুংদা লৈশীন্দুনা লোংলিবজাংলা ? হোস্পীতালগী অকোয়বদা লৈবা লম্বী পুম্নমক সেক্যুরিতি ফোর্চনা ব্লোক তৌরবকাওবদা মখোয়বু পুখোকপা ঙমদ্রি। হোস্পীতাল মনুং থীৎনা নৈখায়রবকাওবদা মখোয়বু পুখোকপা ঙমদ্রে। পুলিছ, আর্মি থুংলদ্রিবৈদা মখোয়না নাম্বোকখিবনা হানগ্রবজংলা ? অদুক থুনদি করম হায়না নাম্বোক্লমগনি ?"

# তরেৎ

খম্বগী চন্দ্রকান্তগা দিউলালেংগী লম্মোঙ মরী ফাংবা অতূদা উনরমই। কেদরসিংদা ইঞ্জেকশন কাপ্লম্লবা মতূঙ মিনিত তরা চৎপা ম্নংব্রাঈদনি। মখোয়না তৌখিবা খোরাং অশোয়বা য়াওদনা চত্থবক্লি। অতূবু লম্বাদা পুলিছ আর্মিগী গাড়ী কয়া হাথু হাথু থৌনখিবদি থেংনখি। থুনমক ঈম্ফাল সহর থাদোকপা তাবনি। খম্বনা নিত্যানন্দগী লম্বী, নাগমপাল মহারানি থোং, বির টিকেন্দ্রজিৎ রোড, মথারোমগী কংলাপাক্কী মপান, সঙ্গেম্মোংগী লম্বী, চেক্কোনগী লম্বী, লম্মোং বাজার ফাংহনা লাকপনি।

চন্দ্রকান্তনা হোস্পীতালদগী অরাং লোমদা চৎখ্রিবা অদোমদা লাক্কুনা, ছিঃ আরঃ পিঃ গী হেদকোর্তরস মমাঙ লান্দুনা থাংমৈবন্দলোমদগী দিউলালেংগু তারকপনি। মাগী লম্বী খরা তেনবনিনা খম্ববু মিনিত অহুম্মোম ঙাইখি।

মখোয় অনীনা হোস্পিতালদগী থোক্লকপগা খম্বনা য়েঙজদী চন্দ্রকান্তনা বজাজ স্কুরতু অমুক হোংহনা থোদোরকই। থুনমক বোয়জ হোস্টেলদা চত্তুনা মেস্তা চঙহনা দাইনিং তেবলগী নাকন্দা থারিবা চৌকিশিং অতূদা এপ্রোন অনীত য়ানাশল্লগা থোক্লক্লমই। ছাত্র লোইনা ক্লাস চৎনগ্রবনিনা মী কনামত্তা উহৌদে! মেসকী

এভেন্দেস্তশিংসু কোল লীক চাম্বা, চাক থোংবগী থবক তৌরিবৈদা মখোয় অনীবু থৌওইনা য়েংশীল্লক্নে।

হেক উনবগা মখোয় অনীনা চৎকদৌবা লম্বী অমুক য়াংথোক্লরমই। খম্বনা শওম্বুওলোমদা, চন্দ্রকান্তনা খুম্ব্রাকপম্নোমদা।

মখোয় অনীনা চৎনখ্রবা মতুং থুনমক ঈস্কালগী অকোয়বদা পুলিছ অমম্বং আর্মি কয়া ষ্টেশন কুওনা থমহুনা সিল তৌখি। মখোয়না পুওখাম্বমুক্তং খেওথরম্লবদি নাম্বোকপা ওম্লমদবা য়াই।

খম্বগী রাখলদা থোইদোক্না কিনিংঙাই, চিংননিংঙাই লৈরে লেপ্লমই। ময়ায় ওইরপ্পা স্পিদতা খোরমই।

ওসীগী থবক অদু থোইদোকপা খুরৌ চেনবা রাওদনা মপুও ফানা পাওথোকখিবা অদুদা পুক্নীও খরা লুম্লমই। কেদরসিংনা হিংহুনা থবক অমুক পায়খৎলক্লবদি মখোয়গী থৌরাংশিংগী লম্বী য়াম্না ককশীনখিগনি। অহুবু ওসাইগী ইঞ্জেক্সন অহুনা কেদরসিংবু শূকশোয়-শোয়দনা অরোয়বা য়াহৌপ পীরম্লগদ্রনে হায়বগী চিংনবা অমুক পোক্লক্লি।

“হুরেল রেডিওদা শোয়দনমক্কী ব্রোদকাস্ত তৌরকনি; করিগুম্বা শিগ্রগদি।” মবুক্সিংদা নৈনরমই।

“অঙাওহলগী গনমেন হিংহৌরিবা অসীদি? বিরেন! মানা কদায়দা চৎলমগদবা? ময়ুমদা ঙাইহাক ওরাও মুমিদাং চওলম্লগা অহুম হল্লকখিব্রে হায়রি। মানা অমুক করি তৌগে খল্লিবজাৎনো। রৈখায় খিঙ্গাইবা লৈতনবা মাবুম্ব লোইশিল্লসি হায়জবনি অহুবু চন্দ্রকান্তনা শিরে হায়বমখৈ বিরেনবু শোকপিগনু হায়না খাম-

খিবনি। চন্দ্রকান্তনা বিরেন্দি পুকচেল তিংবা, অচুম্বগীদমক্তা লেপকনবা মীনি হায়খি। অদুবু মখোয়না তৌরিবা অসী ক্রাইমনি, অরানবনি হায়না বিরেন্না মখোয়গী মায়য়োক্তা মঙক হাইগৎলক্লবদি? চন্দ্রকান্তসীস্তু রাখল খম্নবদি রাংলি। মীদি অফবা মীনি, অচুম্বগী-দমক খরায় থাগদবা মীনি। অদুবু থম্মোয় কনশীনবা রাংলি। থম্মোয়গী, রাখলগী, হকচাঙগী হেন্না কনশীনবা ত্রেইনিং রাংলি। মাগী থম্মোয়গুম্না মী অতৈগীস্তু শেংলমগনি, থোংলমগনি চন্দ্রকান্তনা খল্লি। মসী চুমথোক্কবা য়াদ্রি।

"ত্রেইনিংদদি মাগী রেকোর্ড য়াম্না ফজখিবনি, য়াম্না থুনা পিক-অপ তৌখিবনি। মনিপুর য়োরক্লগা মাগী থম্মোয় খরা পেথরক-পগুম তৌরি। অদুগা মাবুদি সেক্যুরিতিগী মীশিংনা মশক খরা খরা খঙনরক্লবগুম তৌরে। মাগী কোয়য়ামসি কোকথৎলবস্তু মানা অঙাঙহলগা কুইনা লৈমিন্নরম্বনিনা মশক লায়না খঙনরকনি। ঈস্কাল সহরগী এক্তিভিটিজদদি পঙয়াও য়াওগনু হায়রবস্তু মানা য়াদে। মথায়দি য়াওজবনিনা মরূওইবা এক্তিভিতিজদা শরুক য়াজনীঙই।"

মোতোর বাইক খোনা খোনা মাগা চন্দ্রকান্তগা মখোয় অনী ত্রেইনিং মফমদা করমহায়না উনখিবনো হায়বদু, খম্বনা নীঙশীঙলক্লি।

\+ \+ \+ \+ \+ \+

খবস্তু ত্রেইনিং য়াওবা খা অহুমতমক ঙায়রিঙৈগী রানি। অহানবদা কয়া ঈহৈ হৈনরমদে। এনঃ ছীঃ ছীঃ গী অন্দর ওফিসর

ওইরক্লবস্ু চপচাবা মিলিটরিগী অচেৎপা সিন্থ্যলদা চাবা, থকপা, তুম্বা তৌবন্থু, মহৌশা মানা তৌনিংবতা তৌহ্নবা লাকপনিনা ঈচা-চানদে। অন্থুবু হুমিদাংরাইরমদা হেক-হেক পিবা লেকচর তারুবদা অতনবা হেক হেক মাংখি। পুক্লীঙ চেৎপা অমুম হেজিল্লকই। কেমপ অন্থুদা হরাও কুম্মৈ ছিনেমাগুম্বা ঈতৌ-তৌদবনিনা ত্রেইনিংদগী হেক পোখাবদা খম্বগী থরায় হকচাঙ পোথাফম খঙলমদে। অয়াম্বা মতমদা মথন মথন্তা তোঙান তাই। ত্রেইনিং লৌমীন্নরিবা মীশিং অতৈগস্ু মাগা কা হেন্না দোরো-দারা রারী শান্নদে। ত্রেইনিংগী পুঙফমদাদি রাথল পুম্নক কাওথোক্লগা, পারাশিং অন্থুদা মথরায় লুপই। থুনা লোইশিল্লগা মনিপুরদা থুনা থোক্কুনা এক্তিভিতিজ হৌরুবা হায়বা অসীনা মাগী অমত্তা ঙায়বা লেঙদ্রবা ফিরেপনি।

অতৈ মতমদদি মমা-মপা, দেবলা, ময়াম্বশিং অমসুং মরূপমপাঙ নীঙশীঙলকপদা পোথাফম খঙদে।

মানা ত্রেইনিং য়াওবা থা অহুম শুরকপগী অন্থুরাঈদা চন্দ্রকান্তখোয়গী কাঙবু মী তরামঙারোম থোমজীল্লকখি, ঈনৌ নৌনা। নুমিত্তু মথন্তা মথায় য়াম্না হুংঙাইতনা শূকথনা উগী মোম্পাক য়াওদবা কাংথোল অন্থুদা চিন্তা তৌহ্নবা কন্নমই। হুমিদাংরাইরমনি। মাগী বর্থ দে থোকই।

মহৌশাদি মাগী বর্থ দে কা অমুক্তা ছেলেব্রেত তৌজদবনি। দেবলাগা খঙনবা অহানবা চহীদুদি, হুমিত্তু মক্তদা দেবলাদগী পার্ছেল অমা ফংখি। কার্দ অমগা লোয়ননা বেতরিনস্ু চলাইবা

য়াবা ফিলিপসকী শেলিং সেত অমা। তুগী মতুংদগীদি দেবলাগী বর্থ দেদসু, মাগীদসু খুদোল অমমম হেক হেক থানরম্বনি।

ওসী ত্রেইনিংগী মফমদদি কংলম্লোই। পাছেলদি লায়রদনা চিঠি সুংথিনচিংবা অমত্তা মপানগী মীগা শম্নবা য়াদে। থাঙ্গৈশেংবদি মদুনা মাগী পামজবীনি। মহুবু হুমিকুদি খম্মোয়গী অনকপা মীবু নীঙশীঙলক্লি।

মখোঙ অশাঙবহ্ তিংথোক্তুনা ফক্লাঙদা ঙারহুনা মমীৎ উইশিন্দুনা ফম্লি। কনানো অমা লাক্লগা মাগী খুবউদা পায়রক্লমই অতুগা মনাক্তা ফমথরকই।

"ঈতাও কমরেদকী মিং খম্বা হায়বা নত্রা?"

মমীৎ পাঙথোক্লমই। হন্দক চঙলকপা কাঙবুদা খরা য়েংবা মুংঙাইবা, চাউদম-শাংদম্বা অমা য়াওরকপদু ওইরমই। খরা খরা শাংগৎলকপগী মখোঙদা শংলি শংলি তৌবা মকোয় মরক্তগী ঙৌরবা য়াতোন উত্তুনা নোকমি নোকমি ফম্লি মমাঙদা।

খম্মোয়দা নাঙ্গৈতোম ভাবগী শুকথবা অমা লৈরিঙৈদুদা মায়-থোং মকা লাম্বা খম্মোয় শেংবা মানবা মী অমনা মাগী খম্মোয় অহু ফাওনা উরবগুম, ভাইহাজং অম্রাবা শরুক য়ামিম্নগে মতাগুম চঙলকপা অতুদা খম্বগী খম্মোয়হু চঙশীন্নক্লিবা মীহুদা খঙনক-নকশীনথি। মাসু নোকমি-নোকমি খুম্নমই,

"মানি ঈতাও, ঈতাওগী মিংনা চন্দ্রকান্ত হায়বা নত্রা?"

"উম! ঈতাওগী মিংসীগা ফীভম লাককমসীগা থাইনগী মোইরাংগী খম্বগী শাইওন্নী হায়রবদি পকপ্রনিদা!"

"মন্দা হুংঙাইনবা হেক্তা হায়জীল্লকইকো। ঐগীসীদি পূকচেল শেংনা হায়জবনিকো। ঈতাওদি রেস্তরন পিকচরগী মশক ফজ্জবা কাওবোয়বু মাল্লি।"

"হোয়, পূকচেল খোয়জেল তিন্নবা মশেল পঙথা থাগৎনবা হায়রনি।"

অতুগী হুমিস্তগীদি ময়ামগী মমাঙদা কমরেড কৌনরবস্থু মবানীতগী ওইনদি ঈতাও ঈতাও কৌনখি। মবুক মবুক্তা লৈবা ৱারী তেংনা তমথোক্লখি! ত্রেইনিংগী পুঙফম লোইরবদা মখোয় অনী হেক হেক পোত্থামিন্নে, ৱারী শান্নে, থৌরাং কয়া থন্নে।

চন্দ্রকান্তগী হৌরককম খম্বদা ময়েক শেংনা লীথোকখি। মাগী মপা লৈখিদ্রে। মমাস্থু লৈখিদ্রবগা চপ মান্নে।

× × × × × ×

শক ১৯৪২-৪৩ ইংগী পৃথিবিগী অনীশুবা লাঙ্গাওদা মনিপুরদা অকনবা লান থেংনফম ওইরক্লবদা মনিপুরগী মী অয়াম্বা ময়ুম থাদোক্লদুনা খরা খরা শাফবা লমদা চেন্নে। চন্দ্রকান্তগী মমা পিশকমচা লৈশাবী মচা ওইরি, মমা শিখিবদগী মপা-মচাতমক উরীপোক্তা লৈজবনি।

মখোয়গী শাগৈ-নাতৈ, মরী-মতা অয়াম্বদি কাছাড়গী লক্ষিপুরদা লৈপ্রে। মখোয়স্থু কাছাড়দা লাপ্পেনখি। লান

লোইশিল্লকপগী অদুরায়দা কাছারদা পুকচৎপগী লাঙ্গৈনানা পাক-শন্না শন্দোরকখি। চন্দ্রকান্তগী মমা পিশকমচানা লৈরিবা লৈকায়তুগী মী অযাম্বা, মরু ওইনা মখোয়গী শাগৈ নাতৈ তুম্না শিখি। ইং ১৯৪৫ দা পীশকমচাগী মপাস্থু য়াওখি।

মপা অমস্থুং শাগৈ নাতৈ কনা লৈত্রবদা পিশকমচাতু তুরেলগী কাওশীঙগুম, মপাগা খ৳নরম্বা মৈতৈ অমগী ঈমুঙদা মতম থরগী ওইনা শাই তাংহনা লৈজখি। ঈম্ফালদা থোকমীন্নখিবা থাজবা য়াবা মী অমা ফংত্রিকাওবা থাদোকপা য়াদে হায়না খামথি ইমুঙগী অহল অহুনা। অসুন্না লক্ষিমপুরদা চহী তরুক অমগা লৈথখি।

নোংমদি নবদ্বিপগী থুংলখি সনখ্যা স্বরজিৎ সিংহ। মৈতৈ তাবা লমশিং কাছার, ত্রিপুরা, নবদ্বিপ, হোজায়, হাফলোং শীনবা থুংনা চৎপা মীনি। মরক মরক্তা বর্ম্মাগী লমশিং অমস্থুং হৌজিক বাঙ্গলাদেশকী ওইত্রবা শিহল্লত কাওবা য়ৌনা চৎলি। মাগী জিবিকা ওইজনবা ব্যাপারগী থবকস্থ তৌই। অহুবু মরা ওইখা মানা লিংখৎচগে, শেমগৎচগে খল্লম্বদি, থাপ্না থাপ্না লৈনত্রবস্থু মৈতৈ তাবা লমশিং অসীদা থোং মান্নবা ধর্ম্ম অমস্থুং সংস্কৃতি অমা থলম্বা অদুনি। কন্নিগুম্বা মতমদা লম অখাপ্না অমমমদা লৈনত্রবা মৈতৈমচা অনী থেংনবকান্দা অমগা অমগা লম্লানবগী পাংথক ওইনদনবা।

মণিপুরদা হেক হেক লাকতুনা কুইনা কুইমা লৈখোকই। অয়াম্বা মতমদা য়াউশং, কাং ঝুলোন, লাইহরাওবগী মতমদা লাকপনা খিং নমই। মানা মণিপুরদা লাকপা কান্দা কোহুংদা, গোবিন্দগী খুন্দিদমদা তোয়না তোয়না চৎলি। মণিপুরগী

কালাগী মীওঙ্গ, অখঙ-অহৈ, ঈশৈ-নোংমাইগী পণ্ডিৎ-গুরু কয়াগা উনৈ, রা খয়ে। পালাগী, জগোয়গী, ঈশৈগী, ধর্ম্মগী অনৌবা য়াওন, রুহী, অনৌবা সংস্কৃতি খোমজীল্লি। মশামকস্তু ঈশৈ নোংমাই শাস্ত্র-লাইরিক খরা খবা হৈজে। অস্তুম্না মণিপুরদগী খোমজীল্লকপা অনৌবা জ্ঞান পুন্নমক মৈতৈ তাবা অতৈ লমশিংদা অমুক শন্দোক-পনা মাগী অচৌবা থবক্নি। ঈশম শম্না হায়রবদা মণিপুরদা হেক তৌনরিবা চৎনরিবা পুন্নমক্কী ঈহৌ অতৈ লমগী মৈতৈশিংদস্তু চৎনহনবা অসী মাগী পান্দম্নি।

মশাগী চহী নীফুরোম শুজিল্লক্লে। অদুবু মঙোন্দা য়ুম পানবগী, মচা-মশু থম্নিংবগী য়াখলদি ইরৈ-লৈতবগুম ভৌই। করি নীঙবা কায়বা লৈখিবনো হায়বা অদুদি কনানস্তু খঙনরমদে।

অসৌগুম্বা সনখ্যা অসীনা লক্ষিপুরদা মতম খরা পল্লম্লগা মণিপুর খোঙ্কনি হায়বসীদা য়ুমহূগী অহল অদুনা পিশকমচাবুস্তু মণিপুরদা খরা পুবিখিনবা হায়জরমই।

উরীপোক্কী হায়গী য়ুমদুদা খিনজিনবীরকপদদি পিশকমচানা হান্না শকখঙ-মায়খঙনজবা অমত্তা য়ুম্লোন-কৈরোম্লবহুদা লৈরমজ্রে। পিশকমচা তৌকম চাকম খঙত্রবী নাঙ্গতোম তারবী, ভেনরা শঙ্গুদগী চীথহোরবী ভেনরা মচাগুমগ্রে। গতি লৈত্রহুনা তঙ ভাবা অমা খঙত্রিবফাওবদি সনখ্যা য়ুরজিৎনস্তু মণিপুরদা লৌরিমখৈদি মাগী উরীপোক্কী য়ুমদুদা অভিথি ওইনা লৈখিনবা হায়জরমই। য়ুম্লোন-কৈরোম্লবা খঙঈবগী মরক্তুদা লৈলাবী মখজ্ঞদি কয়া লৈরমগনি ?

সনখ্যাস্ু লৈশাবী কনা লৈজত্রবীতুগী মতৌদু য়েংবা হুংঙাই-ত্রতুনা মতম খরদি য়ুমদুদা লৈখরমই।

খরা লৈরগদি মখোয় অনী লোন লৈনখি। কোন্নুংগী ব্রহ্ম-সভাগী বামন অমনা শোন্দূনা লৈকায় অমদি মরী-মন্তা কনা য়াওদনা বিবাহগী কর্ম্ম লোইশিনখি।

সনখ্যানা নবদ্বিপতা লৈবা মাগী মরী মতাদা মখোয়নীগী লুহোংবগী পাউ থাগ্রে হায়খি। খরা লৈরগা অমুক হায়খি—নবদ্বিপ্তা লৈবা মখোয়গী মরী মতা ময়াম পাউতু তাবদা য়াম্না হরাওরমাল্লে, মৌ থুনা পুশিল্লকউ হায়বা পাউ লাকই। অতুবু মণিপুরদা সনখ্যাগী থবক খরা ল্লাংলি।

থা অহুম মণিপুরদা লৈরম্লবা মতুংদা নবদ্বিপকীদমক্তা খোঙ-শানখি। মখোয় অনীমক গৌহাত্তিদা মৈতৈ তাবা রাজবাড়ীদা সনখ্যাগী থবক খরগীদমক অমুক পন্থবা তাখি। নোংমদি নুমিৎ মরীনীদং শিবসাগরদা চৎলুদবা য়াদ্রে হায়রম্লগা চৎখিবদগী হুমিৎ তরানি শুরবফাওবা হল্লকখিদ্রে। ইমুঙদূগী অহলতুনদি পিশক-মচাবু য়াম্না লূনা তৌবি হায়ববু মাদি ঈহৈ হৈনরমদে। মথন-মথ ম্না হীক হীক কপ্তুনা খাঙজৈ।

তরানিশুবগী হুমিদাংতুদা সনখ্যা হল্লক্লবদা পিশকমচানা ওইন-জখি। সনখ্যাগী চান-ক্লবা চেপ্পনবগী সেবা-লাংবা শোয়দনবা হোৎনরবন্নু হংবা ঙাঙবা অমত্তা খুমদবমথৈ তূমীন-তূমীন লৈথোক্লমই।

হুমিদাংদা ফমুংদা হীপমীম্লরবস্থ নাকল অমদা পৈথোক্তুনা লৈখিরমই। মমৈদা নূপা ওইবা সনখ্যানা খুতুম চম্লবকান্দা,

পিশকমচানা করেম্নখি, "ঙসী ঐগী গর্ভদা অঙাঙগী মরূ হুন-খিবা থোক্লবদি অঙাঙ অদু মশক থীনি, কুচুস্থু মুগনি, হুংগুক-হুংঙানহুনতা লৈগনি।"

"কেরা, ঈবেম্মা নঙস্থু পঙহায় মহায়রে। নুপা ঐনা পোকপা ঈচানবু মশক থী হায়বরো? শক-চু, ফীভম মুত্তি চঙখোনবা, মতীক-মঙান লৈবা লৈবাক্লা শকখঙ- মায়খঙবা অচৌবা মী ওইগদৌরিবনে।"

মতম থরা অমুক হরাও মথোয় কাজরুরবনি পিশকমচাদো। হুমিৎ তরেৎনিরোম লৈরগা অমুক সনখ্যাদু হোজায়দা চৎকনি হায়না চৎখ্রে। অদুগী মতুংদগীদি সনখ্যা অক্তম মুকহন হল্লকখিদ্রে। থা অমমুক্তি হল্লকত্রা আশা তৌজরমই। থা অনীরোম ফাঞীল্লক্লবদদি অমুক হল্লকনি হায়বা পিশকমচানা আশা থাদোক্লমই।

লৈমিন্নরিবা অহল অত্থনা পিশকমচাগী মতৌ য়েংবা হুংঙাই-রহুনা মাগা থঙনবা হোজায়দা লৈবা মীদা পাউ থাহুনা হংলমই। সনখ্যাগী পাউ ফংখিদে। নবদ্বিপগুস্থু মাগী পাউ ফংখিদে।

মৈতৈ তাবা লমশিংদস্থু পাউ থাখিবা থুদীঙ সনখ্যাগী মরোল তাবা অমত্তা ফংখিদ্রে।

মতাঙ অসীদদি পিশকমচাহু চাউ থকউ হায়বা য়াখিদ্রে। তুমীন তুমীন্না চপ চপ য়ুংহুনা লৈদ্রে। কপ্পস্থু-কপদ্রে, নোকস্থু নোকখিদ্রে। অত্থবু ঈমূঙ অদুগী থবক-ঈনখাঙদি মহৌশাগুম থরায় য়াওনা হোৎনরমই। অহীঙদদি মথক্তা মপীনা মমীত্তা জর জর শিন্নহুনা মীৎশেল খাঙই। ভুস্বা চঙখিদ্রে। মবুক্লীঙদা

খঙ্গখি, "হে ঈশ্বর, ঐবু করি পারা তম্বিগে খন্দুনা অসীগুম্বা পুন্সিসীবু ঐগী শরুক ওইনা থুংখিরিবা ? লৈশিন্নকুরে ঐগী পাঙ্গল, ঙমশিন্নক্করে অন্না মৈচাক খাঙবা। মাঙখরে শোন্নবী মুজা ওইবীগী লিংজেল। লৌশীনখিরো ঐবু। কাউহনখিরো সংসার। ঐগুম্বা মীগী খুদম তাইবংগী ন্নারীদা মমি তাহল্লম্বা হৌনদে।"

লুপ্রাবীগী কীজোল হোংথ্রে। ঈমুং অতুগী অহলসিং অদুম্নু "হে দয়ামম্ম, করিনোনে ভগবান নঙনা তৌরিবা লিলা অসীবো ? অমম্বা সংসার অসীদা করি উৎনীঙলিবা ?" শোন্নমই।

পিশকমচাবু মচাম্নুপীগুম লুনা তৌরুবনি। অতুনা অন্নাবা অদু মখোয়গীম্নু অন্নম্বা শরুক কয়া থুংলকই।

মখোয়না মাবু কয়া থেমজিন্নে, "খল্লুখিম্নু ঈবেম্মা। ঈশ্বরগী লিলাবু কনানা তম্বা ঙম্বগে ? কনানা খঙবা মনখ্যাদু নোংমা কোঙ হেক কাওরক্লোই হায়বা ঙমপোৎ নত্তে। নঙদি ঐখোয়গী ঈচাম্নুপী ওইরবনি;। গর্ভদা লৈরিবা অঙাঙ অদুদা পাপ লংজবা থোকনি; নশাদু চেকশীন্না লৈবনা ফৈ। শন্না শয়াঙতা ঙায়শীন্নরে। নঙনা য়াম্না মুংঙাইহন্নগা পল্টন বাজারদা ঐখোয়গী মৈতৈ হোঙেল অমা তৌরিবা অসীদা পৈশা খোমজীন-খোৎচীনবগী খবক খরা পাংলোরাউ ! ঈপাম্নু অহল ওইশিন্নরুবনিনা। কুইনা কুইনা ফম্বা ঙমশিন্নক্রে। মুংথিলদা নঙনা খরা খরা শিন্নরাউ।"

পিশকমচাগী মমীৎশিংদু পিরাংনা থুমহৎপনখে, তরাউ-তরাউ মপাম্নুং শরুবা অহল অতুদা য়েংলমই; মপীদি জর জর শিম্নবা

লেপতে। চীক্লা হীক্লা খোজেল থোক্লা কপ্তুনা অহনবুগী খূয়া উফুল মকোক্তা থমজরমই ।

অহল অতুস্তু মপী থাম্বা ঙমদবমথৈ "করিগীনো ঈচানা অদূক পূক্লাউ শোম্বরিবা ?" হায়না থেমজিঙ্ঙরমই ।

পিশকমচাগীদি পিরাং নত্তনা মমা-মপা শক্রবশিং অতুগী তৌবিমল উৎনবা অতৈ উপাই লৈজখিদে ।

অসুম্না হোত্তেলতুদা হুংখিল হুংথিল চক্কুনা ঈমূংদ্ মতেং পাংবা হৌখি।

মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না থুংলখি মপানগী ভাইবংলক্তা মাপী গর্ভদা নাউপুরম্বা ভাইবং জিবদো। ঙৌয়োক ঙৌবা, মপোপ-মতাঙ ফবা, সনথ্যা মানবা মচা নূপা অমা ।

অঙ্গাঙ অতুগী মমীঙ অহল অতুনা চন্দ্রকান্ত থোন্নমই থরা থরা মপুঙ ফায়কপগা লোমন-লোয়ননা পিশক মচাগী সংসারস্তু ঈথৈ অমরোমদা চঙশীনবা হৌরকই। মাগী হুংঙাইকম খঙব্রবা হৌগ্রবা মাঙলমচৎকী পুন্সি অমসুং *সনাখ্যাগা খোঙলোয় ওইমিন্নরুবা তেন্নবা পুন্সি মতেক অমগী মমি অতু থরা থরা শান্নকখি।* অঙাং অতুনা শন শাতুনা চৎথৎলকপা, চৎপা হৈরকপা, রা ঙাঙবা ঙম্নকপা, নোক-খেবা হৈরকপা মথঙ মথঙগী ঈপাক অতুদা মাগী য়াথল পুক্লীঙ লূপশীনখি। অহল অনী অতুনা অঙাঙ অতু মখোয় শেম্নহৌগে হায়রবস্তু, মা মশানা মচাদুবু থাদোক্লীঙদবনা হোত্তেলদা পুতুনা চৎলি ।

অগাও অহুনা চহী মরী চঙলকপগী অহুল্লায়দা মাগী পুন্সিগী ঈচেল-ঈথায় অমমুক হোংলকখি।

মনিপুরগী ত্রক খোবা গৌহাতিদা লাকপা ড্রাইভর অয়াম্বা মখোয়গী মৈতৈ হোতেল অসীদা চাক-চারবা ডাক্লি। ময়ামতুগী মরক্তা খরা নকা ওইবা অমদি পিশকমচাদা শিরগদবগুম পুক্তাও-ডাওগ্রে। অহবু মচাগী আশা নত্তনা তাইবং মীওঈপোক্কী মঙলানগী পুক্নীদা খীরবী, অসীমা তৌরবদি মুংঙাইরকখিগনি হায়বা আশাগী মুংলি-মুংলিবা মঙাল ফাওবা লৈত্রবা পিশকমচাদদি পাখঙ তোলেম্মা হায়ত্রবা পুম্নমক মহৈ ঈয়ান য়ান্দবগুমই।

অপাম-মুংশিগী য়াথলনা ঈকাঈ ঈকী য়াংমা লানথ্রবা তোলেম্মা পিশকমচাগী মমা-মপা শক্লবা অহল অনীতুদ্দা খরা অহল ওইবা ড্রাইভর অমগা চঙমীন্নরুক্তনা হায়জরুরে।

পিশকমচাগী পুন্সিসী, মতাওনা চারবদি, অমুক্তং সাধারনগী মুপী অমগী লৈকম খোকপা হিংবগী মহাও অমুক পীনীওলিবা অহল অনী অহুনা য়াম্না ফবা তাজা লাক্লে খন্দুনা পীশকমচাবু খেম্বা হৌরক্লে।

মতাঙ অসীদদি মাগু খল্লক্লে, "উম চুমই। ঐনা অম্মুম মখোয়গী শাই তাংহনা কয়াম কুইনা হিংহনা লৈবা য়াগনি। পীক্লিব ওইরবসু মখোয়গী থাঙ্গৈশেংবা মচা অহুম অমম্মু লৈরি" মমৈখঙদা পিশকমচাহ্ন তোল্লেনগী মুপী ওইবা অমম্মুং ঈম্কাল্দা লৈরুবা য়ারক্লে। তোল্লেম্মা অঙাও চন্দ্রকান্তবুদি মচামক ওইনা লুনা য়োকনি হায়বা হায়দগী য়াগ্রবনি।

মণিপুরগীদমক খোঙশাল্লমদাইদা থোক্লবদা পিশকমচানা মমা-মপা শকপী অহল অনীদুদা থুরুমজরমই।

মপী ঈরা চেল্লম্বদগী থবাক ফুনবমখে হীক হীক মপী চেম্বরকখি। থাওবা ওল্লক্‌ত্রুনা ও খোংনা কপথরকই।

পিতনা থুমহৎলবা মমীৎ অনীত্থদগী অহল অনীদুম্ব থম্মোয়দা ফাওরিবা রাখলতু রা ওইনা হায়ত্রবম্ব অতুম উবা ফংই।

মখোয় অনীনা মাগীদমক তৌবিখিবা ময়াম অতুগী লমন তোন্দুনা লৈহৌরগনি হায়বগী কাইদানি।

× × × × × ×

তোল্লেনগী ময়ুম থৌবালগী হায়র সেকেন্দরি স্কুল ময়া অতুরায়দনি। মাগী ড্রাইভর ওইবগী থবক অসামগী লমশিংদা কোয়চৎ-চৎপা অতুনা জিবিকা ওইজবনি, মতু তোক্লমদে। মচাদি অহুম শুজিল্লক্লে। সক্ত ফত্তবনি হায়গত্রা, মশাগী অশোনবা কয়া লৈবদগীনি হায়গত্রা, ময়ুম্মদা পৈশা-হুংশাগী অরাৎপা লৈরকপগী মতীক মাগী হুমাংমম্না ভাঙবা পৈশাম্ব মাঙহনবা হৌরমই। পিশকমচানা কিনা কিনা হংজবা মতমদম্ব পৈশাশিং অতু করম্না কম্মায়দা লোইশিনখিবনো। ময়েক্ক অমত্তা লেংলমদে।

গতি লৈজত্রবী পিশকমচা স্কুল ময়াদা শও মচা অমা শাগত্তুনা মচা অপীকপা ময়ামহুনা মনাক্তা ঈকোয়-কোয়শীল হোৌতেল মচা অমা কম্বা হৌখিবনি।

স্কুলতুদা ওজ্জা ওইরিবা অঙাঙহলনা হেক-হেক চা থকপা লাকপদা উথি চন্দ্রকান্তনা য়াম্না মরম ওক্না মমাগী মতেঙ পাংবগী মতৌ অদো। পীক্লিবা অঙাঙ মানা অরাবা থবক কয়াতু হোয়-মাই অমত্তা হায়দনা চুম্নগী চাক-চাবগী নত্রগা শ্বর হোনবগী থবকুম ঈরাঈ-লায়না তৌবতু অঙাঙহলগী থম্মোয় পেৎহল্লমই, মুংশিরমই।

মমাতুদা অঙাঙতু মা য়োকচরগে, লাইরিক তৈহনগে হায়-ক্লই। মরক-মরক্তা মযুমদা হন্দবমথৈ ক্লার্টরদা লৈবা মরম্না অঙাঙতুগা মাগা লৈমিন্নরবদি অতুগা লাইরিকস্তু নীঙথৌনা তমহল্লবদি মাকল পুম্বগী ওইনা কাম্নগনি অসিনি মাগী রাখল। চুংথিলগী মতমদদি মমাগী মনাক্তা থবক য়াওজরবস্তু মঙোন্দা করিস্তু কায়দে।

য়ানরতুনা চন্দ্রকান্ত অঙাঙহলগা লৈমিন্নবা হৌথি। ওজানা ত্রান্সফর তৌরিবমথৈ চন্দ্রকান্তস্তু অস্তুম ইল্লকথি অমস্তুং মাস্তু অকবা ছাত্র ওইরকথি। মমা পিশকমচানস্তু মচানা অফবা মীগী মতুঙ ইনথিবনি, অফবা মী অমা ওইরক্লগনি হায়বগী ভাবতা মাগী ঈ-পাউস্তু কয়া থিজিল্লকপা তৌথিদ্রে। চন্দ্রকান্তনস্তু অঙাঙহলখোয়দা ঈমুংগী মীগুম লৈপ্রবনিনা মমাধু কা-হেন্না হকচীন্না থাদোকপা ঙমদবমথৈ নীঙশীঙলুবা তৌথিদ্রে।

মানা বীঃ এসঃ ছীঃ ফাইনেল থারমদাইদা মণিপুরগী মীখলদা অঙাঙহল মীরেপ ওইনা লেপথি। পরিক্ষা ময়াগী লাইরিক পাকম থোকপা কয়া হন্দোক্তুনা চন্দ্রকান্তনা মাগী লমজীংবা ওজা

ওইরিবা অঙাঙহলগীদমক থরায় হকচাঙ য়াওনা কোয়চেন-চেঞ্জখি, কোয়রাঙ লাঙজখি।

মীথল লোইরবা মতুংদা কম্না অমুক থরায় য়াওনা হোৎনজহনা বিঃ এসঃ ছীঃ পরিক্ষা অহু থাজখি। ফলদসু গৌহাতি য়ুনিভর্সিটিগী অনীসুবদা লাকখি— ফিজিক্স ওনর্স ফংবশিংগী মনুংদা।

তাঞ্জা অহুদদি অঙাঙহলসু সরকারগী কেবিনেত, মিনিস্তর অমা ওইরবনি। চন্দ্রকান্তনা এমঃ এসঃ ছীঃ অসী দিল্লিদা তমজরুগে অহুগা আইঃ এঃ এসঃ থানবা হোৎনজরুগে হায়জরুই। অঙাঙহলনা চহী অনীমুক্তং ঙাইখো হায়খি।

চহী অনী শুজিল্লকপদা সরকার কায়খি।

চৈরক্কী মীথল অমুক তৌহুনা অনৌবা সরকার অমমুক শেম্বদা অঙাঙহলনা চিফমিনিষ্টর ওইরকখি। ওফিসকী ওইনা হাপ্লকপা পার্সনেল সেক্রেতরি অমসুং পর্সনেল এসিস্তেন্ততুদগী চন্দ্রকান্তনা হেল্লমগনি অঙাঙহলগী মনুঙ-মপালগী পোৱেমস শেমজীন-খোৎচৌনবদা মতেঙ ওইবা। হায়রিবা অসী কেবিনেট মিনিস্তর ওইহৈদনি।

নোংমন্থ অমুক হায়রুই, মহৌশাদগী আশা চাউজরকপা অঙাঙনিনা,

"ওজা, ঐবু এমঃ এসঃ ছীঃ হু অমুক্তং তমজনিংবনিদা! ওজানা শেম্বগী শেম্বীরকপা মসীকাওবদঙদি, ঐবু থরা ফুক্কৎপিয়ু।"

অঙাঙহলনা ঈকোম-কোম্না খুম্নকই, "হেরা ঈবো, চন্দ্রকান্ত নঙসু ঙাইঙমখিত্রেদা। মতম থরদঙত ঙাইখো হায়বনি কৈদৌবগে?

চিক মিনিত্তর ওইবগী খরা লোইশিন-খমজিনখিগে। নও লৈত্রবদি ঐখোয়' ঈমুঙ অসী কনানা য়েংশিনবিগনি ?"

ওসী মাগী ওজাগী পাউথুম অসী চন্দ্রকান্তদা খরা ওরা থোকই। মমাঙ্ঙৈদদি মাবু অফবা মায়কৈদদা থৌজিনবিরক-পনি ; হৌজিক্তি অক-কত্তগী রাখল ঈকাও-কাউখিবগুম তৌরক্লে। মহৌশা ওইরবদি "চন্দ্রকান্ত নও লাইরিক তমখগে খন্দ্রমান্নে, অদুক ফবা কেরিয়ারহ্ অরেম্বদা মাঙহল্লেদনা। মহৈ তম্বদি লেপ্পা য়াদে, চহী মাঙহৌরগা তেনগ্ববা পুন্সি মতমসীদদি তম্বী শোন্দুনা লৈহৌরগনি", হায়রকনি। অসীনি চন্দ্রকান্তনা খঙরম্বা।

অদুবু অক-কত্তবগী রাখল লৈত্রবরা হায়রবসু মচা ইবোহলনা কর্স্ত এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ তা ফেল ওইহৌরে তাবদা মবুক্রীও লৈতাবা ওমদে। মশামক মচাগী মনাক্তা থুনা চত্তুনা, মতুঙগী পরিক্ষাদা পাস তৌহল্লক্লবা মেডিকেল কোলেজতুগী ওজা কয়া উনরকই।

রাখল অসীরোমদগীদি অঙাংহলগী ফিদম্নকম ওইরম্বা থম্মোয় অদু চন্দ্রকান্তনা খরা খরা তুকৎচবা হজোইবা হৌরকখি।

অদুবু মথমতা থেম্মজিঙরমই, "ঙনা মসীদা শাউক্লম থোক্কে। নঙবু ওজাসীগা করি থোক্লবগে ? নঙদি লম্নানবনি। লাইরিক তক্ষম-লাকক্ম খঙদনা, হোত্তেলদা গিলাস চানহনা লৈরম্বা, থোংরান-লুক্লাঙদা বোরোই অপুম্বা থুন্দুনা চারম্না নঙনি। বীঃ এসঃ ছীঃ কাওবা তম্বা কংজরিবা অসী ঈবুঙঙো নরাইবক্ত শাখরা ঈঙবরা য়েংউ। নঙগী অধিকার মচেৎ অমকাওবা লৈত্রনা

আইঃ এঃ এনঃ কা হায়দনা মঙ মঙসুরবদি চৈ-ৱাৎপগী ৱানি। অদুদি থবক অমা তৌরোদনা। উম, থবক অমা তৌবা তারেদনা"

থরা লৈরগা দিঃ এমঃ কলেজগী ফীজীক্সকী দিমোনস্ত্রেতরগী পোস্ত অনী এদভরতাইজ তৌরকই, মাস্থ থাই। ইণ্টরভিয়ুগী মতমদা মাগা তম্মীন্নরম্বা মমান্নবশিং অমসুং মথাগী অঙাংশিংগা হৌরমতুগী মরমদা খঙবা হেনবা তান্নগদৌরিবনি। মমাঙকৈদদি মানা শেন্দুনতা লাকপা ঙাক্তনি। অতুবু হৌজিক্তি মখোয় অতুগী মরক্তা থরদি এমঃ এসঃ ছীঃ ডীগ্রী পায়বা য়াওরে।

মতম থরা লৈরগা এডুকেশন ওফিস্তা চৎলুবদা পাউ তারকই। এমঃ এসঃ ছীঃ অমগা বীঃ এসঃ ছীঃ অমগা ইণ্টরভিয়ুগী বোর্ডনা থাগৎখ্রে হায়না। মসীমম্ব খঙলকথি, বীঃ এসঃ ছীঃ অদু মাগী মমীংদনি।

সেক্রেতরিয়েৎতা চৎলুবদদি লোইনমক ওন্ন-তৈনবদা নৈথাই-রম্লে। এমঃ এসঃ ছীঃ অতুনা বাঙ্গালী মচা অমনি, অতুগা অমদুনা চুম্নগী সিমপল পাস বীঃএসঃ ছীঃ ড'গ্রী পায়বা চৌঙমী অমনি।

ক্লাকশিং অদুগী মরক্তা মাগী মমান্নবা থরা য়াওরম্লি। মখোয়না লক্লবীরমই,

"করিনোনে, চন্দ্র ভায়, নঙবু ছীঃ এমঃ না অদুক লুনা তৌই হায়রগা ইণ্টরভিয়ুদা নঙনা কষ্ট তারবস্থু, খন্দোকপদা য়াওহৌবা তারব্রা ?"

"ঐখোয় ওজানা করি তৌবা ঙমগনি হায়বগে ?"

"এ ! ভায়, নঙদি ঈনক-নকপা পীশূম উবা ফংদে হায়বদু তৌরেদনা। নখোয়' ওজাদু নৈবাকী মকোক্লিনে, ঈবুঙঙো। মানা এহুকেশনস্ু পায়রিবনি, মখোয় অনীসী খল্লে হায়না ওর্ডর থোকখ্রো হায়না ফাইলদা ইরক্লবনিনে।"

চন্দ্রকান্ত মঙদা চৎপগুম থোক্লকই। ছীঃ এমঃ গী বফলোদা লাক্লুনা মাগী কাদা চঙখিবা, কমুঙদা হীপথখিবা মশানা করিমত্তা জ্ঞান তাখিদে। থাজৈশেংবদি চন্দ্রকান্তনা মাগী ওজাদা হন্দকী থবক অসীগী মতাঙদা হায়া নীঙশীঙজন্নবনি।

মুমিদাং থেঙলক্লবদা, মীযাম পূল্লম্বা লোইনা চৎনখ্রবদা চন্দ্রকান্তনা চঙশীল্লগা অঙাঙবলদা অমুক হন্না নীঙশীঙজন্নমই। মাগী ওজানা খুম্লকখি,

"চন্দ্র নঙ হন্দক্তি ন বৌয়নু, নৈবাক্লা য়াদহুনা তৌবনি। সরকার হায়বা অসীদি করিগুম্বা নিয়ম থরগী মতুং ইনবনি, হন্দকী মতাঙ অসীদি নঙগী মফম ঈচন চন্নত্রে।"

ঈকোম কোম্না খুম্লকখি। নৈমতোম্বী হান্না থঙজনমদবনি। করি মতাঙগীনো হংলকপদা অশেংবা থঙলকখি, অমসুং চন্দ্রকান্তগী মীনুংশি য়েংহনা থরা তৌবিনবা হায়জখি। অদুবু পুম্নমক অরেম্বদা তাখি।

চন্দ্রকান্তনা খোইদোকপা য়ারোবা তৌখিদে। অত্তুবু মতম থন্না নৈরগা তারকখি, মী অনী অহু থবক হাপ্পগী মতাঙদা

মাগী ওজানা লুপা লৌশীও তরেৎ-নীপাল্লোম ফংখি। খোয়শাও-নরবা চন্দ্রকান্তনা মবুক্লীও ফাজৌরবা হোৎনজখহ্নু খা অনীরোম চওখি।

খরা নৈরপা অমুক হায়র সেকেন্দরি স্কুলগী ওজা ওইবগী থবক খরগী মতাওদস্নু হান্নগুম, মাগী চপচানা থোকচবা মফমহ্নু মাগী শরুক থুংবিরক্লে।

চন্দ্রকান্তগী অখাও-কনবগী শক্তি পুন্নমক মাওথরে। মাগী মন্নায়বক মথন্নভা লেপচরগে খনথ্রে। মী কনামতগী মতেও লৌশ্নরোই হায়বা অসী মাগী ফিরেপ্নি।

\+ \+ \+ \+ \+

নোংমা চন্দ্রকান্তনা মাগী রীক্সাদা পাখও অনীথক পুরমই। মতমদুদা চন্দ্রকান্ত মশম মনা শাংলে, মকোয়স্নু কনা য়াম্না চোয়ে। ভৌরবা কুচুদা স্নুংশানা হঞ্জিন হঞ্জিন নৈরকপগী মুরৈননা ওাওশীন্নবা উনশাদু য়েংখদা কনহুম পকই।

রীক্সাদা ভোংলিবা পাখও অনীহ্নু করিগুম্বা অরুবা য়ারী অমা কয়া শানবগুম ভৌরি, মী অতৈবুস্নু খওহন্নৌংদবগুম ভৌই। রাজনিতিগী মতাও ওইনা ভৌই। এম: এল: এ: হুনা, মিনিষ্টরহুনা, ওফিসারদুনা অদু ভৌবা, অদা ভৌবা অথও-অথওবা কয়া পুখোক্ল বগুম ভৌরি। কেম্প হায়বা অমস্নু কয়া হঞ্জিন হঞ্জিন পনবগুম ভৌই। ওপরেসন করম্বা মতমদা হৌবা, ব্রেইনিংনা করম্বা

তাঙকক খৌরক্লবা, খূৎলায় কথা-ফত্তবা অসীনচিংবা—ৱারীদু লেপ্পা লৈরমদে ।

চন্দ্রকান্তদি মখোয়গী ৱারীতু থৌওইনা তারুবা নত্তে, মশেল মরাঙ ওইনা মাগী নাকোঙ য়ৌরকপগী থানি ।

থঙ্গাল বাজারদা থৌজীল্লু হায়তুনা থৌজীল্লমই । থরা চঙশীল্লগা মী অনী চঙদুনা অমবু ফুবীবা থেংনরমই ! ময়াম কূপ্সে য়েংতুনা লৈরমই । অমতু মখুৎ হজদ্রে ; “বাবু লাঙ্করে, ঐবু ঙাকপিয়ু” হায়না হন্না হন্না লাউজরি । মতৌদু য়েংবা সুংঙাই-ত্রদুনা চন্দ্রকান্তনা রীক্সাদগী কূমথরমই, মীরক থায়তুনা চঙশীল্লমই অমসুং মী অনীতুবু থামদোক্লমই ।

নাইতোম তারিবা অমু মাররারি মহাজন মচা অমনি । ফুরিবা অনী অতুনা মৈতৈ নহা ঙাক্তনি ।

নহা অনীদুনা চন্দ্রকান্তদা, “রীক্সা ড্রাইভর নঙনা অমুক ঐখোয় থবক্তা অকৈ-অপা শাররিবা অদীনা করিগীনো ?” হংলমই ।

“অনী চঙদুনা অমত্তদা ফুবীবদি ফজদেদনা বাবু,” চন্দ্রকান্তনা খুম্লমই ।

“ঐখোয়দসু অমুক খুদা শারি, চেঙশায়ফমদু থুদেকউ হায়ব্রো ?”

মানা নোকমি নোকমি খুম্লমই, “অমুক্তা থুগাইবিয়ুদনা ঙমত্রা য়েংশি ।”

খঙহৌদে অনীত্বুগী মরক্তা অমনা চন্দ্রকান্তগী মচীন তম্না থিল্লকখিবা অদো। ঙাইহূনা নৈরম্বগুম চন্দ্রকান্তনা খুংলৈ থুনা লৈথোক্লমই। লৈহৌরিবা অমত্বুসু থিল্লকখি, অত্বুমসু লৈথোক্লমই অত্বুগা নূপাহুগী থুক্তুম অদু মখুং অনীনা তাপ পান্নরগা উপথূহুনা চীঙথরমই। অমত্বুগী মমায়দু শোরোক কোইলাস মথক্তা শীংলমই।

অতোপ্পা অমত্বুনা মখোঙনা অমুক কাওরমই. মানা মখূদাঙ য়েংনা নাকন্দা খত্তোক্লমই অত্বুগা মখুং ওয় অত্বুনা অমত্বুগী সোলার প্লেক্সস মপাদা খুংচেপ্পা কারাটিগী খুংম্নান অমা ম্নানশীনখি। নূপাহু মকোক ঙাওনা হাইরং হাইরং তুথখি।

কূম্মৈ য়েংনরিবা ময়ামদু তুমীন তুমীন্না "অস্ নোঙথীনা জ্ঞান তানা ফুরেদা" হায়না চন্দ্রকান্তবু থাগৎনখি।

তাঙ্গা চাদনা হাদ'ব্রেয়রগী হুকান অমদগী মহাজন অমনা ঈথী খিগৎনা মমালোন্দা "মণিপুরি মচাশিং অসীনা জঙ্গলিগী থবক ঙাক্তা হেক তৌরদনা।" হায়না মখোল ঈহৌ-হৌনা শোল্লমই।

রীক্সা তান্না চৎচরুরবা চন্দ্রকান্তনি। অত্বুবু করেম্ননা ঙাঙখিবা ময়াঙহুগী মায়কৈ তম্না চেনশিনখিরমই, লীৎলিবা ফুরীৎকী ঙকশম পায়হুনা নীক্লমই অত্বুগা হায়খ্রিবা রা অদুগীদমক লাম্নে হায়জহল্ললই।

অত্বুবু হুকান অত্বুদগী অতোপ্পা ময়াঙ অমনা য়োংকী চেইন অমা পুথোরক্তুনা চন্দ্রকান্তগী কোক তম্না হ:য়থরকদবগী হায়গৎখিরমই। হায়গৎখ্রিদুদো চন্দ্রকান্তনা চোংখত্তুনা অমত্বুগী মথবাক্তা মখোঙ অনী চঙহুনা কাউথূরমই। অমত্ত লোংথাক লোংনা

তাখি। মহুগী মতুং মিনিত মঙারোমদি চন্দ্রকান্ত মথক্তগা ময়াঙ্‌ মবী মঙামুক্লগী য়েংবা মুংঙাইরবা মীফু চৈফু অমা উবা ফংনখি। চন্দ্রকান্তগী নীঙথীরবা কারাতিগী কুম্মে মহু মীৎ পেন্নখি।

ময়াম অতুনা তুহুনা লৈনগ্ৰবদা মানা য়োংকী চেইন অহু পায়হুনা লেপ্তুনা লৈরমই। অমুক হোগৎলগা হোৎচীল্লকে ত্তোরকপা অমখক্তি মাগী চেইন অহুনা খুৎফু চানা মমায়দা পায়-খোমজিনখি। মনাত্তোন্দগী ঈথেঙনা অমহু মখুৎনা মমায়দা পায়-শীন্দুনা তুখিরমই। চেইন অদু পায়না পায়না মানা মীরক থায়হুনা মাগী রীক্সা তাম্না খেল্লকপদা মৱামদুনা মাগী লমৱী লাওনা ফাংখি।

রীক্সা কাখৎলগা চেইন অদু চঙখরমই অমসুং থুনা য়াঙনা অরাং পাংনা খোগৎলমই। খরা খোগৎলবা মতুঙদা পাখঙ অনীহুনা হায়রকখি, "মরুপকী রীক্সাসী ঙাইহাক 'সীন্নাযদা থম্মখিসি, নত্তবদি পুলিসনা তান্নরকপা তারে। অহুগা ঐখোয় অহুম ঙাইহাক ফম্মীন্নরুখিসি, হোত্তেল অমদা চা ঙাইহাক থক্রুখিসি।"

রীক্সা অহু থঙ্গাল বাজারগী অরাং খংবা শরুকতা লমৱী মাক্‌ন্না থম্লমই, অহুগা মথারোম্নদা মখোঙনা তপ্না তপ্না হায়থরমই অমসুং মাহাত্মা গান্ধি এভেন্যুদা লাক্রুনা সঙ্গমদা চঙলমই।

সুমিৎ অদুদনি চনত্রকান্তনা "কংলৈপাক রিভোল্যুশনরি ওর্গেনাইজেশন" য়াওরগে হায়না লেপখিবা অদো।

পাথঙ অনী অতুনা হোৌরকখি "মরূপ মনিপুরগীদমক্তা, মৈতৈ-গীদমক্তা লেপ্পীনীঙব্রা .......... মৈতৈগী ভুংগী মীহোৌরোলগীদমক ঐথোয় মৈতৈ নহারোলশিংগী 'কংলৈপাক রিভোল্যুশনরি ওর্গেনাইজেশন' হায়বা অমা শেমজরে, অকনবা থৌরাং কয়াগা লোয়ননা



# নীপাল

চন্দ্রকান্তগী য়ারিবু তাক্লরবদি নত্রগা নীঙশীঙলুরবদি খন্নগী থম্মোয়গী ঈন্তত্তনা হেক্তা পথে। চন্দ্রকান্তনবুদি অস্থুক য়াম্বা অকুপ্পা হায়খিবা নত্তে। মমাদগী খঙলকপা খরা অহুতনি মানা খন্নদা তমখিবা।

মোটোর সাইকল থোনা থোনা খন্ননা খল্লমই, "চন্দ্র-কান্তগুম্বা মরায়বক খীবা মী কয়া মনিপুরদা লৈরমখিগনি ?"

চন্দ্রকান্তগী পুন্সিগা য়েংনক্লরবদি খম্বা মশামক্তীদি ওম্মোক্লা ফুংঙাইনীঙঙায়না থল্লবা পুন্সিনি।

থাঙ্গেশেংবদি মাগীদি অরাং-অপা হায়বা অহু থোইদোক্লা থেংনরক্লবনি। কা হেন্না পৈশা পায়বা ওইরক্লবস্থু মাগী মপানা ফুলগী হেদমাস্তর ওইহুনা ময়ায় ওইবা খাকী খরা হায়গংপা য়ুম্লে-কৈরে মরক্তা পোকচরকপনি অমস্থুং চাউজরকপনি।

শাগৈ-নাতৈদগী, মচীন-মনাওদগী করিস্থু তোম্ববা অরাংপা ঈয়াও-মাওরক্তে। ময়াম্বস্থু লৈবাক্লা খঙনরবা উকিল অমা ওইজরবনি। মচেদুস্থু ইঞ্জিনিয়র অমদা য়ান্ত-পাদবমথে লুহোংজগ্রবনি। মানা ঈতোন তোনবনি।

মাগী খম্বা হায়বা মিং অসী মানা শন শাগ্রিতৈদগী হোনা মাগী কুহু ভোরোক ভোবা অমস্থুং মপোপ মতাও কবা অদুদা

ময়াম্বা অহল অতুনা "মসী হয়েং চাউরগা খম্বা হায়বদু মানগদৌরি, মমীত খম্বা থোল্লসি" হায়রতুনা ময়াম্বনদি খম্বা হায়বা মিংথোলসী শীজীনৈ ; লৈকায়নম্ভু মদুগী মিং ওইনা শীজীনৈ। মপানদি স্কুলদা মিং চনবদা জয়কুমার হায়না কৌমদা ইথি।

পীক্লিখৈদুনা লাইরিক ফরকপা খম্বনি। স্কোলারশীপ্তা ফংতুনা লাকপনি। ক্লষ্ট তাব্রবস্তু সেকেণ্ডগুম্বদি শোয়রক্তে। লাইরিক লৈবগী পৈশা নত্তুনা মঙোন্দা লাইরিক তম্বগী পৈশা ঈচঙ চঙদে। ফী রোল ফাওবা মাগী স্কোলারশিপকী পৈশানা মশানা অপাম্বা থঞ্জে। মেট্রিক মতুংদগীদি নেসনেল স্কোলারশিপ ফংলকপনি।

লাইরিক ফরবস্তু শাম্নবা, ময়াম তিম্নবা, দিবেত কম্পিতিশন-নচিংবদস্তু মানা হেক হেক ফংলকপা মীনি। মপা অমম্মুং ময়াম্বনা ডাক্তর-ইঞ্জিনিয়র তমহন্নিংথি, অদুবু খম্বনদি এদমিনিষ্ট্রেতর অমা ওইনিংলকথি। অতুনা আইঃ এঃ এসঃ ওফিসর অমা ওইবা অসী মাগী পীক্লীখৈদগী শাগৎচরকপা আশানি।

অদুবু মমৈথঙদা মানা খল্লকথি, মণিপুরদা পোকপা মৈতৈ মচা অমনা আইঃ এঃ এসঃ কী মিংথোল ফংবা অসী ঈরায় হেক লাইবা নত্তে, থোইদোক্লা লুরবা, ফনা কপ্পা হোৎনরবস্তু পাক হেক ওই-থোকপা য়াদবা অমবু ওইরি।

খম্বনা অন্দরগ্রাউণ্ড মুভমেন্টতা য়াওথিবা অসি রাখল ঈথন হেক খম্বদনা ঈরায় লায়না য়াওখিবদি নত্তে। মীওঈবা সমাজগী অমম্মুং মহাক অমগী ওইবা অচুম-চুমদ, অফ-ফত্ত কয়ামুক নৈনজখি। অহীঙ-হুংখিল, চাবা-তূম্বা চঙদনা তৌসিন্না-তৌওমসিন্না হায়বগী রাখলদা মুখিং-থা কপ্পা ডাওচৎনখি।

মহাক্কী খ্রাখলনি, "ঐ অমগীদি লায়, করিম্ম নত্তে। অদুবু মৈতৈ মচা পুম্বদি ঐ মৈতৈনি হায়বদা চাউথোকচনীংঙায় লৈরক্লোই-দৌরি। মণিপুরগী লৈঙাক-লোয়শঙ পুম্নমক্তা মথক খোংবা অঙম্বা পুম্নমক মৈতৈ অমত্তা য়াওরক্তরে; ময়াঙ অমম্মুং চীঙনী ঙাক্তা ঙায়-শীল্লক্লে। মৈতৈদি মায় হায়গৎলগা শরক্তা চৎপকাওবা ঈকাঙ্গীনরক-দৌরি। বিধান সভাদা লৈবা সদস্য ছফ্কুগী মনুংদা নীফু হেন্না মৈতৈনা ওইরিবনি, অদুবু মৈতৈশিংগী তুংগী ওইবা পোলিছি অমম্মুং প্লান অমত্তা খনবা লৈতে, পুথোকপা লৈতে। মখোয়দি মশা-মশাগী ফুরীৎখাউতমক য়েংবা হূরানবা ঙাক্তনি। পঙবরা হায়রবম্মু লমহুই-গুম্না ফত্তবা, তুং কোইদবা লৌশিংদা মপা লৈতে"

ইন্দিয়াগী কনস্টিট্যুশন অসীবুস্মু মানা য়ানিংদ্রি। মান্না থল্লি, "মী থূদাওমক্কী হক চপ মান্নগদবনি হায়রি, অতুবু কনাগুম্বা কাওবু থরবুদি ছিড্যুল ক্লাইব-ছিড্যুল কাস্ত হায়রনা রিজর্ভেশনস কয়া থম্মি। মসীনা ইউঃ পিঃ, বিহারগুম্বা মফমদদি চুম্নম্বা য়াই। অদুবু নোংপোক্কী ষ্টেট মচাশিং অসীদদি কলচরেল্লি, সোছিও-ইকনমিকেল্লি থোং মান্ননা অতুম লৈরকপনি, খেন্নবা ঈরৈ-লৈতে। রিজর্ভেশনসকী কান্নবা ফংলিবা মীওঈশিং অসীস্মু মখোয়গী খুন্নাইগী ইলাইত ওইরবা মচীন ভোঙবা, মৈতৈ খুন্নাইদগী হেন্না য়াইকরবা মীত্তা ঙাক্তনি। মসীনা মৈতৈদগী নত্তনা পুম্নমকী মাঙন তাক্লবা অম্মুম্ন ওইরক্তনি।"

মাগা করিগুম্বা রারী শান্নরুবা মতমদম্মু তত্তনা হায়, "ঐখোয় মৈতৈনা য়ায়তোঙ-খমদোংনা ময়াম মথক্তা লেৎতুনা পানগে হায়বগী রা নত্তে। হৌজিক্কী ইন্দিয়াগী কনষ্টীট্যুশন অসী 'থ্রম

চৎনরবদি ঐখোয় মৈতৈ মচা!শিংদি আঃ লৈখা তারগদবনি। নোংম-নত্রগা নোংমদি শঙেন্নহানা হোইহনা পুরিবা শনগী শঙ্গূদগী হেন্না তোম্বরগদবনি। য়ুম্নোমবা ঙৈভশিংদি মতম থরদি লমদো!ঙদা লেপ্পনি হায়না থল্লম্বা য়াই। অতুবু মখোয়মু মমৈদা খঙলকখিগনি। হৌজিক ঐখোয়গী ঈরক্তগী লৈবাক ঙাকপগী থবক্তা য়াওবা ঙমগদোবা মৈতৈগী স্বার্থ ঙাক্কদবা কনানো? ঈরৈবাক্তি হায়রুমু লৈকায় য়ুম ইংখোল ফাওবা ঐগীনি হায়বা ঙম্লরোইদবনি। শনগুম্না হোইরর-গনি। অসিগুম্বা কয়া'সীবু সুম য়েংতনা লৈনরগত্রা?"

খল্লু-খল্লুরগা মাম্বু করিগুম্বা খরদি তৌরমদবা য়াদে লেপ্লে। অহানবদা রাজনিতিগী দল অ'দা য়াওরগা লুচিংবা ওইবা অহূপা অরানবা ময়াম চুমথোকসিরা খল্লকই। অদুবু মমাঙদা, মরৈকায়দা, অক-অকবা মী কয়া রাজনিতি য়াওরুবদগী মী ওইবকাওবা ঙমদনা তা-তাহনা লৈবা য়াম্না উই। মরাঈবক ফহনা হাইগৎচখিবা খরা অদুসু কল্লক-মিহৌবা, লন-থুমগী খায়াত্তা তাহনা কয়া লৈরি।

অমুকসু সোছিয়েল রিফোর্মর ওইহনা রাজনিতিগী ইথিল য়াওদবা থবক্তা মায় ওনশীনসিরা খল্লকই! অদুবু অতোপ্পা রাখল অমনা মদুসু হেক তোকহল্লি। মহাত্মা গান্ধি, আচার্য্য কৃপালনি, জয়প্রকাস খোয়না অহিংসা নিতি হৌদোক্লম্বা মতমদদি অনৌবা লৈনম চেনবা লৈরাং অমা ঈনৌ-নৌনা থোক্লকপগুম ময়াম্না পাম্ল-রমই, মদুনা খুৎলাঈ ওইনা নীঙথিনা শীজিন্নবা য়ারমই। হৌজিক্তি ময়াঈ চমথিবগুম্নে। অদুদি করি পাম্বৈ লৈরি?

তপ্পা তপ্পা ঙারকই, মণিপুরদা মাগুম্বা অশাওবা নহারোল য়াম্না লৈরে। ময়াম পুনশীল্লগা নহারোল লিংজেল ফুদোক্লুনা

মৈতৈগী, মণিপুরগী, মী খুদীঙমক্কী মকম মতম চানা হিংবগী হক ফংননবা হোৎনগদৌরি। অমা অনীদগা য়ারী য়াত্তাই শানরম্বদগী মমৈগী অচৌবা কাওফূপকা থেংনরকই। মমৈদা মযুম থাদোক-তুনা ল্লেনিং কেম্পত্তা য়াওবা চৎখিবনি।

থাঙ্গেশেংবদি হৌজিক্কী মীওঈবগী সাখাঙ্গদা অসীনা অচুম্বনি অহুনা অরানবনি হাযবা অসী য়াম্না লুববনি। ঐনা অচুম্বনি খনবা রাখল অহু নঙনা অরানবনি হায়বক্কনি। নঙনা অচুম্বনি খনবা রাখল অদুনা ঐনা অরানবনি হায়দুনা লৌবা য়াই। ধর্ম্ম খণ্ডদে, রাজনিতি খণ্ডদে, যুগাল্লোন খণ্ডদে—হীরম খুদীঙমক্তা অচুম-অরান লেপ্পা য়াম্না লুশিল্লক্লে।

থল্লা হেন্না মুন্না থিজিল্লুববদি রাখল অসী শোয়দনা লাক্কনি—তাইরংপান অসীদা মপুং ফাব অমত্তা লৈতে। কি শেংলমদবা, শাহীঙ চারম্বা মীওঈবা, ফিজেৎ, চাকচা-হৈজা, লৌচৎ শাজৎ, ধর্ম্ম-ব্যাবাহার ফগৎলক্লে, শুক্কংদা লৈরম্বনা ফুরা-দলান্দা লৈনবে। কার, জিপ, ট্রেইন, এইরোপ্লেনদগী হেন্দোক্তুনা স্পেসক্রাস্ট তোংদুনা থা য়৷নরে। অদুবু পৃথিবীদি মপুং ফাবদি লায়রদুনা অশোয়বনা হেজিল্লক্লি।

মসীমদি মরাল মচেৎ অমত্তফাওবা লৈক্লে হায়বা স্কুলগী ওজা কনা য়াওব্রবগে? মীওঈবগী ইতিহাস্তা মচা, মখাম্বা, মনাও, মচন, য়ুমগী চুপী, মপুরোইবা, লানমী, লুচিংবা, অগুম্বা, নিংথৌ, ধর্ম্মগী মী কনা অমত্তা মপুঙ ফাবা য়াওখিদে। ফিদম্লিংঙাই ওইরম্বা য়াই, অদুবু মপুঙ ফাবা অহুদি তাইবংপান অসীদা লৈতবনি। মমা ওইবী

অমনা মচাবু মুংশিবগী থাক মূক রাংবা লৈতে হায়নৈ কারবী,অদুবু মপুঙ অশোয়বা মরীক অমত্তা য়াওখিদ্রবী মমা কনা পোকপ্রবগে ? মমা অমা ওইবীগী খ্বাইদগী কিদম্নিঙাই ওইরবী কুন্তিনা মচা অমল কর্ণগী মকমদা লংজখিবা মরাল অদুবু মাগী সতিত্বগী পুন্য লৈহ্নুসু. মপুঙ ফারবী মমানি হায়গদ্রা ? মচা ময়ামগী মনুংদা অর্জ্জুনবুনা খ্বাইদগী লুনা তৌবী মাবু মপুং ফাবী মমা কৌবা য়ারিদ্রা ? অর্জ্জুনবু মুংশিজবা অদুদি মপুঙ ফারবনি হায়সি হায়রকসু, মহেশ্বরদা লৈ-কৎপগী মতাঙদা শেরান্নবা য়াথলনা অদুক লুনা তৌজবা মচাবু কয়া থিনা নিন্দা তৌখিবা !

য়াজনিতিগী লমদসু অদু মঙায় । ফৈ হায়নরিবা গনতন্ত্র অসীসু ফত্তবা, মশাগী ওইজবা থিবদা হাকমনবা মী য়াপরক্লবদি ফত্তবদা অদুম ওই । ফংলিবমখৈ পেনবা নাইদবা মীওঈবনিনা দাবী তানবা লেপ্পা লৈরোই । ভাগুনীওবা-শক্নীওবা পূন্নমক য়াবনিনা ভাগুবা-শকপগী খোল্লাউ হেনগৎলকপা মশানা তাবনি । বা য়াম্লবদি মোত য়ামই, মোত য়াম্খল্লবদি পূজারী য়াম্লগা এম্লাঙ মাঙবগুম সরকারগী অমস্থং প্রজাগী পোলিছি কয়া অরেম্বদা মাঙহল্লি । মশাও য়াম্বা মোতনা অপুনবগী মোত ওইকম থোকই হায়রবনিনা ভোত তৌবা তাবনি । অদুবু মশাগী বুদ্ধি লৌশিংবু লুপা মঙা তরাদা য়োন-থোকপা ওম্বা ইজ্জৎ লৈবা মীওঈবনি । ঈনাক খুনবা, মতীক লৈবা অমনা ভোৎ লৈরগা মশাগী মোতপু মীয়ামগী মোত ওইহনবা ঈতত্ত্তনা থোকহল্লি ।

থায়না নিংথৌ পাল্লিভৈগীসু তৌনিংবত তৌ, চানীওবত, চা, শেৎনীওবত শেং, নিংথৌ অমনা ফত্রবদা লৈবাক লৈখা থুনা তাবা লাইহল্লি ।

ওইথোকপা য়াত্রবা, ফিদম্লিংঙায়দি ওইবা কম্যুনিজমসু অদু মঙায়। মীওঈবনা পোক্লকপদা মশাগী ওইবা জ্ঞান, রাখল থরা লৈজবা তাবনি। অদুবু'নতি অসীগদি ঐগী হকচাঙ, রাখল, থবায় পুম্নমক সরকারগীনি। ঈশাগীনি হায়বা শরিমত্তা থম্বা য়াদে। ঐগী লোকনপ-তিন ফাওব: সরকারগীনি,ঐগী নত্তে। থেম্না নিংতম্বা পাম্বা মীওঈবনা অসীগুম্বা কম্যুনিজমগী অফা অপুম্বনা হিংবদা কয়া কুইনা থাদুনা লৈগনি ?

মরম ময়াম অসীমক্লা হৌজিক্কী মতমদা অচুম্বা অমসুং অরান-বগী মরক্তা সিমানা অমা য়াৎপা য়াম্না লুনা থোক্লে। অমরে মদা পোৎ, থোদোক অমসুং হীরম থুদীঙমক্কী অফ-ফত্ত অনীমক অতুম মরৈ। অতুমকপু অফবগী অমসুং ফত্তবগী শরূক অনী অদু চাং তম্লগা ওনবা তাবনি। অফবগী শরুক্লা হেল্লবা থৌরাং নত্রগা থবক অদু পাঙথোকপদা ধর্ম্ম য়েংলুরগদি কায়নীঙায় লৈতে, আইনগী রাফম্না অমনি। মীওঈবা সমাজগী হুংঙাই য়াইফনবা পুথোরক্লবা আইন অসীসু ঙাক্লা চৎপনা ময়ামগী অফবদি ওইফম থোকই। অদুবু কর্ম্ম ফল ফবা থবক অদু কর্ম্ম ওইনা পাংথোকপনা গিতাগী পাওতাক্নি।

রাখল ময়াম অসীগী পোলে ই ওইবা ব্রেপ্তি — খাইদগী ধর্ম্ম চেনবা মী হায়বা অসী মশাগী অচুম-অরানগী রাখলনা চুমই হায়না থল্লবা থবক থৌরংতবু খনবা অমসুং পাঙথোকপা মী অদু ওইফম থোকই। হুরানবা, মীহাৎপা অমত্তনা মাগী হুরানবগী নত্রগা মীহাৎ-মীপূনগী থবক অদু মাগী অফ ফত্তগী রাখলদা য়ানিংলক্ষম থোক্কে। অদুগা মীয়াম মমীত্তা চন্দোন চরা পাক্লা খিল্লিবা, লাই য়াম্না নীঙজবা

মারব্নারী অহুনা হুরান-পোৎ য়োল্লিবা, পোৎ পৈশিন্দুনা থল্লগা পে'ৎ চৈ মমল হেন্নগৎ ল্লিবা অহুগা অতাঙবা মমলদা য়োল্লিব: মাবু করম্না ধর্ম্ম চেনবনি হায়রসিগে ? মানা ভৌরিবা হুরান চীম্নীগী থবক অদু মশাগী অচুম-অরানগী রাখলনা অচুম্বনি হায়না লৌরমকম থোক্কে। মীওঈবা অমনা মাগী য়ূম্লৈ কৈরৈ, লৈকায় অমসুং লৈবাক্কী ওইবা হৌন লোনচৎকী মতুং ইন্না মশাগী অচুম অরান অমসু' অফ-ফত্তগী রাখল লৈজফম থোকই। মশাগী ওইজবা অসীগুম্বা রাখল অসীগা তাইবংগী ওইবা রাখলগা মান্নবনা অয়াম্বনি। মরম অহুনা অচুম্বা ধর্ম্ম ঙাকপা মীদুদি মফম, মতম, ফীভম, সামাজগী মতুং ইন্না অচুম-চুমদ য়েংলগা রাখল অমসুং থবক থৌরাং পাঙথোকপা মী অহুনি।

থম্সু অসীগুম্বা রাখল কয়ামুক নৈনকবা মতুংদা মাগী ফীরেপ অহু লেপখিবনি। অহুবু মাগী রারেপ অসী সামাজগী, ধর্ম্মগী অমসুং রাজনিতিগী মীৎয়েঙদা অচুম্বরা অরানবরা হায়বা অহুদি য়াম্না লুই। কর্ম্ম কলনা লেপফম থোকই।

ইম্ফাল টোকীজ ছিনেমা হোলদা "ওপরেশন ক্রোসবো" উৎলিডৈ মতমহুনি। পূঙ অনীগী মেটিনি শোগী ইস্তরভেলগী পূঙকম্নি।

য়েং থংবা নাকলগী বেলকোনিদা মনীঙলোমদগী থীগৎলকপদা অনীশুবা পরেংগীময়াখরাইদা থম্বগা চন্দ্রকান্তপা ছিনেমা য়েংলম-বনি। ইস্তরভেল হেক থাবগা চন্দ্রকান্ত মপান থোকখি।

নিংথমথাগী অঙৈবা লৈচৌলগা লোযননা মুংশিং অমা শীৎ-লকপা অদুদা ঈম্ফালদগী মুমিৎ নীনী হুম্নিদুদি মুমিৎ মশেক উদবমথৈ ঈঙই। চন্দ্রকান্তত্ ব্রেজর কোট অমা লীৎলি, মকোক্তা মচুবাগদা মফ্লর অমনা য়েংশীল্লি। মাগী থদাও অমস্তুং মচুবাগী অশাংবা কোইদু খরমথৈদি থুমজিল্ল। অদুবু মচীনবান মথক্কী কোইহুদি অহুম উই।

গোগলস অমা উপশীল্লগা হোলগী নোংপোক থংবা ক'গ্রেস ও ফসকা ত.ইনবা জগাদা মুরিনেলহুদা মপান থোকপা চৎলমই। হোলগী সিড়িদগী হেক কুমথরকপদা, গেটলোমদগী ওভরকোট লীৎপা মশম ভেল্লপা ককপা পুলিছকী চগল্লবা শক্ত চংবা নুপা অমা থুনা য়াঙনা হায়ঞ্জিল্লকই। চন্দ্রকান্তগী থবাক্কী মীহুন অমা কান্দুনা চোং-খিবগুম তৌখি। "কনানো উখিবগুম তৌইদা! মানি! ইন্তল্লিজেন্স ব্রগী এস আই কুলবিধূনি।" অথুবা রাখলগী মঙাল কাওরকই।

হায়রক্কৎ থকৎপগী মীৎয়েঙদা য়েংনা য়েংনা চন্দ্রকান্তনা মুরিনে লোমদা থৈহনা চৎলি। কুলবিধুগী মীৎয়েংহ হোলদগী থোক্লরক্লিবা মীয়ামহুদা য়েংবা চাউয়েংনি।

চাউরেংদগী চন্দ্রকান্তদা তারকই। চপচানা হেক মীৎ চানরমল্লাইদা চন্দ্রকান্তনা মমায় পরীগু চুম্না শৎ লৈথোকখিহনা মানা চৎলিবা মায়কৈদা মীয়াম মরক্তা হায়জিনখিরমই।

মানা কুলবিধুদা ঙাইহাক য়েংলমই হায়বসীদি থঙখিবগুম ত্তৌই। অদুবু মাগী মতুঙ ইন্নরকপ্রা হন্না য়েংলুবগী থৌনাদি লৈরমদে। করে, ইন্দ-ইনরক্লবদি পাইরকী থৌরাংদা থোকপা অমা ত্তৌবা তারে থল্লহনা চঙশীল্লি। লরাই-নুংশম য়ুংখৎলি। থবাক্তা মিহুন কল্লা ফুরকই।

কোঙোলনা চাইখাইরিবা নমথিল্লবা মকম অদুদা মীয়াম মরক্তা লীৎশীল্লমই। কাথন অয়াম্বা অমত্তা শংলমদে। মীৎকুপ থরাদেপ্লবা মতুঙদা অহুমশুবা কাথন্দুদগী মুপামচা অমা লোইরহনা থোকখিরমই। মপাদা ঙাইরম্বা মীয়ায় চনবা নুপাহ হাথু-হাথুবা য়াওদে। নমথিবা মরক্তুদা চুরুপ হাউনা চিংবগুম ত্তোরি।

চন্দ্রকান্তনা তাঙা লোহনা মম্যাঙদা ফৎ হায়জিন্দুনা চঙলমই। মমীৎনদি চঙঙককয়োমদা কল্লপ কল্লপ য়েংবা ত্তোক্তে। ঙাইহাক্কদা ঙভরকোত লীৎপা প্লেইন ক্লোথসমেন কুলবিধু চঙঙকক মপান্নদা চপ লেপ্লরে। মমীত্তুনা কোয়রৈ-লৈদুনা থিরকই। চন্দ্রকান্তগা মমীৎ মমীৎ তক চানৈ। অমুক্তা মাগী মিহুন অমমুক কান্দুনা চোংথি। য়াঙলেন শল্লা পরেংদা চীঙ লাউবা অঈঙবা অমা ফৎ হায়গৎলক্তুনা লরাই-লেম্ফ, চপ-চপ য়ুংখৎখিবগুম ত্তৌই।

সেকেণ্ড অমগী মচেৎ অমরোম শূক্তোক্তুনা য়েংলম্লগা কুলবিধু থুনা য়াওনা থোকখিরমই। চন্দ্রকান্ত সুংশাশ্বর মগী মচা অমা খজিক্কং হোন্দোকপা ওন্বগুম তৌই। অদুবু মথবাক্তা মিহুন্দি পূত্ত-জাও তান থুজিল্লকপগুম, সুত্তখণ্ডনা দণ্ড দণ্ড থুনা য়ৈশীল্লকপগুমই। মলাতোন নাকচীদা হুমাং চনপ্পী কাংলকই। মথবাক্তা মাশিনখিবদা পোইন্ট থী: এইতঃ কী ওতোমেতিক্কী তইং তইংবা য়োং-মচৈ অত্তেনবা অদুদি অহুম মরৈরম্লি।

অহুবু মীয়ামহুগী মরক্তা থৌরা-ঈশা শাদবগুম গোগলক্তুলৌথোক্তুনা, রুমালনা হুমাং অনপ্পী তৈথোক-তৈথোক্লা থোকখিরমই। মপান মেক য়ৌবগা থুনা য়াংনা ফ্রন্ট ক্লাসকী থোঙ তম্না চেনচত্তা হাইজিল্লমই। সিটশিংগী নাকন্দা মখোঙ লাউনা লাউনা খাংহুনা লাক্লগা রীয়ারগী মনীঙদা ফাংলিবা থোঙজাও অদু হাং দোকই, অমুক ওাশিল্লম্লগা বেলকোনি তম্না কাখৎলি।

হায়ফেৎ ফল্লপ্না য়েংবদা পুলিছকী মী লাকপগী চরাঙনবগী থোইদোইদোকপা খীভম উরমদে।

থুনমক খম্বগী মনাক তাম্না চঙলগা, "ঈতাও থুনা থোক্লসি, ঐ হাল্লম্লগে; মহৌশাগী লল্লোঙদা উনসী, মিনিট কুনমঙাগী মতম," হায়না মী অতৈ তাদনবা শোম্বাংনবা থোঞ্জেলদা হায়রম্লগা অমুক থোকখিরমই।

হাম্নগী হোল মনুঙগী সিট ময়াদা অমুক ক:ওই। হন্দক্তি নোংচুপ-লোমগী রিয়ারগী থোঙদা কাওদোকখি। রুপমহল হোতেলগী কোন চান্দম কাওহুনা হুকান মরুমদা নপ্পা লাকই। হোটেল রবিন, ও: কেঃ হোটেল মনীঙ তারকই।

খঙ্‌মস্থ মীৎকুপ অমা অনীগী মতুঙদা ফুক হৌগৎত্তুনা খোক্ল-ক্লমই। মাদি কাংচেক মচুগী খোঙগ্রাউ অমা উপই। উৎ মচুগী পুল ওভর অমস্থ লীৎলি। গোলদন বিমগী আনোক্তু লৌখোক্লগা ফুরিৎখাউদা হাপচিনবা তাঙ্গাদুদা বেলকোনিগী সিড়ি মখা য়ৌরে।

ঙ্কা য়োন্নরিবা হুকান পরেংগী মপা য়ৌবদা কুলবিধুনা ছাইকল শেদকী মহুঙ খংবা মচীন অহুরাঈদা লেপ্লহুনা " 'সী নত্তে ওন্নরেহে ! খাদোকখ্রো। কিক, সে— নঙগা নঙগা গেৎ মপাদা ঙাকউ, অহুগা ঐখোয় মরী হোল মমুঙদা চঙসী লাউ। কম্মোন, কিক, হররী-ঘ্নপ", লাউরমই।

খঙ্‌মনা য়েংশিনখিবদা ওতোমেতিক, এসঃ এলঃ আরঃ, স্তেন গন্নচিংবা পায়বা মণিপুর পুলিছ অমস্থং ছিঃ আরঃ পীঃ কাঙবু অমনা মকোয় চোম্বা নুপা। অমগী পুল্লিবা মখুৎ অদু অমুক খাদোক্লবা হোৎ-নরিবহু উরমই।

অহানবদা স্বাই লাউই। অহুবু নৎলমদ্রে। চন্দ্রকান্ত নৎ-লমদ্রে। হেক য়েংরদা মাল্লি। অদুবু চন্দ্রকান্তনা সুপাহুদগী খরা বাং-চাউই, মকোয় মরাঙস্থ মানা হেল্লি।

সুপাদু মনাতোন্দা নাহী চেম্বরি। রুমালনা খুম্বা লাক্লরি। অহুবু মমীৎ-মীৎথক ময়াদা, মচীনবান নাকন্দা চাউনা পোম্লিবা অনী অহুদগী অত্যাচার ফাকাল্লিবৈঙদা ঙস্তানা হৌদ্রে হায়বসী অতাক্লে।

খঙ্‌মনা বিঃ তিঃ রোদকী নোংচুপ্লোমদা লাক্তুনা দিপ্লোমেত মমাঙ অদুবায়দা খারম্বা মাগী মথক-মখা ওম্নোক্তুনা খাবা "য়েজদি

[ ইপজাহ ]" হু য়োরমদাইদদি পুলিছকী, মনিপুর রাইফলসকী সিকাই মপোৎ অহুম্লোম গাড়ীদা থুংলরে। ফন ফন চোংথদুনা নোংমৈ তৈয়ারিদা পায়দুনা ঈস্ফাল টোকিজ হোলদা হাইজিনখ্রি।

হোল মমাঙদা পূল্লগা মী খুদীঙমক মিপাইবা, থক্কৎপা অমগা লোইমনা তিনঙক তিনঙক লেপ্লরমই। থরা থরা কাম্নদুনা চেরবস্থ হৌনরক্লে।

থম্বনা মাশি মোতোর বাইক্, অরাং হুকাম্লোমদা তপ্না তপ্না থৌগৎখি।

লম্লোঙ বাজার য়োৎদা মিনিট কুনমুক্ক চঙই।

চন্দ্রকান্ত য়োরকপগী মীশানা অমত্তা উদে। মোতোর বাইক্ লম্লোঙদগী অরাং পাংনা থরা হায়গৎনা থমই। মথোঙনা অমুক হায়থরকই।

হোতেল মচা অমা লম্বী কক্করিবা মপা অদুরাইদা লৈ। চঙলমই, চাগা বোরাগা কৌই।

মথায় ঈগুঙ-হুংঙাইতবা ওইনা তৌই। চন্দ্রকান্তগী ঙশাঈগী থরক হুনগৎখিবগী মায়থোঙ অতু নীঙশীঙলুরগা মা থরা শাউনিং-লমই। ব্রেইনিং লৌরকপদা অদুম্না ফিংবগী পাউতাক অমত্তা য়াওরক্তে। চন্দ্রকান্ত অমুক কনশীলহন্দবা য়াত্রে লেপ্লমই।

চা অশাবা অতু থজিক অমুক চিংলমই। লম্লোঙগী অতুরাঈ দদি পুলিছকী অথুবা চথোক-চৎশীন থোইদোকপা উদে।

চন্দ্রকান্ত হৌজকফাওবা য়োরক্ত্রি : ঘড়ী য়েংই। মথোয় অনীনা হায়নখিবা মতমগী মতুং পুঙ অমরোম ফাজীল্লক্লে। নীংথম-থাগী হুখিং তাশীল্লক্লে। মমশীল্লক্লে। ঈঙবস্থ হেঞ্জিল্লক্লে।

অমুক খল্লকই, "ইম্ফালগী সেন্তরদা পুরিবা মানা অম্ময়া ঈথক-থরংশা, মতম শোয়নবগী থবক হৌগংলক্লবদি; অতৈ অতৈদি করি থোক্কনি ?"

"ফাহৌরবক্লাংলনে ?" মাসু খল্লক মিহুন হায়গংলকপগুম ত্তৌই। মমথনবা হোংনয়মই। "হেরা, মুংশিবা মরূপ অমা ফাখিবা থোক্লবদি, থৌরাংদা থরায় য়াওবা থুরকী ঈগী লাই শাবা থরহুদি লেয়া থাবা তৌরোই।"

খল্লুবদা ঈ অমুক কাথংলকই। মথুং মশা মরেঙ মরেঙ চংলকই। "করম্বা কোক য়াওদবা মীনা ঐখোয়গী মৈতৈ মচাশিং অসীবো ? জ্ঞান অম্মুক ভানরগদবা মতমদা ভুং চুহনা লৈনরিবা অসীবো ?" মাসি রাখলনি।

চা-বোক্লাগী পৈশা পীরম্লগা অমুক থোক্লকই। ভাহৌ-ভাহৌ অমুক চংলি। চন্দ্রকান্ত লাক্লে। ঘড়ী য়েংই পুঙ তরাক তাশিল্লক্লে।

ভাইহাক রাখল ত্তৌই। চন্দ্রকান্ত য়াওদনা হনগ্রগে খল্লে। করিগুম্বা বেয়া অমা লৈরম্বা তারে। ওসী মানা হল্লক্রবদি, হয়েং হেড কার্টর কেমপ্তা রিপোর্ট তৌরবা তারি। ইম্ফাল বাজারদা চংতুনা অমুক য়ে লুসিন্না খল্লি! হুম, মদুনা মাসু য়াওনা থুরৌ চেন্নশিবা য়াই লেপ্লে। তপ্পা তপ্পা মোটোর বাইক থৌগংশিন্নমই।

× × × ×

চন্দ্রকান্তগা থানা মখোয় তরেংকী মতম থরগী সিনাম কোমফুদা কেম্প ওইরি। মখোয়গী মমাল্লবা উদোই পাঙৈদা তাসরগী ক্লাম অমা লৈবত্তদা মেরিকলচর ওফিসর ওইরি। উদোইগী মপাগী লো পরী কয়ামুক সিনাম কোম্ফুদা লৈ। লোকমগা খুলগা ভাইনবা

অদূর ঈদা ভূম্ফম-কা, চাকশঙ লৈবা লৌশঙ থরা চাউবা অমা লৈ। য়ূমদোমপোক ওইনা চীঙলোমদা লৈখিবনা খুনগী মী কয়া তোয়না লক্তে।

য়ূম অদুগী অকোয়বদা অচৌবা ইংখোলম্থু লৈ। ইংখোল অদুম্থু অকোয়বদা কৌবুলিয়া পাম্বীনা কোয়শীল্লি। মরক মরক্তা বৌগেনভিলিয়ানা মশা কুঙনা কুঙনা শম্দোক্তুনা শা-শন চঙবা ঙমদবা শম্বল ওই। লম্বীদগী, লৌবুক্তগী ইংখোল মতুঙদা করি করি তৌরিবগে হায়বা উবা লুই।

থা অমমুকসি স্কুতর-মোতোর য়াম্না তোয়না ইংখোলতুদা হেক হেক লাকই হায়বসী খুলদুগী মী অয়াম্বদি থঙই। অতুবু গম্বারগী মচাম্নুপা অহল উদোই পাঙ্গদা থবক তৌঔদগী য়ুমদুদা হেক হেক মমাম্নবা ময়াম পুরক্লগা চা-থকপা তৌই হায়না তাবদগী থোই-দোকপা কা হেনবা থিজিল্লুবা-থঙনীঙলুবা তৌদে।

সিনাম কোম্ফু য়েংবদা নীঙথীরবা খুলনি। শগোলমাঙগী লম্বীদগী নোংচুপলোমদা হাইজিল্লগা নপ্পা লৈবনি। লমথায় লম্বীয়োমদা কাৎলিবা লম্বী অম নত্তনা অতৈ অচৌবা লম্বী লৈতে। মায়কৈ অতুমদদি চীঙনা ইকোয়-কোয়শীল্লি।

খুন্দগী লৌবুক লান্দূনা মনীঙলোমদা হাইগৎল্লিবা চীঙয়াঙ অতুদগী থরা অমুক হায়জিনগ্রবা উজাউ কয়ামুক্কা য়াম্না শূকহল্লিবা অদুদা "কংলৈপাক রিভোল্যুশনরি পার্টি" গী য়াম্না চাউবা কেম্প অমমুক লৈরি। কেম্প অসীদগী কৈডাঙলোমদা, নত্রগা শগোল-মাঙদা, নত্রগা পাঙ্গদা, নত্রগা অনকপদা সিনাম কোম্ফুদা তাবা য়াই।

চাওথবগী অসীনা খুন্দোন্দা লৈরিবা এক্জিক্যুশন ক্যেম্প মচা অসীবু য়েংশিল্লি। ভুংদাংগুম্বদা পাউ লৌথোক-লৌশীন তৌনৈ।

য়ুমথুগী ইংখোল অকোয়বদু পান, মাইরেল, থবী, মোরোক, কোবী, হঙ্গাম, হরাইনচীংবা কুমগী ওন-ওন্দুনা ঈশাং-নাপী থাই। উদোইগী মামশিং থোকপা মচা-মগু, ঈমুও কনা লৈজরবা নুপা অমনা য়ুম ইংখোলদু য়েংশিন্দুনা য়ুমদুদা লৈবনি।

নাসপাতি, হৈনৌ, পুংদোল, হৈখা, চোরোফোয়চিংবা হৈ পাম্বী কয়াসু থারি।

খম্বনা নিংথমথাগী চুমিদাং অঙ্গাওবা লৈচীল অকুপবা ময়ক্তুনা থৌজৌনখিবদুদা ক্যেম্প অদুদা লৈরম্বা কাওবু অদু মীৎ-না শিংনা তৈয়ারিদা লৈরমই।

খম্বনি হায়বা খঙলবদা খম্ব থরা হোৎলোক্লমই।

খম্বনা শুমাং হেক য়েৌবদা চন্দ্রকান্ত লৈরম্বদুদা খম্বা থরা ওক্লমই।

চন্দ্রকান্তনা নোকমি নোকমি, “ঈভাও, সোরি, ঐনা লানথ্রে। ঐ মিনি বস অদুম তোংলক্লে, লমলোওদা ঈভাওগী নাক্তা চওলমন্ত্রে, ঈভাওনা থাম্মা য়ানা ঐবু ভাইদুনা লৈরম্লগনি,” হায়রমই।

খম্বা ঈ কারমই। মা ঈ কায় হায়বসী চন্দ্রকান্তদা খঙহনবা চুমই লেপ্লে।

মনা নোকমি-নোকমি শাউদনবা খম্বগী মথুৎ পায়গদবগী চওশীল্লকপা অদুদা খম্বনা খুংজুম ফজনা তাশীন্নপা চন্দ্রকান্তগী ওয় থংবা খদাওদা অকনবা শাকু অমদা থিল্লমই।

চন্দ্রকান্ত ফুৎকত্তি তুদে। মচীনানকা ঈ খজিকাং তৈবা অদু থূনম্বা তৈতোক-ত্রৈতোক্লা "করিনোয়ে ঈজাও? ঐনা শাউঈ ঐ লাগ্রে হায়রেন্দনা," হায়দূনা অমুক চেপ্লক্লমই।

খখা মা করিমতা চাওনমদে। মনাক হেক য়োরকপগা মথুং পুনা চন্দ্রকান্তগী ওয় থংবা খদাও ভম্বা অমুক খিল্লমই। অতুবু হন্দক্তি চন্দ্রকান্তনা খুৎলৈ-থুনা কারাতিগী মওঙদা খুৎচেপ্পা খরগী থুত্তুম অহুম অদু ঈরায় লায়না খজোক্লমই অদুগা মানা হৈনজবী জুদো কারাতিগী কীভমদা শেম-শাহুনা লৈরমই।

খঙ্গনা কক্লপ তৌবা য়াহৈনা মথুং খিন্দুনা "লাই, মফমদা চংস্নি লাই" হায়ক্লমই।

মানা মফম হায়রিবা অসী মখোয়গী কেম্পকী জুদো করাটিগী প্রাক্তিস তৌফম মদূনি। .চৌজিক্তি অনৌবা মী লৌশিন্দুনা চাইনাগী মতেঙ য়াওদনা মখোয় মশানা ত্রেইনিং পীরা হৌরকনি।

মতাও অসীদদি লৈমিন্নরিবা ময়াম অতুম্ব কৈদৌনরে?" হংবহুনা মখোয়নাগী মনাক্তা লৈরক্লে।

"করি তৌনরবগে কমরেদ অনীনা শাওনরিবা 'সীবো?" মখোয়গী য়াংনি।

সেক্তর কম্যাণ্ডর খঙ্গনি। মামা "ময়াম করিমন্তা চিংনবিগনু; চন্দ্রকান্তপা ঐগা য়ারী মচা অমত্তা শানথে তৌবনি," খুমমই।

চন্দ্রকান্তনা [illegible] অদুবু ময়ামিত্তুনু ইনরক্লমই।

এরেনা ময়ায়দা মথোয় অনী জুদো-কারাটিগী ফীভম শেম্-রমই। লেণ্টর্নগী থাউমৈছনা উবদি বাৎলি।

ওসী খম্বনা তৌরকইবা ওগদা অসী চন্দ্রকান্তনা চপ চানা অর্থ লৌবা য়ারমই। থাঙ্গৈশেংনা শাউদুনা তৌরিব্রা নত্রগা ঙাইহাক্তং ফাগি তৌসি খল্লিব্রা করম্বনো জ্ঞান তাবা ওম্নমদে। মথোয় অনীগী জুদো-কারাতিগী কুম্মৈবুদি ট্রেনিং কেম্পকী মফমদস্থ কয়ারক হল্লা উৎপ্রবনি। শাউবা ওইরম্লগম্ব ঙাইহাক্কী ওইরমগনি খন্দোক্লমই।

অদুনা অহানবদদি চন্দ্রকান্তনা ঈকোম কোমথোক্লা কুম্মৈগী ভাবতা খম্বগী মথুৎকী, মথোওগী আক্রমন পুম্নমক ঙাকথোক্লবা হোৎ-নরমই। অদুবু খম্বদি য়াম্না থরায় য়াওনা থোমজিল্লকই, য়ানশীল-লকই, থিঙ্গল্লকই, কাওশীল্লকই। চন্দ্রকান্ত অনীরক লোংখাক লোংনা তুখি, খম্বনা চোংখৎলগা মথোও অনীমক্লা মথবাক্তা কাওবদা। অমুকস্থ লেংজুমগা ওকশমগা তাইনবা মপাদা খুৎচেপ্লা য়ানশীল্লকই। হাইফেৎ নাই। মমীৎ মনা ঙাইহাক্তং তন্দন পাই, মকোক ঙাওই।

চন্দ্রকান্ত শ্যাউগৎলকই। ঈ হাইগৎলকই। "আই! মাগীসী তশেং-তশেংনা তৌরেনহে", হায়বা য়াখলগা মাস্থ মাগী মতীঙ ফুদোরকই।

অতুগী মতুঙদা মথোয় অনীনা কুনখৎলকপদুদি ভাঙনা উবা ফংবা কুম্মৈগুম্বনি। অয়েংবা খরত্থ মীৎ পেল্লবস্থ অকিবা অমা পোক্লরক্লে। "মথোয়নীগী"সীবু থাঙ্গৈশেংনা হাৎনগে তৌরবজাৎলা, শিনবা তারেনে তৌম্বি'ঙ্গীবো,' হায়না লোইনমক খল্লক্লে। থাম-দোকসীরা থম্নৈ, কনামতা চঙলুবদি ওন্নদে।

অহুমকপু অপী-অনা খোকপা য়াবা মপা-মদি শোক্লদে। পুণ্ডখায় অমরোম লাক্লে, অহুবু ঙম্মদে। অমীনা হেম্লি হায়নীঙ্ঙাই লৈতে।

মমৈদা চোকথনরক্লে। লেঙবা বানরক্লে।

থম্বা নোকমি নোকমি তৌবা হৌরক্লে। ঙমদ-ঙমদ চঙশীন-খিদুনা চন্দ্রকান্তদা "ঈতাও নঙ শাউরব্রা", হংলমই।

মথুং তিংথোকই, চন্দ্রকান্তসু তিংথোরক্তুনা মথোয় অনীমক মথুং শোক্লরমই।

অমগা অমগা য়েংনরমই। মহোশাগী নোকনি-নোকমি তৌনবা অহু মায়থোঙ অনীমক্কা থুংলরে।

থম্বনা থেমজিল্লমই, "ঈতাওগী ঙসৌগী শককমহু য়েংবা সুং-ঙাইতে। থম্মোয় শোন্থবা মাল্লি। হকচাঙ থরা কনথংহল্লগা, রাথলসু থরা কনখৎপা ৎয়াই। অদুনা এক্সরসাইজ থরা তৌসি 'অনা তৌবনি। রারৌগনু ঈতাও।"

চন্দ্রকান্তগী মমীত্তা ঈ কারম্বা অহু মবুক্কোঙ মুংশিবগী ঈরা ওহোল্লকই। মথৌনাউ ঈকং-কংশিল্লকই, খোঞ্জেল নীক্লপ থুম্মকই,

"চুমই, ঈতাও। ঐ ঙসৌ মিহুন থরা চোংখি। ঈতাওসু খোয়দৌ থরা শীক্লম্লগনি।"

"ঐ থওই, ঈতাও। অহুননি ঐনা ঈতাওগী ঈ কমজীনগ্রবরা ৎল্লুবদগী অসুক্তং শাগৎহনগে তৌবনি। কমজীগ্রে। খাঙ্গেশেংবমক কোঙ কোঙ শারি।"

মমান্নবা অতৈহুনা ঈশাঙ পুথোরক্তুনা মথোয় অনীমক গং গং থকচীল্লমই। ময়ামদুনা "কুম্মে হাইকেৎ সুংঙাই", শোক্লমই।

মখোয় অনীতমক ঙায়রব কান্দা থম্বনা হায়খি, "ঈতাওগী কোই'সী কোকথৎলো। মকম খুঙ্ঙীঙমক্তা কোই চোম্বা অমা য়াওই ঙাক্তা হায়নপ্রে। অহুগা কুলবিধু এসঃ আইঃ অসী একতর-মিনেত তৌদবা য়াদ্রে। চাকচা তোক্লগা চৌঙয়াঙদা হায়গৎলুসী।"

"উমঃ চূমই। ঈতাওনঃ হায়রিবদু তৌবনা ফগদৌরিমাল্লে।" থম্বনা মোটোর বাইক্তু ইংখোল মতাই উখা অমদা ঈনশিনখি।

---

এস: আইঃ কুলবিধু হোতেল জুবিলিদা চাক চারি। হোটেল অসি কাওজৈবুংগী হেক হাইজিনকমচুদা লৈ। মৈতৈগী চাক-ঈথাও ঈরোম্বা হাউবদা হায়নৈ।

কুলবিধুনা পুং ১১ দগীনা তুমীৎখুংবা মতুং পুং অমকা তাবা অসীরায় কাওবগী মতুংদা নোংমগী অমুক্তং হোতেল অসীদা চঙলকপা শোয়রকত্রি। মানা অন্নম তৌরকপা অসী তুমীৎ তরানীরোম শুরক্লে।

রিভোল্যুশনরী নহারোল, মরূ ওইনা, চন্দ্রকান্ত অমস্তং মাগী মরূপশিং হোটেল অসীদা হেক হেক চাক চায় হায়বা পাম্ভ অমা মতোম্দা য়ৌরকখি। পাউ অতুগী মতুং ইম্না নহারোল কাংবু অসী হাপ্তা অমগী মতুংদা অনীরককুম্বদি হেক হেক লাকই'স্তু হায়রি।

ময়াম্না চাক চানবগী মতমদনি মানা মু তিগী লাকইবসী। মেনেজরতুগস্তু হায়কৈৎ খঙনরক্লে। অহানবদদি চাগুম্বা-শিংহারা-গুম্বা অমা থক-চারগা ভাইহাক কম্লুগা হেক হনখি। অতুবু চা অমা শিংহারা অমনদি কুইনা কমথবা য়াদে।

মাদি য়ারবদি থরা থরা কুইনা কমথতুনা ভাইনিংবনি। তুমিৎ তরানীসী মানা উনিংবা মীদু উবা কাংলকখ্রি। থরা কুইনা কম্বা য়াননবা নোংমদি চাক ওইনা চারুই। চাক লাম্বা তুমিৎনগা ওইবনে, ঈথাও মথেলনগা হাউবনে, তুমিৎতুদি চাক হাইকৈৎ নীওথীনা তকশীনখি।

অকনবা শাফুগী ইরৈ

মতৃঙদগীদি মা হোতেলতুদগী চাক তোয়না চানীংলে, খরা তোয়নস্থ চারক্লি। হুমিৎতুস্থ মনুং থংবা চিদাইগী বেঞ্চ অমদা ফম্লদনা মমায়না খোঙলোমদা ওন্দুনা চাক চারি।

অহানবগী হুমিৎ মরীনি মঙানি অদুদি মানা হোতেলতুদা চংলমদাইদা বাজারদা গ্রুপ গ্রুপ পেট্রোল্লিং চৎলিবা পুলিছ অমস্থং সিফাই কাঙবুতুদা মীৎ-না শিংতুনা লৈয়ু, ওপরেশন মচা অমা অথুবীদা প্যায়খৎলকপা য়াই হায়না হেক হেক পাউ পীরমই। অদুবু মশক ফাওবা উবা ফংদ্রবতুদদি নোংমা কাদোক চায়রমদনা অতুম চঙবস্থ য়াওরক্লে। সিফাইশিংদুস্থ থোইদোপা মীৎ-না শিংবা তৌদরে।

হুমিত্তুস্থ কুলবিধুনা থোইদোকপা সিফাইশিং চেক তৌরমদ্রে অতুগা মখোয়স্থ অতুরাঈদা লৈত্রে। চাক্কুম য়ায়াঃলামশীল্লক্লদুনা উকাবি অতাউবনচিংবা কৌতুনা চারি।

খম্বনা মেনেজরগী কাউন্তরদা "ঐজ্ঞা শিংহারা লুপা অনীদগী পীবীয়ুবা" হায়বা অতু ময়ামগী চরাঙনবা মরক্তুদা কুলবিধুনা থোই-দোকপা পুক্লীত খিংজিল্লুদে। মানা খঙহৌবা হায়বনু উতী ফুং চিংখৎকদবগী থাঙংলকপদা মমাংদা মীগী মমি অমা লেঙবা উথি। লোয়ন-লোয়ননা ন্নুতোন্দা চিং লাউবা অতপ্পা খোঞ্জেল অতু তারকখি, "ঙসীদি থুরকী ঈনা লাই শাবা নঙ লোইরেদো!"

মানি! চন্দ্রকান্তগী খোঞ্জেলনি! অতুবু রাখল ফাওবা খনবা নংহৌদে। সাইলেন্সর য়াওবা মখোল ঈথোক-থোক্তবা পোইন্ত থ্রীঃ এইতঃ কেলিবরগী ওতোমেতিক্কগী গুলী অনীথক মাগী য়েং থংবা মীৎপান্দা চোংশিনখি।

চাক-ঈপ্পাঙ তৈরিবা মথুং অদুনা মাগী রিভোলভর শত্তোক্লবদি হোৎনখি, অদুবু মাগী পাঙ্গল লৈখিদে। থুনমক লেকখখি। মরেঙজুমগা মকোক্কনা তেবলদা অমম্বুং পুখম-তেংকোত্তা শুজিন্দুনা তুথরকই।

ময়াম থরক হুনগৎনৈ।

"নোংমৈ কাপ্লেনহে! মী অমা শিরেনহে," হায়না নিম্নরকই।

খম্বনা য়েং থংবা লেংজুম্না কাউন্তরদা ঙারগা মমাঙদা ওতো-মেতিক মচা অমা পুখোক্লুনা লেপ্পি। মাগী খোঞ্জেলদু নুপা থোকই। হায়রিবহু ইল্লুপ্রবদি থরায় লৌখিবা ঙম্বগী রাঙাঙনি। লাউ-খোংবগী রাদি য়াওদে। নিল্লিবদুগী মথক্তি থংলগা মোং-হাবা য়াঙদা হায়রকই।

"ময়াম পাখৎপিগন্নু। ঈশা-ঈশাগী কক্ষমদা অতুম লেঙদনা কপ্পীয়ু। ঐখোয়না পাঙথোক্লিবশিংসী ঈরৈবাক্তী, ময়ামগী সেবাগী দমক্তনি।"

মতাঙ অশীদা চাক চারম্বা পাখঙ অমনা পুখম মথক্তা মখুং হ:থু-হাথুনা হাম্লকপহুদা অতোপ্পা পাখঙ অমনা "হৈ! লেঙ'স্নুনহৈ। নঙ শে,মজনি," হায়না পাখৎনা লাউরক্লমই।

খম্বনা মরক থৎলমই, "হুম! লাউবিগন্নু, মী অমত্তা খোঞ্জেল থোকপিগন্নু থকদোবা, চাগদোবা অহুম তৌবিয়ু। লম হেল্লবদি থরায় মাঙখিবা য়াই। ঐখোয়গী পুক্নি-থরায়দি লৈবাক্তী প্রজাগী কৎথোক্লবনি।"

ময়াম ছুমীম্না লৈনখি। উন রাইমুক চীকই। চন্দ্রকান্তনা কুপবিধুগী রিভোলভরহু মখুত্তগী লৌথোক্লমই। তপ্পা মাগী ফুরৌৎ

থাউদা হাপচীনখি। ইন্তুল্লিজেন্স ওফিসর ওইবগী আইডেন্তিতি কার্ড অমত্মু লৌশিনখিরমই। অদুগা তপ্না তপ্না খোকখিরমই।

হায়রিবা পুম্নমক অসী মিনিত অহুম-মরীগী মনুংদা পুঙলোয়-লোইশিনখি। হোতেলগী মমাঙদা, অথুবা লম্বীদা চৎনরিবা মীয়াম অমু হোতেল মনুংদা তৌনরিবা ঈরাঙ অমু থঙখিবা অমত্তা য়াওদে।

খম্বা মথন্তা ঙাইহাক লেপতুনা লৈহৌই। চৎলমদাইদা ঈঙনা অমুক হায়রমই,

"ঐনা খোকখিবা মতুং মিনিত ভরামুক্তি ময়াম হায়-হায়গী ফীভমদা অদুম লৈবিয়ু, য়া লাম অমত্তা ঙাঙনবিগনু! ময়ামগী শেবা তৌজগে'না থরায়-হকচাঙ কখোকচরবা ঐখোয়গী মতেঙ খরা খরা পাংবিয়ু। হকচাঙ য়াওবীরবসু থম্মোয়তনদি শোগৎপিয়ু।"

অসী হায়রম্লগা হাথু-হাথুবা ঈয়াও-য়াওদনা খোকখি। মাগী স্কুতর অমু মখা পাংনা থোখি। পাউনা বাজার কাওরমই। মানা স্কুতর স্তার্তিং কাওবা হৌবদা চন্দ্রকান্তনা তোংবা জিপ অমু অরাং পাংনা থঙাল বাজারলোমদা লৈথৎখিবা উহৌই।

মাগী মহোশাগী শঙেঙ্খোংগী লম্বীরোমদা লাকই।

পুরৈরোম্বগী খোংনাং মখোঙদা লৈরিবা কৈথেল মচাদুগী মপাদা মখোয়গী কেম্পতা লৈবা ঈবোচাউবা লৈরমই। মথুং হায়রকই। খম্বা গাড়ী খামই।

"অরাংলোমগী লম্বী অয়াম্বা পুলিছনা অকুপ্পা চেক তৌহৌরে, লম্বী থৈছনা চৎপা তারে। ঐখোয়গী কেম্প্'সী অরাংলোমদা লৈ হায়বা পাউ অমা খঙলমাল্লে।"

"ওসীগী ওপরেশন অসীগী মরমদা খওবা জাৎলা ?"

"মহুগী পাউদি তারমদোবা মান্দে। মখোয়গী চেক অসী অয়ুকী পুঙ তরাগী অদুরাইদগীনি।"

"চন্দ্রকান্তগী কাণ্ডবুদি পাউ খঙলম্মগ্রা ?"

"লম্বীদা পাউ হায়ননবা মী অমদি খমপ্রবনি শোয়দনা তারম্লগনি।"

"ঐখোয় মতম খরা এবজীবৃ্যশন কেম্পতুদা লৈতবনা ক'দোরি। নও চৎল্লো স্কুতর অসী পুল্লো। সিনাম কোম্ফুদা মী অমত্তা লৈবা য়াদে হায়রুরো। চীওয়াওদা লোইনা হায়গৎলু হায়মু। হাপ্তামুক ঐখোয়গী কেম্পকী ভেকেশন তৌথোকসি। ঐদি ইম্ফালদা হুমিৎ নীনীমুক্কং লৈগে খল্লি, পাউ খরা লৌরকে। চন্দ্রকান্তদা রিপোর্ট খরা তৌবিয়ু। মরূপশা হয়েং ঈম্ফালদা অমুক ঐবু লৌবা লাকপিয়ু।"

স্কুতর শিররমই। চৎলমদাইদা খম্বনা অমুক নোৎশীল্লমই, "চেকশীল্লুকো। লম্বী থৈরগা চৎলুকো। মেইন লম্বীদা চৎকল্লু।"

খম্বনা রীক্সা অমা রায়রগা মোইরাংখোম তান্না চৎলমই। মোইরাংখোমদগীদি লৈরক ফাওহনা কাকৈথেল তারকই। দেবলাখোয়গী খোঙ্গালদা চঙলক্লমই।

উচিন-নাচিম্না দেবলাস্থু শূমাঙদা কক্কা ফমহনা মোম্পাক কিদক লোল্লমই। খোঙ্গাল্লোমদা মী অমা চঙলকপগী শউম ফংবদা য়েংখোকলুই। খম্বনা ঈরাঙ-রাংনা নোকমি-নোকমি চঙলকপা অদু উরকই।

মবুক্লীগ মথুম-মরাং হৌই, ফুক হৌগত্তুনা চেনশীনখিত্নুনা কোনশিল্লীংলুই। অত্নুবু মতু হেক তৌরুবত্নুস্থু গুমত্রে। মচীনবান্দদি নোকমি-নোকমি, মমীৎনা মরৌ লৈনা মেংত্নুনা লৈথোক্লমই। ফক মথক্তুদা লোম্নবা লং, কাতা অমস্তুং লাইরিক থরস্থু চাইথাইরি।

দেবলাখোয়গী ময়ুম অত্নু থায়নগীগুম নত্রে। এল শেপ্তা, জিভঘদা কুপ্লত্নুনা লুনা-নাম্না লৈরে। দারীস্থু ছীড়ী চনশিল্লম্লে। শুমাগ মচাত্নুদা অতোরগুলাপ থরম্ন শঙ্গীবুগী অয়ৌবী ফজবদা শাৎলম্লি। ইংখোল অকোয়বস্থু নাশিক পাম্বীনা ঈকোয়-কোয়না থারি। থোঙ্গালদা অত্নুগী দেবলানা ভন হৌরম্বা হোতেল মচা অত্নুম্ন লৈরমত্রে।

মনাক য়েৌরবদা খম্বনা হায়রকই, “ময়ুমদা মী লাকঅ'ম্ন কৌদে নহে!”

“ঐদি ঈঙক-ঙক্তনা লৈরম্মিবা। ঈমুগদা ফমলুসে।”

“ঈমাহোয়, ঈনাওহোয় লৈত্রো?”

“ঈমাদি হুকাম্দগী থেঙনা হল্লকনি। বিজয়গা, মোনোগনা ঈনেখোয়দা চৎখিদা ভায়রি। ঐম্ন চৎলুম্দিরা খল্লম্বনি। পণ্ডতন্দ-তন্দনা লৈহৌরবনি। ইথম্ভ পগুলৈদ লৈশিল্লগা হৈনব ওইনা তৌশিল্লক্লে।”

ফক চুপৎলমই। পোৎ-চৈ খোমজীন্দুনা ঈমুগদা চগুমীম্লে।

“চা লোল্লকে ফম্মম্মু” হায়রম্লগা চাকশঙলোমদা চগুখি।

মী কম্ফম কা অত্নু পীক্তক্লা রাশি লৈ। মখা থংবা থোঙনাও-দগী মুংশানা লুম্নু লুম্নু হাইজিল্লক্লি। লীগী তেবল অনেম্বা অমস্থু লীগী চৌকিনা লৈভেং ওই। চৌকি মথক্তা লৈনচিংবা ময়েক্তী

কিনা কোভর ওইবা ক্যূশর্ন থাই। কাগী কাচিন অমদা মনিপ্লান্ট মরো লৌক্লোদগী ফক্লাওদা কাখৎলি। মনাক্তুদা দেবলাগী মমায়না থনবা নীওথৌজবা কোতো ফ্রেম অমা লৈ। অদুগা মৌপাল্লা-মনাওগী ফোতোশিংসু ফ্রেম চন্দুনা থম্লি। পোওনাউ মথক্তা ফক্লাওদা লৈ-পরেং অকংবা অমনা কোয়শীল্লহনা মীযাম চনবা নূপা অমগী ফোতো থেৎলি।

থম্বনা দেবলাগী মপাগী ওইরমগনি লেপ্লমই। লৌগী তেবলদুগী মথাদা রেক অমা লৈ। আলবুম অমা স্তারমই। থম্বনা কাক্লগা য়েংই। দেবলাগী লাইরিক তম্লিভৈগী ফোতো, মমাম্নবীশিংগা পিক্নিক চৎপগী, অতুগা স্পোর্টস য়াওবগী, ব্রোফি ফংবগী ফোটোনা থল্লমই। য়েংবা মুংঙাই।

থম্বনা থল্লকই, "মশক্লা ফজরিবা, মুংঙাইনা হিংজগদবা দেব-লানি, অদুবু মরাম্বক থৌবগী মথোঙ-চাদবা ঐ অমগা খেংনরুদনা মুংঙাইফম থওলোইদৌরিদো। অদুবু মাগী মনাক্তা হেক লৈবগা ঐ শান্তি ফংবগুম তৌরি।"

দেবলানা কোক্কী পুথোরকই। ব্রেঞ্চ তোস্ত থরসু শেম্লক্লি।

দেবলানা হায়রকই, "চে মচেৎ অমদা থরা ইম্ফিল্লগা, মীবু কিহল্লম্মগা, থা অনী অহুমু তূমীম্না লৈথোকপা ঙম্মকো।"

থম্বদি নোক্লক্লে। তপ্না হায়রকই, "চুমই নঙনা হায়রিবদো। ঐসু থল্লম্লিবনি। মথোঙ চাদবা ঐনা নঙবু চেম্নবগী ঐগী অরানবনি, ঐদি কোক্কী লোল্লুরহু ঐ চৎলগে হায়গে'না ওইরম্লিবনি।"

"অদো হৌজিক্তি লোল্লুরবনিনা থক্তদি থকথোদনা।"

"থকপবুদি থকাথীমি। শুম রাখল তৌরুবদা মুংঙাইতবগী য়ানি ; ঐদি মঙ উরগা, মঙগী নাক্তা লৈরগা লাইককী ক্রুয়েশিভিজ ময়াম ঙাইহাক কাউথোকপা ঙমগুম তৌরি।"

দেবলানা মী অনী মথা চর্বা, মমনা কল্লিবা চৌকিদুনা মনাক্ত কমথরমই। মাম্নু কোকী থকপা য়াওই। খম্বদা মাপী থম্মোয়গী রাকৎ মচা মরদং কোংদোকসিরা থম্লুই। অদুবু নুঙদা ঈপীঙ হৈবগা চপ মামগনি মল্লু বদা অমুক ভূমীরা লৈথোক্লমই।

শেরামনচম হংলকই, "ক'মদৌরি'গে, মুংঙাইরিব্রো ?"

"মীনা ক'মদৌরি'গে, হংলকপ'সী থুম্বা য়াম্না লুই। ঈরাম লায়না মুংঙাইরি হায়বা অসীনা খাইদগী ঈশম শমই। অদুনা মুংঙাইরি হায়না খুম্মগে।"

"থুম্বা লুরবসু, ঐঙোন্দদি মতম খরা চঙলবসু খুম্বিবা য়াব্রো ?"

"কামদে ঈবানি ঙাইহাক্তং লৈমিন্নবা ফংলিঙেসীদা ঈঙনা অমুক্ত পোথাবা য়াব্রা এঙেংসি। কামদবদা মাথা শাবা রারী শাথিগুমসি !"

"হায়দি হায়নীঙঙকই, মাথা শাবা অসীগুম্বা থবকসীদা কৈদৌবৈ য়াওরুরিব'নো ? থাঙ্গেপেংবদি এমঃ এঃ মু পাস তৌরবনি হৌজিক লৈরিবা ফীভমদো অদুম কমনপ্রবনি। অদুবু ঐ অসীগুম্বা রাসী হায়ররোই। লৈবাকী, মীয়ামগী থবক তৌরিবৈদা ঐ ইথম্বগী য়েংলুবদি অফবা নত্তে। হয়েং তৌগদবা ইথৌ লোইর-বদা ঐবু থরা নীঙশীঙবীরকউ। ঐদি ঙাইহুনা লৈরমথিনি।"

থম্বা ভূমীরা হোয়মু-মাইসু লায়দনা কোকী চিংহুনা লৈরমই। দেবলানা হায়ক্ররিবা ময়ামদু হেক্তিনপ্রমাগ্লে হায়না নীঙঙম্লক্লে।

হংলকই, "শাউরবো ?" অদুগা রেদিও থাগৎলমই। য়ুমশ-কৈশগী স্নুপীগী খোরম হৌগৎলকই। দেবলানা হঙ্গিল্লকলুনা কয়ই, অমুকন্থু হ'ই, "শাউরবো ?"

"শাউদেদা," খগনা কোকী থকপৎ্থু লোইরক্লহুনা "চৎলগে দেবলা" হায়রকই।

দেবলানা খগ্দা পেহৌ পেহৌ য়েংলমই। হায়রকই, "চৎ-থিন্সু, ঙাইখোবা। অন্মূক কুইনা কুইনা ঊনদ্রগা ঙাইহাক্তং নোঙথী-মুংঙাঙাইনা কম্মীরহুনা রারী শাবন্থু কংদ্রে।"

দেবলানা মমায় লূকথরহুনা খগ্গী কৈগল্দা ভুথরমই, খগ্গী মথু পায়হুনা ভুমীল্লা হীগুল্লা লৈখিরমই।

মোইরাংথেম টিকেনগী ঈশৈ অমা রেদিওদা লাকই,

"মুংশিবী নঙগা কায়নরবা মতুঙসীদা
ঐদি ওইরেদো মঙলানগী পুন্সি....
.... ... .... ..."

মবানীমক ঈশৈ ভানা ভানা ভুমীল্লা লৈরমই। খগ্গনা দেবলাগী মশম নানবিরমই।

ঙাইহাক লৈরগা দেবলানা অমুক হৌগৎলক্লুনা খগ্গী লেং-জুমদা মমায়না ঙারমই। মমীত্তা ঈরা চেল্লি। খগ্গদা মুল্লা য়েংলমই।

খগ্গনা তপ্পা তপ্পা চুপ্পীরমই। মুংশিবগী ঈথক-ঈপোল্লা মখোয় অনীবু ঈয়াম্দা থাপ্পা থাপ্পা পুথোকখিবগুম ভোরমই।

খম্বগা দেবলাগা উনবগী মথঙগী হুমিত্তুনি। হুংথিল পুঙ মঙারোম তারে। শঙ্গীবুগী থাথায় চল্লকপা মতম্মি। হুংথিল হুংশা কম্না শাগৎলুবদগী হুমিদাংবাইরম হুংশা নেমথবকপগী ময়াম হকচাক লাংনবা হৌনরক্লে।

উ-বা, নাপী-শীঙবী পুম্নমক অশংবা ফীজোল হোংলহনা মালেমদা অনৌবা লৈতেং অমা পীরকপগী ফজবা মতমহুনি। লম্বী মপাল, লৈরক-লমশাঙ, হৈপাল-লৈপাললনা থল্লি। মনাদি য়াওত্র-বস্থু কুরাও মপাম্না ঙাওশঙ-ঙাঙনা পাম্বী থম্না শাৎলি। ইম্ফালগী কাচিন-কোয়া শীনবা থুংনা কৌবুলিয়া মপাললনা ফজহল্লি।

তারমদাইগী হুমিংনা তময়াদা কোরৌ চেল্লি। ঙাঙ্গানবা মশেক্না রাথোঙদা য়ৈরদুনা অমুক হেন্না ফজহল্লি।

খম্বগা দেবলাগা শগোলবন্দগী লমজাওদা মখোঙনা থাইরম্বন্দ কৈথেল পাংনা লাকমিন্নরি। দেবলাখোয়গী মনে মশা ঙমদে, ডাক্তর কৌনৈ হায়বদুদ', মনাওশিংগা ঙরাঙ্গম্ব চৎহৌত্রবনিনা, ঙসী চৎলুব-নি। হল্লকপদা খম্বগা উনসী ঙাঙনখিবনি। হুমিদাংমাইরমগী ঈঙথরকপা নামীবা হুংশিং লিরিবা অহুদা হুংঙাইরহনা মখে ঙনা অহুম লাক্লি।

মৈনো লৈরক্কী মপা য়োৎমদাই অহুরাঈদনি। থাইরম্বলোম-দগী পুলিছ জিপ অমা থোরকই। দেবলাদি খোইদোকপা পুক্নীঙ থিংজিনবা তৌরুদে। খম্বদি পুলিছকী জিপনি হায়বা থাম্রম্লদগী

খঙলে। অদুবু থোইদোকপা ফীভম-শকফম হোংবা ভোদনা য়ারী শানদুনা অদুম চৎলি।

জিপ্তুনা মায়য়োক্লনা নকশীল্লক্লবদা খম্বনা ফল্লপ য়েংশিল্লুই।

মমাঙদা ত্রাইভরগী মনাক্তা সেনট্রেল দিস্ত্রিক্তকী এস: পী: দুবে তোংই, মনীঙদা আর্মস নীঙথীনা পুরবা সিফাই মরীমুকস্ম য়াওরি।

জিপ্তু খজিক্তং হেন্দোকপ্রগা তপথখি, অদুগা খামখি।

খম্বনা, "দেবলা, মৈনো লৈরক কাওগ্রসি" হায়রকই।

"করিগীনো?"

"কোম্না হায়গে, লাকও, কাওগ্রসো" অসী হায়রদুনা খম্বনা লৈরক্লোমদা কল্লপ্পা থোঙথাঙদা থেকচীনবা হৌরমই।

খম্বনা মবুক্লীঙদা খল্লকই, "ঐবু চিংনবা য়াওরে। অদুবু মখোয় থাঙ্গেশেংনা ঐনি হায়বা খঙত্রি। ইনদি-ইম্নরকখি'নি। গাড়ী মমায় লৈরকপদা মতম খরদি কাম্নখি'নি।"

দেবলাদা খম্বনা হায়রমই, "পুলিছ জিপ অমা থাম্লগা ঐবু মুম্না য়েংদুনা লৈহৌই, করিগুম্বা লৈরকসীদা চঙক্লবদি ঈবানি চেনগদৌবনিকো।"

দেবলাগী মিহুন কাঙলমই, অদুবু "হোয়" হায়না খুম্লমই।

" 'করিগীনো' 'তল্লি' কাইনা লম হেনবা য়াদেকো ঐনা হায়ব ইনগদবনি।"

"উম।"

মখোয় অনীনা কনা-য়াম্না চঙশীল্লবা মতুংদা ওশাইগী পুলিছ জিপ অদু লৈরক্তা তপ্পপা থোজীল্লকই।

"দেবলা, পুলিছকী জিপতুরা য়েংঙু।"

দেবলানা ভুং হন্না য়েংলমই, "মাল্লি।"

"অদুদি চেল্লসী, সে।" হায়দুনা খম্বনা দেবলাগী মখুৎ চিংহুনা কন্না চেনবা হৌরমই।

জিপ অহুস্থু সেকেণ্ড গ্যারদা কন্না ঙংহনা পাইশিনবা হৌরকই, থর্দ গ্যার তারুবদা লম্বী অকুৎ-অতোঙ খরা লৈবদগী ইঞ্জিন মুৎ-লমই। অমুক ষ্টার্ট তৌরগা সেকেণ্ডদা অমুক তান্নরমই। মী পুন্নমক কুম্মে য়েংহনা লৈনহৌই। উচিন-নাচিন্না খুনীঙথেক অমা থৌবফাওবদা জিপ্তু মিতর তরামুক য়াংহৌরি।

খম্বনা "দেবলা, নঙ অহুম চেল্লুকো" হায়না লাউরম্নগা লৈরকী ওয় থংবদা, লৈরক ময়া নরা লৈবা, লৈপনগঃ লোয়ননা য়াগী কোম্বোং শানবা থোঙ্গাল অমদা চেনশীল্লমই।

দেবলা চেল্লুবদগী লকক্ তৌরমই। অদুবু খম্বনা য়াম্নদি হৌদবা শাথিরবা থোঞ্জেল অমদা লাউরমই, "দেবলা হন্না য়েংলকহু, নঙগী লৈজবী থাহুনা চেল্লো।"

দেবলা খম্বনা হায়রিবহুগী অর্থ খঙলরুই, লৈজবী থাহুনা চেল্লমই। হক্রেদ মিণ্টরসকী স্প্রিটতগী হেন্না য়াঙলবা থোঙজেলনি। মুমিত্তু ময়াইবক ফহুনা অনেম্বা সেন্দল অথা তোংলকই। কন্না চেনবদা খুরৌ চেনবা লৈতে।

খম্বনা লৈপুঙ মরুমদা কুম্নমই। নোংমৈ পুথোকই, নীশ্যানা চুম্নবা ঙাইহুনা লৈরমই।

জিপকী মথোলহুদা য়ৌরক্লে হায়বা খঙই।

এসঃ পিঃ হুবেনা জিপ লেপ্পবা লাউখিবা অদু থম্বম্ব তাহৌই। জিপ্তু চপচানা মাপী মপাদা লেপই। ইঞ্জিন্দি মুত্রি।

থম্বগী নোংমৈদগী খুদক্তা গুলী অমা পাইথোকখিহনা ড্রাই-ভরগী নাকোংগী হেক মমাঙদা পান্দুনা মকোক মনুঙদা চঙখি। মখঙগী মীৎকুপ্তা অতোপ্পা গুলী অমমুক পাইথোকখিহনা এসঃ পিঃগী ওয় থংবা খবাক্তা পানখি।

গুলীনা হেক পানবগা ড্রাইভর'হু লেকখখি, জিপতু হান্না গ্যার য়াওরম্বনা ড্রইভরগী লেকথরবা মখোঙ য়েৎনা ব্রেকী পেদলদা নেৎলম্বদগী হায়থরক্কুনা এক্সলরেতরদা থেংখি, জিপতু পৈনা য়েৎকী খোঙবাল্লোমদা খৌজীনখিরমই। গুলীনা শোক্লবা এসঃ পীঃ না ব্রেক্তা চবেৎ নেৎশীনখি, জিপতু থক থক নোম্লম্লগা ইঞ্জিন মুৎখি।

থম্বগী অহূমশুবা গুলী অমনা জিপকী মনীঙদা ফম্লিবা রায়ার-লেস ওপরেত্তরগী য়েৎথংবা নাকুমদা হাইজিনখি।

থম্বা মীৎকুপ অমমুক পম্বরমক্রে, লৈপল মকুমদা থুপতুনা অরাং ওন্দুনা শারিবা য়ুম মচাদুগী মনীঙগী দাড়ী ফাওহুনা চেনশীনখি।

জিপ মনুংদা তোংলম্বা সিক্কাইশিং অদু ওসাইনা মখোয়গী এসঃ এলঃ আরঃ স্তেনগন অমস্তুং কার্বাইন ওতোমেতিক অহু কাপ্পা হৌশ্রবনি। অদুবু গাড়ী অহু চুম্না থৌদবনা মখোয়গী নীশানা চুম্বা ওমখিদে। থম্বনা লৈরিবহুগী রেঞ্জ য়ৌরকখিদে। লৈপল মতোল-বাইদা পাল্লগা তোকখি।

খম্বগী মায়কৈদগী ভাইহাক কাপ্লক্রুবদা গাড়ীগী মেত্তা তোং-লিবা সিফাই অনী অতুনা কোভর ওইননবা গুলী কুণ্ডনা অমুক শপথরকই, অতুগা গাড়ীগী ওয়দা, ৱায়ারলেস ওপরেতরগী মনাক্তা ফম্লিবা সিফাই অতু গাড়ীদগী চোংথরকই।

মানা জিপ মরুমদা হাইজিনখি, অমম্বুং কোভর অমুক তৌ-রকখি, অতুগা সিকাই অনীতুম্বু চোংথরকখি। মখোয় অনীনা অমুক কোভর পীরগা, অহানবা সিকাই অদুনা কোম্প্রেংলোমদা চেনশীনখিতুনা লৈপল মরুমলোমদা নোংমৈ কাপশীনখি। অদুবু খম্বদি লৈরমদ্রে। "হোংচীল্লসী" হায়বগী ইঙ্গিত মথুংনা তৌরকখি। মখোয় অতুম শুমাঙলোমদা চেনসীল্লকখি।

মতাঙ অসীদদি খম্বদি য়ুম্লোন মরীমুক ফাওখিতুনঃ লৈরক্কী থুনীঙথেক য়ৌথ্রিবৈঙগী কোম্প্লোং ফাওতুনা, লৈরক লাম্লোকুনা লৈরক্কী য়েংলোমদা কোম্প্লোং অমদা অমুক চেনশীনখি।

ইংখোলম্বুং অদু নোংমৈ কাপ্পবা অদুদা থোং গম গম য়ৈশীন্নদুনা ঈমুঙ মনুঙদা অঙাঙতুবী, অহল-নহা পুম্নমক লোংনখি। খম্বনা লৈরক্কী য়েংলোমদা অমুক লৈরম্বা শম্বল খোংবালনচিংবা চোংতুনা জিপ মনাক তাম্না অমুক য়ৌরকখি।

মখাদা পাকথদুনা জিপ মনাক তাম্না চেনশীল্লকখি, অমম্বুং এসঃ পিঃ না পায়রম্বা ষ্টেন-গন অতু পায়খংলগা ফীভম শেমতুনা সেকেণ্ড অমরোম অশোকপা অতুম অতুদা হেক লেংলকপদা কাপকদবগী শীঙতুনা লৈরমই।

কনামত্তা লেঙঙক্রুবদা থুনা-য়াঙনা অশীবা হকচাঙ অতুম অদু জিপ্তুগী ঈম্বুরমই। জিপকী শোদু অতুম য়াওরম্নি। ইঞ্জিন ইগ-নিশন তৌতুনা থৌখিরমই।

সিফাই অহুম অদুদি লৈকায়হুগী য়ুম খুদাঙ লৈখাইরি। খম্বনা গাড়ী থৌথিবা অদু ফাওবা মখোয়না লাউ-থোংলিহৈদা গাড়ী মখোল তাহৌদে।

খম্বনা লৈরক পরাংঙ অসুম থৌরক্লমই। দেবলাদি সেগা লম্বী তাগদবা লৈরক মচীন য়োয়ম্লে। কোম্হোংদা অঙাঙ থুপী লেপতুনা, "লৈশাবী অমা চেল্লি'সীবু কৈদৌরবনোনহে" শোয়-লাউনরম্লি। খম্বনা গাড়ী থৌরকপা অদুদস্থ "হৈ, হৈ অঙাঙশা গাড়ী লাকএ হন্দোকউ, হন্দোকউনহে" লাউনহৌরি।

গাড়ী মখোল তাবদা দেবলাদি অমুক হেন্না মিপাইবা অমগা লোয়নননা চেনবগুম তৌরি।

খম্বনা "দেবলা! দেবলা! ভাইথোঙ, ঐনে। ঐ ইথম্বনে" লাউরমই।

দেবলা চেনবা তোক্লমই। খম্বনা ফাকৈখেল লম্বীদা দেবলা থিনবা ওইনা থৌথরমই।

দেবলা কুমথহৌরে। মখোয়গী লৈরক মপাদা কুমথহৌদে, য়ুম মরক্তা ফাওজীন্দুনা ময়ুম য়োবা য়াবা থোঙ্গাল অমদা কুমথহৌই।

খম্বনা জিপতু থৌথদুনা শঙাইব্রোগী লম্বীদা থৌজীল্লকই। মী পো' লৈতবা তানকম য়েংহুনা নোংমৈশিং অদু কেরা পাম্বীনা কুপ-শীনবা থোংবাল মচা অমদা লোংশীল্লমই। অদুগা গাড়ী অদু ময়ায় কে,ঈবিগী লম্প্যাক মচা অমদা থনমলে।

মখোঙনা শগেয়লবন্দ তারকথি। নাউরেম ফাইবোক থোং ফাওদোক্তুনা উরীপোক তারকই।

কেম্প্ অমত্তদা লৈমিন্নবা ঈবোচাউবগী ময়ুমদা চঙলমই। মহৌশাগী উন্নফম কা মচাদুদা কন্মীমৈ।

খম্বনা হংলকই, "চন্দ্রকান্তখোয় শোকই হায়রা ?"

"কমরেদ কুলচন্দ্রগা, তোয়াইগা লৈখিদ্রে। চন্দ্রকান্তনা খুবোমদা গুলীনা পাল্লে।"

"অস ! ঐদি পুলিছকী মী অনী শি, মরীথক্না শোকই হায়বা তায়। চন্দ্রকান্তস্থ শোক্লবা, কমরেদ কুলচন্দ্রগা, তোয়াইগস্থ শৈত্রবা ! অস, মুংঙাইতেদা কমরেদ ! চন্দ্রকান্তদি পাউ খঙ-খিদ্রবজাংলা ?"

"পাউ পীবা মীগা মিস চংনরবজাংনি।"

"চন্দ্রকান্তদি কদাঈদা লৈরি ?"

"সিনাম কোম্ফুগী কেম্পতুদা অতুম লৈরি। ঐনা কমরেদপু পাউ পীগে হায়না ঙসী অয়ুক্কুগী কোয়থী থিরক্লিবনি।"

"চন্দ্রকান্তদি ফীভম কমদৌহৌরি ?"

"থোইদোকপা কা হেন্না শোক্কবদি তৌহৌদে। চংপদি য়াম্না ন্নানা চংলে।"

"দাক্তর অমা পুদবা য়াদ্রে অদুদি।"

"কনা কৌরুগনি ?"

"ঐনা দর্জিলিংদা লৈরিঙৈদা কলকত্তাদা তম্নকপা, এমঃ এসঃ পাস তৌরবা অমা লৈ।"

"য়ারক্কনা ?"

"য়ারক্কনি হায়না থাজে। য়েংবা তাইদনা, য়াত্রগা নোংমৈনা মকোক্তা নম্মগা পুবতাই।"

স্কুতরদু নম্বর অমমুক হোংলম্লে। মমাঙদস্মু মনীদস্মু লৈরোং খরা য়েকশীল্লম্লে। ঈবোচাওবনা তৌবা মীনা নম্বর খঙদনবা টৈক্লিক্লি।

লৈরক-খুল্লক ফাওহনা থাঙমৈবন্দ য়োৎক্লমই। ডাঃ ওকেন্দ্র-খোয়দা খম্বা মথন্তা চঙলমই।

হোস্পিতালদগী হল্লকপদ ডাইরম্লি। মাগী কাদা চা থক্লম্লি। খম্ববু উবদা হরাও হরাও কৌশিন্দুনা কমহল্লি।

খম্বনা অশেংবা হায়দোকই। ডাঃ ওকেন্দ্র অহানবদদি য়াদে, হাইফেৎ রাখন্দি তৌই। অদুবু অশোকপা-অনাববু অঙম্বা সেবা তৌবা হায়ব'সী ডাক্টরগী মাথৌনি, অদুগীম্মু মথক্তা খম্বদি চহি খরগী মমাঙদা চেৎন-তিমরম্বা মরূপ্নি। মুম্না মশক খঙপ্রবা থম্মোয় শেংব মীনি।

অমুকস্মু খল্লুরগা য়াম্না বিক্ষে। তৌনিংদে, য়াওনীঙদে। অদুবু খম্বগী শকফম অদু থায়নগীগা মাম্নম্রে। তৌগে নীঙবা থবক অদু ঈরায়-লায়না নাচুংবা য়াওদনা তৌরকদবা মীত্তা মাল্লে। মদুদা য়াহৌদ্রগা মাবু মুংশিদহনা নোংমৈ গুলী ওইনা পীরকত্রা চিংননীঙ-ঙায় ওইরে। গভর্ণমেন্টকী কেয়র তেকর গোজেন্দ্রবুম্নু পৈশা থায়বা লাকপদা পীরক্তবগী হাটতা বুল্লেত কাপশীল্লম্বগী য়ারী ফোঙ-ফোঙ শারিবনি। য়াথল অসীতনা, "য়াইনে, লম য়েংবা ওইনা কোইরুসি", হায়না ঈচম-চম্বা য়াথলদা পুখোকখি। দরকার লৈগদবা হীদাক অমম্নুং খুংলায় খরা খোমজীল্লমই।

মখোয় অহুম স্কুতর অমীদা চৎখি। কোইরেঙৈরোমদগী হৈঙাঙ কোম্মারোমদা ফাঙজীনখি।

# তরানীথোই

অহানবা লাযেঙলুবদুগী মতুং হুমিৎ তরানীরোম লৈরগনি। ডাঃ ওকেন্দ্র হায়নখিবগী মতু' ইন্না ঙসী অমুক সিনাম কোম্ফুদা লাক্লি।

স্কূতর অসুম থৌরকপনা খুন্ত্রাকপম য়ৌরমদাই অতুরাঈদা মনীঙ্‌লামদগী মোতোর বাইক অমা কল্লপা থোগৎলকই। থৌরক-লিবা পাখঙ অতুনা হংলকই, "ডাক্টর কদায় য়ৌবিগদৌরিবনো?"

"আ, ঐ শগোলমাঙ য়ৌজগদৌরিবনি।"

"অনাবা য়াওবগীরা, করি থবক্কী ওইরবনো?"

"ইমান্নবা ডাক্টর অমা লৈবা, মনাক্তা হুম কোয়ক্লগে তৌবনি।"

"অতুদি লম্বী তিন্নরিনে 'হুম চৎমীন্নগ্রসি।"

"অ ···ম ঐদি লম্বীদসু থরা পনগদবা লৈ।"

"পনগদৌবা মক্ষমদা অতুম পনবীহৌ, মতেক অমদি' হুম থোঙবু ওইবা থাইদনা।"

"ঐবু করম্না শক খঙবীবা ওইরবনো?"

"এঃ ডাক্টরবু করি খঙজদনেগে। হন্দক অনাবা অমা হোস্পিতালদা পুজরক'অম্মে, অতুদা খঙজবনি।"

"করি মিং কৌবিবনো?"

"রমেশ কৌজে।"

"ডাক্টর, চিংনবিত্রা করিনো? য়াম্না কূপথনা হংবিরকখ্রেদা! হৌজিক্কানগী নহারোল নোংমৈ-পায়বা ভুৎশিংহু ওইরমগনি'অনা চিংনবিত্রা?"

ডাক্টর ওকেন্দ্র মমায় ওস্থোক্‌না নুপা অহুদা য়েংলকই।

হায়রকই, "অতুগুম্বা লোন্দাহু পঙডাঙ ডাঙবীরুগন্নুকো। মখোয়দি লৈবাক্কী মীয়ামগী সেবাদা মথায় কখোকচরগে'অনা চোংথোরক্লবনি হায়নৈ। মখোয়গী মমীংদা জুগোৎ চাদবা মী খরবুদি থোক্লকঅম্বা য়াই। অদুবু মখোয়দি অমরোমদা মবুক অনী লোঙ-ত্রবা শিবা কিত্রবা মরৈবাক নীঙবা মী ডাক্তনি হায়নৈ।"

"ডাক্তর সহেবতি মখোয়বু য়ানীঙব জাৎ ওইরে।"

"ব্রাহ্মণগী পাউথুমহুদি য়াম্না লুই। অহুবু খম্নবা তারগদি হৌজিকী শাসন অসীদা ঐ:খোয় মৈতৈ মচাশিংদি য়াম্না মাঙজবা ওইরবনি। মসী থাক্কেশেংবদি মণিপুরনা রাজনিতি মশক খরা খরা খণ্ডনরকপা মতমহুদা, চাউজনিংবা, নিংথৌ-ওইনিংবা মীওঈ খরনা তুংদা করি থোক্লকদগে খণ্ডনা মণিপুরবু অরানবা মায়কৈদা পুশিল্লম্বনি। পূন্না তিন্নবা য়ানবা ডাঙনরকে হায়না ব্রাচৎলুবা অহল খরনা ব্রাখল ঈথল-খলহৌদনা, তুং-মাঙ ঈয়েঙ-য়েংদনা, ভারতা তিল্লগা মখোয়গী অচাওরম কাবা খরা ফংজগত্রা 'অনা হেক্ত য়োম্নোকউবনি। ঐখোয়গী কায়নবা, কন্দিশনস এন্দ এগ্রিমেন্টস অমত্তা থমহৌদবনি। খরদং থমহৌবা অহুম্ন ঙক্না চৎপীনবা ইন্দিয়া গভর্ণমেণ্টত্তা হায়বা ঙমজত্রবনি। হৌজিক নহারোলনা হৌরক্লিবসী মায় পাকপা পাক্তবা, লৈবাক ডাক্লিবা মীশিংদা পারা মচা অমদি তম্বিগদৌরি।"

"য়াজরে, য়াজরে। ওকচরে ডাক্তর! য়ারৌবিবা য়াদে; ঐস্ু কমরেদ খল্বখোয়গী কেম্পতা লৈজবনি ....।"

ডাঃ ওকেন্দ্রনা মরৌ লৈনা নোকই।

নুপাদুনা অতুম চথরমই, "থম্বদি হায়বনি, ডাক্তরবু করিম্ু চিংননীংঙায় লৈতে 'অনা। অতুবু ময়াম্না সিক্যুরিতি থরা লৈবদি কৈ হায়নরক্লরুনা ঐবু ফীভম য়েংলুচো শায়না থারক্লিবনি। ডাক্তরগী তুংদা পুলিছ মিলিতরি ইন্নরকপস্ু য়াই হায়নরক্লনা কাওবু অমস্ু থুন্ত্রাকপমদা লম্বী য়েংহনা লৈহৌরিবনি।"

ওকেন্দ্রনা ফাগি তৌরকই, "ভসাইমখৈ ঐগী ইতৌ য়েংগে 'অনা য়ারী তৌবীরম্লিবজাৎ ওইরে। হৌজিক্তি ঐবু করম্না থাজবীরিবা? হৌজিক-হৌজিকস্ু ঐনা মিলিতরি খোম্পাক অমা লাক্লনবা শীম্ল-স্নগা লাকপা ওইরম্লবদি কমদৌবা?"

"ডাক্তর সাহেব, ঐখোয়স্ু হেক ঈপণ্ড-পণ্ডবা মীতুদি নত্তেদা। মীগী পুক্নীঙদা করি য়াখল লৈ হায়বসে, য়াঙাঙ-শঙাঙ মায়খোঙদগী শরমখৈদি অতুম থণ্ডবনিদা। মী অমনা ঙাওলিবা অসী পুকচেল শেংনা ঙাওলিব্রা নত্রগা মবুক লোৎলগা ঙাওলিব্রা হায়বা অসীম্ অতুম মথণ্ডবনি।"

× × × ×

থম্বগা চন্দ্রকান্তগা ডাইরি অমা ফাক্লনা য়েংলম্লি। চন্দ্রকান্তনা ওফিসর ইন চার্জ ফাইনান্স এণ্ড একস্পেন্দিচরস্ু ওইরি। মখোয়না পাঙথোকল্লবা ওপরেশন ময়ামগী রেকোর্ডস্ু মানা থমজিনবনি।

মখোয় অনী চঙহনা ফাক্তোক্ত্না য়েংমিন্নরম্লি।

মখোয়না এসাসিনেশন ভৌশ্রবা মীশিংগী মমীঙগী তারিকা কোম্ননা য়াওরম্মি।

১। ওক্টোবর তারিখ ৮ — অভাঙহল, ছীঃ এমঃ
২। ,, ,, ,, — গনমেন, [ আইঃ জিঃ পিঃ ]
৩। ,, ,, ৯ — কেদর সিং, আইঃ জিঃ পিঃ
৪। ,, ,, ১২ — গোজেন্দ্র, ফাইনান্স মিনিস্টর
৫। নবেম্বর ,, ৭ — ছীঃ আরঃ পিঃ জমাদার
৬। ,, ,, ,, — ,, ,, ,, কনস্তেবল
৭। ,, ,, ,, — ,, ,, ,, ,,
'। ডিসেম্বর ,, ১৯ — বিঃ এসঃ এফঃ সুবদার
৯। ,, ,, ,, — ,, ,, ,, জামাদার
১০। ,, ,, ,, — ,, ,, ,, কনস্তেবল
১১। ,, ,, ,, — ,, ,, ,, কনস্তেবল
১২। এপ্রিল ,, ৭ — কুলবিধু এসঃ আইঃ ইন্তেল্লিজেন্স
১৩। ,, ,, ৮ — এসঃ পিঃ দুবে
১৪। ,, ,, ,, — ড্রাইভর মুংশিথোই
১৫। ,, ,, ,, — এমঃ আরঃ জমাদর
১৬। ,, ,, ,, — ,, ,, জমাদার

মখোয়না খোমজীল্লকপা পৈশানা লূপা লাখ অনী লীশীঙ কুপ্ত্ভরেৎ চামনীপাল শুরে। থুংলায়দি মথল থূদোঙমক্কী পুনশীল-লগা তরামরী শুরক্লে। কেম্প থূদোঙমক্কী থূমাঙ চাওশীনা থবক পাঙথোকপা মখোয়গীসীনা পাইরনী লেপ্লি।

চন্দ্রকান্তগী মখোঙসু ফনা মপুঙ ফানা করবনি। মখোয় অয়াম্বনা ক'স্ট এইদ ট্রেইনিংদগী ড্রেসিং তৌবা ইঞ্জেকশন তৌবন-চিংবা হৈরকই। ডাক্তরবু অমুক্তুংগা লাকুনা চেক-অপ তৌবিয়ূ হায়নখিবগী রানি।

অদূমকপু ডাঃ ওকেন্দ্র লাকপদা খুৎলায় পায়বা মী কয়ানা কেম্প অদু কোয়শীল্লি। করিগুম্বা ডাঃ ওকেন্না সরকারদা তাক-লুহনা আর্মি পুররক্লবদি খন্দুনা।

ডাঃ ওকেন্দ্রগা কমরেদ মঙ্গিগা চঙমীয়রকপদা খম্বগা চন্দ্র-কান্তগনা কাক্লম্লিবা চেয়ামশিংদু লোইশিনখিরম্মী। লোৎশীনখিরম্মী।

"ওকেন, চঙঙকও, লাকপিবা য়াম্না হুংঙাইজরে।"

ওকেন্দ্রনা "অনাববু কমদৌরগে?" হংলমই। খম্বনা খুম্লমই, "ডাক্তর সাহেবনা তাকপীরম্বা হীদাক, ড্রেসিংকা তৌবদা পুঙফবু করে। ডাঃ সাহেবকী লমন কাউজরোই।"

"ডাক্তর ঐখোয়না খাইদগী হুংঙাইজবা পাউদি ঐনা য়েংজবা অনাবা করে হায়বা, সীনি। য়াম্না হুংঙাইজরে।"

"অনাবনবু করবদি অনাবগী পার্তিস্থ হুংঙাইবা মশানা তাবনি। লমন তোঞ্জরে হায়জরিবা অসীনি।"

মাগী পোৎ-চৈ থনমই, কমথরমই। ময়াম চা থক্লমই। ডাঃ ওকেন্দ্রনা ঙাইহাক য়াথল মচা অমা থল্লুরগা হায়রকই, "মরুপ-খোয়দা ঐ য়াহঙ মচা অমত্তা হংজগে য়ায়ৌবিয়োইকো? খবরদগী, করিদগী পাউদি য়াম্না তাজরে। থাঙ্গৈশেংনা ঈমীৎনা উরবসিদা য়া খরা হংজনিংলকপগী য়ানি। মরূপখোয়না তৌরিবা মুভমেন্ত-সীগী পান্দম্বু করিনো?"

খম্বনা খুমই, "ময়াম্বন্থ অতুম খণ্ডনরিবহুমগুার ইন্দিয়াদগী তোংগুাম্লগা সোভরেইন ষ্টেত ওর কত্রি ওইনা লৈজবগী য়ানী। অতুগা অকবা সরকার অমদা খুৎশীন্নবা।"

"ঐগীসী ঐনা রাজনিতি য়াম্না খঙই হায়না মরৈ য়েংপদি নচ্চদেকো। ঐখোয়গী মনিপুরসীদি পীকপবা মফম্নি, মীশীঙস্থ য়ামখিজবা। লায়স্থ-লাযরখরবা, ঈশাগী মহৌশাগী পোথোক নত্রগা খোংগী পোথোক হায়বদি য়োংকুম্বা, কোইলাগুম্বা, প্রেট্রোল-গুম্বা অমত্তস্থ ফংদে। চেং খজিত্তুং কৈ হায়নরম্বা অতুস্থ ঈশাগী কাওবা ওক্লবা লৈজদ্রে। হয়াই, আলু, থাউ, কি-রোল খোত্তউপ মীঙোন্দগী তাংজবা ওক্তনি।"

"চুমই, ডাঃ সাহেব। মদুগী য়াহওহুনি ময়াম্না ত্তন্তনা হংনরিবা। ঐখোয়স্থ খন্দবা নত্তে। হৌজিক হৌজিক ঐখোয় মীঙোন্দা তাংজহুনা লৈতবা নত্তে। অতুবু ইন্দিয়াদা তাংজবগী মহুত্তা খরা হেন্না কবা ঈনাকখুনবা, ঐখোয়বুস্থ ব্যাবাহার তৌবিগদবা লৈবাক অমদা তাংজবনা কত্রা হায়বগী য়াদনি। হৌজিক হৌজিক ইন্দি-য়াদি চরা হেনবনা পৎ তত্তুনা শিরগদবা চুদৎনরবীনি। অদু ওইর-বদি মবুক্তি কৌদনা, মরুকস্থ হায়নীংঙাই লৈতনা ফত্তে। নোংপোক-লোমদা লৈবা, চিদাইগী লম ঐখোয়গীদমক্তা মখোয়না খনবীদে, সেকেণ্ড অমত্তস্থ মতম য়াঙহন্দে। নত্তে, মখোয়না লম খোপচীনবা নত্তনা ঐখোয়গীদমকতা কনি তৌখরবগে? মখোয়গী কোন তন্থ, মখোয়গী মীনায় ভইক্ত, মখোয়গী ধর্ম্ম চৎন্থ, অতুবু ঐখোয়দি চাউখৎলকপা য়াদে, আইঃ এঃ এসঃ ওইবা য়াদে, মিজিগী য়ুনিয়ন মিনিস্ত্রিদা য়াওবা য়াদে অসী নত্তনা অতৈ কয়ি লৈয়ি? ঐখোয়না

কংলিবা আলু, হরাই, থাউ- ফিরোল, খোঙউপশিং অসীবু ইন্দিয়া-দগী হেন্না অতৈ লমদগী হেন্না ফংনিংঙাই লৈত্রবরনে ? হৌজিক হৌজিক ইন্দিয়াগী পোৎ-চৈবুদি মোরেরোমদগী লাকপা পোৎ-চৈনা হেন্না হোঙলিবসীদি ? অতুগীস্তু মথক্তা মৈতৈ, নাগা, মিজো, খাসী, নেফাগী মীশিংবুদি মখোয়না ইন্দিয়াগি হায়না লৌবা ঙমদে। ঐখোয়না দিল্লিদা লৈরিঙৈদা হিন্দিগী মুভী য়েংবদা মখোয়না ঙকই, মহাভারতকী য়ারী খঙবদা মখোয়না ঙকই। অতুবু মখোয়না হেন্না চাউথোকই, হেন্না ঐখোয়বু হন্নবা মীৎয়েঙনা য়েংই। মনি-পুরবু খঙবদি লায়রদনা মমীঙ ফাওবা তাদে ঙাক হায়রকই।

"মসীময়ামসী খল্লুরগা ঐখোয়না করি তোংজবা কংহুনা অচুক চাওখৎনরবা মতমসিদা মখোয়গী মথুন চুপ্পুনা হিংগদৌরি-বনো ? অদুগী মহুত্তা ঐখোয়গা শকচু থরা মান্নবা, চীঙাক, হৌন-লোনচৎ থরা মান্নবা, ঈনাক-খুনবা, পন্নার লৈবা চাইনাগুমগী মতেঙ লৌবনা হেন্না ফত্রা ? ঐখোয়বু মতেং পাংনীঙথমু মখোয়না হেল্লি। হৌজিকী কীভম অসীদা ঐখোয়গী মনিপুরনা চাওখৎলকপা ফগৎ-লকপগী আশা কয়া উদে। হেন্না মতেঙ পীগদবা মীনায়গি খল্লোয়দবা অমগী মতেঙ লৌবনা হেন্না ফত্রা ? হৌজিকী ঐখোয়গী ইজ্জৎ, মাপল 'পূম্বা মাঙত্রে। মৈতৈ মচা অমনি হায়বদা ইরাঙ-নীংঙাই লৈত্রে।

"মসীদা ময়াম্না খনবিরমগনি চাইনানা ঐখোয়গী লমদা ওইজব থিরকনি হায়না, চুমই, খল্লবা য়াবা য়াফম্নি। অতুবু মসীমখি চাউ-থোক্না হায়বা ঙমই, মখোয়গী পন্নার কনখৎনবা মুসলমান খেরুপা অমা থম্বা নত্তনা অতৈ করিস্তু তৌরোই। মতু লৈরগা মণিপুরগী

অফবত ওইকম থোকই। মদু থম্বা হোৎনরকপদা, ইলেক্ট্রিছিতি, লম্বী-থে:ং, ঈশীং-মায়শীং, কপৎলকপা মশানা তাবনি। মদু ঙাক্লনবা চ ইনাগী আর্মি লৌশীং অমদগী হেন্না থারক্নীঙাই লৈতে। ঐখোয়গী ঈশাগী লৈবাক ঙাকপদা মখোয়না খুৎ থিংজিল্লকদবা লৈতে। ইন্টরনেসনেল রিলেশন্দদি মখোয়গী মরা তাদবা য়াদবা লাকপা য়াই।"

ডাক্তর ওকেন্দ্রগী খম্বগী রারী মতেক অদুনা শুমহৎলবগুম তারমই। মরক্তা র:হঙ থরা থৎনীঙথি, অদুবু রারী লোইবা ঙাই-রমই। রারীছু লোইনা তাক্লবদগীদি মা মখা মরৈকা য়েৎনীংথিত্রে। অদুবু রাৎঙ অমা অনীদি হংনিংলি।

"মরূপখোয়না অস্থুক চপ যুংনা লেপ্পীরবদি থবক শৎ শৎ তৌশিন্দুনা মরূপখোয়গী পান্দমছু থুনমক ফংনব: তৌবা য়ারেনা।"

"চুমই, ডা: সাহেব! অছুবু মীয়ামগী অপাম্বা য়াওদনা ঐখোয়না নম-হাত্নুনা সরকার পায়নীঙদে। মীযামগী অয়াবা, অপাম্বা য়েংথিবা তাবনি। হৌজিক ঐখোয়বু পরিক্ষা তৌবিয়ু হায়না মীয়াম মমাঙদা পুখোকচরি। চহী তরামঙামুকী প্রামি।"

"মপানগী মী, ময়াঙদি ঈহাৎ-হাত্তনা ঐখোয় মশেলগী ওইবা মী ঙাক্তা হাৎলিবদি করিগীনো?"

"থাংজৈদেশংবা মায়য়োক্লবা লানকম থেংনত্রিদৈ‍া খুরকী ঈনা লাই শাবা ত্রেইতর হান্না লোইশিনবনা শোয়কত্রবা লাল্লোঙনি। জর্মন্দা হিতলরনা পারার লৈবা গ্রেতর জর্মনি শেমগৎলকপদা ত্রেইতরশিংবু হান্না লোইশিনথিবদগী মায় পাকপা ওমথিবনি।

অদুবু কা-হেন্না কারাম্বা পাম্বদগী জর্মনি অমুক হন্না মচেৎ-মচেৎ কায়খিবনি।” খর শা'না অমুক হোল্লগা মখা চথরমই, “অতুগী মথক্তা ভারত সরকারগী হায় ওফিছিয়েল হায়া পায়রুরবদি, ভারতকী অচৌবা লাম্নিগা লাঞ্জাও অমা থুনা লাকনি। ঐখোয়না মদুগী লাম্বা পাবদা কিবগী রাদি নত্তে। ঐখোয়না মায় পাক্লবদস্থ ত্রেইতর কয়ামুক ছিংহৌবা য়াই, অদুনা মতম চঙনা ত্রেইতর হায়া লোইশিনবা তাবনি।”

ডাঃ ওকেন্না খর শাংনা অমুক্তং হোল্লগা হায়রকই “তাবা য়া'ম্না নুংঙাই। হায়রিবশিং অতু ঐখোয়না থম্লুবা ঙম্বা নত্তে। য়াম্না হংজিল্লকই হায়না রারৌবিহ্ন। চহি তরামঙা কুন ঙাইরিবৈঙদা নাগা মিজো মুক্তমেন্তু লোইশিনখিবগুম মণিপুরগীস্থ লোইশিনখ বদি কম-দৌবা? লোইশিনখিদৌ’ শরুক ঐখোয়না হায়া পোয়শিলহৌবনা হেন্না ফংল্লা?”

“অতুদনি ডাঃ সাহেব, ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক মীয়ামগী চাংয়েং মায়য়োক য়াঙরি হায়জরিবসে। চাংয়েং অসীবু মায় পাক্লবা, ঐখোয়না পোয়দনা মায় পাক্লে হায়না লৌবা য়ায়ে। মরম অতুমক্লস্থনি ঐখোয়না ত্রেইতর হায়া লোইশিনকম থোকই হায়জ-রিবসে। ঐখোয়গী কেম্প লোইশিনখিবা তারবদি, মদু ঐখোয়গী অমস্থং মীয়ামগী মরক্তা ত্রেইতর য়াওরকপদগীনি। লোয়ন-লোয়ননা ঐখোয়গা ভারত সরকারগী ইন্ডিয়েজেন্স নেত-রক'ী মতম চুপ্পদা শীঙনছুনা লান থেংনদুনা লৈবা তাবনি। ঐখোয়গী ইন্ডিজেন্স রার্ক পোল্লগা মখোয়না লাকচখিবা তাবনি।

"ঐখোয়না মায়থীবা তারবা, মদু ঐখোয়গী ঈশাগী মতীক চাদবনি। নোক্না-নোক্না থায়থীবা মায়য়োক্লমনি। ঐখোয়গী পুন্সি থরায় হকচাঙদি ঈমা-লৈবাকী, মীয়ামগীদমক কখোল্লবনি।"

ডাঃ ওকেন্দ্র চন্দ্রা মহীগা খোইহৌগা শেখা অদুগ্ন থকপা লোইশিল্লক্লে। য়ায়ীগ্ন লোইশিল্লক্লে।

"য়ায়ীগ্ন য়াম্না ফুংতাইহ্রি। ঐনা হংনিংবা, খঙনীঙবমথৈগ্ন হংলে-খঙলে। মথা হংনিংবা য়াহঙ লৈজক্রে। অনাবগ্ন কয়বনিনা ঐ অফুক য়োক্লরগে।"

ডাঃ ওকেন্দ্রনা ফুতর থোদোয়কপদা ফুমিদাংবাইরমগী মৈশা হন্থ্রকপা মতম য়ৌশিল্লক্লে। চৌঙয়া-তময়া, খুনয়া-লোয়য়াগী নাপী-শীঙনা, উপাল-য়াপাল য়েংবদা ঈশঙ-শংই। পুক্লীঙ ঈনৌ নৌই। কজবা, খোংপা, নৌবা উবদা পুক্লীঙ হুই, মমা-লৈবাকপু থংহুং-হুংশিরকই।

মাগী হকচাঙ পুক্লীঙ য়াখল পুম্নমক ঈয়াঙ-য়াংখোয়কপগুম তৌরমই। তয়াং-তশোইবগুম তৌই। ত্রেইন য়াশ তৌরক্লবা মী অমগী পাংথককুম পুক্লীঙ হকচাঙ ঈতাউ তাউনা য়য়ুম য়ৌখি। ভর্নৈলিস্ত ওইরম্লবদি কজরবা ফিচর অমগী মচাক লৈয়ে হায়না হয়াওজরমগদবনি খল্লমই।

অদুবু মশাগী অচুম অয়ানগী য়াখলনদি তিংথংগী মতোগুম্না অমুক অমুক থিল্লি। "ঐনা ওসী তৌক্লরিবসি ধর্ম্মগী প্রোকেসনগী য়েংথুরবদি অচুম্বনি। অদুবু আইনগী মীৎয়েঙদদি অয়ানবনি। আইন কায়রবদি দণ্ড কংকম খোকই। আইন পায়রিবা মীশা

ধর্ম্মগী মওংদা থম্লোকপিরবদি কৈ, করিগুম্বা মীচুংশি থজবা মী ওইরম্লবদি ঐবু ঙংগী মৈথিরকপা য়াই। অহুমকপু পৃথিবীগী ইতিহাসতা তাক্করশিংখুদি ঙং নৈবা কয়া তৌনরে।” অমূক মুংঙাই খোকই। “কাম্রে ফুই, কাম্রে ফুই, থম্বোকপা শিনকম্রি” হায়না মথক্তা অমূক নিম্পাঁ তৌখে।

---

# তরাহুমাদোই

মণিপুরদা শিংলিবা নহারোল লানচৌবশিংগী চুংশিং অসী মায়োক-য়ানবা সরকারগী থৌরম থৌরাং কয়া পায়থখলক্লি। অঙাঙহন শিখিদ্রেঙদগী মতম খরদি সরকার লৈরমদে।

মচোই মচোই তারবা পাটি খরা থোমজিল্লগা মথৈথঙদা সরকার অমদি শেমখ্রে। অতুক কিনরবা মতমসীদা মীয়ামদু তুক্কচনরবা কাওবদা চিফ মিনিষ্টর ওইনিংবা মীদি য়াংপা লৈদ্রে। মকম ময়াং থঙনদ্রবা, লৈবাক কাংখোং চাইনরবা মতমসিদা লৈবাক শেমগৎকনি হায়দুনা চোংথোরক্লিবা পাটিগী লুচিংবশিংসিস্থু তোঙ-গীবুদি অমরোমদা দুপা থোকই। থাগৎনীংঙাম্রনি।

অদুবু লৈবাক অসী হেন্না লৈখা তাবা হেন্না লায়র চুদৎনবা মঙঙদা পুরক্লবদি মাগী মমীংদি ইতিহাসতা মরেক লাক্লোই। তোঙ-গীবুদি হিংলিঙ্কেদা মুংঙাইনা হিংদোকখৌপে থনবা কাঙবুগীবুদি লৈবাক্কী, প্রজা মীয়ামগী, ইতিহাসকী থজুহনা কৈদৌননি। হেন্না শক্তি পায়শনবা, ঐ য়াওদ্রবদি করিগুম্বা অমত্তা পাঙথোকপা য়াকন্দবা, ঐনা তৌনিংবতা তৌবা অদুসু মুংঙাইবা পুন্সি মথল অমনি। বিচার তৌরকদবা মীয়ামগী থজুদ্রবসু খোইদোক্কে।

ঐসু, মীনু, পৃথিবীগী জিব পুম্নমকসী য়াথল, পুক্নোঙ, কীরেপ চপ মান্নবদি পৃথিবী অসী কয়াদা মুংঙাইথগ্রবা, কজথগ্রবা স্বর্গগী

কাননবা লৈতেংলবা অম্রাবতি অমা ওইরমগদবনো ? অদুবু মদু থক ওইখোক্তে পোকপদা মকম, মতম, মমা-মপা, জাতি-ধর্ম অমসুং পোকপগী পূওকম, শক-শাবান খেন্নবগী মতুং ইন্না রাখলসু ভোথোরকপা থবকসু অচুম হেক্তা খেরৈ।

ধর্ম্মগী, রাজনিতীগী, আইনগী ঈয়েঙ-য়েংননা, পৃথিবীদা লৈবা মী খুদীঙমক্কা মাগী মাগী রাখলদা ফাওরকপা অচুম অরানগী চপ-চাবী ওাকুনা থবক চথনরবদি মীওইবগী পান্দম 'স্বর্গগী লৈকোল' হায়বছু ফংফম খোকই। থাদৈনশেংবদি মীওইবগী খুাইদগী চাউবা ধর্ম্মসি মসী ওাক্না চংপা ধর্ম্ম অছনি।

ওাওরবা নত্রগা মাথা চোইরবা মীগীদি থওন্রে, চুন্নগী মাধারন মী অমগী রাথম্মা হুন্নানবা, থংনবা, পৈশা-চাবা অমীনচিংবা অমীবু মশাগী অচুম-অরানগী রাখম্মা কৈদৌঙৈদসু অচুবনি হায়রকম খোক্তে। মাগী রাখলনা অন্নানবনি থওনা থওনা পৈশা চাখিবা ওাক্নি, হুন্নানখিবা ওাক্নি।

অচুমকপু অক্নবা, থনবদা ফিরেপ অমা লেপ্পা ওমদবা, করম্বনা অচুবনো করম্বনা অরানবনো থওবা রাবা তানকম কয়াসু মীওঈবগী পুন্সিদা থেংন্নবা নত্তে।

মসী লেপ্পা ওয়নবা খোক্লকই লৈকায়, সমাজ, লৈওাক্লোন অমসুং আইন নচিংবা।

মসীদনি মীনা শা ২ তৈদগী খেন্নরিবা। মীওঈবদি অচুম-অরানগী পন্দুং মৌত্রিকাওবা থন্নরকই, নৈনরকই।

সরকারগী, আইনগী হৌনবি, লৈবাক ঈরাঙ থোক্লরবদি পুলিছ কোর্ট শীজীন্নরকই, এক্ত কয়া চলাইরকই। ঈরাঙ হৌরক্লিবা মরম অহুগী অচুম-অরানগী রাখলনা অতোপ্পা রাকম অমনি।

মনিপুরদস্তু করকিয়ু, ধারা ১৪৪, স্পেছিয়েল আর্মস কোর্সেস এক্তনচিংবা অমুক থম অমুক লৌথোক মথঙ মথঙ চথরক্লি। থৌরাং কয়া অসিনা অকবা কয়ামস্তু থোকহল্লি। কত্তবা মাঙন-তাক্ল মশক ওইবা কয়া অমস্তু থোকহল্লি।

কান্নবশিংগী মনুংদা অমদি মুংদাং থেংনা কোয়গনবা মী অয়াম্ব য়ুমদা ওয়া ওয়া হজিন্নরক্লে! মপা কয়া, মচাদি য়াম্না পোকথোক্লগা মমীং কাওবা কাউথোকলুরবা মচা কয়াগী মমীং লোন্দিন্নরক্লে। মপা-মচা, মচীন-মনাও শক্তা শক্তা হাপ্পা কয়া উন্নমদা, হুমিং খুদীংগী উনরক্লে। য়ুমশী মুপী কয়া অমম্বুং মমা-মপা কয়াদি করকিয়ুবু থাগৎনবস্তু য়াওনরক্লি।

কোংবগী জজ সাহেব কুমারজিতস্তু হন্দক মরক্তি মুংদাং থেঙনা থেঙনা হাজিন্নকপা অহু তৌখিদ্রে। মশাগী চহি নীফুমুক ওরবনি। মচা মপা শুজরে। মুপীস্তু অঙাও য়ামজরবস্তু থোইদোক্লা অহল ওইশিনবগী কীভমদি লৈত্রি। নহা ঈওয় ওইনা অহুম লৈরি।

অহুবু চহী মতাংগী অমুক হায়বহু ওইরমাল্লে; ঈথা-থাজদনা উকিল লৈশাবী অমগা মরী লৈনয়ে হায়না তাওনরকই। মযুমগী নুপীগী নাকোং য়োরকই। য়ুমগী মুপীহুবু তাথী তাওঈননা তৌবদি তৌদে। থাজৈ শেংবদি মখোয় অমীস্তু ফনা কম্না হুংশিনবগী ইতিহাস অমগা কোম্নগা মুহোংখিবনি।

য়ুমগী হুপী মোনোরোমাসু অশিংবি নুপী ওইরমিনা নো মত্তা য়াকৎলুদে। মাগী তৌফম থোকপা সেবা-লাংবা মখৌ অচুম কায়দে। মবুক্লীং হুংশিদবদি শত্তে।

অময়া চহী অমা-অনী মথায় ঈপুং-হুংঙাইতনা লৈরুরবী মোনোরোমা হন্দক-ময়ক্তি হরাও-মোমোন নোকচবগী মায়থোঙ তোইনা উবা ফংলে। জজ সাহেবনা হুংদাং থেঙনা হম্রিনবা লেপখিদ্রৈঙদগী।

নোংমা হুমিদাং-বাইরমদি জারদা ক্বা চাপনবা জজ সাহেবকী কাগী মপোৎ-মচৈ য়াংলম্লে। মহৌশাদি মিথা পতি, জারদা, সুপারি মপোৎ শুনা থমজনি। হুমিত্তুদি জারদা লোইথোক্লম্লে।

মোনোরোমা মথায় য়াজৈ, "করম তৌনি 'সীদি? পাখোল শীবা য়াবা অভাঙ অমত্তসু য়াওক্রি। লে ইনমক পীক্লি।" মশামক বাজার কাওবা হেক্তা থোক্লগা লৈরুরগে খল্লে। করাফিমুগী পুঙফম তাগদৌবা পুঙথায়মুক য়াংলি। হুমিক্তি মমশীনম্লে। মহৌশাদি চুমগী কৈথেল-কাবা কাওবা অমুক্তা চৎচদবনি। লৈকায়গী মচে-মনাও-মনেমশিংদা হেক হেক তপচবনি। তাঞ্জাহুদা মী অতৈদা হায়জরুবনু খিৎ হাকমনম্লে হায়রকপা তাম্রে।

"ঐ অভাঙ অমত্তা থারগা লৌবজরুগে" হায়রম্লগা ফনেক খরা কবা অমা হোংদোক্লগা কি মত্তেক অমা ইনশিন্দুনা থোকখিরমই।

লৈরক অচৌবগুগী মচীন্দা, থোংনাংখোং ময়াদা জিপ অমা থারমই। পুলিহকী জিপ মাল্লি। ওম্না পেত্রোল্লিং হৌরমাম্লে খল্লুই।

হুকানশিং লোনবা হৌনরক্লে। পান-হুকান অদু ওয়া থোঙ লোয়মদাইগী মী কনা যায়া য়োম্লমই। মৌ নতা ওইবীনিনা ময়ামগী লোইবা ঙাইরমই। মমৈথংদা মাগী কা অনী অহু তম্লগা পীরক্লে। অমনা হৌজিক চানবনি, অতোপ্পদুনা চাক-চাবা তোক্লগা চানবনি।

হয়াও হয়াও হজরকই। মপুরোইবদা সেবা করবীনি উচ্চনিং-ছুনা মশামক্তা লৈরুবনি হায়বা অচুম্বদু হায়রুরগে থৈল্লে।

শোরোক্ত, ঈমম-মমঙ্গ। স্ট্রীত লাইত অমত্তা ঙান্দে। কয়কিমু হায়বসীদি মৈস্নু মুখংপা জাং ওইরে থৈলে। হুকানগী থ্রেম্রোমেস্ন মৈঙালহুদগী থোক্লকপনিনা পোং-চৈ, লম্বী ঈঙ-উদে। উচিন-নাচিম্না লৈরক মচীন য়োরকই।

ওশাইগী জীপতুগী মনীঙদা নুপা অমা লেপ্লম্বদগী মনাক্তা চঙশীল্লকই, "ঈতৈমবু তামো কুমারজীৎ হোয়গী ঈতৈমা ওইবিরব্রা?" হংলকই।

"মানি, ঈবুংঙো কনিগী ওইরম্লো?"

থঙহৌদে হুপা অহনা মথুং শং ভিংথোরক্নুনা মচীনবান তাপ মেনশিনখি, মথুং অনী কাজিনখি। মথুঙগী কা মতপকী ময়োম অহু লৈবাক্তা তাখি।

হুপা অদুনা মীহুংশি থাওখিত্রবা থোজেল অমদা "হুপী, নখোন খোঙহু, লেঙগন্থ, লম হেল্লবদি নথাই থাঙগনি। জিপসীদা কাথংলু" হায়না ইনথোই-থাংবোই জিপ্রোমদা পুশিল্লমই। মোনো-রোমা নাম্পোরুবা কয়া হোৎনবনি, অহুবু খোম্দা অহুদা তুমীম্না য়াবনা কৈ থল্লে।

ভাঙাসিদা স্কুতর অমা মৈ ভান্না থাম্লগা কর্কিয়ুনা হানখিবা তারে মতাগুম ব্লাংথৈরোমদগী কল্লা থৌরকই। মাগী মৈঙাল অদুনা মচীন মেল্লবা মোনোরোমা অমত্তুং স্নুপাহুগী মমায়দা হাঙ্গকেৎ রৈখি। স্কুতর ব্রেক কারগা তপথরকই।

জিপ মন্নুংদগী স্নুপা অমনা লাউরকই, "স্কুতরদো অতুম থৌঞ্জো, থৌঞ্জো হায়রিমকতদা।" নোংমৈ গুলী অমত্তু ব্রেকতা কাপথোরকই। স্কুতরত্তু পান চুকান মমাঙদ: থৌজীনখি। নোংমৈ মখোল তাবদা মী গূদ্রুঙ, গূদ্রুঙ, চেনশীল্লখি। চুকান থোঙ লোনশীল্লখি।

জিপ অত্তু থম্বালখোং লম্বীদা কল্লা থৌখি।

স্কুতর থৌবা স্নুপা অদুনা পান চুকানগী থোঙদা মখুৎনা থীন্দুনা "চাইতোন, চাউতোন, থোঙ হাংদোকও! করিন্ত্তু তৌররোইয়ে, চৎপ্রে, সে!" হায়না হল্লা হল্লা লাউরমই।

চুকান মন্নুংদগী "কনানো ?" লাউথোরক্লমই।

"ঐনে, রঘুনে, য়েংঙো, নখোয় কনানো অমা চৎলগা, তামো কুমারজিৎ জজখোয়দা চৎলগনে, মখোয়' ঈতৈম'বেম্মঃ মোনোরোমাদো মী খরনা কারগা জিপ্তা হাপ্পগা পুপ্রে হায়রুচো চৎলো। ঐ জিপ অসী কদোমদা চৎলি'মো অসীরাবুফাও অমুক্ত: য়েংঙু খিগে," খুম্লমই।

থুনমক স্কুতর স্টার্ট তৌরমই। মানা থৌবা হৌরকপদা চুকান মন্নুংদা লাউহৌই, "হৈমা ঈতৈমবেম্মদুদি হৌজিক্কা কা লৈখিবনিনহে!"

রঘুনা জিপকী বেক লাইত অঙাঙবগী মতুং থাপ্পা ইল্লমই। মা মহৌশাগী মৈতৈ ষ্টেট কমিতি হাংবহুদা য়াওরম্বনি। ওর্গেনাইজেশন

কায়খিবৈদগী, মাস্থ্‌ ওভরগ্রাউণ্ড ওইগ্রবনি। অতুবু মহৌশানা সমাজ কল্যানগী থবক্লিবু হায়রবদি থরায় য়াওরকপনিনা মমাঙমক্তদা মুপী অমবু কাহ্নুনা পুখিবা অদু ভুমীম্না লৈখোকপা হৈনদে। অদুগীন্থু মথক্তা জজ সাহেব কুমারগ্নিং, মানা ওভরগ্রাউণ্ড ওইবগী মতাঙদা মতেঙ পাংথিখিবা মীনি।

জিপু চুমত্রিংনা অরাং পাংনা হায়গৎখি অতুগা লম্লোং বাজার উখ্রুল রোদ লোমদা হাইথীরমই। অতুগী মতুংদা নাপেৎ পলিদা হাইজনখি।

রঘু তামবা তোক্লমই। হৌজিক্তি ঠাকাগুম্বা তৌহ্নুনা লেপ্লবস্থ্‌ মণিপুরদা লৈরিবা নহারোলগী মুভমেণ্ট অমস্থং অন্দরগ্রাওগী মিংদা গুন্দাগী গেঙ কয়ানা খুংলায় পায়রগা পৈশা মুনবা, লুট তৌবা, মী হ ৎপা নত্ত-নত্তবা কয়া তৌবা মা লোইনা মশক থওই।

স্থুভর পাঙ্গেপী লম্বীরোমদা ওল্লকই। সিনাম কোন্ফ যৌরকই খম্বখোয়গী একজিক্যুশন কেম্প তাম্না থৌরকই। মানা চঙখিবদা কেম্পকী মী খুদীঙমক তৈয়ারিদা শেম শাই।

রঘুনা অকিবা-চিংনবা ঈয়াও-য়াওদনা মাপী য়ারী অদু তম্লখ্মী। পুলিছতা তাকলুরগা চুপীদু কৈদৌঙৈদম্থ্‌ কনবা ওম্লরোই খন্দুনা মখোয়দা থরা কনবিয়ু হ য়জয়বনি হায়রকই। মোনোরোমা পুখিব কাঙবুহ্নু মৈনোচান্দগী কাঙবু শোয়দনা ওইগনি, মখোয়গী মখোল নাপেৎ পলিদা লৈ, মা মকম থওই হায়রমই।

মৈনোচান্দসী গঙ্গা লম্নোবদগী কাদোক তাক্লরবনি, কাদোক্তগী থোক্লরগা মাপী খুংচাবী গুন্দা থরা থোমজল্লগা অন্দরগ্রাউণ্ড

নহারোলশিংগী মীংদা নত্ত-নত্তবা কয়া নহাল মথৈ চথরক্লিবা অসীসু মাননি হায়বসু ভাব্লমই।

অকবা খুৎলায় খুৎচাবী অমমম পায়হনা খম্বা, চন্দ্রকান্ত, মঙ্গী অমশুং রাকেশ মখোয় মরী মোতোর বাইক্তা থোক্লক্লমই। মহৌশা মখোয়না হেক হেক লৌবা পাঙ্গৈগী জিপ লৌকম অদুদগী ভসীসু লৌরুই। জিপ্তুনা নাপেৎ-পলিদা লাক্লম্মী। রঘুদি স্কুতরনা ইমরকই।

মখোয়গী মকোলত্থ নাপেৎ পলিগী চাঙয়া অমদা য়ুমদোমপোক অমদা লৈরমই। রঘুবু লম্বী পরাঙদা থনয়পা জিপ্তু তপ্পপা থৌজিল্লমই। থাউটৈম মুৎথৎলি।

খরা রাৎলিঙৈদগী জিপ্তুগী কুমথরমই। রাকেশকা মঙ্গিপা মনীঙ থোঙলোমদা থাজীনখি। খম্বপা চন্দ্রকান্তপা স্তেনগন অমপা লায়েঙয় অমগা পায়হনা খরা কাক্তোক্লনা মমাঙথোঙলোমদা চঙ-লমই। খরা খরা পাকথৈ।

গাড়ি মখোল তাবদগী ওইরম্বা তাই, থোঃঙ হাংদোরকই। নুপা অমা নোংমৈ পায়হনা থোক্লকই।

“মৈনো, মৈনো” কৌরকই।

খম্বনা অশোকপা মীগী নাহেবা খোঙেলগা লোয়ননা, “লাউ… নতে! অমুক…লাউ, ঐ…কৈনো…অমা….তৌরে” খর কুপ্পপ হায়রকই।

নুপা অত্থনা “হৈমা, কৈদৌরে?” হায়না থুরপ চঙশীল্লকই।

নাকন অমদগী চন্দ্রকান্তনা মাগী কারবাইন অদু থপ্পকই। নুপা অত্থ ছুরোই ভাম্লোই ভুথখি।

ঈমুংদগী হুপা অনী অমুক নোংথৈ পায়দুনা চেম্বোরকই। মখোয়না থোঙ হাংদোকপগী মৈঙাল অদুনা মখোয়গী মকচাঙগী মমী ময়েক শেংই। খপ্সদু চন্দ্রকান্তসু মাপী মাগী নোংমৈশিংদু খপ্পকই। অনীদুসু তুপ্রে।

তুপা অমমুক চেম্বোরক্কুনা স্তেনগন খপ্পকই। অদুবু মাপীদু সনধান য়াওদনা চাওরাক্লা খপ্পকপনি। চন্দ্রকান্তগী নোংমৈ গুলী শিংনা মশা পুম্নমক য়োমশীন্দুনা তুথখি।

মতুগী মতুঙদগীদি থোঙ লোনশীনখিরমই, মখোয় অনীমক চপ মান্নবা হৌগত্তুনা থুনা য়াঙনা চেনশীল্লমই, মাঙোলদা কাখত্তুনা থোঙগী নাকল নাকলদা ভাইহাক থুপ্লমই।

ভাইহাক তুমীন নৈখি। খপ্না ইঙ্গিৎ তৌদুনা চন্দ্রকান্তনা থোঙদুগী মপাদা লেপ্লগা কল্লা কল্লা কাওরমই; খপ্না নোংমৈ শীণ্ডদুনা ভাইরমই।

মরী-মডারক কাওরবা মতুংদা কাওবা থোঙদু মচী লেঙদে, য়াম্লা চেংলি।

অদুবু মীৎকুপ খরগী মতুঙদা ঈমুঙ মনুঙদা নোংমৈ খপ্পগী মখোল তারকই।

ভাইহাক নৈরগা মঙ্গিনা "কমরেদশিং, নীঙতম নহারোললা জয় ওইরে" হায়না ঈমুঙ মনুংদগী খল উরকই।

রাকেশনা থোঙ হাংদোরকই। মখোয়না মনীঙথোঙলোমদগী চঙলগা মমাঙ থোঙ ময়াদা মচুং ওম্বোক্লুনা নোংমৈ পায়দুনা লেপ-লম্বা মরী অদুমক্ত লোইশিনপ্রবনি।

মোনোরোমা মখোঙ, মথুৎ, পুক্কছুনা মচীনবান্দা চেৎনা পুন্দুনা লৈরমই। মখোয়না কিশি খোকপীরমই। পাখত্তনবা তাকপীরমই।

ময়ামদুদগী নোংমৈ মথঃ মথঃ খোমজ্জীল্লি। খন্না "ঈতৈথা, গুন্দা মকোক মৈনোচান্দ হায়বহু করম্বনো?" হংলমই।

"ঐস্ত করম-করম্বনো হায়বদি খঙদে। অদুবু ঐনা স্থম খনবদা ঙশাই ঐবু ফুরগা ভেপ রেকোর্ড লৌখিবহু ওইরমগনি খল্লি। মখোয় অহুমথক অমুক মখোয়' পাবুঙদা পৈশা পুত্থনা লাকউ হায়না তেলিফোন তৌরুগনি হায়ছুনা চৎখি।"

ভুহুনা লৈপ্রবা পুম্নমক মচী ঈরেঙ-লেঙলমদে। মোনোরোমা মখোয় মঙা ক্লিপ তোংছুনা থৌদোকরকই।

রঘুগী স্কুতরদি লৈরমই, মাদি ঊরমদে। অমুক অনৌরক কৌবদগীদি খোংবান মরুমদগী হোগৎলক্রমই।

অহৌঙদুম্মা পাঙ্গৈদা পলহল্লগা করফিয়ুগী পুঙফম লোইরবদা মখোয়না রঘুগা মোনোরোমাগা ময়ুম মায়কৈ পাংহনখি।

---

কাশ্মিরগী শ্রীনগরনি। কালেন চঙলকপদা তুৃশ্বিত্ত কয়াগী লাকখ্রি। ঋতু অসিদা কার্ব্বার ভোবা মী কখা মফম অসীদগী পৈশা পায়খিবা য়াওনরিবনি। ভারতকী মীদ নত্তনা, য়ুরোপ, আমেরিকা, রশিয়া, জাপানচিংবা লমদগীসু মী য়ামা-য়াম্না লাক্লে।

খাইদগী য়েংবা মুংঙাইবা, তুরিত্তসু য়াম্না পূনবা মফমদি দাল লেকী মফমছুনি।

স্কুল-কলেজগী ছাত্র ছাত্রি কয়ানু একস্করশন ওইনা লাক্লে।

মণিপুরগী লৈখিদ্রবা চিফ মিনিষ্টরগী মচানুপা ইবোহলসু মমাম্নবা-মমাম্নবী খরগা পাত অসীগী ময়াদা লৈবা "গুলশন বার-বিক্যু"বা কমদুনা চির্কন তান্দুরি অমমমগা স্লেক পেরত্রিদগী বিয়র অমমমগ: থক-চারি। মুপা অহূমগা নূপী অনীগনি। য়েংবা মুংঙাই কালগী মী ঙাক্তনি। মশা নাপ্লি, মনাক্তা চঙসুবদা ঈঙনা মুংশিরবা পর্কুমগী মনম লাকই। নৈশাবীশিং অদু অমনা মেদি শেৎলি, অমনা বেল বোত উপই। ইবোহলগী মোরেগী কি তেরি-গেবদিনগী খোঙগ্রাউনে, ত্রাবোলতা মুতকী মুরিং অছুনে য়েংবা মুংঙাই। গোগলস্‌তুসু মতোম্না য়াম্না শকচৈ।

মশা নানবা, কিজেং-চাকচা, লু-হেনবা মী খুদোঙমকপু থকে-অমৌদা, ঈরাঙদা ভাউবা মীনি হায়না হেক হায়রুবদি অছুম্বা ওইরোই। থকে অমৌবু তুকচ্চবা মীনি হায়দুনা চহী কয়া ত-

চাম্বা তৌরক্লবা, লেক-থাংবা, ঈচু-চুয়বা ফি-য়োঁলবু হজিন-হজিন শেৎপা মী অদুস্থু অরাবা মী হেক হায়বা ঙমদে। অমোৎপা রাপ চাদবা মী হায়বা নত্তবা অতোপ্পা মিংথোল অমা মতোন্দা পীনীংঙাই লৈতে। অকবা ফিবু ওইরে, কত্তবা শেগায়বা ফিবু ওইরে, থরা তোয়না শু-চামথোকপা, লেঙ্গচিংবা চুদাইনবা ঈরাও য়াওদবা ফি শেংচবা অত্থুবু-মশা-নাঙবা মী কৌবা য়াই।

অচুম্বদি মী অমনা শেত্তোক-চাথোরকপা ফিজেৎ চাকচাংদগী চাউরাকপা শক্তম অমদি অত্থুম হায়বা ঙমে। চুম্নগী তরু-তহেনবা মীনি নত্রগা অকে-অমোৌগী ঈরাঙদা তাউবা মীনি নত্রগা চমোৎ চুদাইনবা মীনি হায়বসে।

ইবোহলগী ফিজেৎ-চাকচ দু য়েংবা য়ুংঙাই, মীৎ থল্লি। অত্থুবু অউবা অমনা মাগীসী অকে-অমোৌগী ঈরাঙদা তাউবা জাত্তাহুনি হেক্তা মহাক্নরকনি।

মপাবুং লৈতবগী পাউ তাবদা ইম্ফালদা য়ুমিং তরামথানীরোম লৈরমই। মপাবু হাংলম্বা কনানো মশক থঙনীঙপি। পুলিছতা, ইন্তেল্লিজেন্সকী কাওবূদা, মন্ত্রি কয়াগী মফমদা চৎ-চত্তুনা কনা কনা থিজিনরম্বনি। অত্থুবু উপাই লৈথিদে। চমন্না দিল্লিদা অমুক হনথি, মাগী কোর্শ লোইশিন্নবা। পৈশাদি থোইদোক্লা অরাংপা লৈল্লি। মমানা হায়গী চাং অত্থুদা অত্থুম থারক্লি।

মতম্না অম্মুম হৌজানথিবনা, মপাবুংবু মীনা হাংথিবগী য়ুং-ঙাইতবা অত্থুস্থু থরা থরা কাউরক্লে। মহৌশাগী ঈরাং-কলাংদা তাউবা অমুক হৌরক্লে।

ইম্ফালদগী দিল্লিদা থুংলবত ভাইরিবৈ অহুরাঈদদি মপাবুং মীনা হাৎখিবহু খিগৎনীংলমই। হোম মিনিস্তরগী মমাক অমা মাগা তিরৈ। মখোয় অনী চত্নুনা হোম মিনিস্তরদা অকনবা থবক লৌখৎনবা হায়জরকই। অহুবু হোম মিনিস্তরনা পর্শনেলগী ওইনদি খওজরে; মণিপুর গভর্ণমেণ্টকী ওইবা চপ চাবা চেরোল অমা ফংব্রিবমখৈদি থবক পায়খৎফম খওলোইদৌরি তাকপীরকপি।

অদুগী মথা তাবদি মাস্থ তন্দে মান্দে তৌশিল্লক্লহুনা অহুম চৎলুরে।

বারবিক্যহুগী মমাওদা ফাওরিবা লম্বীহুদা চানা-চানা অনুম য়েংখোকলুবদা 'কনানো উগ্র'গুম তৌইদা' খলহনবা মী অমা উরকই।

স্কুলগী য়ুনিফোর্ম শেৎপা অঙাও কুম্থ্রা নীফুরোমগী লুচিংবা ওইনা লাক্লিবা মী অনীহুগী মনুংদা মাও থাখিবা মী অহুবুনি। লাক-শীনবা ওমত্রহুনা হম্না মুম্না য়েংশিল্লমই।

মুপা অদুনা মাবুস্থ উরক্লহুনা মাবু মশক খওবগুম কৌগে তৌরমই। অদুবু ইবোহললনা মাবু মশক লাকশীনবা ওমত্রহুনা লৈবগী ওঙদা অহুদা লকক তৌরম্লগা কৌদনা অহুম চৎথিরমই।

ইবোহললনা খল্লকই, "কনা ওইরিগবা। ঐবুস্থ মানা খওবগুম তৌইসে!"

খংকাও-ফাওরকই মশক খওবগী মশেক অমা, "মানিনহে! শোয়রোই। ঐখোয়' পাবুংগী গনমেন ওইরম্বা বিরেন্দ্র নত্রনে? মানিনে। ঈহে! ঐস্থ কৌহোত্রেদো! নহাক্লরাই লীচৈ মন্না কক্লম্বহু

মশম শাংলয়ে, কুচুম্ব ভৌথোক্লে। অহুননিদনা ঐনা মশক লাকপীনবা ওমগ্রিবসীদি। অহুবু মৈতৈ মচা অমত্তন্থ য়াওদবা ছাত্র অভাওশিং-সীগী মরক্তা মানা করম্না?" ভাজা অসীদা মাগা মায়মোক্লনা ফক্লিবী মেদি শেৎপী লৈশাবীহুনা, "ও, কম্মোন, ঈবো! করাত আর য়ু ডিমিং? কিপ য়োর হার্ট নীয়র য়োর বোদী" হায়রকই। ময়াম য়া নোকই।

ঈবোহল ঈনোক-নোক্কে।

"একস্ক্যুজ মী। ওনলী ফীফতিন মিনিতস" হায়রম্নগা ফুক হৌগৎহুনা একস্কর্শন লাকপা কাংবুদুগী মায়কৈদা ভাম্নহুনা চৎখিরম্মী।

মমীংমক কৌগদবন্থ করিগুম্বা ওইরমত্রবদি হায়বগী য়াখলদা ইংলিশনা হংলমই, "মে, আই নো রেহয়র য়ু আর ফ্রোম?"

বিরেম্না নোকমি নোকমি মৈতৈরোলনা খুম্নমই, "ইবোহল বাবু নত্রো?"

"মানিনে, বিরেন নত্রো?"

"মানে।"

"কৈনো, অভাও ময়ামসীনা কদোমদগীনো ভৌরক্লিবসীদি?"

"সিমলাগী পব্লিক স্কুলগী ফিজিকেল এজ্যুকেশনগী ওজা ওইরে। অ'দা ময়ামগী একস্কর্শন্দা ঐবু শিন্নদনা পুরক্লিবা। ইবোহল বাবুনা শ্রীনগরদা করম্না লৈরম্লিবা?"

"ঐস্থ ইমান্নবশিংগা 'ষ্ণম কোয়থোরকপনে।"

"শ্রীনগরদা কয়া কুইনা লৈখিদোরিবা?"

"থম্না লৈথখিনি। নত্তদি কয়া কুইথখিগদৌরি? ঈবানী য়ারী অমত্তা শাসিদনা।"

"য়াইনে, পাবুং লৈখিদ্রবগী মতাঙদরো ?"

"হোয়, হায়বা তারে। মদুনা মপুঙ ওইনা অমুক্তা উনসে।"

"ফরে, ঐ ডাইহাক ময়ামসীদগী স্মৃতি লৌরকে। হৌজিক হেক্তা শানসিনে"

বিরেন চেনগনবা মীদি নত্তে। অত্থা ইবোহলদা অচুম্বা লোইনা হায়দোকপনা মাগী তৌকম থোকপনি হায়না খল্লি। ইবোহলসী মাগী লেঙ্গা ওইনা তৌই। মরুপকুম্না হায়ন কৌনরকপনি। ইবোহলবু কয়া য়ানিংত্রবম্ব মাগী মথৌদি তৌবা ভাবনি লম্বী নাবলগী অতোপ্পা বারবিক্যু অমদা বম্মীম্নরমই। মশুন তিক্কা ওর্ডর তৌরমই।

ইবোহলনা হৌরকই, "ঐখোয় পাবুঙ হাংখিবা অত্থু নঙন্ম য়াওরুবা নত্রা ?"

"উম"

বিরেন্না হুমিত্তুগী থোদোকশিংদু মংঙ মথঙ মরীক চুম্না তম্নমই।

"মীশক অমত্তা থঙহৌত্রবা ?"

"চন্দ্রকান্ত য়াওবনি।"

"হা! চন্দ্রকান্ত হায়বা ?"

"উম! মাম্ম য়াওই। অদুবু নখোয় পাবুংদা কাপ্পা মীদি চন্দ্রকান্তমক মান্দে। মঙোন্দগী থক্তিং রাংতক তৌবা অমা য়াওই! মানা ওইরমগনি।"

"করিগীনো মখোয়না কান্নি'দি ?"

"কানানা খঙ'নোদা ! মখোয় রিভোল্যুশনরি কাওবুনি হায় । চন্দ্রকান্তসু য়াওগ্রবজাৎ ওইরম্লে ।"

করিগী ? মাগী করি মুংঙাইতবা লৈদনা ? ফনা রাজনিটিগী রা ওইগে ওইয়ু ; ঐখোয় পাবুঙমক হাৎপদা মা য়াওরবা ?"

"খঙদ্রে ইবোহল ; মাবু অমুক্তং উনরগা রারী শাদ্রবদি কদায়-দগী খঙগনি ?"

"মখোয়দি অন্দরগ্রাউণ্ডদা লৈগ্রবনি, করম্নদি উনগনি ?"

"পীকগ্রবা মনিপুরনিদা ইবোহল, খঙলবসু খঙনীঙদনা-খঙ-জিন্নদবা ঙাক্তি । থিবু থিরবদি করি খঙদনি । ঐখোয়সু ইন্তেল্লিজেন্স ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌরক্লিবনি । খরায় খরা পাম্মুবগী রাদনি ।"

চুম্নগী রাগী রা ঙাঙনরম্বদগী বিরেন্না খরা হেক্তিন্না হায়দোকখি । মথন্তা মবুক্লোঙদা, "ঈহে ! কদায়দা পঙহায়দ- হায়জীলুরিবনো" খল্লমই ।

ইবোহলনা ঙাইহাক রাথল তৌরুরগা হায়রকই,

"চন্দ্রকান্তসা মখোয়গী লিদর অমদি ওইরমগনি, নত্রা ?"

"উম, ওইরমগনি"

"মানা ঐখোয় পাবুঙ হাৎখ্রবনিনা ঐ মাবু হাৎলগা পাবুঙগী লমন খুম্বা তাই । মাগা, মাগী সঙ্গ ওইবা মখোয়গী মশোক অনী অহুম লোইশিল্লবদি মখোয়গী খোঙলোয়শিংনদি লুচিংবিনবা লৈত্রবনিনা তুমিন তোক্লখিবা য়াই । মখোয়সীবু তুম্না লোইশিনগ্রবদি সরকারনসু ঐখোয়বু মনা পীরকপা য়াই ।"

ভাইহাক খজুরগা অমুক চথরকই, "ইস! য়াম্না কবা প্লান অমা লৈরে। মখোয় কারকপগী সরকারদগীসু মনা লৌবা, অদুগা পাবুঙগীসু লমন খুম্বা।"

"মখোয়বু ফাবদি পঙলায় লায়বা থবক্তি নত্তে। খজিকতং শোয়খিবদা ঐখোয় হিংবগী য়াদি লৈত্রে।"

"মখোয়গী লৈফমদি হেক্তা লায়না থঙগনি হায়বা নত্রো? লৈকমবু থঙলবদি ঐ তৌগেসে। শোয়হন্দ্রগা লোইরেনে। ঈবানি ইস্কাল থোক্লসি। তিকেত থিক্লসি লাউসে।"

"এঃ য়াম্না থুজিল্লকইদা! অদুম তৌরুরোনে ঐদি য়ারবদি য়াঙহনবিরদুবা।"

"করিনোনে নঙনা হায়রিবা অসীবো? হৌজিক্তা 'ঐ:খায়সু ইন্টেলিজেন্স ডিপার্টমেন্ততা লৈয়ম্লিবনি' কা'ই'না পোঙলম্লগা অমুক কিরকইসীবো?"

"তৌবগীবুদি মনিপুরদা লৈনিংবগী য়ানি। ইমা লৈবাক নত্তবা অতৈ লমদা ঐনা লৈরিবা অসীবু দগাগীরো? অদুবু চন্দ্রকান্তখোয়গী কাঙবুদো লৈরিমখৈদি ঐ মনিপুরদা থোঙদাদবনা থ্বাইদগী শাকবনি।"

"বিরেন, য়েংউ নঙসু নুপামচা অমনি। নঙগী মমাঙমক্তদা ঐখোয়গী পাবুঙ লোইশিনখ্রবনি। নঙগীসু ঈজ্জৎকী বাকম অমা লৈকম থোকই। নঙনা চপচানা লাম্বা পাদুনা খজিকসু মায়রোঙ য়াখিদবা ঐ করিসু দুংঙাইতবা তৌদে। অদুবু ঐনা লমন খুম্লিংবসিদা ঈতেঙ খজিকতং পাংবিয়ু হায়বনি। নঙনা

চপচানা মপুং ফাবা মতেঙ পীত্রবস্থু মখোয়গী লৈকমহুমতদি থিবদা ঈতেঙ পাংবিয়ু হায়বনি। মসীদি নংগী তৌকম খোক্লো ?"

মমৈথংদা বিরেন য়ারকখি।

× × × × × ×

হুমিৎ তরামঙানিমুক লৈরগা ইবোহলগা বিরেনগা ইম্ফালদা থুংলরে।

ঈকুঈ কুইদনা খঙলকই খম্বা অমসুং চন্দ্রকান্তগী শাথিরবা য়েক্লবা গুণ্ডা পার্টি অমা নাপেৎ-পলিদা লৈ হায়না। গেং অসীগী মকোক মৈনোচান্দ মীকী লাইকি লৈতবা, মীনুংশি য়াওদবা মীহাৎ মীপুন্দা হালেংবা লৈতবা মী অমনি হায়বস্থু তারকই।

থীন্দনা মৈনোচান্দগা উনখি। খম্বগা চন্দ্রকান্তগবু ফাহনা হাৎপা, মখোয়-মখোয়গী লমন থুম্বদা অমত্তা ওইনা চথমিন্নসি, পাঙথোকমিন্নসি হায়না অরুবা ৱা তান্নখি। য়ানদবা ঈয়াও য়াওদনা য়ানখি।

চৈবক অসীদা মপানা ছীঃ এমঃ ওইরিবৈদা খঙনখিবা পুলিছ ওফিসার খরগস্থু ইবোহলনা ৱা তানরকই!

মখোয়না পাউ পীরকখি খম্বগা-চন্দ্রকান্তগগী লৈফম তাক্লকপা মীশিংবু লুপা লীশীঙ তরা মনা পীগনি হায়না সরকারনা লাউ-থোকপ্রবনি। থাঙ্গৈশেংবদি খম্ব-চন্দ্রকান্তগী মমীংমক্তি ওফিসিয়েল্লি পল্লত্রি ; ছীঃ এমঃ বু হাৎখিবা, লৈবাক ঈরাঙ হৌহল্লিবা মীওঈ হায়না পনখিবনি। পুলিছ দিপার্টমেণ্টকী মীওঈশিংনা মখোয়গী মরক্তা খম্বা অমসুং চন্দ্রকান্ত কৌবা অনীখক্তা অয়াম্বা পাঙথোকখিবা

থবক ঙাক্তনি হায়বসী খঙনরবা ঙাক্নি। অদুবু ওফিসিয়েল্লি মমীংদি অমুক্তা রেকোর্ড তৌদ্রি।

মখোয়গী কেম্প অমা পাঙ্গে-শংগোলমাঙগী মরক্তা লৈ হায়বসীসু মীপী চৌনরাদগী খঙনরবনি। লোয়শঙপী অইবা চেরোল ওইনদি খোক্লি; লমদম অদুদা মখোয়বু ফারুনবগী ওপরেসন চথরুনবগী থবক অমত্তা, তৌকম থোকশবসু খঙদ্রি। পুলিছকী ওফিসার অমত্তা মায়কৈ অসীদা মায় ওনশীন্নদে, থব্রায় য়াওনদে। থব্রায় পাম্মুনবা ঙাক্নি।

ইবোহলগা রা তানকুবা পুলিস ওফিসার খরদুনা পাউ অসীমসু পীরকখি, মপাম্বোঙদা লুপা লৌশীঙ তরাতগী মনানি হায়না লাউথোক্লবসু খ কৈশংবদি মখোয়গী কেম্পকা লোয়ননা মখোয়বু মথুং থিন্দুনা তাকপা ঙম্বা মীহুদা লুপা লৌশীঙ য়াঙ্খৈরোমদি শোয়দনা পীগনি।

সিনাম কোম্ফ্ খুলগী য়ুম অমদনি। নোংজু থাগী হুমিৎ মরৌনি-মঙানি নোং পেপ্পা লৈত্তনা চুক্লবদগী অয়ূকতুমদি নোং খরা হাংবগুম তৌরি। অয়ূক্কুদা মু'শা খরা থোক্লক্কুনা মালেম অসী অরা-পিরোইনরুবদগী মীকূপ খবগী ওইনা মোমোন নোকচবগুম মকা-লাম্বা ওইনা উ'রি। নোংচুপলোমগী চাঙ পরেং-হুগী রা'মদা নোংলিক্লা মবুক থল্লবা লৈচৌল অমুবনা পৈশিনবা অসূম হেঙ্গৎলকপগুমস্থ তৌরি। নোংপোক্লোমদা তরং তরুং থোক্লক্লিবা অয়ুক্কী হুমিংক্কী মশেক্লা য়ৈবদা শংলবা উনা-রানা পূম্নমক ঈরঙ-লংংৎলহনা পূক্লাঙ হূনবগী মশঙ ওইহল্লি। মুরবা লৈচৌলনা অতোয়াদা মীংয়েংগী পংথৈদা নোংচূপকী চাঙদোল পরেংদা চাঙমাম্ন, চাঙপোঙ অমসুং চাঙয়াদা অয়ুক্কী হুমিৎনা ময়েক শেংনা য়ৈবা অত্থু ওপ্পোক্লা ফজরি। ঈথা থাজদনা চূমথাঙ অমসু ময়েক শেংলবা অশংবা, শংবানব', অঙাঙবা কমলা মচুনচিংবা কয়ানা লৈতেংলহনা অয়ুক অত্থদা থোক্লক্লি।

ইবেংহলগা, বিরেনগা শুমাঙদা মুবা অমমমদা ফম্লহনা মুংশা অমেঙবদু য়াইবোই-করিবোই তৌরি। ঈমুঙহগী নুপীশিংনা শীঙ য়েন, মোরোক্লচিংবা নোং চূবকদোরে হায়বগী মিপাইরহনা হাথু-হাথু লৌশীম্লরি। য়ুমগী অহল অহনা লাইতংগী থুম্মোক অমা মনীঙগী অহোবা কোংলি। ফম্লবা মহা অনীহদা, "ঈবুং-

ঙে'খোয়দি চাবা থকপা ঈনূঙ-মুংঙাঈরম্লরোই। ঐখোয়গী লৱায়গী চাব-ঈপ্পাঙদি ঙৈহৈ-হৈ-রম্লরোই। হুম্বোন্দ ঐখোয়গী অঙাঙশিং'সীদা মখোয়গী মশা-পানবীতু লৌহল্লুগে, মদু থোংলগা চাবা হায়বা অদুনি। ঙরাঙগী কাঙত্বু তুম্বা-য় ত্রা" হংলমই।

বিরেম্না, "এ: য়াইদা ঈপন। য়াম্বু হাউইদা চাক-ইপ্পাংত্রম্বু," খুম্লমই।

ইবোহলনা দনহিলগী চুরাপ অশাঙবা পু্থোরক্লুনা অমমম য়েন্ন-মই। অহল অদুনা হঙ্গোইরতুনা, "ঐখোয়দি বিড়ি 'মুম থকচগেদা ঈবুংঙোখোয়গী চুরাপ অকবতু লোইথোকপ্রবদি ঐখোয়গী 'সীরাই-সাদ অকবা কংদবনিনা হুংঙাইরোই, অতুম খমজিনবিয়ু" হায়রমই।

ইবোহলনা খুম্লমই, "ঈপনহোয়মা পাক হেক থকপা ফংবা চুরাপ নত্তেদা। ঐখোয়না পুথোরক্লিঙে'সীদা মহাও য়েংবিহৌদা।"

লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা অহলনি। "ইহঃ অদুদি চুম্মিনা মচাও অংত তংহৌগে। ঙোৎবুদি ঈবুংঙোখোয়গী মখৌতুগা মেকদোনাল্ড সাহেবকীদা লৈরিঙৈদা বিলাতবী চুরাপপুদি য়াম্না থক্লুপোৎনিদ," হায়রতুনা দনহিল অশাংবা অতু অমুক্তং চিংথি। তংথায় য়ৌনা তুমশিনখি।

বিরেম্না নোংশীল্লকই, "পঙহায়-হাখজীল্লুহ হায়রে। মী, থায়নগী সঙ্গ কয়া তৌরক্লবা অহলনি হায়রে।"

মতুদগীদি অহল অতুনা থায়নগী মনিপুরগী রারী লৌখরমই। কোন্নুংগী লোয়শঙদা নিংথৌনা অহল-নহা খায়দনা মী কয়া থবক তৌহল্লম্বা, থৌতৌ করম্না মানা য়াম্না অঙাঙ ওইনা চুরাচান্দ

মহারাজগী সেবকং লোয়শঙদা য়াওরম্বা, অদুদগী মেকদোনাল্ড সাহেবকী রেসিদেন্সতা ইবোহলগী মখোয়গা লোয়ননা থবক অমুক তৌখিবা। অতুগী মতুংদা শক ১৯৫২দা ভারত সরকারনা সরদার বল্লব ভায় পেতেলগী থৌরাং মতুং ইন্না লাম্মীশিংগী কিহনবা অমগা লোয়ননা মতৌ করম্না মহারাজ বোধচন্দ্রবু নমহনা মণিপুরবু ভারততা তিনশিন্নবা শোই তৌহনখিবা। মহারাজনা শোই তৌবা লোইরম্মগা কপ্পুনা থোক্লকখিবা।

ভারত সরকারনা লৌশিনখিবদগীদি মহারাজগী মর্যাদা তলব চাদুনা থবক তৌজরম্বা মখোয়গুম্বা মী কয়াবু মতৌ করম্না থুদক্তা থবকুগী ভাপ্তোরকপা অসিনচিংবা থরাগ তানা য়ারী লাথরমই।

অহল অসী মমাঙঙৈদগী হোনা ইবোহলগী মবুধোনা হিংলিঙৈদগী মখোয়দা য়াম্না তোয়না তোয়না লাকপা মীনি। হান্না থৌবালদা লৈরম্বনি। মানা থৌবালদা লৈরিঙৈদদি ইবোহলদু মমাম্বা পুরগা মাগী ইমুংদা চাবা থকপা কয়া তৌপ্রবনি। মর্নি ডাক্তর ওম্বা হৌখিবদগীদি নোংমা ছুটি থোক্লকপদা মপাগী ছিঃ এম বঙ্গলোদা অহল অসিগা অমুক উনখি। পোকমিন্নদবা মনাওশিংগা ইংখোলগী য়াথোক্তা কেশ তৌনবদগী মাগী লৌ-ইংখোল মচা অমা অনী লৈজরম্বা অহু লোইনা মুনবিগ্রে তমখি। সিনাম কোঁক্কুদা লৌতাহনা লৈরে, মকমহুদা অমুক কোয়রকউ হায়খি। অহুবু ইবোহল চৎকে কয়া থম্না চত্তনা ছুটি লোইশিনবনা হায়খি।

হন্দক থম্বা অমসুং চন্দ্রকোক্তখোয়গী একজিক্যুশন কেম্প মচা অমা খুল অমিদা লৈ তাবদগী তাক্তা চারে থদুনা মমাঙগী ফুমিত্তুদা

লাকপনি। অঙাঙহলনা হিংলিউদা থোবালগী কেসতুগী মতাংদসু অতপা সিনাম কোম্ফুদা অনৌবা লৌতাবগী মতাংদসু মতেং পয়া পাংবিয়ু হায়জবা অহলতু ফনা তোয়না লাকচয়ম্বনি। অঙাঙহলনা থোইদোকপা মতেং অমত্তা পীখিদে।

. অতুমকপু পুকচেল তিংবা অহলনিনা পীক্লিউদগী লূনা তৌজ-রক্লবা ইবোহলবু তরাম তরাম তৌখি। ইবোহলনসু নোংমা নৌনী পনগে হায়না কোয়থোকপা লাকপনি হায়না নমদুনা লুপা য়াথে পিশিনখি।

অহলতুগী মচানুপাতুনদি তৌগে হায়বতা তৌবা ওয়্রগা মতেঙ অমত্তা পীখিদবগীদমক অঙাঙহলবু মতমতু ফাওবা য়াম্না শাউরি। মরম অদুনা ইবোহলবু ইমুংমদকা লেকহনবা মাদি য়ানিংদে। মানা থেঙনা হঞ্জিল্লকপদা ইবোহলখোয়বু মশক খঙলবদা শাউতুনা খোক-খিবদগী হঞ্জিল্লকখিদে। মমায়বগীদা লেক্লুরগনিদি হায়রমই।

মথোয়গী য়ুমতু লমজাওদগী থুল্লোমদা হায়জিল্লক্লিবা লবীতুগী হেক য়পান নক্লা লৈ। শূমাঙদগী য়েংথোকখিবদা লবীতুদা তৌবা অচৎ-অওক পুম্নমক উবা ফংই।

থিরেম্না তাঙ্গা চারিউদা চন্দ্রকান্তগী কেম্পকী মতাংদা হংগে তৌরিউদা লবীদুদা লৈশাবী চুং-কীয়াল চাবী, য়েংবা ফুংঙাইবা লৈশাবী অনিথক ছাইকল তোংতুনা চংলকই।

ইবোহলনা মশক খঙলকই, "এঃ কাকৈথেলগী দেবলাথোয়-মিনহে চঙ্রিব'সে! কদোমদগীনো মথোয়না ইথঃ থাজদনা 'সৌরাঈ সৌদা লাকই'সৌদি? থিরেন লাউহে; কদায়'চৎলিনো য়েংবুসি।

অসীরায় কোয়খোক্লুসি লাউ।"

"হেয়া, ঐখোয়' য়ারীদু ঈপজা অংত তৌখিসিবা। কোয়সু য়েংবা য়াবা য়াবা লৈশাবীদুবু .... ?"

"লাক্ত লাকউংসে। ঐ হায়গে লাউনে" হায়রদুনা মখুৎ চিংলদুনা নমদুনা পুখিরমঈ।

ইবোহলনা য়ারী অমা তয়কই, "কাকৈথেলগী দেবলা অসে মশক কজবনি, য়েংবা মুংঙইবনি। ঐমু কোয়গে'না হোৎনরুরবনি। অদুবু অন্দরগ্রাউন্দ অমগা য়াম্না কন্না মুংশিনৈ হায়। অন্দরগ্রাউন্দ অদুগী মমিং মথা খিগৎলুববু পাউ লৌকম ঈরৈ লৈতে। ঙসি মখোয়না লাক্লিবা অসে কেম্প'সীদা মাগী বোয়ক্রেন্দ উনবা লাকপা শোয়দনা ওইরমগনি। মখোয়গী মতুং ইন্নরবদি মখোয়' কেম্পদু খঙবা য়াই হায়'য়ানি।"

ইবোহল য়াখল লৈতবা মীমক্তি নত্তে। মান। হায়রিবা অদু অচুম্বমক্লি। দেবলানা "খম্বাগা উনদবা য়াম্লে, অরুবা য়া অমা খয়গদবা লৈ, অমুক্তা চৎমীয়রুসী" হায়রবদগী সন্ধ্যারানি মখোয় অনি সিনাম কোম্ফুদা লাকপনি। উদোইদা দেবলানা তক্লুনা হংলুবদগী খম্বগী লৈকম তাক্লকপনি। হায়দি তাক্লোইদৌবগী কন্না হোৎনরমই। সিনাম কোম্ফুদা সন্ধ্যারাসিংখোয়গী লৌশঙ কদাইদা লৈ হায়না হংলগা হেক্তা খঙগনি হায়না তাকপীরকপনি।

মখোয় অনিনা চঙখিবা অদু খুংগ্নদা থোঙাল অমদা ওাদুনা লেপ্লবা পাখঙ মচা অমনা য়েংদুনা লৈহৌবনি। মখোয় অনীগী মতুং ইন্দুনা মুপা অনিথক নোংচুপলোমদা, চীঙয়াবোমদা

চঙলিবা লম্বীরোমদা চঙখিবা অদুদা পাৰঙ মচাংদুম্ ইমরক্লমই ।

লৌবুক মচিন য়োঁরবদা কৌবুলিয়াগা থৌগেনজিলিয়াগনা য়োমশিন্দুনা কোয়শীল্লিবা ইংখোলছুগী মপাদা সাইকলদগী কুঁমথরে । হাইফেং থম্নবা ওইনা তৌরমই অদুগা খোংনাং অচৌবা অনৌগী মরক্তা চঙলিবা থোঙ্গালহু কাওদূনা চঙখিয়মই ।

ইবোহলগা, বিরেনগম্ মপা য়োশিল্লক্লদুনা থোঙ্গালছুদগী খজিক্তং হেন্দোক্লগা অস্নুম চুম্নগী বাম্নী শানবা মালহল্লহুনা লম্বী মাকন্দা লেপ্লমই ।

খাইগী মতুং ইন্দূনা লাকপা পাখঙমচা অদুম্ য়োশিল্লক্লে । হুই খোংহুনা অস্নুম হরা চাবা চংপগুম উরি । অহুবু ইবোহল-খোয়গী মপা য়োরক্লবদা, “তামোখোয় করি লমদগীনো” হংলমই ? ইবোহলনা পাউখুমদি পিদনা অমুক হংলকঈ,

“ করিগীনো হংঙিদি ? ”

“ হম ঐখোয়গী খুলগী মী মাঙ্গবহুদা নহানমখৈ উজদবহুদা ’স্নুম হংজবনি, য়ারোইবিক্রা তামো ? ”

বিয়েম্না খুংলৈ থুনা খুঁম্লকই, “ এঃ এঃ কৈ’ম্নু শাউদেদা ঈবুঙঙো । ঐখোয় ইস্কালদগী লাকপনি । অঁসিদা ঈপনং অমগী য়ুমদা নোংমা নিনি কোয়বা লাকপনি । ” ঐখোয়মু হরা চাবা স্নুম থোক্লকপনি ।

অহুদগী ইবোহলদা অমুক ওনশিন্দুনা “ হল্লসিনে তায় । ঈপনখোয়গী অঙাংশিংগা অমুক কোয়খোরকসি । লমদাঙবুদি ব.ম্না কৈজ, থরা চাউনা পিক্লিক ওইনা লাক্লসে’বা” হায়না খেমজিম্নহুনা ইবোহলবু খোনবোই করিবোই তৌহুনা পুখি ।

পাখঙ মচা অহুদি চৌওয়ারোমদা অহুম চঙশীনখ্রি ?

খরা খাপ্তোক্লক্লবদা বিরেন্না ইবোহলদা হায়রমই, "ছৌজিকী মীদুদা নোংমৈ য়েঙ্খীদ্রি নঙ উরক্লা ?"

"হেরা! কদাইদা য়েঙ্গ নোনে।"

"ফুরিৎ অখাবা লীংলা'বসী নোংমৈ লোৎপা য়ানবনে। মবুক্তা য়েঙ্গিবনি।"

ইবোহলনা তুং হন্না য়েংলমই, বিরেনস্থু য়েংখোক্লুই। পাখঙ মচাদুস্থু তুং হন্না হন্না মখোয়দা হেংহুনা নৈরম্লি। অমুক হন্না য়েংলুবা তোঁদনা মখোয় অনী অহুম হনখ্রে। মখোয় অনীনা চিখেক অমদা লৈশিনখ্রবদা মশক উখিখ্রে। পাখঙ মচা অহু থুনা য়াঙনা কেম্প মনুঙদা চঙশীনখিবমই।

মানা চঙখিবদা লাক্লিবা অনী অদুগী চাউরাকপা রাহঙ লোইশিল্লয়ে।

অচুম্ব মমীঙ দেবলা, সন্ধ্যারানিনি তাকই। খম্বা উনবা লাকপনি হায়না মখম পী। মফমদু উদোইনা তাক্লকপনি তমই। খম্বগী রারী শানফিংবগী মরম মশা মশাগী ওইবা রানি; রাজনিতিগী, ওর্গেনাইজেশনগী ওইবা থোইদোকপা মরম লৈতে হায়।

পাখঙ অহুমা রাহঙ হংলম্লিবা মী অনী অদু নাকল অমদা কৌগোকপি। কারগুম্বা খরা চিবোন-চিবোন ভাওনখি। দেবলা-খোয়না ফম্লিবা বা অহুদা অমুক চঙলকই।

অমুক হংলকই, "ঈচনখোয়গা লাকমিন্নবা মী অনী অদু কনা কনানো ?"

"ঐখোয়দি কনাস্থ লাকমিন্নদেনা। হেক নোংঙানবদগী সাইবল অমমম পায়রগা ঈবানিদনি খোক্লকপা," সন্ধ্যারানিনা খুম্মকই।

"মী অনিখক লাকমীন্নৈ, হৌজিক মপান্দা ডাইহৌরি হায়রিবসীদি ?"

"ওঃ ভসাই খুন মচানগী খোঙ্গালদগী মী অনীখক খোক্লকহৌবত্ ওহবা তারে। অদুদি ঐখোয়না য়াম্না হেন্দোরক্লবকান্দা অা-তুংদা খোক্লকহৌবনি। থাপ্না উৎম্ব ননা মশক ফ ওবা লাকশীনবা ওন্নক্তে।"

"ঈচনখোয়না মপান্দা ডাইহৌরিবা মী অনী অসী মশক খংদে হায়বসী শেংলকো ?" ভসাইমথে সন্ধ্যারানিনা খুন্নম্ন। হন্দক্তি দেবলানা খুল্লকই,

"ময়ামগী মুভমেন্তসী মুন্নদি খওজদ্রি। অদুবু অসীমদি ঐখোয় হায়জবা ওমই, ঐখায়গী লমগী ফত্তবা মথাম অসী শেংদোকসি, অফবা অমা পুনকসি হায়বগী মুভমেন্ত ওইরবাদ ঐখোয়স্থ অঙম্বা মতেঙ পাংজানিংবনি। অদুগা ঐদি তামো খম্বগী থাক্তা অমুক অনীশক্তি চেন্নজক্লরবনি। অতুবু হৌজিক ঐখোয়না লাকচরিবা অসীদ চুম্নগী ঈশাগী ওইবা য়া অমগীনি। ঈতেঙ পীজগে হায়না লাকশমকস্থ নচ্চদ্রি; অতুগা ময়ামগী কেম্প অসীদা ইন্টেলিজেন্স য়ার্ক তৌরুগে হায়না লাকচবস্থ নত্তে। ঈবানি ইশাগী ওইবা য়াগী লাকপনি।"

"ফরে ঈচনখোয়না হায়বা রাসী থাজরগে। অতুমকপু খঙবু উনবা ফংগনি নীঙদে।"

"করম্বকান্দা লাক্কদগে ?"

"মতু হায়বা ঙমদে।"

"অতদি ঙাইতাক ঙাইক্ককিগে।"

"ফরে, খবা ঙাইবখো।"

ময়াম মরক্তুগী খবা অতল ওইবা অনা "মেম্মখোয়সী চা অমমমদাদি পীথবথিসি" হায়রদুনা চা লোনবা হৌখি। কেম্প অদু মিংনা শিংনা ঙাক্লবসু শীম্নরমই।

দেবলাগা, সন্ধ্যারানিগা ফনা য়াম্না কুইনা ঙাইরে। চাসু থক্লে। অদুবু থম্বা হল্লক্লে হায়বা প উদি শূকপী পীরদ্রে।

ময়াম অয়ুক্কী চাক চানরক্লে। মখোয়নীদি চাও হায়বসু য়াদে। ওমলেত অমমমগা চা অমমমগদি নমহুনা পীশীল্লে। নোং অকনবা থুপ্পা ওইনা মখোয়স্ম অতুম ঙাইথরে।

তুংথিল ওইশল্লক্লবদা রাকেশ লাক্লমই। মাদি দেবলাবু মুম্ম মশক থঙবা মীনি! থম্বগ. লৈনবা মরীস্থ খঙই। দেবলা উবদা ঈঙক-ঙকই।

"দেবলা, নঙদি সীদ কৈদোরম্লিবা ?" মানা হংলকই।

"স্নম কোয়রাক্লিবা."

"থম্ববু উনরবো ? হয়, উনরম্লরোই। মাদি নোংমা লীনীদি সীরায়দা লৈতে।"

"হৈমা। ঐখোয়দি ঙশাই'খৈ লাকখি'নে'না ঙায়রিসিদি তোকএদনা," মখোয় অনি শোয়বগুম সন্ধ্যারানিনা হায়রকই।

রাকেশনা লীৎলকইব জেকেত্তু লৌখোক্লমই। নোং অমুক বল্লা চুগদবগী নৌহৌননা ওমচাক্লক্লি। মাগী পুকচেপ্তা ওতোমেতিক রিভোলভর অমা য়েপ্পী।

"লাক্ল-লাক্লবসু খল্লদি কয়েংবা য়োরকপা য়াই," রাকেশনা পাওথুম পীরকই। "য়াম্লদি উনহল্লীওই, অদুবু উপাই লৈতে।"

"অদুগা ঙসাইমখৈ ঐখোয়দা কনামত্তা হায়বীদে। 'সুম ঙাইহন্দুনা খম্মে'মী! তামো, অদুদি ঐখোয় য়োঙ্গরগে,'" দেবলাগী মবুক্লীত্ত খরা হুংশিবা অমসুং য়ারৌঙ্গবগী খাঙাঙনি।

মখোয়না থোকখিব কোম্মোং য়োবদা নোংছম জম চুথরকই। হুংশিংবা লোয়ননা য়া য়া হুমাত্তল্লকই। মখোয় অনা পুমচোৎ চোৎলে। অদুবু খামদ্রে। সাইকল থোবা লেপ্তুনা অদুম থোকখিরমই।

ঙশাইগী থোঙ্গাল মপা অদুদা বিরেনগা ইবোহলগা সাইকল অমমম পায়দুনা লেপ্লমই। অকনবা নোং ওইদুনসু মখোয় অনীনা মতুত্ত ইল্লদুনা সাইকল থৌখি।

খরা অমুক হেন্দোক্লগা ইবোহলগা বিরেনগদা য়া হংলম্বা পাখত্ত মচাদু অমুক স্কুল অমা লৈবত্তুগী ভেরেন্দাদা নোং থুপ্পা ওইনা লেপ্লম্লি। ভুং ইল্লরিবা পাখত্ত অনীদুনা মাঙগী লৈশাবী অনীত্তুদা লক্লবোই করিবোই তৌবা, লৈশাবী অনীত্তুনা শারৈংননা য়া অমত্তা খুমদনা সুম থোকখিবা অদু মুম্না য়েংদুনা লৈহৌই।

দেবলাখোয়না লাক্লম্বা তুমিত্তুগী মমাঙগী তুমিং নীংনীরোমদগীনি। খম্বগা চন্দ্রকান্তগা চাউয়াঙগী কেম্পতা কনফরেন্স অমা য়াওবা চংখিবনি।

মখোয়না হল্লকপমক্তদা দেবলাখোয় লাক্লম্বগী পাও মরিক চুম্না তমখি। সিনাম কোম্ফ্রূদা মীনৌ নহা অনীখক লৈরে, মখোয়গী মরমদা থিজিনবস্থ লোইরে তম্লমই।

নহা অনী অত্ত মখোয়না লোইশিনপ্রবা অঙাঙহলগী মচা ইবোহলগা, ছীঃ এমঃ গী গনমেন ওইরম্বা, মখোয়না থাদোকপীখিবা বিরেনগনি হায়বস্থ খঙলে।

অমনা বিরেম্নি হেক হায়বদা খম্বনা চন্দ্রকান্তদা অর্থ য়াওবা মীৎয়েঙ অমা কাপ্লকই। চন্দ্রকান্তনা ঙক্লম্বা, "বিরেম্নি হায়বা?" হায়না হংবদগী হেন্না উপাই লৈরমদে।

খম্বনা মতীও শোক্লা হায়রকই "বিরেম্না শোয়দনমক্তী থূরক্লী ঊনা লাই শাবা হায়বদু ওইরক্তনি হায়বসী ঐনা নহান্না হায়প্রবনি। অদুবু মতু হৌপ্রবা য়ানি, কাম্নত্রে! হৌজিক হৌজিক্তী ওইবা য়াবা থবক চথনসি। ইবোহলগা বিরেনগা মখোয় অনীমক তাঙ্গা চাবা অমদা লোইশিন্দবা য়াদে। ময়াম্না করি পাম্নরি?"

"মতুম্না ঐখোয়গীস্থ অপাম্বনি কমনেদ!"

" অতুদি মথক্কী কমরেদশিংগা ঐগা অমুকস্থ উমরুবা তারি।"

অস্থুম্না ব্লারোই ব্লাতেম্নখি। ডাক শেনবগী থবক কনথৎ-হনখি। সন্ত্রিগী দিয়ুতি তাবা পুম্নমক মীহুম-নাহুম শিংনবা হায়খি।

মুমিদাং ভুম্নবা মতম য়োশিল্লক্লবদা খথা ভুমথবা ঈয়া য়ারম-দে। খোয়রাঙ খোয়শাওনৈ। উশিং-থওইদবগী মওঙদা ইবো-হলগা বিরেনগা লাক্লমই হায়বগীনে মদুগী মথক্তা পাঙ্গল শোনবী দেবলানা করিগীদমক্তা অতুক থাপ্পা লাক্লম্লিবনো হায়বগীনে। ইবোহলগা বিরেনগনা করেম কথাঈননা হুপীমচা অনীদুবু ইম্নখি হায়বহুনস্থ খোইনা হেম্না মৈচাক পীরমই। "করি অক্লবা ব্লা লৈহুনা মকম মরাংস্থ খঙদনা মখোয় অনীনা 'সী য়োনা লাক্লম্লিব',"  হায়বগী ব্লাথলদা দেবলাগা সন্ধ্যারানিগবু খজিক্কং ব্লারৌখি।

মুমিৎ তরেৎনিমুক্কী মতুঙদনি। গ্রেতর ইম্ফালদা ক্কিয়ু লোইশিনখ্রে। অয়ুক অমা থম্বখোয়গী একজিকুশন কেম্পকী মিতিং অমা তৌরমই। ইবোহলগা বিরেনগবু করম্না লোইশিনশিগে হায়বগী মতাঙদনি। মখোয় অনীনা কেম্প অতুগী মাঙননবা শীল্লি হায়বসীস্থ তানরক্লবনি।

অক্লবা ব্লা থমরিঙৈ অসিদা কমরেদ অমা চঙলক্লুনা বিরেন লাকই হায়না তম্নরে।

ময়াম হাইকেৎ মিপাইনৈ। চন্দ্রকান্ত কাওব! য়াওনা " ঐ হাংকে, অদুগা ঐখোয় ফিভম শেমহুনা লৈসি। ভাইহাক লৈরগা আর্মি মপৈ অমা থুংলবা য়াই," হায়না উংথৎনরক্লমই।

খম্বনা ঈঙথনবা মথুবাক্পা খাম্লই। "ময়াম ত্থুমিন্না অমুক্তা লৈবিয়ু। হৌজিকমক্তিদি মা ঐখোয়বু লোইশিল্লগে হায়না লাকপা নত্তে। করি মরৌ লৈতুনা লাকপনো হায়বদু অমুক্তং খঙদোকসি।"

খম্বনা ভাইহাক্তং অমুক রাখল তৌই। অতুপা মঙ্গিদা হায়-রকই, "কমরেদ মঙ্গি নঙনা স্কুতর তোংতুনা লমথাঙদা ভাইকরো। হুরেন হল্লকপদা লাপ্লপ্পা মতুং ইল্লো। কদাইদা হনখি'পে হায়বতু য়েংলু। নাপেৎ পলিদা মৈনোচান্দখোয়গী কেম্পুলোমদা হুনখি-পদবা মাল্লি।"

অম্বুম্না খৌরাং মচা অমা শীল্লম্নপা বিরেম্না কল্লিবা কাদা খম্বা চঙশীল্লকই।

পায়রম্বা সন্দে মেগাজিন অতু বিরেম্না থনমই। "মাওইজম লিভ্‌স্‌ ইন মণিপুর" হায়বা কীচর অমা য়াওবতু অম্বুম পাহুনা লৈরম্বনি। মেগাজিন অতুদা য়াওরিবতুনে, কেম্পু অতুদা তৌন-রম্লিবা ঈরাঙ অদুনে খল্লুরগা মানা হায়গে হায়না লাক্লিবা রাকমতু মখমতা নীঙহম্নবা অমা পোক্লক্লে।

খম্বনা হৌরক্লমই, "মিং বিরেন কৌই হায়বা খঙলে। ঐগী মরূপ'সী খঙবিত্রা ?" চন্দ্রকান্তদা মখুৎ থিল্লমই।

মতমতুদদি চন্দ্রকান্তসু মকোয় কোক্লে, মশমসু ঈশাং শাংরে। ঈরায় লায়না মশক খঙই।

"খঙই, চন্দ্রকান্তনি। হিঃ এমঃ অঙাঙহল্লপীদা লৈরম্বনি। ঐম্বু লৈরমই।"

চন্দ্রকান্তনা মরক থৎলমই, " বিরেন, নঙবু হৌজিক হৌজিক ঐখোয়না ঈরায় লায়না লোইশিনবা ঙমই। নঙনা তৌরিবসে ঐখোয়গী মায়োক্তনি হায়ব'সী ঐখোয়স্থ থঙলবনি । ঐখোয়গীদি খুরক্তী ঈনা লাই শাবা মীবু হায়া লোইশিনবনা শোয়কত্রবা ঈথৌনি হায়বসীস্থ নঙ থঙলয়গনি। অদুগা নঙনা মসী পুন্নমক খঙনা খঙনা নথন্নতা ঐখোয়গী কেম্পতা লাকপা ঙম্মি'বসী ঐখোয় হায়কেৎ ঙকঈ । নুপামচা থোকই হায়না থাগৎনীঙই ।" খর শাংনা অমুক হোন্নগা মথা চথরকই, " ছী: এম: লোইশিনবা মতমদা নঙবুস্থ লোইশিনসি হায়না শেপ্পরম্বনি । অদুবু ঐনা শিথাং থাংদুনা নঙভবুদি করিস্থ তৌরক্লোইদবা মীনি হায়না কনখিবনি । অদুগা নঙনা হৌজিক তৌরক্লিবা অসী ঐ য়াম্না পেন্দে । নঙ ঙসীদি নাম্বো-কপা য়ায়রোই ।"

খন্থনা অমুক হয়া মথুৎ থাজৎলকই । চন্দ্রকান্তগী অশাঙবা খল্লিকুং কাথনবা ঙঙদানি । অদুগা অমুক হায়রকই,

" অচুম্বনি ঈতাওনা হায়রিবা পুন্নমকসী ঐস্থ হায়জনীঙ-লম্বনি । অদুমকপু বিরেন্না ঙসী লাক্লিবসী করিগীনো হায়বদু হান্না খঙখিসি । বিরেন, অমুক্তা হায়য়ু মরুপা ঙসী লাক্লিবসী করি মরমগীনো ? "

" মরূপ ময়ামগী নাক্তা ঐনা ঙসী য়া খরা হায়গে'না লাকচরি-বসী থাজৈশোংবদি মরূপ ময়ামগী কননবা, অকবা মঙঙ অমদা পুৱরকপা য়ানবা হোৎনজবদগী লাকপনি । অদুবু মসিদা থাজবিবা

থাজবিদবা ময়ামদা লৈরে। ঐগীদি ছিতঁক্তেন অমা ওইবগী ঈথৌ থরা পাঙথোকচগে খন্দুনা লাকচবনি।"

"হায়বিয়ু য়া'নি। রাকম অমদি হংজহৌগে। বিরেন্না ঐথোয়গী কেম্প অসী করম্না থঙলকইবনো ?"

"মতুদি থোইদোক্না লুদে। কনা কল্লবস্থু ঐস্থু সিক্যুরিতিদা লৈরম্লিবনি। ঐনা হায়রিব'সী য়ারবদি মরূপ ময়ামগী তাঙঙবা পুন্সিশিং অত অনৌবা য়াওন অমা শেমজবা ঙমগনি।"

"রাহৈ রাতাদি কজে। তাবা হুংঙাঈ। অতুবু রাকোঈ তোকথোকও। অনৌবা পুন্সি হায়বদি করিনো !"

"কেম্প অসীদা লৈরিবা মরূপ থরা অসীগী রিহেবিলিতেশন-গীদমক লুপা লাখ অমা। লুপা ময়ামসী'না কো-ওপরেতিভ কারবার অমা তৌননবা সরকারগী মতেঙ। অতগী মথক্তা মী অমম-মগী তুংগী য়ুম্লে-কৈরৈ ফগৎননবা প্লোত অচৌবা অমমমস্থু কংবা।"

"মতুনা বিরেনগী করি কান্নবা ?"

"ঐস্থু মগ্নামগী রিহেবিলিতেশন পুরকপগী ক্রেদিত অমা ফংজবা। ঐগী হান্নগী থবকস্থু হজিঞ্জবা অতুগা প্রোমোশন অমা ফংজবা।"

"মতুদি ময়াম লোইনমকী য়াম্না ফবা রানি। হায়রিবা ময়াম 'সী করম্বা মওঙদা ওইথোকহনগনি। ঐথোয়না অম্রুক রানম্লিবা অসী অতগুম্বা ফংননবা উপায় লৈতবদগী মুভমেন্ত হৌখিবনি। অতুগুম্বা খুদোংচাববু পী'নি হায়রবদি করিগী অম্রুক রাজরূগদগে ?"

থম্বগী ওইজ ওইথক তানবগী অমস্থুং মশাদগী য়েংবা লৈবাক্তী

তুংগী য়েংবা রাঙাও অসীদা ময়াম ঙক্লরমই। অচুবু তুমিন্না মথা তাবা ঙাইনরমই।

বিরেন্না অমুক মথা চথরকই, "করে অচুদি চংচিং হুমিদাং-রাইরমগী পূও তরাক তাবা মতমদা খুন্দ্রাকপমগী হোতেল থরা চাউব'ত্তুদা ময়াম লৈবিরমঙ; ঐ সিক্যুরিতিগী মী থরগা লাক্লগা উন্নরসি। মতুদা ময়ামগী খুৎশু-খুৎলাইস্তু সরেণ্ডর তৌবিরো"

"কৈ কৈদৌগে; করিস্ত্র কায়দে।"

অসিদা য়াম্নরতুনা চা কপ অমমম থক্লরমই। অতৈ রারী খবা শানরবা মতুংদা বিরেন চংশ্রে। মা মোতোর বাইক অমদা লাকপনি।

ময়াম্না খম্ববু শাউনিংবা অমস্তুং তুক্কংচবা মীংয়েংগা লোয়ননা রা শেংদোক্লবা তক্লরকই। মখোয়গী মপুন্সি মথরায় অমস্তুং কুইনা য়োকথংচক্লবা লালহৌগী'আশাবু মকম মরাং খঙদনা মিনিত তরা-মুক্তা কৈস্তু লৈত্রবা নুপা বিরেনগুম্বা অমদা যোম্বোকই হায়না।

মতাঙ অসীদা খম্বনা করেম কথাঙ্গনবা মতেক অমা হুল্লকই, "কৈস্তু লৈত্রবা বিরেনগুম্বা নুপা অমদা চঙজবা হুংঙাইত্রবদি গর্ভনর নত্রনা প্রাইম মিনিস্তরগুম্বদা চঙজসি হায়রিব্রো"

ময়াম অমু খোয়দৌ অমুক্তা হেন্না শীক্লমই। "কমরেদ খম্বনা চঙজবা পাম্নবদি, নশা নথন্তা চঙজখো। ঐখোয়গী পুন্সিদি কখোক্লবনি। চঙজবগী থবক্তা ঐখোয় য়াওবা ঙম্মোই।"

খম্বা পেল্লমই। মথন্তা খুবাক খুরমই।

"কংলৈচা নহারোলনা য়াইফরে" হায়না মথস্তনা লাওরমই।

অদুগা হায়রকই, "রাহৈশিং অসীতনি ঐনা তাবা পামজবা। ময়াম্না করিগী অস্তুক রাখল লৈত্রিবনো। বিরেনবু ঐনা অপঙ শীবগী রানি। হৌজিক ঙাইহাক্কী মতুংদা মঙ্গিনা পাও পুনরুগনি। বিরেন্না চঙখিবা মফম, মাগী পার্টিনচিংবগী মরমদা রারোল খরদি শোয়দনা খঙলগনি। অহ্ হেক খঙবগা বিরেনগা মাগী পার্টিগা হৌজিকমক লোইশিনগদবনি। অসীগুম্বা মী ঈমাঙদা কুইনা থম্বা ঐখোয়গী শাস্লোংদা য়াওদে। ময়াম ওপরেশন চৎনবা শেম শাবিয়ু।"

ময়াম লোইনা লৌথুপ লৌকোই লৈনগ্রবতুদা হরাউনরমই। অতুবু কম্যান্দর-ইন-চিফকী য়াথংদি লাক্তি হায়না পুথোক্লরকই।

খম্বনা, "মতাঙ অসীদা কম্যান্দরগী য়াথং ঙাইফম থোক্লে। ঐখোয়গী য়াথং নিফম থোকপা নিঙ্গে। ঐখোয়গী অহানবা পান্দমদি ত্রেইতর হায়া লোইশিনবা অসীনি,"



মঙ্গিনা বিরেন হন্নকপা ভাইবা অদু থোইদোক্না কুইদে। বিরেন্দু চিংনবা ঈগ্না ও য়াওদনা পরীঙ অমদা থৌরকপগুম ভোই। মানা চৎলুরিবা থবক অদু মায় পাক্লকপগী মতৌগুম মায়থোঙ মকা লাম্বগুম তৌঈ।

বিরেন্না কনা য়াম্না হেন্দোকপ্রবা মতুঙদা মঙ্গিনা তপ্নপ্না ঈন্নরকই। খম্বনা হায়বগী মতুঙ ইন্না বিরেন্না উগ্রুল লম্বীদা নাপেৎ পলি তাননবা হাইখিগদবগুম নীঙই। অদুবু মাদি ইম্ফাল্লোমদা অদুম থোক্রে।

বিরেনগী মোতোর বাইক্কী নম্বর খঙহৌরে। কোন্না ইম্ফালদা চৎলগা মরী মখোঙ খিগৎলগে খল্লক্রে। নাপেৎ পলিদা লৈবা মৈনোচান্দগী কেম্পতা মখোয় পুন্না চীরোল থোরাং খম্নে হাববসী খঙদোকপা চুমই লেপ্লে। অদুনা মঙ্গিদি উগ্রুল লম্বীরোমদা পাংলক্লে।

মৈনোচান্দগী কেম্পতা থুংলরে। মাগী থুংলায়দি মফম অমদা লোৎশীন্নমে। মরম অদুনা কেম্পকী মীশিংনা চিংনদুনা মাবু চেক তৌবা অদু মচাক অমত্তা কংদ্রে।

মানা মফম অদুদা লাকপগী মরমদি বিরেন্দা অরুবা পাউ অমা পীগে লাকপনি হায়না খুম্নমই। বিরেন ভাইহাক লৈরবদি থুংলবা য়ারে হায়রবদা ভাইখিগে হায়রমই।

কেম্প অতুগা বিরেনখোয়গা মরী লৈনয়ে হায়বদি থঙলে। পুণ্ড অময়োম ভাইরবা মতুংদা বিরেন থুংলয়ে। বিরেনা হংলমই, "করি মতাঙগী অরুবা পাউ ওইরবনো ?"

"পুলিছকী ইন্তেলিজেন্স সেক্সন বিংদগী হায়রকপনি। কং-লৈপাক রিভোল্যুশনরি পার্তিগী থাইদগী ঈচঙ থৌনা থবক পাঙখো-কপা কেম্প অমা লৈকম তাক্লকপনি। সিনাম কোম্ফ্‌ হায়বা পাক্লৈ শগোলমাঙ মরক্তা লৈবা থুল অদুদা লৈরে হায়বগী পাউনি। মতুগী ওপরেশন অতুদা য়াওবিয়ু হায়রকপনি," মজিনা মচা থায়না তাক্লবা হোৎনরে। মীকী লাইকী ঈয়াও য়াংওদে।

"কেয়া অতুগী য়া ওইরে। ঐ হৌজিক কেম্প অদুগী লাক-পনি। ঐখোয়সু নহামা মকম থঙলবনি, অতুবু ঐখোয়গীসু প্লান অমা লৈতুনা পাউ পীরক্তবনি। মতাঙ চাবকান্দা পুখোয়কে থক্লিবনি।"

"অতুদি ঐগী পীগদবা পাউ পীরবনিনা হঙগে।"

"ভাইখো, ভাইখো ঐখোয় ময়ামগা করিগুম্বা থয়া থক-চাথিসি।"

মখোয় অনী কা অমদা চঙখীল্লি। ইবোহলগা মৈনোচান্দগা মী অনী অমগা কয়মই। মকোয় ময়াং য়াম্মা চোমই মীৎয়েঙ-লাকয়েঙ উবদা কিবা-থুকৎপা পোক্লীভাইনি।

মজিনা থল্লি, "মখোয় অসীনিকো নহানমথৈ ঐখোয়গী মিংদা কৈরোয় লৈকায়দা শাথিবা মিপাইবা পোক্লহল্লম্লিবনে। অদুবু মখোয়গী মতম কুইররোই।"

বিরেন্না পাংও তময়, "ইবোহল নঙনা হায়বা য়াম্না চুমই হে। রিভোল্যুশনরিকা হায়দনা তৌশাবিংসে, পৈশা পীগে, লম পীগে থবক পীগে হায়রবদি হুইনাও মচাদা কবোক পীজবসী মঙায়। হৌজিক ঐনা হায়রিবমখৈ য়াহোরে।"

"ইবোহল ঐসে হায়ফেত্তি শিংজরবনিনহে। রাজনিতি য়াঙগদবা মীনিনে।"

মঙ্গি শাওনিংবা ফাথনবা কম্না হোৎনৈ।

ভূটানগী থী এক্সপী রম লাক্লা অমা থক্লমই। বিরেন্না পুরক-পা চিকন অতাওবা পুংথোক্লুনা চারমই। মঙ্গিদি মহোশানা য়াম্না থক্তে হায়রহুনা রাউণ্ড অমুক্তং য়াওরগা মথা তাম্লে। চাবা-থকপা লোইবদা পুঙ মঙা তারে।

মঙ্গনা অমুক হল্লক্লুনা সিনাম কোম্ফু য়োবদা পুঙ তরাক ভাগদোরে।

ময়াম পুম্নমক ওপরেশন চৎকদবগী শেম-শাহুনা লৈরম্লে। অহুবু শম্বনা মাগা লোয়ননা চন্দ্রকান্ত, মঙ্গি অমম্পুং রাকেশ পুম্নপা মথোয় মরীতমক চৎসী হায়না লেপ্লে।

হুংদাংগী চাক চাবা লোইরগা মথোয় মরী মশা চাবা থুংলাই থরা থরা পায়দুনা খোক্লক্লে। চন্দ্রকান্তগী কারবাইন অদুম্ন য়াওরকই। অতৈনা ওতোমেত্তিক পিস্তোল মচা মচা অমর্থ-মদুগী মথক্তা চেন-গন অমথকম্ন পায়রকই। ফুরিংথাওদা হেণ্ড গ্রেনেড অমমমম্ন হাপ্লকই।

য়েজদি মোতোর বাইকদা থম্বগা চন্দ্রকান্তগা ভোংই অহুগা অজর অদুদনা মঙ্গিগা রাকেশকা ভোংই

হাওফি অমমম ইনশিল্লদুনা নোংমৈশিং অদু থুমজিল্লবা হোৎনৈ ।

"ভসীদি সিক্যুরিতি ফোর্শ থেংনরবসু অভম্বা খরদি হেক্তা লোইশিল্লগদবনি," হায়না ভাগুনৈ ।

লাইবক ফবনা থেংনবদি থেংদ্রে । মখোয়না নাপেৎ পলিদা মৈনোচান্দগী কেম্প য়োল্লকপদা চুমিং পুমত্তা তাগ্রে ।

ঈভা থাগী তরাতরক্কি শুবা থাগী মকোয়না নোংপোক থংবা অতিয়াদা চীগুগী মরুমদগী খরা খরা লিংখৎলকপা হৌরক্নে ! নোংচুপ্রোমদদি নোংগী মপৈ মপৈনা শন্দোরকপগুম তৌরি । খল্লানমিচাক অমত্তা উদে ।

গাড়ী মচা অনীহু খরা খরা লাপ্লপ্না থনমই । য়ুম অদুগী অকোয়বদা লৈপল পরেং অমা লৈ । লৈপল মথক্তা মনানা মতোল-ব্রাইদ ভংভশঃ ভাগুনা শাৎপী চীগুদা হৌগনবী মখোম থোকপী ইউ-কোর্বিয়ান। পরেং শানা হৌই । য়ুম অহু য়ুমদোমপোক গুইনা তৌই

মখোয় মরীনা গাইহাক লম্বীদা চৎশিল্লবা শারমই । তপ্পা তপ্পা লৈপল মরূমদা চগুশীল্লমই । অনকপদা মী অমত্তা উদে ; য়ুম মনূঙ অদুদি মৈ থাল্লি ।

মহৌশাগুম খোঙ্গজাও মনাক্তা মী অনী ফমমই । লৈপ লাম্বোক্তুনা উপ্রাক্লা তপ্পা তপ্পা চগুশীল্লকই ।

হায়া শীম্নখিবগী মতুং ইম্না খম্বপা চন্দ্রকান্তগনা অরাংখং চিদাইদগী চগুশীল্লকই । মজিগা রাকেশ্বরগনা খা থংবা চিদাইদ চগুশীল্লকই ।

পিভোলগী রেঙ য়োরবা মতুঙদা খন্বগা চন্দ্রকান্তগনা পোইন্তু থী, এইভ,কী মরু ঙমমমনা মাঙ্গোলদা গার্ড ওইনা কন্নিবা অনীতুগী মকোক মকোঙ্গা কাপশীন্নে। মতু হেক লোইবগা মখোয় অনীনা লেপ্পা নৈতনা খোংঙাও অদোমদা নোংমৈ কাপশীন্দুনা কোত্তর পীরমই। তান্নক অসীদা মঙ্গিগা রাকেশকা খুৎলৈ থূনা পায়শিন-খিদুনা মাঙ্গোলগী দারি ময়া য়োশিনখ্রে। মকোক মমৈ ভাওবমথৈ মাঙ্গোল খোংঙ্গাওদা নোংমৈ গুলী মমাঙদা খোক্লকপা মথৈ লোইনা তুখিরমই। মী মঙামুক লোইশিনখ্রে। মমাঙগী ওপরেশন্দা ভোবগুম মঙ্গিগা রাকেশকা মনীঙথোঙলোমদা দারী মপান নপ্পা থূনা য়াংনা লাক্লমই।

ঈমুঙ মনুঙগী মৈ লোইনা মমথখ্রে। খোঙনাও অমা খংহাং হাংদোরকই। মখোয় অনী পাকথরমই। খোঙনাওদগী কাপ-খোরকপা নোংমৈনা চন্দ্রকান্তগী মখোঙ য়েং খংবা কৈরু অমসুং পুকনোংগা শঙহৌদনা মরু অহূমগোম পানখ্রে। খাবল মঙান্দা মপান্দা নৈবা মীবুদি উই। ঈমুংলোমদদি মমগ্রখনিনা উদে। মঙ্গিনা হেগুগ্রেনেদ অমা লংশিন্দুনা য়ুম মনুংদা মঙাল চাউনা পোকখায়খ-রে। তাঙ্গা লোতুনা শ্বনা চন্দ্রকান্ত চিংতুনা মাঙ্গোল্লোমগী দারী ময়া ভাম্না চেনশীন্নক্লে। চন্দ্রকান্ত উপ্রাক্লা মাগী কারবাইন অহু কোন্দুনা ছৌপ্লে, অহুগা খৎনা নাকন্দা কল্লাঙদা নপশীন্দুনা নৈরমই।

রাকেশনা কোত্তর পীরগা মনীঙথোঙলোমদা মঙ্গিনা খোঙ হাংদোরবা পোরোলদা নোংমৈ কাপ্লমই।

তাঙ্গা অসীদা মমাঙথোঙ ভপ্পা হাংদোরকই। বিরেন খোরকই। চন্দ্রকান্তনা মাগী কার্বাইন খপ্পমই। মরু কয়ামুক্লা

বিরেন্দা পানখি। বিরেন্না মন্না অমত্তংদি কাপখোক্লমই। অতুগা ভুখি। মতুনা চন্দ্রকান্তগী ওই থংবা পাম্বামদা খেত্তুনা চৎখ্রে। চন্দ্রকান্ত নোংমৈ কাপ্পা য়াখ্রে।

মথওদা ঈবোহললনা সন্ধান য়াওদনা চাউশাইদা নোংমৈ কাপ্প-কাপ্পতুনা চেন্থোরকই। নাকন্দগী খম্বনা মাগী হৈনগন্না খল্লমই। ইবোহল নোংমৈ মন্না খুদিংগী মশা থক থক নীক্লতুনা তুপখ্রে।

মনীওথোওলোমদা থোক্লকপা মৈনোচান্দ অমস্তুং অতোপ্পা মী অমবুম্মু মঙ্গি রাকেশনা লোইশিনখ্রে।

অতুগী মতুংদগীদি ঈমূংদগী মী অমত্তা থোক্লক্রে। খম্বনা মমাঙথাওলোমদগী অতুগা মঙ্গি রাকেশনা মনীংলোমদগী ঈমুংদা চঙলক্লে। ঈমূংদা মা অহুম অমগা মৈনা চাকখেক্লহুনা ভুতুনা লৈরম্লে। মথোয় শিরে, লেওক্লে।

খম্বনা অমুক থোক্লক্কুনা চন্দ্রকান্তবু ঈমূংদা পুশিল্লক্লে। অশোকপাশিং অদুগী মপাদা ফি নম্নগা চেৎনা চেৎনা ফিনা লাক্না চেৎনা পুনাশিন্লে।

মঙ্গি অমস্তুং রাকেশনা নোংমৈ থোমজীল্লমই।

তাঙ্গা অসীদা জিপ অনীথক থোজীল্লক্লে। হেক শাম্বগা আর্মি তয়ানীথোইরোম চোংথরক্লে। ঈমূংদি ঈমম মমই মপান্দদি থাবল অতুনা মমেক শেংনা উই।

খম্বনা কারবাইন অদু পুশিল্লক্কুনা থোংনাওরেংমদগী খল্লমই। অমুক অমুক খল্লদা সিফাই অহুম মরীদি কেল্লে। মঙ্গিনা মমাঙ-থোঙলোমদগী ত্তেন গন খপ্লে। রাকেশনা মনীংথোওলোমদগী

কোভর পীরক্লে। অমুম্না ঙাইহাক্তদা জিপ অনীহুনা পুরকপা আর্মি তুম্না হাংখ্রে।

খম্বনা মৃঙ্গি অমসুং রাকেশ কৌরমই, "মফম অসীদা পম্ববা খুদোং য়াম্না চাদ্রে খুৎলায় খরসি পুরগা জিপ অমদা হাপ্লগা নংোয় চাম্না থোক্লা। থুরো চৎলোসে।"

"কমরেদকা চন্দ্রকান্তগদি ?"

"ওঃ পম্ববমু হায়রগা। কম্মোন, কুইক, থুরোসে। ঈবা-নীনা থোকপা ইর'ইনা লাকচনিসে।"

মঙ্গিগা রাকেশকা হুংঙাইত হুংঙাইত থোক্লে। খম্বনা কোভর পীরি। পুরকপা নোংমৈ, খুৎলায় জিপ অমদা খমখ্রে। লেকথহনা তুরিবা সিফাই ড্রাইভর অদু মখাদা ঈন্নরে। মঙ্গিনা গাড়ি থোদোকখ্রে।

অহুবু মখোয় অনী মরাইবক য়াম্না থীখ্রে। অরাং পাংনা উঙ্গুল লম্বী রোমদা মমায় খেথোরকপদা সিফায় মপোৎ অমা পুবা আর্মি ত্রক অমগা মায়োক্লরুরে।

মঙ্গিনা অরাংলোমদা থোগে তৌবম্বা জিপতু মখারোমদা মমায় খঙলৈ লৈখরমই। পাখৎপনা জ্ঞান য়াওখিদ্রে। তিংখৎতনা ওংবা ইঞ্জিনগী মখোলগা লোয়মনা মখা মায়কৈ পাংনা থোক্লে। আর্মি ত্রক অদুম্ব মতুং নকশীরনবা কম্না পৌহনা তাম্রে। নোংমৈ কাপ্পা হৌখ্রে।

খম্বনা মদু উবদা মমায় লুকথহনা মখুৎনা মকোক্তা হাপ্তুনা আশা মাঙলবগুম ফমহৌই। মঙ্গি অমসুং রাকেশ হিংনা হল্লকনি

আশা তৌত্রে। খম্বগী মমীত্তা মপী তাবা হৌরক্লে। চন্দ্রকান্তগী মনাক্তা চঙশীন্দুনা তপ্পা হায়ৱকই, "ঈতাও, ঈবানিস্তু চৎনবা তৌরসি। জিপ অমসীদা হৌপ্পগা চৎপদা ঈতাও ব্রাগত্রা ?"

"ঈতাও নঙ কপ্পমান্নে নূপানবু কপ্পা হৌনব্রা ?" চন্দ্রকান্তসু পূক্নিঙ মুংশিবগী ফুনগৎলকপা ঈহৌ অমনা মথবাক্তা লুমথরক্লে। মখোনাও পুঙকং কংশিনম্লে। মখোল থোকপা ব্রারে। খম্বনা ঈরা হৌরকপা পিরাংলক্তা নোক্লমই, "ঈতাও ঐ কপ্তে"। থোঙনাওদা কাওজৌল্লকপা থাবল মঙালদা খম্বগী অচৌবা অরংবা য়াতোন উরমই। মমীত্তা কাবকপা ঈরাগী অরংবচুসু উই।

"অচুনি ঈতাও, শিরবসু ঈরৈবাক্তৌদমক্তনি। নোক্লা নোক্লা শিগদবনি। ঐনি কপকম থোকপা, হৌজিক ঈতাওনা ঐগী ঈতেঙ য়াম্না দরকার ওইগদৌরি। অচুবু ঐনা ঈতাওবু চিরবা মতমসিদা ঈতেঙ কয়া পাংবা ঙম্লোইদৌরে"। হৌগৎপা হৌরক্লে, খম্বদা কোক্লে।

মথা চখরকই, "ঈতাও, ঐ জিপ তোংঙোই। ঈতাও ঈবানীনা মকৌশান্না মুংশিজরবা য়েক্তদী অসী 'স্বম তোংগে। মসীদা তোংলগা থবায় হিংগদবা য়াপ্লি। ঈতাওনা জিপ তোংব্রো।"

"তোংববুদি ঈতাওনা তোংনিংবা তোংগনি। অচুবু শিবহিংবগী ব্রা করিগী খল্লি'নো? ঈতাওগী ঐ লৈরি। হিংলে হিংমিন্নগনি, শিরে শিমিন্নগনি। য়েক্তদিসীদা ঈবানি তোংমিন্নসি।"

অসী হায়নরচুনা খম্বনা চন্দ্রকান্তবু কোল্লদুনা যোতোর বাইক

তাম্না চিংবোই পোবোই থুনা য়াঙনা পুশিল্লক্লে। মথুৎ ওইনা স্টেন-গন্দুদি থাদোক্নে, চন্দ্রকান্তবু ঙাইহাক্তুং ক্ষমহল্লম্নগা, মাগী কারবা-ইন্দুশু পুরক্লমই। চন্দ্রকান্তগী লেংজুমদা য়ানশিল্লে। মতু হেক ফংবদা চন্দ্রকান্তনা য়েক্লবা খোমপাক অমদি কায়রুনু পৃথিবি লাম্বা শাবা ঙমগদোবোই নীঙই। ক্রেইনিং মকমদগী অতুম য়াওরক্লবনি।

পম্বুবা তোৌদনা খম্বনা মোতোর বাইক্তু অকনবা ইঞ্জিনগা লোয়নননা থৌদোরক্লে। মুংশিংমূক য়াঙনা পাইবোই নীঙলক্লে। অথাপ্পদা গাড়ি অচৌবগী হেদ লাইত মানবা অমা লাকই। খম্বনা গাড়িগী খোঙজেল খজিক্তুং লৈথরমই।

চন্দ্রকান্তদা হায়রকই, "ঈতাও, ম'ঙদা উরিবা গাড়ি অসী আর্মিগী ওইরম্বা য়াই। থাপ্লবদি নো একশন। ফারবসু ফা।-সনু। ফাদ্রগনা ঈচম চম্বা শাহনা অতুম থৌখিবা। ঈতাওগী ফিদু কোনশিল্লু. থূৎলায় উহনবিগনু।" অতুগা মাগী স্তেন গন অদু লোৎশীম্নবা লাক্লরমই।

হায়না হাযনা নকশীল্লক্লে। গাড়ি অচৌবতুশু খম্বনু তপথনৈ। করিমতা নাচৎবা শাহুনা তপ্পপ্পা থৈনরমই। খম্বগী লম্নাইগী শমদি থবা য়ুংথৎপগুম তৌই।

হেন্দোবক্লে। খাম্বা খোৎপা করিস্নু তৌরক্লে। থবা হেন্দো-কলগা আরমিনা থনবা ব্রক অতু লেপকে তৌই। অতুবু অদুম থৌথক্লে।

খম্বা খর মতেক অমা হোনবগুম তৌই। য়াঙলেন অমসুং নাতোন নাকচীদা হুম.ং চংপ্পী কাবগুম তৌরকই। অতুবু লাম্নেরক্লে।

উগ্র‌ুল লম্বী হেক ভাবগী ইন্ফাল্লোমদা হাইরকপগী লম্বী হৌগৎলকপদা ত্রম অহম থরা লল্লপ খিল্লহুনা মিলিতরি জিপ অমনা ত্রমশিং অদুদা মৈ কাপশিন্দুনা লেপ্লা উরক্লে ।

খম্বা কোকচাওবী ফুণ্ড কায় । চন্দ্রকান্তদা " ঈতাও কম্মোন একশন " হায়রমই । গাড়ি অমতনি মী য়াম্মমদবা য়াই খল্লমই । লেকখবোই ভুখবোই লৈরম্বা চন্দ্রকান্তনা মগী কারবাইন অহু লেংজুমদগী লৌখপ্রে । খম্বগী য়েৎ খংবা খুদাঙগী নাকন্দা মতোন খিন্দোকপ্রে ।

খম্বনা গাড়ি অমুক থরা তপথৈ । ফুট কুন্থ্রামুক্তা ভাইরবকান্দা ষ্টেন গন পায়বা সিফায় অমনা মখুৎ ওর থাঙ্গৎলকই । গাড়ি লেপ্লবা মখুৎ হায়রকই ।

খণ্ডহৌদে চন্দ্রকান্তগী কার্বাইন্দগী মরু তরেৎ-নীপাল পাইথোকখিহুনা সীফায়হু গুলীনা পুণ্ডয়োম য়োমখি ।

খম্বম্থ মিকুপ অহুদা সেকেণ্ড গ্যারদা লৈখণ্ডুনা ভিংখণ্ডনা থৌজিনপ্লে ।

অহানবগী সীফায়হু নোংমৈ কাপ্প ফাওবা নংদবা মথৈ লেকখখি । মতাই অনীগী ত্রম মরুমদগী সীফাই অনী অমম্থ ওতোমেভিক রাইফলস কাপ্লা হৌরক্লে । অহুবু চন্দ্রকান্তগী ওতোমেভিক গুলীনা হাঞ্জিনখি । মমায় মমিত্তা পানখি । মখোয় অনীমক ভুখখে ।

ময়ায়গী ত্রম মরুমদা লৈরম্বা ওফিসরহুদি মরায়বক ফবা হায়গত্রা ফত্তবা হায়গত্রা নোংমৈ মরু অমফাওবা কাপ্লা নংহৌদ্রে ।

মথরায় হিংহৌরে। অহানবগী সীফায়দুনা তুথরকপদা মানা মরুম দা লুম্বা ক্রমদুগী মথক্তা লোংনা তারকখি। ক্রম অদুনা মথক্তা তুথরকপদগী লৈখোকপা হোৎনবিউৈদা মোতোর বাইক্কুদি হুংশিৎ-মূক য়াওনা খোৎলে। চন্দ্রকান্তগী কারবাইন অদুনা জিপ অদুদা খপশীল্লমে। ড্রাইভর য়াওনা জিপ অদু মৈনা পূমচাক চাকলে, পুভতোই তোইরে।

সেকেণ্ড গ্যারদা পুঙদা কিলোমিতর য়াম্ফেগী স্পিদতা লৈথৎ-লম্বদগী থার্ড গ্যারদা অমুক তাবল্লে। পুঙদা কিলোমিতর মরীফুমুক য়াওনা থোৎলে।

ঈরীল তুরেলগী মথক্তা শাবা খোংহু যৌশিল্লক্লে। চন্দ্রকান্তনা তপ্লপ্পা হায়রকই, " ঈতাও ঐ য়াম্না রাবে, থোং ময়ায় মপা অসী-রায়সী হুংশিৎ য়াম্না ঈওগদবা মাল্লি। ঐ ভাইহাক্ত পোথাক্লগে, অমুক্ত খাম্বিযু, য়াগত্রা ?"

" করি য়াদদগে, ঈতাও। য়ানি পোথাবিযু।"
গাড়ি থাম্লে। চন্দ্রকান্তসু কুমথরে।

তাঞ্জা অসীদা মনীঙলোমদগী হুংশিৎকা লোয়ননা নোং রা রা জম জম চুবা হৌরক্লে। মখোয়গী থোং মপাদুদি যৌরক্লি। নোং-খাং কুপ্লক্লপদা মমশানগ্রবা অহাঙ অদু অমুক অমুক পুমঙান ঙাল্লি। মঙাল অদুদা খম্বনা চন্দ্রকান্তগী তাইরবা মায়খোঙ অদু উবা ফংই। মচীনবান্দদি মোমোন মোমোন নোংক্ল। খজিক্তং উবা অঙোবা য়াশিং অদুসু মঙাল অদুদা লংখৎলি। মমায়দি হুমাং মরীক মরীক্কা পুমচোং চোংলে।

তুরেল্লাই ঙাম্লোই চন্দ্রকান্ত থোংগী পাশৈ মনাক্তা চঙশীনখ্রে। মথুংনা পাশৈদা পায়রত্তুনা ঙাইহাক ঙাথত্তুনা কমথরমই।

খম্বনা, "ঈতাও, কুইনা পম্বরগুমসি। মকম অমদা পোথাক্ক-রসি। অহুগা ডাক্তর অমদা থুনা য়েংহনসি," হায়রকই।

চন্দ্রকান্তগী মোমোন নোকপা লেপল্লে। খুম্লকই, "ঈতাও ঐ সীরায়সীদা ঐনা থোকপা 'স্থম লৈহৌরগে। ঐগা স্থম চেন্নর-বদি ঈতাও অরাবদা তাবা তারে।"

"মত্ যাদে, ঈতাও। লাকও, চৎসি।"

"ঈতাও, ঐবু অমুক পুবিরন্থু। ঐ 'সীদ 'স্থম লৈহৌরগে। ঈতাও গাড়ি স্তার্ট তৌরো, চৎলো।"

"তৌবিন্থু, ঈতাওবু হুন্দোক্লম্বা ঐ ঙমদে"

খম্বনা চন্দ্রকান্তবু কোনখৎকদবগী চঙশীল্লকই। চন্দ্রকান্তনা পাখৎপা অমা য়াওনা, "চৎখ্রো, চৎলো 'মী" হায়না লাউরকই।

খম্বনা তপ্না তপ্না চঙশীল্লকঈ। নোংস্থু চুবা হৌরক্লে। চন্দ্রকান্তনা চৎলো হাবনা হন্না হন্না লাউরম্বদগী উপাই লৈত্রবালে কপ্পগী খোঞ্জেল অমনা লাউরকই,

"ঈতাও, ঐ চৎলে; বিদাই ··· বিদাই ····।"

অস্থুম্না লাউরম্লগা থাম্বা নংহৌদবমথৈ, চন্দ্রকান্তনা তুরেলগী খোঙনুঙদা চোংথখিরমই। নোংজুথাগী ঈমায় চোম্না চেনবা অকনবা শাফূগী ঈরৈনি। চন্দ্রকান্ত মাঙখ্রে।

তাঙ্গা অসী নোংস্থু জম জম কম্না চুশিল্লক্লে। নোংথাং অমস্থং অথাক অরাওস্থু তৎপা লৈত্রি। ঙাইহাকী নোংথাংগী মৈতাল অহুদা

চন্দ্রকান্তনা তাখিবগী ঈথক শন্দোরকপা অহু ভুরেল ঈমায়দা উই।

খম্বহু তুজুংবা, মিপাইবা অমসুং মবুক্লীও মুংশিবনা চময়রে। করি তৌগদবনো খওম্রৌল্লক্রে।

ওাইহাক্তং রাখল লংলা ফঙলুদে। থাপ্পা গাড়ী অচৌবগী মৈঙাল অনী উরকই। রাখলহু হৌজিক হৌজিক্কী তাইবংদা খঙহন হজিল্লকই।

মোতোর বাইক থুনা স্তার্ট তৌই। এক্সলরেতর লৈজবী থাহু-না লৈখৎলগা থৌরক্লে। ভুংগী গাড়ী অদু অস্সুম তাম্না লৈহৌরে।

কেম্পলোমদা অমুক হল্লুদ্রে। ইস্ফাল্লোমদা অহুম থৌরক্লে। ওসীগী থৌদোক ময়াম অসী মংলা তাইব'র্লা। রাখল ইমম মমবগুম তৌরি।



চন্দ্রকান্ত মাওশিবগী মচুও থা অনীরোম লৈরগনি। সিনাম কোক্ফুদনি। মতম থরা লেপ্পা লৈতনা নোং চুরুবদগী লেপথিবা মুমিৎ তরানিরোম ফারে। মুমিৎ 'সীবদি মুমিৎনা তরং তরং নোংপোক্কী চীঙশাঙ পরেংগী মরুমদগী খোঙদোয় হন্দোরক্লি।

অয়ুক অঙনবা অতুদা অতিয়া অসী শংবাননা ময়েক ঈশেং-শেংলি। পারপ তৌবা লৈচিল নোংফায় মচেৎ থরদি ঙাঙ্ানা চাইথাইরি। থাপ্লপ-থাপ্লপ্পা উবা খুজিন-খুন্দোম্বা শাৎলিবা গুল-মোহর, জাকারোল পাম্বীশিংগী তাঙশঙ তাঙবা অমসুং শংমুনবা লৈ চরোংশিং অতু য়েংবদা ওস্নোক্লা নীঙথীজরি। মীৎয়েঙ তামথিবনা লৈ চরোংনগা কুওনা শাৎপনিনা, পাম্বীগী অশংবা মনাশিং অতুদি ঈউ উত্রে। মরক মরক্তা থিন্দোরকপা মনা অমা অনী উরুরগা ময়াম কুওনা পুনশিল্লবা লৈ নাচোম চবুন মালহল্লি।

মফম কয়া কয়াদসু নাশিক পাম্বীগী অভুম্বা মতোলশিং অমসুং থোংনাং পাম্বীগী অপূওবা মনাশিংনা তায়া য়েংবদা পুক্লিও হুনবগী মশক ওইহল্লি।

খম্বখোয়গী কেম্পকী ইংখোলহুংগী অকোয়বদা অমসুং মমূঙদা লৈশাৎ তম্লক্লিবা লৈপাক-লৈপাক মরা ওইনা পুংদোল পাম্বীগী মপালশিং অদু হয়ীঙ-খোই, খোইমুনচিংবনা লৈহী চুপ্পা পাইবগী শে ম্বা'নবা মখোলদা ঙুরাও ঙুরাও ঙংলি।

হুমিত্তুগী মহৌশা লাইরেম্বীনা হরাও ওয়াম শান্নজরিবা কুম্মৈদু য়েংবদা অউবা মী খুদীগমক থম্মোয় মথুম মরাং হোয়োইদবা কনা লৈবগে ?

অত্থুবু খম্বদি মাগী মহৌশাগী হৈনিংবা পুক্নীং খোয়জংবদু ঈয়াও য়াওদনা তরগদা ভাউহুনা লৈরি ।

লৈশাং খরা পাথরক্লবা বোতল ব্রশ পাম্বী অমগী উখাদা দরি কি অথাবা অমগী মথক্তা শাংব্রোং শাংনা লেংনা হাপ্লি । নোংথক্তা তরগদা য়েংবগুম তৌরি ।

কেম্প অদু ঈহাও-হাওলে । থাঙ্গেশেংবদি মখোয় হিংহৌবা খরদি চাঁওয়াগী কেম্প অচৌবা অদুদা অত্থুম লৈপ্রবনি । অদুবু খম্বদি মথন্তা নোংগাল্লমদাইদা হেক হেক কৃমথরক্লগা মখোয়গী একজিকুাশন কেম্প অসীদা হেক হেক লাকই । অত্থুগা অয়ুক অঙনবদা মী কয়া হৌগৎনব্রিদৈদা চাঁওয়াওদা অমুক কাথংথি । মাগী মথরায় শোকপা মতৌ উবদা মাবু কেম্পকী মীশিংনা থিংবি-বস্থ তৌব্রে । মানা তৌনিংবতা তৌহনব্রে ।

হুমিত্তুগী ওপরেশন্দুদা চন্দ্রকান্ত শিখ্রে হায়না লৌনরে । অশিবা মশাদি কংব্রি । মঙ্গি অমস্থুং রাকেশস্থু লান্মীগী নোংমৈ গুলীশিংনা হাংখ্রে ।

খম্বগী থম্মোয় অদু লমজাউখোম্না চাকপগুম মৈশানা জচাক্লরে ।

চৈরক অসীদা থম্মোয় শোকপা পাওস্থু তাররি ।

ইম্ফাল ভেন্নীদা লৈরিবা মখোয়গী কেম্প খূদীঙমক হন্দোক্ল-ম্লগা চৌঙগী রাংমা লাম্হোক্লগা অচৌবা লাম্মী শাগৎনবা শেম শাক্লবা তারি। অল্লাং-বর্ম্মাগা মণিপুরগা ভাইনবা লমদমদা।

থম্মোয়গী রা হায়ক্লরগদি মথঙগী ওইবা হেন্না থম্মোয় শোকপা রাকম অমসু লৈরি। সুমিৎ মঙানিমুক্তী মমাঙদা তারবা পাওনি। দেবলা মণিপুরগী এসেমব্লিদা ঈয়ুঃ দিঃ ছীঃ গী থবক অমা ফংগ্রে। মী থরনা পাও পীশীনবদগী মাবু পুনিছনা কাখা লাকখি। অঙবু মখোয়গী মাম্মখোয়না কোয়চেন চেন্দুনা মণিপুরগী দিপুতি ছীঃ এমঃ সনাথোইনা মাবু কনবিখি। তুংগীসু ওইনা মশা কন্নবা সনাথোইগী বঙলোদা লৈখ্রে। সনাথোইগা দেবলাখোয়গী মাম্মগা য়াম্না লুনা তিন্নবা মল্লপিসু হায়নরি।

কাঙবু অমনা তোকওা অমসু কম্না শন্দোকপিরক্লি। সনা-থোইগা দেবলাগা হায়দগী মরী লৈনরক্লবনি; অদুগীসু মথক্তা দেবলাগী গর্ভদা সনাথোইগী মঙ্গ হুনখ্রে হায়না।

পাউ অসীনা তমথিবা নোং-সুংশিংকী মতোগুম খবগী থম্মোয়গী অচৌবা উপাল কয়াগী মরা য়াওনা ফুক্লৎখরে। নোং-সুংশিং মরক্তা মুৎলি-মুৎলিবা আশাগী মৈরী মচা অমদি লৈরি।

দেবলাগী গর্ভদা লৈরিবা জিব মচা অহু মাপী মল্লনি হায়বা মানা কম্না থাজে। দেবলানা মাগা উম্মসি হায়না উদোইদা পাউ কয়া চেন্নকখিবনি। "উনরগা করিগুম্বা অক্লবা রা থরা থল্লগদবা লৈ, রা শেংদোক্লহৌদ্রবদি সমাজগী মমাঙদা লেপকম লৈক্রে" হায়বা

অমসু নোংশীল্লক্তখি। মতু কাওবদা খঙ্গনা থৌশাক্লদবছুদা সিনাম কোম্ফ্রদা মাবু উম্নবা লাক্লম্লবনি। মতুদমু উম্নখিত্রে। অদুবু থৌজিক য়াম্না কম্না উনদিংলবসু দেবলাবু করম্না উনরুগনি। মুংশিবগী কত্রবা তৌল অদুনা চৌকপদগী চিংনদবমু ওমদে। নুপা থোক্লা দেবলাবু উনরগা, য়া শেংদোক্লবা, পুকচেল শেংনরগা মুক্তা খুজেং পান্দোইননা মীয়াম মমাঙদা লেপ্পজগদবা অহুমু খঙ্গী পাজল থোক্রে।

থাঙ্গশেংবনি দেবলানা উপাই লৈরক্তুছুনা সনাথোইদা মাগী অরোনবা য়া পুম্নমক তমথোক্তুনা মথোয় অনীগী ওইনা পুকচেল শেংনা য়ানবা অমগী মখাদা সমাজগী মমাঙদা সনাথোইগী মরুম থুগুনা খঙ্গবু ঙাইজবনি। নুপী লৈখিত্রবা সনাথোইনা মবুক মনুঙদদি দেবলাবু পামজে হায়বসি খঙদবা নত্তে। খঙ্গনা কৈদৌঙৈ খঙবিরকদগে হায়বসীনা দেবলাগী আশানি।

খঙ্গদি খঙদবনিনা হন্দক মরক অসী নায়তোম ছন্দোকপিরম্বগী মবুক্লীঙ মুংশিবগী য়াখল অমনা হেক হেক ঈয়াক্লহল্লি। মাগী থম্মোয়গী খ্বাইদগী নক্লবা মী ওইরম্বা দেবলা লম্লানবগী পাংথক ওইনা উরকপগুম তৌরি। মদুদা মথবায় মুংঙাইতবগী চাউরবা মৈজাউ অমনা চাকথংলক্লি।

থম্মোয়গী অনকপা মফম অমা ওইরম্বা চন্দ্রকান্তগী মফম মরাঙ খঙদবা সংসারদা অমুক হম্না উররোই খনবদা মুংবংনহল্লি।

মখোয়গী লোয়নজরম্বা অরা-মুংঙাই শক্লক য়ামিম্নরম্বা মজি য়াককাসু ওম্নোক্লা থম্মোয়শোকপা মওঙদা লৈখিত্রে।

মমা লৈবাকপু সেবা তৌজনিংবগী ইথিল অমা কমা হায়গৎচ-রকপা অদুগ্ন কল্লবা মুংশি হৈত্রবা নোং মুংশিং অমনা খোংবান লুক্লাও অমদা হুমদোকখিবগুম তৌরি। মহাকীনি হায়না খঙ্গরগা খুদীওমক থাপ্পা থাপ্না লাপ:থোকশিবগুম পাইথোকখিবগুম তৌরি।

হৌজিক মাগীনি হ:য়না হরাও তয়াম্মা মাবু কোনশিনবিগদবা মীশিংদি মমা অমসুং মপা নত্তুনা অতৈ কনা উরক্কবগুম তৌরক্লি। রাখল অসীদা মমা অমসুং মপাবু চুংশিবগী ঈফুৎ অমা থম্মোয়দা থওহৌদনা চেনশীল্লকপগুম তৌরি। মমা মপাবু মথম্মোয়দা কম্না কোনশিঙ্গে।

রাখল অসীপা লোয়ননা মমীৎ অনী অদু চেজেৎ চেজেৎ অমুক উইশিল্লি। মীৎলুদগী কোও ফোও শাবা পিরাং চেম্বরকই।

নায়ভোম তাহৌবগী অরাবা রাখল অমনা পিরোইনরবস্থ মথমতা নায়ভোম লৈরগা মুংঙাইজবগুমগ্ন তৌরি।

ঙাঈহাক অম্মা তরঙদা তাউরম্বদগী ফুক হৌগৎলকই। পরপ পরপ থোকখি।

হৃমিত্তুদি চাঙয়াওদা কাখত্রে। অচুগী মহুত্তা সিনাম কোক্কুগী খুজিনলোমদা থোকশ্রে। মীনৌ মীতোপ লাকপা য়েংননবা অম-সুং মথোয়দা পাউ পীননবা লৈবা পাখঙ মচাহুগী ময়ুমদা লাক্লে। মহুদা মাগী মোটোর বাইক্কু লৈহৌবনি।

ভাট তৌরগা থৌদোকখে। উখুল লম্বীয়োমদা লাক্লে। ঈরোল তুরেলগী থোং মনাক্তা গাড়ী থাম্লমই। থোংয়ায় তাম্না

মখোণ্ডনা তপ্পা তপ্পা লাক্লে। চন্দ্রকান্তনা চোংথখিবা মফম তাম্না লাক্লে।

ভুরেলগী ঈমায়দি য়াম্না হন্থরক্লে। থোংগী পান্থৈদা ভাথরগা ভুরেল খোঙনূঙদা য়েংথরুই।

চন্দ্রকান্তগী নোকমি-নোকমিবা মায়খোঙদো উরকপগুম তৌরি। মানা হান্নরগা রাহু দীঙশীঙলক্লি, "ঈতাও নঙ কপ্লমাল্লে। নুপানবু কপ্পা হৌনব্রা ?"

মখা ভারকপগুকস্থু তৌরি, "ঈতাও নঙ মুপীগুম থম্মোয় শোন্থরক্লমাল্লে। ঈমা লৈবাকপু কনশি হায়না অহুক বম্না রাশক লৌমিন্নখিবা অহু নঙ কাউরব্রা ? ঐদি মতম চাদনা নঙঙোন্দগী ঈমাদগী, ঈচৌল ঈনাওদগী বিদাই লৌবা তাখিবনি। ঐনা চংব্র-বদা ঐগী থবক অমম্ভুং পান্দম নঙঙোন্দা শিন্নবম্নবনি।"

খম্বনা অশাংবা মুংশাখর মপী অমা হোন্থরমই।

ঙসাইমখৈ মাদি উরুদে। নোংলীক্লা মবুক থল্লবা অমুবা লৈচীল মপৈ মপৈনা অতিয়াদা পাক শম্না শন্দোক্লম্লে। নোং তপ্পা তপ্পা অমুক চুবা হৌরক্লে। নোংলিক মচা মচাশিংছু ভুরেলগী খোঙনূঙগী ঈশীঙদা ভিনব্লে।

খম্বনা খল্লকই, "ভুরেলগী খোঙনূঙদা ঈশীঙ লৈতরে। ঈমায় চোল্লবা হন্থখরে। ঈচেল তপ্লে। অহুবুঁ ঈঙাগী নোংজু হেজিন্নক-খিদনি। ঈশীঙগী ঈথায় অমুক হেনগৎলকনি। অমুক লাকথি-গনি অকনবা শারুগী ইরৈ"।

মাগী মোতোর বাইক মনাক্তা ভগ্না ভগ্না হল্লে। অমুক চাট তোহ্না ভগ্না ভগ্না ইন্কাল্লোমদা থোরক্লে। মমা মপাবু কপ্পা জনানিংলকই।




লোইরবা